# সৌরজগত-কী লৈঙাকলোন



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
বাংজিং মখা
থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট, মণিপুর

# ꯁꯧꯔꯖꯒꯠ ꯀꯤ ꯂꯩꯉꯥꯀꯂꯣꯟ

# সৌরজগত
# কী
# লৈঙাকলোন




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
ৱাংজিং মশা
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট, মণিপুর-১৪৮

***Sourjagat kee Leingaklon (A Novel)***
*Written by S. Nandakishor Singh*
*Published by Manipuri Sahitya Parishad*
*Wangjing Masha*
*Thoubal District.*



অহানবা থোংবা : জানুয়ারী ২০০৫

কোপী : ১০০০

মমল : লুপা ৯০/-

অফোংবা : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৱাংজিং মশা।

হক পুন্না : অইবা মশাগীনি।

ডি.টি.পি. :- প্রিন্টেক্ট ৱার্ল্ড কম্পুটর প্রেস, ৱাংজিং বাজার, মণিপুর।
নম্ফম : শিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর।

# কচ্চবা

কচ্চবি ইমা মণিপুর,
ইমা নঙগী নফমদ।
নচাগী ৱাখলগী লৈবাং,
সৌরজগতকী লৈ ঙাকলোন
উপন্যাস।
থোত্তে, নৌদে, তিঙ্খাং পাল্লি,
লৈশক থোক্তে, লৈনম চেন্দে,
যাবোই থাবা ইমাগী লৈকোন্দা,
খল্লবসু
ওইহনবিয়ু ইমা চুক অমতংদি
'মণিপুরী সাহিত্য লৈকোল ঙাক্লবা
লৌশিনবিয়ুকো ইমা লংনদনা।

নন্দকিশোর

# ৱাহৈ খরদং

ঙসিগী মণিপুরী সাহিত্যদা লাঙতক্পবা অমা চাউনা লৈ। হৌজিক ওইবিবা মণিপুরী উপন্যাসকী ফীবম অসিগী মতাঙদনি। সাহিত্যকার পুম্নমক্না খঙন-শোন্নরবা ৱাফম্নী ঃ মণিপুরী উপন্যাসকী ঈচেল তুশোন-মানশোন্নরে। চয়োল খুদিংগী শৈরেং অমসুং ৱারীমচাগী লাইরিক লেপ্পনা ফোঙনরকপগী মনুংদা উপন্যাসতি অমত্তা ফাওবা ফোঙখিদবা চহী য়াওখ্রে; য়াম্লবদা চহী অমগী মনুংদা অনী - অহুমদগী হেন্না পুথোকপা ঙমদবগী থাক্তা লৈরি। মণিপুরী রীদিং পল্লিক্কী মফমদদি উপন্যাসকী ঈখৌলাংবা লৈ। অইবশিংনা মসি খঙনা খঙনা য়ায়কৈ অশোমদা পুক্নীং চিংশিন্নদ্রিবসি করিগীনো ? ইফোং ফোংবা মরম অমদি ঙম্মদবননি হায়না পীনৈঃ উপন্যাস ইবা তরাই তরাইবা থবক নত্তে। মতাঙ অসিদনি ইংরেজি উপন্যাসকার ই.এম ফোষ্টরনা হায়খ্রিবা ঃ

> I think one of the reasons why I stopped writing novels is that the social aspect of the world changed so much. I had been accustomed to write about the old-fashioned world with its homes and its family life and its comparative peace. All that went, and though I can think about the new world I cannot put it into fiction

অদুবু পুংঙক গুকপা অমদি থোকখি। ওইথোক্লরোই খন্না থওইনা খল্লুদবা কয়াস্ ওইথোবকই। মসিগী নুংঙাইবা লৈ। মসিগী ফজবা লৈ। মসি পুন্সিনি। মবক মরক পোকখাইরকই অতুম্বা মৈগী চাং !

ঐখোয়নদি কবি চাউবা, কমল, অঙাংহল গুম্বনা সাহিত্যগী ঈথিল পীরী খঙ্গবা সম্বান্দুরাম ওজা নন্দকিশোরবনা নোংমা শোন্থাংননা শোনখিবি - উপন্যাস অমা খুৎ থারি ! থাজবা ঙমখিদে। ঐসু মীনি; মী কনানসু থাজরোই; ধর্ম-কর্মগী লমদা কন্না খুৎ থারিবা, পুন্সিগী নুমিদাংৱাইরম ওইবক্লবা খোর্জে অমনা উপন্যাসতি করম্না ! নমথি-হুঙাইনা থল্লবা মীওইবগী লমদম, পুক্নীং অমসুং মীংশেংবু তক-তশেংলবা তুরি অসিনা করম্না শোক্লুগনি ?

খাখলদু মায়থীখি। ওজা নন্দকিশোরগী উপন্যাস 'সৌরজগতকী লৈঙাকলোন' ঐগী মীংমাঙদা উংলখি। লামায় চনী খরা হেন্না পানবা থা থা লাউবা উপন্যাস অসি নোংমদা পাবা লোইখি। ঐ লাইরিক পারি, পারিবসি

উপন্যাসনি, ওজা নন্দকিশোরনা ইবনি, ঐ থবক চৎকদবনি পুন্নমক কাউখি। সৌরজগৎকী লৈঙাকলোনদা ৱাখলসি অদুম তিনখ্রে। অফবা মীগী লৈফম মান্নবা পৃথিবী অসি বিদায পীবল্লগা ধুমকেতু প্লেন তোংদুনা অদুম পাইরে চন্দ্রগা লোয়নন - সৌবজগততা লৈবা মাগী মরুপ ইন্দ্রগী মনাক তম্না ! য়ৌখিবা খঙহৌদে। লামায অমা ফাকপগা অদুম য়ৌরে- উবে য়ুতোপিয়ান বার্ল্ড অমা -সৌবজগত' মঙলানগী লমদম নত্তে। কল্পনা অমসুং আশাগী লেঙদ্রবা ইডিফিসনি। মঙওই- হাওই মীনম - শোরিনা কপ্লবা কল্পনাগী সৌবজগত নত্তনা লৈত্রে উৎলী। কান্নদ্রবা মঙলান নত্তে। পৃথিবী অসিদা মীওইনা হীবম খুদিংমক্তা ওইহন্নীংবা ফিদম অদু শাগৎপনি। অইবনা উখি ঃ পৃথিবী হায়বসি তশেংনা লৈ; অদুবু অশেঙবা পুন্সিদি লৈতে। কল্পনাগী তাইবঙ সৌবজগত হায়বাসি তশেংনা লৈতে; অদুবু অশেঙবা পুন্সিদি মসিদা লৈ। অনী অসি ওন্থোক্লদনা অমুক্তং য়েংবা ওইথোকপা" ওজা নন্দকিশোরগী সাহিত্যনা ওইহন্নীংলিবা মী ওইবগী সমাজসিদা তিংজবা ফংবা পুন্নমক্তা লাইনীংনি।

ওজা নন্দকিশোরগী উপন্যাস অসি শর্মগী ওইবা উপন্যাস সমনি হায়বদা হায়মনবা থেক্লোই। ওজানা 'মানব ধর্ম' মী ওইবগী ধর্মগী মতাংদা য়াম্না মমুৎতানা নৈনে। লৌকিক অসি ইবা পানা তৈ বা মীপুম খুদিংমক্তা। মগী ওইনা য়ুম হু খুদিংদা অমমম থম্না তঙাইফদে হয়না লাকসিনবু খনজেনাই। পুম্না য়েংবদা লাইবিক অসি রাজনীতি, লৌকিক অমসুং অর্থনীতিগী ... ইবা উপন্যাসনি।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বাংজিং মশাগী ফজউগুব প্রেসিডেন্ট ওইনা হৌজিক হৌজিক লমজীংবীরিবা ওজা ... নন্দকিশোর ... উপন্যাস অসি পরিষদ মশা অসিগী ... ওইনা লৈরাক মীয়ামগী মমাংদা পোল্লকপা কঞ্জবে।

ডাঃ এম প্রিয়ব্রত সিংহ
সেক্রেটারী,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বাংজিং মশা
মণিপুর।

# অইবগী ৱারোল

## ৱাহৈ খরদং



শ্রীসনান্দুরাম নন্দকিশোর সিংহ

'সৌরজগতকী লৈঙাকলোন' মীংথোনবা লাইরিক অসি ইংশোক ১৯৯৬ তা ঊজখিবনি। ঐনা ইবা লোইরকপগা হকচাংগী অনাবা অমনা ঐন্দু ইবা লেপহনখি। অদুনা মরম ওইদুনা লাইরিক অসি মতম চানা ফোঙবা ঙমখিদে। হকচাংগী ফিবমদা থোইনা অহোংবা লাক্কুবদা তঙাই ফদনা ফোঙলগে খন্দুনা শমজিনবা য়াবা শমজিল্লগা লাইরিক অসি ফোঙজবনি। ঐহাক 'রাজনীতি' পামজবা মীশক অমনি। অদুনা ঐগী লাইরিক তম্বগী অরোইব-ফাওবা 'রাজনীতি'বু অখন্নবা বিষয় অমা ওইনা লৌরকখি। ঐনা পামজনা তমজরকখিবা বিষয় পুম্নমক ভারতকী অমদি মণিপুরগী রাজনীতিৱালাশিংনা শুরু-শুরু নৈথংপা হৌরক্লে। ভারতকী ইলেক্সন কমিসন ফাওবা মশাগী নিয়ম-নীতি লৈতবগুম ওইরক্লে। অসি লৈবক্না পার্টি অদুদগী হয়েং পার্টি অমদা ওনখি। মীমং অমা হেক্তা খোনজিল্লি। মথংগী নুমিত্তা ইলেক্সন কমিসন্না হেক্তা শকখঙ-দে পী। ঐগোন্না মীচম প্রজানা 'কো-ওপরেটিভ সোসাইটি' অমতং রেজিস্টার তৌজগে হায়রবদা থাইলে অমা চঙই। এদবয়া ওপরেসন তাকই। য়াদিংবা-য়াদিংদবা কয়াগী মত্তে লৌদুনা থং তুনক্কী মতম চঙই। রেজিস্টার তৌদৌরিবা সোসাইটি অদুনা সাবরেদগী লোন লৌবা, য়াই, লৌদবসু য়াই। অদুদনা তঙ্গুক্কী মতিক চেকশিল্লি। রাজনীতিগী ওইনদি কোম্পানী।

সরকার অমদু চলাইগদৌরিবা পার্টি অদুদগী মখোয়গী বাইজো। কন্সটিটুয়েন্সি অমাদ চঙবদা থোকপনি, অদুবু মদু যাওরবদু সরকার পায়রক্কদৌরিবা পার্টিনি খন্দুনা ইলেক্সন কমিসনসু হেক্তা অযাবা পীবা, এম.এল.এ., মন্ত্রীশিংনসু প্রজাগী কাররুম্বা অমফাওবা য়েংদনা মশাগী অপাম্বা অনিংবগী মতুংদা লৌনিংবতা হেক্তা তৌনরকপা, অদুনা মরম ওইদুনা প্রজানা পেন্নবক্তরগিং, নাহারোল কয়ানা নত্তা অমা ওইবগী অপাম-নুংশি থাদোক্কুনা মখুত্রা খুংলাই পায়দুনা সরকারগী মায়মোক্তা লালকৌরকপা, নোংম কায়দনা ঈ মশেল হাংনরকপা, পুন্নমকশিংসি লাকশিন্নব সিপাহী ময়াম মণিপুরদা থাজিল্লক্কুনা মীচম কয়া-কয়া ফাবগা হাৎনিংবা মওংদা হাত্তোক্কবা, ইচে-ইনেম, ইচা ইশু কয়াবু ইজ্জৎ মাঙহনবীরকপা, মন্ত্রী, এম.এল.এ., ওফিসার কয়ানা মশাগী মথৌ

নিংথিনা চুম্না তৌনরক্কবা, সমাজদা অরাজক ওইরকপসিদগী খরদা ওইরবসু কলহৌবা ঙমগদরা খল্লুবদগী ইজখিবা লাইরিক্নি। পামজনা তমজরকখিবা রাজনীতিগী থিওরিশিংদি প্রাক্তিকেলদা ওন্থোকপা ঙমদনা থিওরি ওইদুনা লাইরিক্তা অদুম লৈখ্রে। হায়নবা লৈ 'রাজনীতি'গী মরমদা ইবসি মায় পাক্কন্দে। অদুবু ঐগীদি থোইনা মায় পাকপা-পাক্তবগী ৱাখল্লোমদা য়েংলগা ইজবা নত্তে। ঐনা খনজরুরিবা ৱাখল্লোন অসিখক্তং মীয়ামদা খঙহনজবা অদুগা মীয়াম্না নৈনবিরগা ফৈ-ফত্তে, লৌবা য়াই-য়াদে মত ফোংদোকপীরকপা অদুখক্তনি। ঐগী মায় পাকপদি মীয়ামগী মফমদা লোইনা লৈববনিনা মায়কৈ অদোমদা লাইরিকসি ইরকপদা নোংমতা খল্লুবা নিংশিলুবা লৈখিদে।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনরকপদা ঐনা ইশা ফত্তবদগী প্রুভ ফাওবা তৌবা ঙমখিদে। মদুদা ঐগী ইঙাই শ্রীলৈশাংথেম শ্যাম সিংহ, রিটায়ার টিচর, ইনাও শ্রীতোংব্রম বাবুলাল, রিটায়ার লেকচরর অমসুং ঐগী মরুপ শ্রীখুন্দ্রাকপম মনিতোন সিংহ, রিটায়ার এসিষ্টেন্ট রেজিষ্টার কো-ওপরেটিভ সোসাইতি, মণিপুরনা মতেং পাংবিখিবগীদমক্তসু পুন্সিগী শিংঙম্লরোইদৌবা লমন তোনশিনজরবনি।

ঐগী ইশুনুপা অহল শ্রীলৈশাংথেম তেজকুমার সিংহ (তৃনাল), প্রোপ্রাইটর, প্রিন্টেক্ট ৱার্ল্ড কুম্পুটর প্রেস, ৱাংজিং বাজারনা মাগী কম্পুটরনা মাদর কোপী (ডি.টি.পি.) লৌবিদুনা লাইরিক অসি ফোঙবদা তেংবাংবীরগীদমক ইশুবুসু পুন্সি নুংশাংনা মাগী মথৌ পাঙথোকপা ঙমজনবা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি। লোয়নননা শিরোই ওফসেট প্রিন্টর্সনা ঐগী অনিংবা তপ্পা থুংহনবিরকপগীদমক্তসু ঐনা হন্ন-হন্না থাগৎপা ফোংদোকচরি।

'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ৱাংজিং মশা'না, মশা অসিগী অহানবা প্রসিদেন্ট অমনি খনবীদুনা 'সৌরজগতকী লৈঙাকলোন' কৌবা লাইরিক অসিবু ঐনা ফোংবীয়ু হায়জরুবদা, পরিষদনা ফোংবদা মতিক চাবা চাদবা থিদনা হনাও-হরাও য়াবিদুনা লাইরিক অসিবু ফোংবীবগীদমক্তসু পরিষদ মশা ৱাংজিংবুসু থাগৎচরি।

ৱাকম অমনা 'সৌরজগত' হায়রিবা লৈবাক অসি অখণ্ড-গ্রহশিংনা খণ্ডনারিবা 'সৌরজগত' অদু নৎচদে। মসিদি অইবা ঐহাক্কী কল্পনামক্কী লৈবাক অমনি। মসিদা মীয়াম্না লান্না লৌবিরোই।

*পুন্নমকপু খুরুমজরি -*
*সন্নান্দুরাম নন্দকিশোর সিংহ*
*ৱাংজিং*

# অহানবা তাঙ্কক

চহি মঙা মঙাগী মন্ত্রীলাকপীগী লৈঙাক থৌদাং (শাসন)গী মতম লোইরদুনা মথং অনৌবা চহি মঙাগী মন্ত্রীলাকপীগী লৈঙাক থৌদাং পুনবগী মীখলগী মতম যৌবকপদা, ভারতকী রাজ্য পুম্নমক পুমলাঙ্ লাঙনৈ। চাবা থকপা চঙনদে, থবক শুবগী রাদি অ... দা ...।

ঐখোযগী মনিপুর রাজ্য অসিদসু থবক শুকশু-হেক শুদনা ভোৎ খোম্নগী মীংদা মীরেপকী যুমদা ভোৎ হাযদোকপা লোইবফাওবা ফমজা-চাবসু য়াওদবা নত্তে। অপঙবা মপাল থোক্লক্লুনা ভোৎ মনুঙদা ফুন-চৈনবদগী শিনবা-শোক্লবসু কোঙ্গাইনি। করম্না অপেনবা নুংঙাইবা ফোংদোকপগী কনানা হাংলিবনো খঙদে, মীরেপ ওইরুবা মীওই কয়ামগী পুন্সি খাঙ্ডুথক্তা হেক হেক লোযশিনবীবসু মযাওরী। মহাক্না মথৌ লৈতনা মীরেপ ওইজরুবগী শিজবানি হায়রিব্রা খঙদে, ওসি ফাওবা শিখিবা মীরেপ অদু হোংবা-চাওবা মীওই অদুনা হাৎপনী হাযদুনা সরকাবনা মীহাৎপা অদু ফাদুনা, মীহাৎপা অমনা মংফম থোকপা দণ্ড পীখ্রে হাযবগী রাফম অমফাওদা ভারত সরকাব অমদি রাজ্য সরকাবশিংদগী পাউ অমফাওবা মেদিযাদা, পাউচেশিংদা ফোঙখিবা অমতা যাওদে। মীনুংশি চাওরবা-চাওববী প্রজা ভোত্তর ইপা-ইপল, ইমা-ইবেল, ইচে-ইনেম কয়ানা মীরেপ ওইরিবশিংগী পুন্সিবু খাঙ্ডুথক্তা কেমখিগদ্রা হায়বগী মিপাইনবসু কোঙ্গাইনি।

সোরারেন্দা তিন শিংকৎলগা মায়দা তাই হায়বগুমদনা থিবু-থিগৎলুরবদি ভোৎকী অশোয়বশিংসি প্রজা ঐখোয়গী ইথক্তা অদুম্নাক তাবা তারনি। ভোৎ লেপ্পা, (মীরেপ ওইনা) ভোৎ পীবা (ভোত্তর ওইবা)গী তম্নকম

ওইরিবা স্কুল, কোলেজশিংদা চহি খুদিংগী তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা তৌনরিবা ষ্টুডেন্ট য়ুনিয়নগী ভোত্তা ছাত্রশিংনা, লাঙনখিবা চেন্নখিবা, মীরেপ ওইরিবশিংনা ছাত্র ভোত্তরশিংদা মঙোন্দা ভোৎ পীবিনবগীদমক মিথাই, অথুম-অহাও কয়া য়েনখিবা, জীপ-কার গাড়ী কয়া-কয়া শেল তিংনা ব্রায়নদুনা অথাপ্পদা লৈবা ছাত্র ভোত্তর কয়া ময়ুম-ময়ুমদগী লৌনরুরগা নুমিৎ নীনি-হুমনি চাবা থাক্কুনা থম্নরকখিবা পুম্নমক অদুগী মহৈননি হায়নিঙই, ঙসি ঐখোয়না জেনেরেল ইলেক্সন্দা ফংলিবা দযা মযামসে।

ঐখোয়গী মতম অদুখক্তগী ব্রাকম নত্তে। হৌজিক-হৌজিকসু স্কুল, কোলেজগী মহৈরোযশিংনা, মখোয়গী য়ুনিয়নগী ভোৎ খোম্বা চৎপদা, অমদি ভোৎ থাদনবা নুমিৎ অদুদা মিথাই য়েনখিদবা ছাত্র মীবেপ কযাবু যাওখিবগে ? ছাত্রশিংগী মমা-মপা ওইবা ঐখোযখক্তনা ভোৎ মচা- ভোৎ অচৌবা হায়দুনা খায়দোক্লুবখক্তগী ব্রানি 'ভোৎ হাযবসিদি ভোৎনি'। মায় পাক্লে নুংঙাই, মীয়ামগী ইকাই খুম্নবসু ফংই। অকাবা মীগীনা অতোংবগী অতোংবা ঙাক্তে। কাহৌদবা মীগীনা অমাঙ্বগী অমাঙ্বা ঙাক্তা। মৈদা-মৈ অচৌবা, মৈ মচা খায়দোক্তবগুম, যেক্লবদসু যেক্লবা মচা, যেক্লবা অচৌবা হায়দুনা খক-খায়দোকউদে। অদুনা ভোত্তি ভোৎনী, মৈদি মৈনি, য়েক্লবদি যেক্লবনি। হায়নরিবনি "মৈরিক্তগী মৈজাওবী হৌবা" হায়দুনা।

ছাত্রশিংনা ভোৎ লেপ্পবু ফত্তে কান্নদে হায়রুবগী ব্রা নত্তে, মহৈ তম্বগা লোয়ন-লোয়ননা সেক্রেটরি অমনা থবক করম্না তৌগনি হায়বগী নিয়ম-কানুন কয়া খঙ্হৌরিবা অসি মমল খিৎকী নত্তে। মখোয়না ভোত্তা শেল অবেম্নদা তিংহনবা অদু কান্নদে মাঙজৈ হায়বগী ব্রাখক্তনি। মখোয়না শীজিন্নগদৌরিবা শেনফম অদুদি মখোয়-মখোয়না মিং চনবা মতমদা মমা-মপা ওইবশিংনা শু-নোমদুনা, পু-লঙদুনা মচাগীদমক তৌদবা য়াদবনি হাযদুনা পুথোকখিবা, লাইব্রেরি ফী, য়ুনিয়ন ফী, করি করি ময়াম অদুদগী কারকপা শেনফমশিং অদুখক্তনি। অদুগীদমক্তা ভোত্তা শেল তিংহনবা হৌনদে হায়না মমা-মপা ওইবনা চিন্দদি হায়জরিবা। অদুবু মচানা ভোৎ লেপ্পবনি হায়দুনা ভোৎ কাননবা মচানা হায়রিবমখৈ মমা-মপানা অদুম মপুথোকখি। ঐখোয়গী মনিপুরদা সরকারগী অশোয়বা থৌশিল (থৌরাংদা) থৌওং কয়াগী মায়য়োক্তা খোঙজং কয়া চঙশীন্দুনা প্রজাগী য়াইফনবা হোৎনবদা নিঙহন্নবা লৈত্রবা ছাত্র মহৈরোই কয়ানা

ঙসিফাওবা জেনরেল ইলেক্সন্দা মীরেপশিংনা শেল য়েনবা, ভোত্তরশিংনা শেল লৌবগী মায়য়োক্তা খোঙজং অমফাওবা চঙশীল্লক্লিবসি, মহৈরোইশিংনা মখোযগী স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিতিগী ভোত্তা মিথাই যেনখিবা, পিক-অপ তৌনখিবা অদুমক্কা মরম ওইদুনা তৌরিব্রা হায়না পুক্নিংদদি খল্লী। অদুবু চিন্দী থোকচবা ঙমদ্রি। ঐনা শেল য়েনবা, শেল লৌবা হায়রুরিবা অসিসু ইফোং ফোংনা হেক্তা তৌনবা থবক্তী নত্তবনিনা। অদুর য়াবিবা-য়াবিদবগী, লৌবিবা-লৌবিদবগী ব্রাদি খঙদ্রে, অমুক্তংদদি ভোত্তা শেল য়েনবা, লৌবগী মায়য়োক্তা খোঙজং অমতং চঙশীনবিনবা ব্রাফম অসিমতংদাদি মহৈবোইশিংগী অপুনবা লুপ্তা ফোংদোক্লল্লগে হায়না ঐহাক চপ্ য়ুংনা লেপ্লবনি।

ভোংকী মতাংদা মরুপ ইন্দ্রনা ঐঙোন্দা ইরকখিবা চিঠিদুদদি মখোয়গী সৌরজগতকী ভোত্তি ঐখোয়গী ভাবত্তকী ভোংকা মান্নদে। মখোযগীদি ভারতকীগুম হরাও-কুম্মেগুম ভোং খোম্বসু তৌনদে। লোন্নবু ওইবে ফোংনবু ওইরে মীরেপ্লা শেল যেনবা, ভোত্তবনা শেল লৌরগা ভোং থাদবা সুকতৌ তৌনদে হাযদুনা ইবকখি। মখোয়গী ভোত্তুনা করম তৌবা ভোংনো ? মখোয়গী ভোত্তু ঐবু অমুক্তা য়েংহনবিয়ু হায়দুনা চিঠি ইখিবগী পাউখুমদা মখোয়গী ভোংকা ঐখোয়গী ভোংকা মতম খরা খেন্নে। মখোযগী ভোংকী মতম হেক য়ৌরকপদা শোয়দনা চিঠি ইরক্কনি হায়না ইরকখিবনি। চিঠিসু ইরকখিদ্রে, মরা-মপাউসু অমতা তাখীদ্রে। কাওথোকখিদুনবু তৌবিব্রা খঙদ্রে।

ঐখোযগী ভারতকী অদুগা মনিপুব ষ্টেটকীদি, তঙাইফদনা তৌদবা য়াদে হায়বগী করি-করম্বা মনুংগী ওইবা নিয়ম নীতি করি লৈবনো অদুদি খঙদ্রে, তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা এম. এল. এ. ফাদোক ফজিন, চোংথোক-চোংশিন, মন্ত্রী লাকপীগী কুম্মৈ অমুক্তকাক নত্তনা অনি অহুমলক্তুম শুখ্রে তৌথিবা। ভারতগী ষ্টেট অয়াম্বা ভোংনিবু হায়রবদি হেক্তা খংনবা হাংনবা তৌরিবশিনা করিগী? খল্লুবদা ব্রাখল ফুংবংনৈ। শিনহৌরিবনা ভোত্তব মশেন্নি। মীরেপ ওইবিবশিং অদুনা ভোং কাখ্রগা মখোয় মশেল চুঙশিন্ননা সরকাব শেমখি। মখোয়দু ভোং কাখ্রগা অমতা কৌনদে ঙাঙদে হায়রবদি কদায়নো হায়ববু অদুসু তৌনবা নত্তে। তশেংনা হায়ববদা মসি অপঙবা মপান থোক্লকপনি হায়বা তাই। খংনবা অনীগী উকিল অনীনা জজগী মমাঙ্দা মমিৎ-মনা চোংথোকপমখৈ মাগী মাগী মীচংদা কয়া যেংনরল্লগা হোরেন লোইরক্লগা বার এসোসিয়েসন্দা ফম্মিন্নদুনা

চা থকমিন্নবদুদি খঙ্দবনিনা খৎনরিবা অনীদুনদি মাগী উকিলনা অদু হায়খ্রে, অদু তৌখ্রে হায়দুনা হরাওজবগা চপ মান্নখ্রে। পঙ্ইদকো হে! ভারত মচাশা! ভারতকী ষ্টেট ময়াম্বদা নোংমতা কাংদনা হাৎলিবা মীহাৎ, হৌনরিবা ইরাঙ, ধর্মগী মীংদা, রাজনীতিগী ইরাঙ্দা, হোমলেণ্ড তানবগী খোঙজংদা, মরুওইনা ঐখোয়গী মনিপুরদা নাগা-কুকী মীওইবা কাঙলুপ অনীনা অশোন-অনা, নুপী-অঙাং খাক্তনা পঙ্হাত্তা হাত্তোক্লবকপশিংসি নিংশিংলুরগা অমুক্কা হেন্না ঐহাক সৌরজগত য়ৌনিংলকই। মহাকবি কালিদাসকী মেঘদুত্তা যক্ষনা যক্ষীনীগী মপাউ ঙাইবদা ৱাবা অদুদগীদি ঐনা মরুপ ইন্দ্রগী মপাউ ঙাইবদা ৱাবসিনা শরুক চামা হেল্লমগদৌবোই নিংই। ঐনা কবিগুপ্তা কবি অমকা ওইজরম্লবদি অনীশুবা মেঘদুত অমা ইবা য়ারবনি, অদুবু ...। চিঠিবু থারক্লবদি পোষ্টমেন্না য়ুমদা অদুম থিনজবক্কদৌবনি, অদুবু ঙাইঙমদবদগী ঐনা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক পুং মাপল-তরাদা পোষ্ট ওফিসতা হেক-হেক চৎপদুদদি অচৎ-অওক কয়ানদি ওজা চন্দ্রসি পেন্সিল ফংবদগী য়ুমদা লৈবা হৈনদ্রনবা করিনো নুমিৎ খুদিংগী পুং মাপল তরা হেক তাবকপদা ময়ুমদগী হেক্তা থোকখি। অসিনা কদায়দা চৎলিবা মীনা ঙাঙনবা হায়নবা ঐ তায়-তাদবদি নত্তে। ঐগী লাঙতক্লববা পুক্নিংগী মমি মাযথোংদা তাবনিনা অউবা মীনা ওজা চন্দ্রসি ৱাখল চোইরমাল্লে হায়না হায়নবসু ময়াওনীবনি।

থবক্তগী পোথারকপসিসু কৈনো অমদি অদুম তৌবজাৎনিকো: কবিগীসু তৌরোই? হান্না থবক তৌবিঙৈদনা লুপা সমনা শীল্লক্লনিদো, হৌজিক পেন্সন ফংলবা মতম অসিদদি লুপা কুনমঙানা কোন্ননবা ঠোংনক্লবানদো। চহি কুন্থ্রামনী মঙা নীতি নিয়ম অমা নাইনা চৎলম্লগা, নীতি নিয়ম যাওদনা মওংদা পঙ্চৎতা চংলকপসিদদি মীনা ৱাখল চোইরবোই অদুম নীংবা তাবনি। মীনা হায়সু হাযনবিবনি থবক তোক্লপকদগী হোংবদো-চাওবদো মশা য়াম্না শোনখ্রে; ৱাখল চোইরেকো হায়দনা। ঐ ইশামকসু কালা, সংস্কৃতি অমদি সহিত্যগী সংস্থান খরগী মেম্বর ওইহৌবগী ঙাওবা ফংদবনি। নৎলমদ্রবদি ফংলিবা পেন্সন মতাসিগা ঙাওচৎ-ফৈজৎনরমগদৌবা জাৎনি।

নুমিৎ অদু য়াওশঙ্ মঙা-তরুক্নি ৱাৎলিঙৈনি। মমাসু ঐ ত্রেজরিদা চৎকনি হায়বদগী চাক ওল্লি। চাক লোইরে হায়রকপগী ঐ ইরুজবা চৎলি। য়াওশঙ্ (ময়া) ঙকযাগী ময়াম তুরেন্দা ফিরোল শুন-চান্নবদুদা ঙাইহাক ঐসু অমদগী

সাপোন খরা নোই; অমদগী চেংহি খরা লু- তৌদনা লৈথোকউরে। থেঙখ্রে হায়দুনা ঐ পরপ-পরপ কারকই। ঐনা ফি হোংদোক্লিঙৈদা বামোনগী ইশুনুপা অমনা পুপুগী চিঠি অমা দুকান্দগী পীরকই হায়দুনা পীররে। ঐনা চিঠিদু কনানা থারকপনো য়েংউবদদি মরুপ ইন্দ্রনা থারকপা ওইরম্লে। চিঠি অদু ফংবদা ঐনা নুংঙাইবদুদি করি ৱাহৈনা করম্না ফোংদোকনি, ঐ হায়ফম খঙ্দে। লোম্নোক্তবা মীদা চিনী পীজরগা মহাও হংবদা মানা (থুমই) থুমইদি খঙ্লগা হায়দোকপা ঙমদবদুগা চপ মান্নখ্রে। অদুবু ঐনা হৰাও নুংঙাইরিবসি চিঠিগী মবোন্দী খঙ্দ্রিবনি। ইন্ভেলপ্তুগী চিঠি লৌথোক্লগা পায় -

সৌরজগত

তাং ২১/২/৯৬ ইং।

নুংশিরবা মরুপ চন্দ্র,

মরুপ, সৌরজগতকী জেনরেল ইলেক্সন লাকইবা মার্চ থাগী তাং ১৫/৩/৯৬ ইংদা থোক্লে। মরম অদুনা মরুপ্না শোয়দনমক তাং ৩ নত্রগা ৪দগী খোঙশানবিরকউ। ভোৎ মমাঙ্দা নুমিৎ নীনি-হুমনিদা ওইরবসু সৌরজগত তুর তৌহৌনবা। মরুপকীদমক ঐহাক নুমিৎ তবানিগী ছুটি লৌদুনা লৈববনি, শোয়বা য়াদেকো মরুপ। ঐহাক ইয়াবপোত্তা ওক্লমগদৌরিবনি। ঐ শাংনা ইজররোই, মতাং অসিদা লোইশিঞ্জরে।

নহাক্কী মরুপ ইন্দ্র, সৌরজগত

# অনীশুবা তাঙ্কক

ঐনা নীংজবিবদুমক চিঠিদুদা হেক ইরকপদুদি ঐহাক কযাম্না নুংঙাই। ফি হোংদোক্লগা চন্দন থিল্লে; নুমিতুগী ঐগী লাইনিং-লাইশোন্দি সৌরজগতনা অদুম ওইখরে। ঐ চাক-চাবা চঙ্ই, চাক ইচা-চাশিনবা য়াদে। ঐগী পুক্নিং-ৱাখল নুংঙাইবদুদি লোৎপা য়াদমাল্লে, মমানবু হায়বকই- মোন্দদি য়াম্না নুংঙাইনা উই, চাক্কী ইচা চাশীনবা য়াদ্রমাল্লে, যাম্না হাওত্রবরা মখোয় বাবা?'' হাওই ঐনা খুম্মী। হাওরগদি চাকশি য়াম্না চানদবোইএ? হয়েং মতুংদদি হাওনা-হাওনা থোংলগা খজিক-খজিক্তা হাপকে, মমানা হায়রকই। অদুগা অমুকসু মখা শমথরকই- ঙসি তুবেল কুমলুবদা ৱাংখৈরোমগী হনু-তনা থেংনরকপগীরা মোন্দা য়াম্না নুংঙাইবিবদুনা? হয়েং হংচিক্তি য়াওশংনিনা শেল খাযবা লাকপদা শোয়দনা উনরনি, মঙাচৎপী তরা চৎপী খরদি কায়থোক্লগা থমতৌদৌনি হৈয়েং অচোইবা লৈত্রে হাযদুনা য়াঙ্খ্রে চৎপী চামা চৎপী হাপ্তোকখিদৌবগী শরুক। কযাদা ভাব ফারিবা নুপীনো? নঙদি ঐনা পুক্নিং ৱাখল খরা নুংঙাইবসিদা জাং-জাংকী ৱাজেনিনে নঙনা খল্লিবশে! ও! ইবুংঙো! নতৌনওংনদি ঐনা হায়বিবসে। নহান মখৈদি পুথ্রিদা অদুম লুজেদো ঙসিনা থবক চৎকনিসু হায়বা, অ... ... তুরেন্দুসু চৎখ্রগা কয়াসু কুইনা লৈরকখ্রে, হয়েং-হংচিংনা য়াওশঙগা ওইশীল্লে অদুদা হায়বনিদা শাওবু শাওনিংত্রা কৈনো? মীসিদি অচুম্বা হায়রবদি শাওই হায়নবসি চুম্বা তারেদনা ?

- শাওনিংবদি লায়রদনা ঐদি নোকপু নোকনিংলিবনি। ঐনা মোন্দা নুংঙাইরিবদি মরুপ ইন্দ্রগী চিঠি ফংবদা নুংঙাইজবনি।

- তমো ইন্দ্রগী চিঠি! চিঠিদু নতোমতা পারগা হরাওবিবা? ঐখোযকা পাবা-তাবা য়াদবা চিঠিরো? ওইরমগনি শোযদনা অদুননি নঙনা নতোমতা পারগা

নুঙাইজরিবদো। অদু নত্রবদি ঙশাইনা মরুপ ইন্দ্রগী চিঠি লাকই, মরোল সিসি হায়রকই হায়দুনা ঐঙোন্দসু তাকপীফম থোকইনা থোকপু-থোক্তুনে? চুমবুদি চুম্বনি মমানা হায়রিবসি ঐহাকসু ঐগী নুংঙাইবা ৱাখল্দা অদুক তাওখিবনি। অদুনা ঐনা মরুপকী চিঠিগী মতাংশিমদি মমাদা ফোংদোকহৌদ্রে। অদুনা মমানা ৱাহৈ মথক থংখ্রিবনি। মমানা মখাতারকই তামোনা করি করি ইরকপগীনো মখোয় বাবানা মোন্দা য়াম্না নুংঙাইবিবদুবো?

· হেরা? অতৈ করিগীসু নত্তেদা, ঐনা মরুপ্তা মখোয়গী ইলেক্সন (ভোৎ) য়েংনিংই হায়দুনা চিঠি ইখিবনি। মখোযগী ভোৎ লাকইবা তাং ১৫দা তৌরগনি, ঐবুনা তাং ৩ নত্রগা ৪ দগী লাকউ, মহাক তাং ৫ / ৬ অসি মখোয়গী ইয়ারপোর্ত্তা ঐবু ওকলমগনি হায়দুনা ইবকপনিদা। ঐগী ৱাদু তাবদা মমানা ইশিশিনা নোক্তুনা হায়রকই-নুংঙাইরেদকো হে-ইবুংঙো! হনুরবা মতম অসিদা অঙাং মচা শাদুনা ভোৎ য়েংগেকা হায়দুনা চিঠি ইরুরিবা? ফনদুম নোক্লিংবা ৱানি আ... ঐখোয়না লৈশাবী পুমকক্ ফারকপা মতমদুদগী হৌনা রাজনীতি য়াওরিবনি হায়দুনা ভোৎকী অশিন-অরাংদা ওইদুনা লাক্লুবা, অদুদগী সরকারগী থবক হেক তৌরকপদগী চহি কুন্থ্রা মরি মঙা চুপ্পা ইলেক্সন দিউতিদা চত্তুনা লাক্লুবা মখোয় বাবানা হৌজিকপু অমুকসু আ...মীরমদা ভোৎ য়েংবা চৎকদৌরিবা? কনাগুম্বা মরুপ-মপাংনা কদাইদা চৎখিকা হংলবদি - আ ... সৌরজগত্তা ভোৎ য়েংবা চৎখি, হায়দুনা খুম্বা তারেনে? অসি হায়রম্লগা মমাদি অমুক্কা হেন্না পংনোক্তা নোকখ্রে। মমাগী মত্তৌদুদা ঐসু অদুম নোকপা যাওরে। মমাগা ঐগা চাকখুমদা পুল্লপ নোকমিন্নরবা অদুদদি মাগী মাগী কাদা লাইবিক পাদুনা লৈরম্বী ইচানুপী অনিমক চাকখুমদা চেনশিন্নরক্লে। মমাদা হংলৈ - করিগীনো ইমাগা বাবাগা পুন্না ইশিশিনা নোকমিন্নরিবদুবো ? নোক্ল-নোক্লা মমানা খুমখি - ও! ইবেম্মা নখোয় বাবাসে আ ... সৌরজগত্তা শ্বাইদকা নত্তনা ভোৎ য়েংবা চৎতৌরি হায়য়ে; অদুদা নোক্লিংমনখ্রদনা নোকইবা। - ইমানা হায়রিবসি চুম্বনে বাবা ? ইচানুপী অহলনা হংলকই। ঐনা খুম্মী- হেরা ! ভোৎ য়েংবগী ৱা নত্তেদা, চুম্না স্তদি তুর ওইনা চৎকনি হায়বনিদা। অদুদা নমা ইবেম্মনা ...।

'ও! হো! অদুগী ওইরে, অদুদি য়াম্না ফৈনা' হায়রম্লগা মচিন-মনাও অনিমক মা--মাগী কাদা চৎনখ্রে। 'নঙসু বজার চৎকনি হায়বদাই' হায়রম্লগা ঐসু খুৎ-শা হামদোকপা থোক্লে। ঐনা ফি শেৎলিঙৈদা মমাসু চঙলত্তুনা মফি-মরোল

হোংদোকখ্রে। মমানা মশম-মনা হাৎলিঙৈদা পেন্সনগী পুন্না ফংলকপা শেনফমদুদগী লুপা লিশিং তরাগী বন্দল (মপুন) অহুম লৌথোক্লগা মীরক-নারক য়েংলগা ফিনুংগী খোংগ্রাও ফুরিৎখাওদা চপশিনহৌরে। পুক্লিংদদি মখল্লি, য়ামদি য়াম্মীদা হন্দক ঐনা তৌদৌরিবা খর্চাসে। মসিদগী ঐনা কান্নবা কয়াম ফংগদৌরিবা ? মদুসু খঙ্দে। হোয়দা ! পুন্সিদা নিঙ্বা অমা থুংনবা হোৎনবদা লুপা লিশিং নিফু অমা-য়াঙ্খ্রে'মা মাঙ্ববু মাঙ্বা কৌব্রা ? মীদি থব্বায় ফাওবা থাদোক্লরিবনি। ব্রাখলশিংসি খল্লুবদগীদি ঐগী থম্মোয় চাওখৎলকই, মিৎকুপ্তা ব্রাখল হোংলকই। নোকসু-নোক্লিংলকই- ইশানা ইশাগী ইরল হুরানজরেদকো খল্লুবদা। খল্লি "সিসু পুন্সিনি, ঙাক্তবা যাদবা ইজ্জৎনি, যুম্বানবগী পুন্সিদা"। মমা চঙ্লক্লগা হায়রে - ঐঙোন্দা লুপা লিশিং মঙাখক্তংদি পীয়ু। অঙাংগী ফুরিৎ-খোংগ্রাও, মেদি খরা লৌরক্কে। অদুদি য়াম্মন্দ্রা ঐনা খুমখি। ফিরোনদবু লুপা লিশিং মঙা কদৌদৌরিবা ? হোরেন ঐনা য়াল্লিবা খাও মচাসিদা নম্বদা অদুম কোন্নখ্রগদৌনি-মমানা খুম্লকই। লুপা য়াঙ্খে চৎপী মপুন (বন্দন) অমা মমাদা পীখ্রে। মমানা হায়রকই - মখোয় বাবাগীদি পেন্সনপে লৌথোক্দৌরিবা অদুনা কোন্নগদৌরিব্রা? লুপা লিশিং অনি-অহুমখক ফংগদৌরিবা অদুনদি করিতৌনি ? গুব্রাহাতি ফাওবগী ভারাফা ওবা কোন্নরোই ইবেম্মা। অদুদি কয়াম পুগে হায়রিবা ? মমানা হংলকই। লুপা লিশিং কুনগুম্বদি পুনিংবনি। হোরেন ব্রাৎলবদি কনাদগী লৌগনি? লেম্লবদি হল্লক্দৌরিবনি। অদুদি পুরোদনা থেঙখ্রনি চৎলসি মমানা হায়রকই। মমাগী মমাঙদা লুপা লিশিং তবাগী বন্দন অনী লৌথোক্লগা হাপচিল্লে। চৎলশি হায়দুনা ঐখোয অনী য়ুমদগী থোক্লক্লে।

- মখোয় বাবা, সৌরজগতসি চত্তবা শুকয়ামক য়াদ্রবনিনে ? লম্বী চৎন-চৎনা মমানা হায়রকই।

- চত্তবা য়াদ্রবনি ঐগীদমক্তা মরুপ ইন্দ্রসু নুমিৎ তবানিগী ছুতি লৌদুনা লৈরে হায়বনি। অসিদবু চত্রবদি ইবেম্মা মরুপ্না ঐবু করি খনখিনি? মতুংদা ঐবু পুন্সিগী ওইনা শুকথা থাজখ্ররোই।

- নুপা নঙবু শেলদু-য়াম্না চৎলনি হায়বনি। য়েংউ, অমুক্তা খল্লুনে, চৎখিবগী লুপা লিশিং কুন হল্লকপগী অমুক লুপা লিশিং কুন, অদুদসু নত্তে, নশাগী খর্চা লুপা লিশিং-মরি মঙাদি শোয়দনা পুদবা য়ারোই। অদুনদি পুন্না লুপা লিশিং য়াঙখৈ মুক্তী শোয়দনা চৎলনি। নচাশিংসু থবক অমফাওবা তৌদ্রি। চৎলিবা খর্চাদি

নোংমগী চামনি। ইমুংশিগী শেন্থোক্তী পেন্সন লুপা লিশিং অনি অহুমথক ফংলিবা অদু মঙাইরে।

- চুম্মী নওনা হায়রিবদো, ঐসু খল্লিবনি। অদুবু থাজবা মাঙহনববুদি 'শেল মাঙখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ' হায়বদো ঐঙোন্দা থোক্লবনি। অদুননি ঐনা চত্তবা য়াদ্রবনি হায়না নঙোন্দা হায়রিবসে।

- অদুবুদি চুম্বা, পুন্সিশিদা অদুখকঙাক্লা চৎপদগী কৈরোই লৈকাইনা থাজবিবনি। অদু নত্রবদবু ঐখোয়বু কনানা থাজখিগনি'? ঐখোয়গী য়ুম্বাল-কৈবাল, লৈত্রিবা মরৈতশিদা। অসুম্না ব্রারী শানা শান্না লাকপনা কৈথেল য়ৌবক্লে। বস অমা লৈরম্মী। চঙশিল্লগা য়েংলবদি মী পীক থল্লন্লে সিৎ লৈত্রবোই নিংদুনা খরা চৎথোক্লগা গাড়ি ঙাইদুনা লৈরে। বসকী অঙাং অদুনা মাম্মা ইম্ফাল চৎকদৌবা ওইরবদি শিৎ লৈরি হায়দুনা কৌরকই। মমাদা লাকও শিৎ লৈ হায়রে অশিদা চৎখ্রশি মমানা ঐ চৎলরোইদা বাবা চৎখ্রো হায়রকই। কদৌরবা ঐনা হংই মখোয বাবাশু চৎথোকখি, ঐনা অমুক কৈথেলদা লৈথোক, য়ুমদনা লৈশাবী অনি, খল্লুবদা ঐ ফিকা য়োন্নিংলক্ত্রে য়োল্লরোই মখোয বাবা চৎখ্রো।

অদুদি ফরে ঐ চৎলেকো হায়রম্লগা বস মনাকয়ৌরে। মমানা 'ও অমুক্তা ঙাইবিখো' হায়দুনা কৌরকই। ঐ চপ লেপ্পী, মমা চঙশিল্লকই লুপা লিশিং মঙাশিসু পুখ্রগেরা হায়রকই। য়ারনি পুররোই হায়রম্লগা ঐ গাড়ি কাখৎলে। ঐনা হেক ফম্বগা গাড়ি থৌরে। গাড়িদা ফম্না ফম্না ঐ খুৎচেৎনা পায়। মিৎ উইশিল্লি। মিৎ হেক উইশিনবদা মমানা ঐগী মাঙদাচপ লেপ্লগা "হন্দক পেন্সনগী লুপা খরা ফংলকপশিদি লোইশিনবা তাবেনা" ঐ মিৎ খঙপাঙ পাঙথোকই। খল্লকই ঐগী লৈত্রিবা মরৈত, য়ুম্বাল কৈপাল, ইচা নুপানা লাইবিক তম্বা লোইরগা থবক ফংদনা ঙাওচেৎনদুনা লৈরিবা, ইচা অমফাওবা থবক তৌহনবা ঙমদ্রিবা ঐনা হন্দকশিদা লাইরিক লৈবদা লুপা লিশিং মার-মঙা অমসু শিজিন্নথোককখে। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদসু লুপা লিশিং নিফু-যাঙ্খৈদি শোয়দনা চঙলরনি। খল্লুবদা মমাসু মিত্তা শংশংনা অমুক উরকই। "নুপী ফত্তবগা য়ুমবানমিন্নবা, নুপী য়াওদনা য়ুম্বানবদি খরুং মফম চাদবদা খিনবগা চপ মান্নবনি। হৈ হেকপনা ফন-যাম্না হেকথরক্লবসু হৈ খুনবীনবু হৈ ফজনা খুন্দ্রবদা হৈ ফংবগী ব্রাদি লৈত্রবনি। অদুনা নুপী ওইবী নখোয়না চেকশিল্লিবা-মখৈদি মীঙোন্দগী নিদুনা চাবা হায়বদুমদি নপুন্সিদা লৈররোইদৌবনি কাওগনু ইবেম্মা হায়দুনা ইমা লৈরিঙৈদা মমৌ নুপীদা হায়রম্বদু ঙসি মখোয় মমাগী মতৌশিদা নিংশিংলকই।

যাওশঙ ঙকয়াগী মীথোক ব্রাত্তবনা থৌবালদগীদি মরক্তা লেপফম লৈত্রবনা মিনিট নিফু মঙারোমদা ইম্ফাল য়ৌরে। গাড়িদগী কুমথবগা রিক্সো তোংলগা তুলিহল ইয়ারপোর্ত্তা য়ৌরে। রিক্সোদগী কুমথবগা বুক্কিং ওফিস তম্না পরপ-পরপ চৎলি। রিক্সো ব্রালানা ও অহল ভারাদি হায়দুনা লাওরকই। ইবুংঙো ঐ অমুক থুনা হনগদৌরিবনি মিনিট অনি অহুমদং ঙাইরম্মু হায়রম্লগা ঐ বুক্কিং ওফিসতা চংলগা তিকেট য়োনবী নুপী অমা ফমদুনা হিশাবলা করিনো চে-চাং খরা শুদুনা লৈরম্মী। ইবেম্মা হয়েংগী তিকেৎ লৈরিব্রা হংই। বাবা কদাই য়ৌবগীনো হংলকই। ইবেম্মা সৌরজগতকীনি। তিকেৎ কয়া ওইবিরবনো? ইবেম্মা অমখক্তনি। লৈনি, লুপা লিশিং কুন নিপাল খক্তং পীবিরকউ। তিকেৎ ফংলবদুদদি ঐগী নিংবা থুংলনি খল্লুবদর হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাই। লুপা অদু পীরগা তিকেৎ অদু লৌরে। হংই ঐনা ইবেম্মা ও.কে. কা হায়বদু? পাবুং ও. কে. নুংকে লোয়না য়ারবনি। তিকেত্তা ইরিবা হৈয়েং অয়ুক্কী মতমদু নংনবা লাকপীরো। তিকেত্তু চেকশিন্না হাপলগা ঐ রিক্সো ঙাইদুনা লৈরিবা মফমদু তান্না লাক্লে। ইবুংঙো চৎলসি হায়দুনা ঐ রিক্সো তোংলগা থৌবাল পার্কিং য়ৌরক্লে। রিক্সো ভারা পীরম্লগা ঐ ব্রাংজিংগী গাড়িদা কাখৎলে, বস মনিংগী সিত্তা ফমফম অমখক লৈরম্বদগী মদুদা ফমলগা লাক্লে। গাড়ি হেক থৌরকপদগীদি সৌরজগৎকী খোংচত্তা পুক্লিংশি অদুম লুপখরে। খঙহৌদে ব্রাংজিং য়ৌরে কুমথরো হায়দুনা হেন্দনমেন্দুনা হায়রকপদুদা ব্রাংজিং য়ৌরে খঙই। গাড়িদগী কুমথবগা বুলনগী হোটেলদা চা অমতা থকখিগে খন্দুনা চঙলে। চা থক্লিঙৈদা নিংশিংলকই ঐদি ত্রেজরি চঙবা কাওরক্লেদনা। ফনদুম ফরে, মথংগী থাদা পুল্লপ লৌরবা হায়বদুনি খল্লগা চাগী পৈশা পীরম্লগা য়ুমদা চঙলক্লে। মখোয় মমাগা উনগনি খল্লুবদা তশেংনা ঐহাক য়ুমদা চঙনিঙদ্রবনি, চঙদবা য়াদবগী অদুক চঙলকপা হায়বদুনি।

ঐনা শুমাং হেক য়ৌবগা ইচা অতোনবীনা ইমা বাবা লাক্লে হায়খিবা ঐনা য়েংবদা মমা মচা মখোয় অহুম ঐগী ফিরোল ইস্ত্রি তক্কুনা লৈরম্বা উরুবদা পুক্লিংদা খল্লকখি, তশেংনা ঐহাক মখোয় মমাগী মফমদা লালপ্রে হায়না। মমানা হংলকখি মখোয় বাবা তিকেৎপু ফংলকপ্রো হায়না। ঐনা হয়েংগী ওইনা ফংলক্লে হায়রম্লগা ইমুংদা চঙলগা ফিরোল হোংদোক্লগা হকচাং শেংদোকনিংদুনা মনুং অচৌবরোমদা চৎলে। ঐনা হকচাং শেংদোক্লগা হনজিল্লকপদা ইচাশিংসু ফি-ইস্ত্রি তকপা লোইনা তেবলমথক্তা মরোল মরোল খোংগ্রাওনা তোঙাল, ফুরিৎ ফৈজোম পাজমান্না তোঙাল- তোঙাল লোনখত্তুনা থম্মি। ঐনা মাঙ্গোল

কাখৎলকপগা মমানা ঙশাই কৈথেন্দগী হনজিল্লকপদা লৈরকপনি হায়দুনা কোমলা অমুনবা ফজবা মরি মঙা পুথোক্লকই। কোমলাশিবু ময়ায়দা খায়রকউরা নত্রগা খোকলকউরা মমানা হংলকই। মচেনা ইমা ঐ ফজনা খোক্কে হায়দুনা মমাদগী লৌরগা খোক্কে। অখোকপদু লৌ লৌদুনা ঐ চাবা হৌরে। মনাও নুপীনা কোমলা মশুং অনি অহুম লৌরগা মমাদা পী, মমানা ঐ চানিংদে হায়রকপদগী মচানা অদুম চাথোকখ্রে। মমা উখোংদা ঙাদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈ। ঐনবু হংই-কদৌরে নশা নুংঙাইতব্রো নঙবো ? করিসু তৌদেদা মমানা খুল্লকই। ইচানুপী অহলনা হায়রকই ঙমনি-ঙম্লোইসু খঙদনা ফি ময়ামসি পুরগা তুরেন্দা শুরুরিবা, অদুদা ৱাদুনা তৌরিবা ওইরমগনি। নঙদি অশুক য়াম্বা ফিশিদি কদৌবগী শুরুরিব্রা? শুরবসু খোংগ্রাও অমা ফুরিৎ অমা শুরগা লোয়রে। নশা নুংঙাইত্রবদি নুংঙাইনা ফমদুনা লৈথোক্কদৌবনি। নঙগী বি.পি.গী গুলিদি চারব্রা? ঐনা ঙাংবা লোইদ্রিঙৈদা মমানা মখা তারকই- ঐ হকচাং করিসু তৌদে, চুম্না শুম ফম্বনি। ঐবু জগোই শাও হায়ীরব্রা? ফিনি হায়দনা তরু তনানবা অমতা য়াওদে লৈরিবদি থা খুদিংগী, চবৌ চবৌবা ঙাবোংগুম্বা ঙাক্তা হেক লৈরদনা। করি শেৎনিংলমগনি করি পুনিংলমগনি হায়বদি খঙদবনিনা অরৈবমখৈ লোয়না হেক শুনিংদুনা শুরুবা নত্তে। তঙাই ফদবগী শুরুবনি। ইমুংদগী ইচাঅতোনবীনা সুইটকেস পুথোক্লকুগা বাবা করি করি ফি পুগনি হায়রক্লো হাপচিল্লগে। মচেনা খুমলকই ইবেম্মা বাবাদা অমুক হংলুদ্রবসু খাদিগী ফৈজোম অমা, পুময়াৎ অমা, পাইজমা অমা, পুময়াৎ ঙক্কাবী অমা, লোংপেন্ট অমা ফুরিৎ খুদাংচোনবী অঙাংবদো অদুনা লোইরে। নপানদি খাদি হায়জরিবা ঐখোয়নদি খুদৈ ফুবিৎ লৌখাঙ ফুরিৎ হায়না খঙনরিবনি। খুদৈ ফুরিৎ ঙবোং ফুরিৎনা উপু অনি অহুম পীক থল্লবনি মমানা হায়রকই।

ঐ ৱা মখা তাদ্রে। মচিন-মনাও অনিমক ফিরোল লোইশিন খমজিল্লগা ইমুংদা চংনখ্রে। ঐনা মমাদা হংই - ঐনা শৌরজগত্তা চৎপা তারে হায়বশিদা নহাক্লা অদুক য়াম্না শাওরিবশিবু করিগীনো?

- ঐ শাওবা নৎচদে, শাওবা ওইনা লৌবিগনু, তশেংনা ঐহাক শাওজদে। হৌজিক্কী মনিপুরগী ওইরিবা ফিভম অসিদা নহাক চৎথোকখ্রগা নচা লৈশাবী অনিগা ঐনা করম্না লৈহৌগদৌরিবনো? মসিদবু ঐবু হরাওথোকউ হায়রিব্রা?

- ঐ লৈত্রগা কনানা কদৌদৌরিবা?

- কনানা কদৌবা কদৌদবা অদুবু ঐনা হায়বা ঙন্না? মতম ফত্তে য়ুম থাদোক্তুনা চৎথোকহনিংদবগী ব্রানিদা।

- ঐখোয়বু নুপানি হায়দুনা হৌজিক্কী মতম অসিদবু কনানা উশিৎপীগদৌরিবনো? মীরমচৎ য়াওদ্রবা শারমচৎকী সমাজ অসিদবু?

- ও! অদুননে মখোয়বাবাবু ঐনা চৎথোকহন্নিংদ্রিবসে। ঐখোয়সু খঙই কনবিনবা লৈত্রবা মীহাৎপনা খুল্লিংলবা মনিপুর খুন্নাইনি হায়বসে। থা অমগী ব্রাবু নত্তেনে। চহি অমগী মনুংদা রেদিও, টি.ভি. অমদি পাউচেশিংদা নোংমতবু মী হাৎলম্বগী পাউ য়াওখিবা মখোয় বাবাবু থেংনবিগ্রবগে? য়ুমদগী ব্রাবী অমতা শানশি হায়দুনা পুথোকখ্রগা থোঙ্গান্দা কাপ্তুনা হাৎলমলে, ফাদুনা পুথ্রগা কাপ্তুনা হাৎলম্লে। আরমিনা ওপরেসন তৌবদা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবিরম্লে, অসিগুম্বা পাউ অসিদ-নত্রা ঐখোয় লৈবাক্কী পাউচেশিংদা ইরকইবসিবো? সিদবু নখোয় নুপা অমফাওবা য়াওদনা ইমা-ইচা ঐখোয় নুপীমথৈ লৈহৌ হায়বসিদবু কনাগী মমা ওইবীগী থব্রায়না হরাও হরাও যানিংগদৌরিবনো?

-পাওচেদা ইরকইবশিংদো ওইদবা নত্তে, অওইবা তৌরম্বা তশেং তশেংবশিংদু ইরকপগী ব্রানি। ওইদবা ব্রা ইবকপদি কদায়দগী য়াগনি । হাৎলম্বা কাপলম্বগী হাৎলম্লে কাপলম্লে হায়না ইজরকপনি অদুদা নঙনা পঙব্রাদা ব্রাবীখ্রবনিনে?

- হাইমা ব্রাদবা য়াব্রো? করিনো মখোয় বাবানা হায়রিবদুবো? হৌজিক্কী মতম অসিদা নুপী ওইবী, মমা ওইবিশিংনা ব্রানরিবশিং অসিদা মখোয় নুপা ওইবশিংনদি করিশু খঙবীবা নওেনে। নুপা ওইরবসু নুপীবু ওইরবসু পীক্ত পীক্লিঙৈ অমা, হনুখ্রবা অমা, মখোয় অসিদি খববু ফখ্রে, লৈশাবী পুংকক্ ফারকপদগী চহি নিফু মবি-মঙ্গা শুরকপা মীয়াই চল্লকপীশিংগীদি খুদোং থীনিঙাইগী থীনিঙাই ভাক্তনি। লৈশাবী পাখং ফারকপশিংগী মমা ওইবিশিংনা কয়াগী মতিক ব্রাজরিবা থোৎ-থোৎ লাওনা ইনখৎচরক্লিবা মীগী মচা নুপা লাইরিক লাইশু তমজরিবা অমবু মমা মপাগী মমাঙমক্তদগী ফাদুনা পুবিখ্রগা হাত্তোক্লগা মফম মরাং খঙদনা মাঙহনবিখিবনা কয়া কয়ানি। মীগী মচা লৈশাবীবু ইজ্জৎ মাঙহনবিরবা মতুংদা হাত্তোকপীরগা থৌরি য়ানশীন্দুনা থগ্নীরম্বা কয়া, অসিগুম্বা মতম অসিদবু করম্বা মমা ওইবীশিংনা তংদু লৈতানবু লৈবা য়াওরিবগে মনিপুরসিদবু। লৈবাকসিগী মমা ওইবি পুম্নমক চিনথোক্লা ঙাংনশক্লদবগী ব্রাখক্তনি, মপুবোইবনা য়ুমদগী হেক খোঙ থাংদোকখিবদগী করি থোক্লগদগে

খনবদা থরক হুনগৎনরিবনি। নুপা ওইবা নখোয়না য়ুমহেক য়ৌরক্তুনা নচাশিংদা নমাদি হায়না হেক হংবা তারবদতা পুক্লিংসি নে-না হেক তাজরিবনি ইবুংঙো। সিদবু ইরমদমদসু নত্তবা আ... মীরমদমদা নুমিৎ মরি-মঙানি চৎকনিহায়রগা ঐবু হরাওখো নুঙাইখো হায়রিব্রো?

খল্লি পুক্লিংদা অসি ওইরেকো মমা ওইবিশিংগী পুক্লিং ব্রাখল খল্লুদে নোংমতবু মখোয়না ঐখোয়গীদমক অসুম্না খল্লমগনি হায়বা। ঙসিদা হেক-খঙই মমা ওইবিশিংগী পুক্লিং ব্রাখল। চিনথোক্লকখি।

- করিসু ব্রাবীরুনু ইবেম্মা। নঙ অমা অরা-অনা মীনুংশি চাওবী ওইনা হেক তৌরদনা। ঐগী পুন্সিদা ঙসিফাওবগী মনুংদা কনাদসু লাল্লুবা লৈখিদ্রি। কনাগী মফমদা ওইদবা ঙাংলুবসু লৈখিদে। নুপা-নুপী কনাগুম্বা মীওই অমগী মরমদা হুন্দুনা ঙাংখি শকখিবসু লৈখিদে। মীগী মপোৎ মচৈ শিংতেক-শিংতা অমফাওবা হুরাল্লুবা লৈতে। ইথক্কী অহল অমদি ইখাগী অঙাং অমগী মফমদা হাযহৈ ঙাংহৈদবা ব্রা অমফাওবা হায়খিবা লৈখিদে। তশেংনা হেক হায়রবদা নঙনা ঐখোয়দা লাক্লিঙৈদগী ঙসি ফাওবগী মনুংদা ঐগী খৎনচৈনখিবা ঐগী য়েক্লবা হায়বদো কনা অমফাওবা লৈতে। হৌজিক হৌজিক ঐগী হেক য়েক্লবা ওইরিবসে ঐগী চহি অসি খক্তনি।

- ঐনা চিংনরম্লীবসু মখোয় বাবাগী চহি অদুমক্লি। হুরানবা নকোক্তা নাপী পকত্র হাযবদুমক মখোয বাবা তৌবেদনা। ( নোকই)

- নবুক্তা লোন্না থুপ্পা খনজরম্বা রাখন্দো হৌজিক্তি লোৎপা য়ারক্তদুনা পান্দা কোংদোকরক্লেদনা। খবগা নহা ওইরম্লবদি হন্দক্কী শৌরজগৎকী খোঙচৎ অসি ইনাও নুপী অমদি শোযদনা ফংজ...।

- অদুই ব্রা নত্তেনে ইবেম্মা ভাব ফবী। ঐনা হায়বদি চহি অসিনা অশুম য়ামলকপদগী পাঙ্গল শোল্লকই, মায় খুইজিল্লকই, মীৎ উবা ব্রাংলকই, চাবা য়ারক্তে মুরম্বা শমসু ঙৌরকত্র, পুম্নমক অসিদনি ঐনা ঐগী চহিসিনা ঐগী য়েক্লবা ওইরে হায়রিবসি নঙনা খল্লিবদুনা নহা ওইরিঙৈগী পঙচৎ চৎলিঙৈগী ঙাক্তা ...।

- ও! ইবুংঙো নত্তৌ-নওংদুদা হায়বনি শাওনিংবরা কৈনো?

- শাওনিংবগী ব্রা নত্তেনে ইবেম্মা, ঐগী লমচৎ-শাজৎ অসিদা কনাগুম্বনা ঐখোয়দা ফত্তবা তৌরক্লোই, তৌরক্কনি হায়বগী চিংননিঙাই করিসু লৈতে হায়বনিদা।

- মদুগী ব্রাখলদুনা মখোয় বাবানা যুধিষ্ঠীর ওইবগী ব্রাখল্লোননি। ঐনা হায়জরিবশিনা দুর্যোধন, শকুনিগীনি।

- অদুবু হায়মী! ঐ ওজানে, অচৌবা কেরানি ওফিসার কানিংলগা কাবা, কানিংদ্রগা তোকখোকপা অচৌবশিংশিদি পেন্সন ফংগদৌবা চহি অদুমদি ওজাশিংনা জি.পি.এফ. তগী লুপা খরদং পুজগে হায়দুনা দরখাষ্ট থাজবদা লুপা চামা-চনি য়েপত্রবদি ঐগী দরখাস্তদুদা সহিকা তৌবীবা নত্তে। ওফিস কুম্মখ্রবা মতুংদা চৌকিদারগা মান্নবগা ওফিসকী মমল য়ান্নবা পোৎ কয়া নোংমা-নোংমগী উচী-চাক হোন্দালোইশিল্লি হায়বনি। অঙকপা মখলগী লীলানি ওফিসশিংদা শান্নরিশিংশি। মদুমক্তী ঐখোয় ওজা ওইবশিংদদি শুকলৈমক-লৈত্রেহায়বনি। নোংমা নঙমক্লা ঐঙোন্দা তমখিবা নত্রো? ওজা চন্দ্রশি করি পোৎ তাহৌরনো লম্বীগী মতাইদা নোন্থদুনা চৎলিবশিবু-হায়দুনা অচৎ-অওক্লা হংনহৌই হায়না। লম্বী শোরোক-চৎচবফাওবা ইমায় হাইগত্তুনা লম্বী ময়াই ফাওবা চৎচদ্রবা ঐনি। সরকারগী থবক তৌরিঙৈদশু অদু মঙাই।

নোংঙানবগা লাইরিক ঙাইহাক পাবা, য়ুমগী থবক খরা তৌরম্লগা স্কুলগী এশেম্বলী নংনবা গেৎশো লোন্দ্রিঙৈদা স্কুল কমপাউণ্ড মনুং চঙহৌনবা হায়দুনা চাকঙন চাবগা চৎলে। সেভেন পেবড লোইরকপদদি পুং মরিমখায়দি অদুম তাখ্রে। বস ঙাইবগা করিগা তৌরিঙৈদা য়ৌরকপদি পুং তরুক্তি অদুম মতাখ্রে। মসিসু নোংমা ফাদোক্কী ব্রা নত্তে। ঐগী থবক্কী পুক্সি চুপ্পনি।অসুমনা চহি কুম্ভামরি-মঙা চুপ্পনা মিনাই ওইদুনা লৈরকলবনিনা খুঙ্গং লৈকাইগী ইচা-ইনাওশিংগী মচা-মশু ফাওবা মশক খঙদ্রে থবকতা থব্রায় য়াওরিঙৈদা। ঐখোয়গী মতম অদুদি ওঝা ওইবগী শিনফম অশিদদি হাবিজাবী শেনজা-থুমজা কনাম্মত্তুনা তৌনদে। ঐসু তৌবক্রে। শেনজা-থুমজা তৌরকপগী মহুৎত্তা ছাত্রশিংগী মমা মপা গার্জিয়ান ওইবা কনাগুম্বা অমা ঐখোয়গী স্কুলদা লাকপা য়াওরবদি ঐখোয় ওঝা মশেল তুমিন্না শেল খাইগৎনরগা ক্লা-হৈ চানচিংবা লৈরুরগা পীজ-পীথক তৌদুনা সেবা তৌরিবনি। অসুম্না তৌরকখিবা ওঝা অদুগী মফমদা করম্বা মীওইনা ফত্তবা থবক তৌরক্কদৌরিবনো ?

- ঐদি মতমদুদসু অদুম হায়জেনা, মখোয় বাবা মঙাইরে থবক ফরিবশে, ওক্লা নীল্লগা লমহুইনা মনা ফংখিবদি শোয়দ্রবনি হায়না ফংবু ফংখিদব্রো ?

- মমা নঙ্ ভাব অমদা চৎখ্রে। ঐনা তৌজরুবা থবক অদুগী মনানিনে থা-থাগী তলব ফংলিবদো। ঐনা য়াম্না থবক ফরুবগী ব্রাফম করিসু লৈত্তে।ঐনা ঐগী

তৌফমথোকপা ইথৌ অদু মপুং ফানা তৌবনি। মদুতৌদ্রবদি ঐবু মীনা থীনা ঙাংনবা তাবনি। ঐ কর্ম য়োগীনি। শ্রীমদ্ভাগবতগীতাদা কর্ম য়োগগী মতাং ঐনশু নঙোন্দা পাহল্লি, পারগসু তাহল্লি অসিফাওবদা নঙ্না করিমত্তা ভাব তাদ্রিবসিবু নঙ্বু পঙ্শীল্লব্রো ?

- পঙ্শীনবগী ৱাসু নত্তেদা, অদুক লুবা অদুবু ঐখোয়না পারগা হেক্তা ভাব তাগদবা নত্তেদা।

-অদুবু অমুক ভাবতানবা তাকখিবা তারিব্রা ঐবু?

-ঙরাং অঙাংশিংদা তাকখিবা পারাশিংদু ভাব তাদ্রে, পারা ফারক্ত্রে হায়রবদি মখোয় বাবা করম তৌগনি।

-অদু ওইরবদি ফুথবা তারেদনা।(ঐসু মমাসু নোকই)

-(মমানা নোক্লা নোক্লা)-ঐঙোন্দগদি ফুবী লাকপীরক্কনুকো।

- নঙোন্দা ফুবগী মতম লৈতে ঐ। নুপী নঙ্ অমা পঙ্মন-লাকমনপ্রে, নঙ্নসু হংলক্তবনিনা ঐদি নহাক ভাব তারম্লগনি খন্দুনা অদুম লৈবনি। ভাব তাদ্রবনিনা তাকপা তারেদনা। নহাক মরৈ-মরাং য়েৎলক্কনুকো। ঐনা হায়বশিং নহাক্লা তৌগদৌবনি। হংলকপা ৱাহংশিংগী পাউখুম পীগদৌবনি। ফরে হৌজিক হৌরশিকো - নহাক কৈথেলগী লমতু-শেংবী ৱাইশিংপী অমনি হায়না খল্লো। পুং নিপাল তারকপা মতমদদি দুকান্দারশিং, পোৎয়োনবীশিং কৈথেল কানবক্কদৌরিবনি, দুকানথোঙ্ হাংনরগদৌরিবনি। মসিদা নহাক করম্না থবক তৌগনি ? খুম্মো।

- অদুবুদি খুম্বীগেনা - অয়ুক ঙন্না, পুং মঙা-তরুক তাবা মতমদা হৌগৎলগা কৈথেল পোৎফম, অদুগা দুকান মমাঙ্শিং শেঙ্না ৱাই শিংতোক্কনি, অমোৎপশিং মফম অমমমদা পৈশিংন্দুনা থমগনি। হোরেন অমোৎ-অকায় লৌথোকপা লাকপা মীনা য়াম্না থুনা লৌথোক্খিবা য়ানবা, পুম্নমক অসি পুং তরেৎ মখাই ফাওবগী মনুংদা লোইবা ঙম্নবা অসি মঙাইদনা।

- ফরে ! নঙ্না ৱাই শিংলিঙৈদা নঙ্না ৱাই শিংপগী মনা-মথুম কয়া য়াম্না ফংগনি হায়না খল্লগা ৱাই শিংপগে ?

- ঐনা ৱাই শিংলিঙৈদা মনা মথুম ফংবগী ৱাদি শুকখন-হেক খল্লুদে। ঐনা খল্লিবদি- অমোৎ-অকায চিংথ-নাম্বাহৌদনা পুং তরেৎ মখাই ফাওবগী মনুংদা

য়াম্না থুনা লোইশিল্লগা য়ুমগী থবক খরা তৌহৌনবা অসিদনি ঐনা খল্লগ ব্রাই শিৎলিবা।

- নহাক্না ব্রাই শিৎপা মতমদা, অসিনা দুকান অচৌবনি মাগী মমাঙ অসিনা খর নান্না শিৎকে, অদুগা অসিনা দুকান মচানি, পানদুকান্নি মখোয়গী মমাঙ্ অসিদি নান্না শিৎলুবগী করি কান্নগবনো হায়দুনাগা খন্দুনা ব্রাই শিৎপগদি য়াওদবরা ?

- অদুগী ব্রাহংদুবু হংবা য়ারনে ?

- ঐনা ঙশাইনা মরৈ য়েৎলক্কনু হায়খ্রবনি। ব্রাহংগী পাউখুমদুনি ঐনা নঙোন্দগী পাম্লিবসে।

- ঐনা ব্রাই শিৎপা মতমদা দুকান অচৌবা মচাগী করিগুম্বা ব্রাফম অমত্তা খনখিব লৈতে। ঐগী তৌদবা য়াদবা ইথৌনি। মসিদগী ফংলকপা তলব অদুনা ঐগী ইমুং-মনুং হিংলিবনি। থবক অসিদা ইকাই ইকি করিমতা খন্দনা ঈশ্বরনা ঐগীদমক পীনবিরবা ইথৌনি অসিখক্তনি ঐনা খঞ্জরিবা হায়ববু।

- অদুনিনে মমা, গীতাদা য়াওরিবা নিষকাম কর্ম (অনিংবা, অপাম্বা লৈতব থবক) হায়রিবদো। করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা অচান-মীয়ান নাইদনা, অচৌ-পীশক খাযদনা, কল্লক-মীহৌ য়াওদনা, ঐগী তৌদবা য়াদবা ইথৌনি খন্দুনা থবক অদুবু মওং তানা ফজনা তৌফম থোকপা অমতা চিংশদনা তৌরিবা থবক অদুবুনি ঐনা তোয়না-তোয়না গীতাগী নিষকামকর্মযোগ হায়দুনা পল্লিবদো। অদুনি ইবেম্মা ঐনা স্কুলদা তৌরিবা চৎলিবা অদো। ব্রাই শিৎপা মতমদা অচৌবা দুকান মমাঙ্না ফজনা নান্না হেক শিৎ, দুকান মচা লাইববগীনি হায়দুনা উনা শিংনা খরা শিত্তোক্লগা চমোৎ-চমোৎ থন্নল্লবা, ওঝা ওইবশিংনা মচা ছাত্রশিংদা হৈগে হৈয়ু-হৈরোই তোকউ তাকফম থোকপা খরা তাকপিরগা লোইরে হায়দুনা তৌরবদি মদু তৌহৈদবা থবক হায়বদু ওইগদৌরিবনি। মনা-মথুম ফংবগী ব্রাফম অদুনা শান্নরোইশিংগীনি। ওঝা ওইবা হায়দুনা ওইরিবা অসি সবকারগী মীনাইনি, হায়বদি শিন্মীনি। ঐখোয় অঙাংশিং শেন্নীবনি।

- ও ! খঙ্ঙে হৌজিক্তি, লোইনা ভাব তাজরে।

- উম ! ভাব তারৈনি। নঙ্ নত্রো ! নচাশিংনা তন্নীবা স্কুলগী ওঝা অনী-অহুম কারক্তে হায়দুনা ছুতি ঙন্না থাদোক্লকই হাযদুনা 'করম্বা ওঝানো মথৌ তৌনিদি খঙ্দবা তলবতা ঙাইদুনা লৈবা মখোয় অদুদি থবকতুম থদৎকদৌবনি হায়দুনা চৈ-থাংদুনা ঙাঙ্খিবদুবো'?

- ঐসু ঐনা চৎলিবদো মীগী মচা তম্বীরুগদৌরিবনি। শোমদনা ঐগী ইচাশিং মীনা তম্বীহৌরিবনি। ঐনা স্কুল কাদ্রগা লমদুগী মীনা ঐবু থাগৎনগদৌবা নত্তে। নঙনা শোমদা চৈখিবা অদুমহায়না ঐবুসু মীনা চৈনগদৌরিবনি। অদু থোক্তনবা ঐনা স্কুল চাং নাইনা কাবগী ৱানি ইবেম্মা খঙঙেদনা।

- অদুবুদি চুম্বা, মনাদি মকোক্লা অদুম মফংখিকো। নুপীনি হায়দে, অচুম-অচুম্বা অশুম হায়রক্লবদি - খজিক-খজিক ইকাইগুম শাওনিংগুম হেক তৌবকই। হায়ফম খঙ্দে, খুমফম খঙ্দে। অদুবু নুপানি হায়শাদুনা মমাদসু চৈ-থাংলুরি। নুপী নঙ নাচন মথীনা পাউহোমলক্কনুকো হায়দুনা। তাঞ্জাদুমক্তদা কনা গুম্বা অমনা ইংখোন্দা মণ চঙ্লে হায়দুনা কৌবকপদগী মমাদু ফুক হৌগত্তুনা চেনখি। মমাগী অচুম-অচুম্বা ৱাফম কয়াদু খল্লু-খল্লুরগা ঐঙোন্দদি য়ুহারহাবগুম থোকউদুনা ঐগী তুমদুনা লৈজরম্বা মৈগী চীং পোকখায়বক্তুনা লাভা খর-খরক কাপথোকপা হৌরক্লে।

---

# অহুমশুবা তাঙ্কক

চহি কুন্থ্রামবি-মঙা সরকারগী স্কুল ওঝা অমা ওইরকপদু, ওঝা অমনা অসুম্না থবক তৌরবদি সরকারনা মশক খঙ্বা, ইকাইখুম্নবা ওঝা অমা ওই হায়দকাওবা হেক খঙ্দনা থবক তোকপগী মতম শুরক্লুনা পেন্সন ফংবা হায়বদু হেক ওইখিদা। মখোয় মমানা হায়খিবা ৱাফমশিংদুনা অচুম্বা ওইরবা - মখোয় বাবানা সরকারগী মনা-মথুম ফংবা ওঝা অমা ওইবিনিংলর্বাদি স্কুল কাবগী মহৈত্রা ইন্সপেক্তর দাইরেক্তরগী ওফিসতা খরা তোয়না কাবিদু। অদুমতৌরবাদ কুমশি শেয়খ্রবসু নোংমৈদি...। ঈ-পাউ লৌবসি য়ুমগী নুপীশিংনা যাম্না কুপথনা লৌবা ওল্লীবসিমসু অঙকপা অমনি। মনা- মথুমগী বাদি ঐখোয়না নোংশাগী মমৈ ওইরুবানিনা করি গুম্বদদু খল্লুবা নৈতে। খল্লুরবসু ওইরোইদৌবানিনা। নুপী অভাং ফওবা মনিপুর সরকাবগী হবী-জাবী পুম্নমক লোইনা খঙ্নরবা জাংনি। মমৈত্রা লাইরিক নয়েক উক্লৌবদগী পাউচে পাবদগী খঙ্লম্বসু যাউ। মখোয় খঙদনবা লোম্না তৌকবা থবকপু হেক্তা খঙ্লম্মী, মসিনা কনম তৌবব" নুপীনা লৌবা পাউ অসিদি চানদা চামা চুম্বাজাংনি। মখোয়না হায়বগ ভাঙ্ডকপদা ঐখোয়না খবা শাওশিন্না খরা লাওশিন, খরা নোকশিন তৌবগী রানি। মসিনা ওইবা তাই য়ুম্বানবগী পুন্সিদা নুপী হায়বসি নুপাগী হকচাং তঙ্খাই অমনি হায়নরিবসি।

থবক তৌরিভৈদগী পেন্সন ফংলবফাওবদা খঙ্বা ঙমদনা ঙভ্ভুনা লৈরিবা ৱাফম অমনা 'স্কুল, কোলেজ কাগন্দবা ওঝাশিংনা স্কুল, কোলেজ কারক্তবদদি হেদনসু প্রিন্সিপালনসু খঙ্দে-উদে। ছাত্রশিংনসু করিমতা ভাঙনদে; প্রজাসু মচিন কোৎর্চিল্লি। সরকারগী ইন্সপেক্তিং ষ্টাফসু মমিৎ উদে, মনা পঙ্শিল্লি। মথৌদা থৱাই য়াওজবা স্কুল কোলেজগী কাগনবা ওঝানা নোংম-ফাদোক হেক কাহৌদবদা ছাত্রশিংসু ইরাং হৌই। হেদসু মমিৎ চোংথোক্কদৌগুম তৌই।

প্রজাশিংসু লুম্বু-লুম্বু শাগৎলি। ইন্সপেক্তিং ষ্টাফসু মশা পাল্লি। মসি ঐনা থবক তৌরিঙৈ মতম অদুখক্তগী নত্তে, হৌজিক-হৌজিক ফাওবদা তৌনরিবনি। মসিগী চৎনবি অসি স্কুল কোলেজখক্তদা তৌব্রা খনবনি, অদুবু সরকারগী লোয়শঙ অয়াম্বদসু তৌই হায়নৈ। মসিগী মরম অসি হৌজিক ফাওবা হেক খঙদনা অদুম লৈরবনি ঐসে।

নুমিৎ অদু নিংশিংলকই। ঐখোয় স্কুলগী এনুয়েল স্পোর্ট ফেস্তিবলগী প্রাইজ দিস্ত্রিব্যুসনগী ফংশন্দা মতম'দুগী ইদুকেসন মিনিষ্টরনা অথোইবা মীথুং, এনিমেল হজবেন্দরী, সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজিগী মন্ত্রীনা অখন্নবা মীথুং ঐখোযগী হেদমাষ্টরনা সভামপু ওইদুনা পাঙথোকখিবা ফংসন্দো। অখন্নবা মীথুংনা মহাক অচিনবা থবক অমা লৈহৌই, মহাক খরা গুন্না চৎখিগে মসিগীদমক্তা ময়াম্না ঙাকপিয়ু, রা ঙাংবসি ঐনা হানবা তারে হায়দুনা মহাক্না হান্না মীয়ামদগী অয়াবা লৌখি। মীফম হৌদোকপগী তরাম্না ওকচবগী থৌরম লোইবগা অখন্নবা মীথুংনা মাগী ভাসন হৌখি। পুংখাই অমরোম চুপ্পা ওঝাশিংদা ত্যাগকী, কৎথোকপগী, মহাভারতকী গুরু দ্রোনাচার্য ওইননবা পাউতাক কয়া পীরীবসুগা চৈ চাবা ওঝাশিংবু চৈবিরম্লগা লেঙবীখরে। মন্ত্রী ইবুংঙোগী ভাষনদা ওঝাশিংবু থাগৎপা অমদি থোইদোক হেন্দোক্লা ইকাইখুম্নবা উৎপীরম্বগী মহুত্তা মখৌ পোঙলপ ওঝাশিংবু ত্যাগকী পারা নৌহৌননা তম্বীরম্বগা লোয়ননা মহৈ তম্বীবদা মহাভারতকী গুরু দ্রোনগুম্না মমিং লৈবা ওঝা অমমম ওইনবা পাউতাক কয়া পীদুনা ঙাংখি। প্রাইভেৎ স্কুলগী ছাত্রনা চহি খুদিংগী মেত্রিক পরীক্ষাদা মকোক হেক-হেক ওইবকপদা নত্তনা পাস তৌবগী চাংসু হেল্লি। অদুগা সরকারগী স্কুলশিংনা জিরো চৎপনা লম্মী। প্রাইভেৎ স্কুলশিংবু মীয়াম্না পান্নরকপগী মরমদা য়াম্না মরীক চুম্লবা ভাষন পীবীরম্মী। মন্ত্রীজীগী ভাষন্দা ছাত্র-ছাত্রী অমসুং গার্জিয়ানশিংগী খুবাক খুবগী মখোন্না পুমনিল নিলখি হোলদু। ঐখোয় ওঝাশিংসু মায় ঙাংলপ-ঙাংলপ খুবাক মখোন্দি থোকহন্দনা মীয়ামগা লোইননা খুবাক খুবা য়াওরি। ফংসনগা মরী লৈনবা রাফমদি অমতবু পনবীরমদে। মহাকমক্তী বিভাগসু নত্তে ইদুকেসন্দি। বিভাগকী মপুদি মযা কাবমখৈ তাদুনা লৈরি। তশেংনা হায়রবদা হায়স্কুলগী ওঝাশিংসি বী.এ., এম.এ. ঙাক্তনি মঙোন্দগী চহি হনবসু কয়া য়াওবিবনি। মন্ত্রীবু ওইখ্রবদি মী উশিৎপগী রাসিদি শুকলৈমক লৈখিদ্রবজাৎনি। মপুন্সিদা মশাগী কান্নবখক নত্তনা মীগী কান্নবা তৌরক্ত্রবা

মখোয়না হৌজিক মন্ত্রী ওইরক্লবা মতমসিদা লৌশিন্নবগীদমক মখুৎ লিশিং পাল্লিংলক্লবা মতমসিদা ঐ মন্ত্রী ওইরবনি হায়বগী নাপল অমগা লোইননা ত্যাগকী পারা নৌহৌননা তন্বীরকপদুদা ঐনা কয়াদা ৱানা নোক্লিংবা খাঙ্খি। ঐগী লাইৱক ফবা হায়গদ্রা করিনো মন্ত্রীজীনা লেংবীখ্রবা মতুংদা ওঝাশিংগী মনুংদগী চহিদা অহল ওইরুবনরা ঐবু ৱা খরা ঙাঙ্নবা হায়দুনা কৌশিনবিরকখি। খুৎ লোন্নদুনা মীয়াম্বু ইকাই খুম্নবা উৎচবগা লোইননা ঐহাক রোষ্ট্রম লৈরিবা মফমদুদা চংশিল্লী। অহানবমক্তদা অথোইবা মীথুং, সভাপতি লোয়ননা মীয়ামগী মফমদা নোল্লুক-ৱাহৈ থমজরবা মতুংদা অখননবা মীথুংনা পীবিরম্বা ভাষন অদু ওঝা ওইরিবা ঐখোয় ময়ামদা শীংনদুনা হংবীরম্বা ৱাহং ওইনা লৌজরগা মদুগী পাউখুম পীবা ওইনা ঐহাক ৱা ঙাঙ্বা হৌই।

ঙসিগী ফংসন অসিগী অখন্নবা মীথুং ওইবিবম্বা মন্ত্রী মহোদয়না থোইদোক্লা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরম্বগীদমক স্কুল অসিগী ওঝাশিংগী মায়কৈদগী মন্ত্রীজীবু হন্ন-হন্না থাগৎচবা ফোংদোকচরি। সরকারগী ওঝা ওইরিবা ঐখোয় মহাভারতকী ফাওরবা গুরু দ্রোনগুম তাকপী-তম্বীবগী লমদা মিংচৎ ফংনবা ফজরবা পাউতাক কয়া পীবিরম্বা ওঝা ওইজরিবা ঐখোয়গীদমক্তদি থোইদোক্লা লাইৱক ফবা ৱাফমনি। অদুবু অৱাবনি স্কুল অসিগী সরকারগী ওঝা ওইজরিবা ঐখোয়না গুরু দ্রোনগুম তাকপী তম্বীদা মিংচৎ ফংবা হায়বদুমদি ওইথোকপদা খরা ৱানা থোকপা তাই। মরমদি গুরু দ্রোননা তম্বীখিবা পাণ্ডবকী অর্জুনগুম্বা ছাত্রদি ঐখোয়গী স্কুল অসিদা অমফাওবা য়াওদে। গুরু দ্রোনসু পাণ্ডব মচিন-মনাও য়াওদনা, কৌরবকী মচিন-মনাওখক তম্বীরম্লবদি গুরুদ্রোন মমিং কনানসু খঙ্নরম্লোই। ঐখোয়গুম্লা মীয়াম্লা শক খঙ্বিদনা লৈবগুম লৈরমগনি। মীয়াম্লা সরকারগী স্কুল হায়না শক খঙ্নরিবা স্কুলশিং অসিদি অর্জুনগুম্বা, একলব্যগুম্বা ছাত্রদি অমতা য়াওদ্রবনিনা পুক্সি অসিমগী ওইনা গুরুদ্রোনগুম মিংচৎ ফংবদি শুকওইমক ওইথোক্লরোই খনজে।মরমদি ঐখোয়না ঙসি সরকারগী স্কুল অসিদা তম্বীজরিবা ছাত্রশিং অসি সরকারনা অমদি মীয়াম প্রজাশিং অদুগী এদমিশন তেস্ত একজামিনিশন্দা খৎ-খৎ খৎতোক্লক্লবা অদুগুম্ববা ফৌথী-ফৌহাম মক চঙহনবা ঙমগদৌবা ওজা গুরুদি মালেমদা ঙসিফাওবদা পোকখিদ্রিব্রা হায়না হায়জনিংই। মীয়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুনৈ। মী থুংলেন ওইরিবা মহৈ লৌয়শঙগী মন্ত্রীদি ঐগী ৱাফম অদুনা মখোয়দৌদা চিকউরবরা করিনো খঙদে ঐঙোন্দা পৈরপ তৌনা য়েংদুনা লৈ। মীফম মপু ওইরিবা হেদমাস্তরনা ঐঙোন্দা

অমুক য়েংদুনা লৈরম্মী। তশেংনমক ওজা ওইবশিংনা ৱাহংগী পাউখুম পীদ্রিমখৈদি মশাদা নুংঙাইবা ফাওদে। অদু মন্ত্রী মহোয়দুগী ৱাহংশিংগী পাউখুম খরা পীবা হৌখ্রবা মতুংশিদদি ঐসু নুংঙাইবা খরা খরা ফাওরক্লে। ঐ ভাসন মখা চংথৈ- মশা মশানা মতম অমসুং ৱাখল চংনা শেমজ-শাজবা পোৎপু অফবা, ফজবা অথোইবা ওইহল্লিংলোইদবা শীনমী কনাবু লৈরমগদগেনে মালেমশিদবু? মশা মশানা হুমাং তানা শু-নোমদুনা উজবিবা লৌ, মখুৎমক্তা হোৎনজদুনা ঈশিং চাইজদুনা মখোং শোমদুনা হোৎনজরিবা মহৈ-মরোং, মনা-মশিং পুম্নমক খুঙ্গং লৈকাই অমদি লৌকোন অদুগী মনুংদা ফৌথোক চাথোক হেন্না থোকহল্লিংদবা লৌমী শীনমী কনা লৈরমগদগে? লৈবক্ফম শুথোক-থোক্তে, লৈশু লৈবমল্লোই, লৈশু লৈতে। মচা-মশুবু মীথোই-মীহেনহননিংদবা মমা মপা কনা লৈবমগনি। সরকারগী ওঝা হায়না খঙনরিবশিং অসিসু মযুমদা তুম-তুমদুনা লৈবগা তলব খক চাদুনা লৈবদি নত্তেনা। ঐখোয়গী স্কুল অসিগী মনুংদা কনানা অফবা কনানা ফত্তবা ঐ ইশামক্তা হংলবদি অদুগী পাউখুম ওঝা ওইরিবা ঐনা পীবদি খরা লুনা থোক্কনি মবমদি- ঐ ইশামক অদুগা অতোপ্পা ওঝাশিংসু, শাববা কালেনগী নুংশালক্তা ময়াদা কোঙ্গোন কাবমখৈ কা মনুংদা ফল্লিবা ছাত্র হুমফুতরা তানবা লোয়ন-লোয়ননা ছাত্র কনানা কবি তৌরি পুম্নমকশিং য়েংশিনবগা লোয়না তাকপী তন্নীরিবা ওঝা অদুনা মচা ছাত্র ওইরিবশিং অদুগী মনুংদা কনাবুনা ফেল কনাবুনা পাস ওইহল্লিংঙমগদৌরিবা? ওঝা ওইবশিংগীদি পুম্নমক পাস ওইহনবা হায়বা অসিনি। মীয়ামগী মফমদা ৱাহং অমতগা হংজগে - মমা-মপা ওইবা কনানা মখোয়-মখোয়না পোকচদুনা যোক থাকচদুনা চাওরক্লবা হৌজিক-হৌজিক্তা স্কুল কাদুনা লাইবিক তল্লবা ইচাশিং অসিবু মমা-মপা ওইবশিংনা চহি অমগী মনুংদা মঙ্দা কযাবক-কা উবিখিবা যাওবগে ? কনাগুম্বনা উবিখিবা যাওববসু উখি নত্রগা উখিদে হায়বদু চুম্না পাউখুম অমুক্তা লেপখৎলগা পীবিরকউ। মীয়াম তুমিন-তুমিন লৈনৈ। কনামতনা পাউখুম পীবিরক্লে। মন্ত্রীদি ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। ঐ মখা অমুক তানবা ৱা ঙাঙ্বা হৌই। মযাম্না পাউখুম পীবিদ্রবনিনা ঐ ইশামক্তা পাউখুম অদু পীজবগে, ময়াম মুন্না তাবিয়ু। ওঝা ওইবশিংনা নোংমতা কাংদনা মমঙ্দা উবিবসি ঐনা পোকচবা ইচাশু নত্তবা মীনা পোকপা ঐখোয়গী ছাত্র ওইরিবশিং অসিনি। অমুক্তা হেন্না উরিবশিং অসিনা ওঝা ওইবা ঐখোয়গা অৱাই-অখুম তোয়না তৌনবা ছাত্রশিংনা তোইনা উবা হেল্লি। ঐনা পীজরিবা পাউখুম অসি চুম্মী চুমদে হায়বদুদি অঙাংশিংবু নুংশি চান্ননা লোয়নবিরকপা

ওঝাশিং, অদুগা খুল্লক্কী পুং-ঈশৈ তম্বীরিবা ওঝাশিংতনা খঙ্লমগনি। মীয়াম খুবাক প্রোক-প্রোক খুনৈ। অসুম্না ওঝাশিংনা ছাত্রশিংবু অফবা মীকোক থোংবা মীওই অমমম ওইহনবা গুম্নবা মখোয়বু তাকপী-তম্বীদুনা ব্রারক-ব্রাতেমদুনা নুমিৎ খুদিংগী হোৎনজববুদি কনানগু উবিদে খঙ্বিদে। চাক-চগ্রিং অমনা চেং চেংকোক অমা মাংথোকই হায়বগুম মথৌ নিংথিনা তৌদবা, অঙম অথৌ মন্ত্রী, এম.এল.এ.না চানবিবা মরাইবক ফবা কনাগুম্বা ওঝা খরনা লোয়না মাংথোকপীরব্রা হায়না খঙ্জে। ঐ-ঐগী স্কুল ছাত্রশিংনা মেট্রিক পরিক্ষাদা মকোক মথং তারকপসু নত্তবা সেকেণ্ড দিভিজন-থার দিভিজন্দা পাস তৌরকপদা ওঝাশিংনা শেল খায়খৎনদুনা ইচা ছাত্রশিং অদুদা পুক্লিং থৌগৎপীবা ওইনা মনা-মথুমকা পীদুনা তৌরুবিবা ওঝা ঐখোয় অসি পঙ্দুনা তৌরুবা তারব্রা ? হোয় মীয়াম্নি ওঝামুক পঙ্বা মীদি ওঝাতনি হায়নরিবনি। মরমদি - ইচাসু নত্তবা, মীচাশিং অসিনা পরীক্ষা পাস তৌবকপদা মশানা মশাবু হেক কাওথোকচবমখৈ নুংঙাইজবা গুম্মী হায়না। অমসিমসু ওঝা পঙ্বগী ওইবসনু। ইচা নত্তবনা পাস তৌরকপদা মশানা মশাবু কাওথোকচবমখৈ হরাও নুংঙাইজবা গুম্বদি মালেমসিগী মনুংদা ওঝা সমাজখক্তনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোক্তি।

হন্দক্তি মন্ত্রীসু পুম্নমক খুবাক লোয়না খুনৈ। ঐনা ঐখোয় ওঝাশিংগী পঙ্জবগী পমান পীবদুদা চুম্লববা কবিনো অদুদি খঙ্দ্রে। ঐ ভাষন মথা চংথৈ অসিগুম্লবা অপঙ্ব। ওঝাশিং গুসিদি সরকার অমসুং প্রজাশিংগী চৈনফম ওইরবনি। মরমদি ফৌথী গৌহামের মরু চঙ্হল্লবা লোংনরবনা। সভাপতিনা না ড্রাংবা লোইশিন্নবা ইঙ্গিং পীবকপদ্দা মতাং চাবিজ্রেল লোইশিনখ্রৌবনা ফর্নি খন্দুনা মতাং অসিদা ঐগী হাকচাং লোইশিল্লরে, হায়দুনা মথানদা অম্রুক ভক্তি তৌরম্লগা ঐহাক থোক্লক্লগা ঐগী নমফনদা ফম্মী। আধানিংবা রাফম নখামদি লৈবিরবনি অদুবু মতম ফংদবনা লোংদোকপা ফংখিদে। রাফম অদু হৌজিক ফাওবা পুক্নুংদা ফুমদুনা অদুম লৈরি। মখোয় মমানা মণ তাম্লবা হল্লরগা বাধাদি ঈংকজরকনি হায়রগা হৌজিক ফাওবা ... ? ঐ মিৎ খঙ্পাঙ্ পাঙ্ই - এ! ঐদি ওন্থোকপা রাফম অমদা তাওদুনা লৈবমলেদনা, ঐ ফুক হৌগৎলি অদুগা মমাদা 'গুসিদি কৈথেল কাবা ঐসু যাওগে, অহাওবা যেনশাং অমদি চানিংসি, হায়রম্লগা ঐ ঈরুজবা চংলে। মমাদি হোয়সু হায়দে-মাইসু হায়াদ তুমিন্না অদুম লৈহৌই। লম চৎথোক্লমদাইদা ইমুং-মনুংদা নুংশুক-নুংজাননা লৈহৌব'সিসু মপা ওইবা ঐখোয়দসু য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ফাওই। মখোয়গী নুংঙাইতবদু খরমখৈ

কাওথোক্লবা হায়দুনা ঐনা কৈথেল চৎমিন্নসি অদুক হায়রুবনি।য়ুম পাল্লকপদগী চহি নিফু-য়াঙ্খে শুজিল্লক্লবফাওদা নোংম-ফাওবা মখোয় মমাগা কৈথেল চৎমিন-খোৎমিন্নবা অমুক্তা তৌরক্তবনি, ঙসিগীসিনা পুন্সিগী অহানবা ওইগদৌরিবনি। ঐনা ঈরুজবা কারকপদা মমা মচা মখোয় পুনশিন্নদুনা করিনো অমা যেংনবগুম্লা উই। ঐনা শুমাং য়ৌরকপদা ইচানুপী অতোনবীনা হায়রকই-বাবা, ঐখোয় তামোয়াইগী চিঠি লাকএ। বাবানা থাখিবা লুপা লিশিং অনীচামঙাদো ফংঙে হায়য়ে। মথং থাদদি লুপা লিশিং অনীখক্তং থারকপা য়ারনি ফোর্ম ফিলপকী লাস দেৎ তাং ২০দনি, অদুগা তাং ১৫/১৬ ফাওবগী মনুংদা ফংননবা থারকউ হায়য়ে। হন্দক্তি ইচেগা ঐখোয় অনীগীনে, তামোগীনে লাস দেৎ অহুম্লা নম্থবদা বাবা পাক্কদৌবিদনা। পুক্লিংদা খল্লি- মীরমদা লৈখিবা ইচাগী চিঠি লাকই তাবদা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা, অদু পাক্লরগা লুপা থারকউ হেক ইরম্বদা কোকচাওবী ফুং কায়। মসিবু ঐঙোন্দতা তৌবা জাৎলা ? উম! হন্দক্তি নুংঙাইগদৌরি হায়রম্লগা ঐহাক ইমুংদা চংলগা ফি তোংদোকই। খল্লি পুক্লিংদা অসুম অসুম হান্ননা সার্ভিস অদুগা তলব, হৌজিক্লা পেন্সন, পেন্সনসু তাংমুক্তা শাংবা মযেক থোক্লবা। পেন্সনা ফংলগা ঙাওবি ঙাওরি তৌই হায়নরিবসি তৌদা তৌবমগদৌবা মাল্লে। সার্ভিসকী কলমগী তবল লুপা লিশিংতরেৎ-নিপাননা শিল্লিঙৈ ফাওবদা কোন্নদ্রগা পেন্সনগী লুপা লিশিং অনী-অহুম্লা শিল্লকপদি কদায়দগী কোন্নবিরা। মতাং অসিদদি অদুম ঙাওবা তাবনি। রাখলশিংসি খন্ন-খন্না ফিবোল শেৎচিনবা লোইরগা থাও তৈবিঙৈদা মমানা চংলক্লগা চিঠিদু ঐঙোন্দা পীবে। ঐ শম-নুং হাৎপা লোইরদুনা ঙাইগাক চিঠি পাদুনা লৈ। মমাসু মফি মবোল তোংদোকপা লোবদুনা চৎলশিরা হায়রকই। যাবে চৎলসি হায়দুনা ঐখোয় অনী কৈথেল কাবা থোক্লক্লে। ইচা অনীদনা ঐখোয়বু য়েংদুনা নোক্লনা লৈহৌদি। অসুম্লা নুমিত্তো মমাগা কৈথেল কামিল্লবগা মখোয়না চানিংবা যেনশাং-নাপী, ঙা কিল্লো অমা-অনী লৈরগা থোং-থাক্লুনা ইচাশিংগা বন্দী-ব্লাকই শানদুনা চাক চামিন্নবে। চাক চান চানা মখোয়গী মথরায় নুংঙাইনবা মচেদা অমুক মনাওদা অমুক মমাদা অমুক নঙ্গী কবি লৈরকউগে, নঙ্গী অপাম্বনা কবিনো, নখোয়না পাম্বা লৈহন্নিংবা পোৎশিংদো ইরেম্মা নঙনা চাক তোক্লগা চে অমদা ইবগা ঐঙোন্দা পীরকউ, অসুম্লা মমা মচা মখোয়গী পুক্লিং ফাথবম্লগা ঐহাক চাক তোক্লক্লে। ঐগী কাদা চঙলগা সৌবজগতকীদমক মঙ তমদুনা অদুম তুমথখরে।

অহানবা মিকপ অমদি য়াম্না নুংঙাইনা তুম্মুরমাল্লে, মীকপ থোক্লকপদগী অমুক হন্না তুমথবা য়াদ্রে। নোংঙানবা ঙাইহাক ঙাইবদুদা ঐনা খল্লিবা ব্রাখল ময়াম অদুদি রাজনীতিগী ওপোজিসন লিদরনা জেলদা লৈবা মতমদা খনবা ব্রাখলশিং অদুদগী ঐনা খল্লিবা অদুনা হেল্লমগদৌবা মাল্লি। ব্রাল ক্লোক্লা পুং অহুমগী বেল খিংলকপগা ঐ ফুক হৌগৎলি। চাকশংলোমদা ইচানুপী অনীগী মখোন্দি তায় মমাদি কাঙখল মনুংদা মখোঙ্ তিংথোক্তুনা ফক্লাংদা ঙাদুনা চিন্তা তৌদুনা ফম্লী। ঐহাক উশিন্নদনা মপাল থোক্লে। চীন-য়া শেংদোক্লগা ঈরুজরগা ঐ ইমুংদা চংলক্লে। মমা-মচা মখোয় অহুম ঐগী কাদা মমানা খোংউপ শেংদোক্তুনা, ইচা অমনা তেবল মথক্তা তল-চা শেম-শাদুনা, ইচা অমনা ঐগী সুইট কেস তৈথোক-নাম্থোক্তুনা লৈরম্মী। মমা-মচা মখোয় অহুম্না তৌরম্লীবা মতৌ অদুদা মখোয়গী অয়াবা ফংলে খল্লুবদা ঐসু পুক্লিং কয়া নুংঙাইরে। মমানা হংলকই-ফিদি কবি করি পুনি ? ফি হোংদোক-হোংদোক্লা ঐনা খুমখি- শুনবা হাপচিল্লু, ফৈজোমগা পুময়াৎকস্ ? খাদিদো অদুম ঐনা খুমখি। মমানা নোক্লগা-মখোয় বাবানদি খাদি হায়জরিবা ঐখোয়নদি খুদৈ-ফুরিৎ হায়না খঙ্নরিবা। মীরমদা চৎলগা লংবৌশিংসি নত্তবা খরা নানবা পুবদি য়াদব্রা ? লংবৌরা করিনো মোৎতরগা লোইরে। ঐখোয়না অনানবা অরুবা হায়না খঙ্নবিবদি মোৎতবা তরু-তনানবা অদুবুনি 'নখোয়গী পাদ্রিৎ পাবা অদুদি ঐগীদি অমত্তসু লৈতনা। চহিগীসু খরা য়েংউ ইবেম্মা লুম্বদগী লুম্বসি চহিনা মহেল্লবোই নিংই। চহিনা নম্থবদগী খ্বাঙ্ কোল্লিবনি, য়া তেক্লিবনি, মিৎ উরক্লিবনি। দেব-কর্ম অমা চৎপদা ফৈজোম অমা ফুবিৎ অমা শেৎলগা চৎলম্বদু হৌজিক্তি চহিনা লেংবান্দা ঠর্নাফি অমা অমুক য়াম্থরবনি, ঐনা খুমখি। অমমম শুনবা লোইনা হাপলবনি য়াবানদনা ? মমানা হায়রকই। যারে যারে মদুনা মফরবনি ঐনা খুমখি। অসুম্না ঙাঙ্ন-ঙাঙ্ননা ঐদি শেৎপা লোইরদুনা চা থক্লবা চৌক্রিদা ফম্লগা চাবা হৌরে। নখোয়সু চারো-থকও, নমাগীদি ? ঐখোয়গী লোয়না লৈরে বাবা মচেনা খুল্লকই। মমানা - মখোয় বাবা এরোপ্লেনসিবু হান্নদি পুং তরেৎ-নিপালদা হেক-হেক পাইনরম্বদাই। ঙসিনা করিগীনো অসুক ঙন্না পাইগদৌরিসিবো ? ঐনা খুমখি - মফম অনী-অহুম মিজোরাম, গুৱাহাতি, কোলকাতা, দিল্লীদা পুং অমমমদি পেসেঞ্জর হাপ্লগী লেপকদৌরিবা অদুনা ঙনবা তাবা। অসুম্না ব্রারী শান-শাননা চা-থকপা লোইনরকপা মতমদা ইশেননুপা অহলসু মাগী গাড়ী মচাদু পুদুনা লাক্লগা গাড়ীদু মমাই লৈথোক্তুনা খাম্লম্লগা ইমুংদা চংলক্লে। মচেনা ইবুংঙো নঙগী তল-চা সিদা

লৈরে চাথোক্লো হাযদুনা মমানা পুথোক্তুনা তেবল মথক্তা থমলরে। ইশেনসু চাবা থকপা লোইরক্লবদুদা ঐসু যুমগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী খুরুম্লগা খোংউপ তোংশিল্লে। ইবাই চৎলসিরা হংলকই, ঐনা চৎসি হায়বদগী মমানা সুইটকেস অদু গাড়ীদা হাপচিল্লগা হায়রকই- মখোয বাবা হেক য়ৌবগা ফোন্দরা করিনো পাউ থুনা থাবিবকউকো। ঐ মাঙ্গোল দারিদা লেপ্লগা স্বোব যেংলগা সৌবজগতকীদমক খোঙশাল্লক্লে। ঐনা খুম্মী হেক য়ৌবগা যাবিবমখৈ পাউ থাবক্রু বা হোংনবক্কে। অসি হায়বল্লগা ঐ গাড়ীদা কাখৎলে। অসুম্না লাকপনা মতম চপ-চানা ইয়া পোর্ট য়ৌবে। ইশেনগা বিদাই তৌনরগা ঐ রিপোর্ট তৌবা চংলক্লে। ঐনা চংলকপগা লাওথোকরকই পেসেঞ্জর পুম্নমক্না ঈশা-ঈশাগী পোৎ-চৈ অথুবা মতমদা চেক তৌবা লোইশিনবিয়ু মিনিট কুনমঙাগী মতুংদা প্লেন থাবগনি। অসুম্না চেক তৌবা লোইবগা ঐহাক লাইবক কৎলগা প্লেন্দা কাখৎলে। লাওথোকখিবা পুংফম হেক শুবগা ধুমকেতু প্লেন তুলিহল ইযাব পোর্ট থাদোক্লক্লে।

---

# মরিশুবা তাঙ্কক

ধুমকেতু তোংদুনা লাকপনা নুমিৎ নীনীশুবগী নুংথিল পুং মরি তাবা মতমদা সৌজগতকী চন্দ্রলোক ইযার পোর্টতা থুংলে। ঐ পোৎ যাম্না নত্তে। হেন্দ বেক অমগা সুইটকেস অমগদনি। হেন্দ বেক্তু পায়রগা ঐহাক কাউন্টর মনুংদা চংলক্লে। করিবু কৌবনো মমিংদি খদ্রে। মখোয়গী কোইবৈ লেবী অদুদগী ঐগী সুইটকেস অদু য়াওরকপরা হায়দুনা ঙাইদুনা লৈ। মঙা- তরুকলক লৈখ্রবগী মতুংদা ঐগী সুইটকেস অদু যাওরক্লে। সুইটকেসতু পায়রগা মরুপ ইন্দ্র লৈবরা হায়দুনা কোইয়েং য়েংদুনা ঐ থোক্লকই। ঐনা হেক থোক্লকপদা মরুপসু থাপলপ্না থোর্ন রক্লিবা মীয়াম্লক্তুদা ঐ য়াওরকপরা হায়দুনা কোইয়েং য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐনসু মরুপ্ন উরে, মরুপ্নসু ঐবু উরে। ঐখোয় অনী খুৎ নামা--মামা শৎ শৎ থাঙ্গৎনে। পবপ্-পবপ্ চঙশিন্নরক্লুনা ঐখোয় অনী খুৎ শোক্লে। মতম অদুদা মশা নানবা পাখং মচা অমা চঙলক্লগা কদায় য়ৌগদৌবনো গাড়ী, কার য়াওরি থিনজগে হায়রে। মরুপ্না ইবুংঙো ঐখোয়গী গাড়ী য়াওরি, ঐ মরুপ্ন ওকপা লাকপনি হাযবদগী ও! য়াম্না নুংঙাইজরে হায়বম্লগা চৎখি। মরুপ ইন্দ্রনা অদুদি মরুপ য়ুম যৌনবা চৎলসি, হকচাংসু চোকথনা উই। অদুনা ফরেনে, যুমদা হকচাং- নুংজাং শেংদোক্লগা কোন্না ব্রাকিংবু চৎলবসু, ঐনা খুম্মী।

- অদুদি চৎলসি।

- ফরে চৎলসি।

অসুম্না গাড়ী তোংখৎলগা মরুপকী য়ুমলোমদা লাক্লে। গাড়ী থৌন-থৌনা মরুপ ইন্দ্রনা হায়রকই - মরুপ, ঐখোয় অনীনা ঙসাই থেংজিন্নবদো, ঐদি কৈনো'মা নিংশিংলকই।

- ঐগদি মরুপকা কদায়দা থেংজিন্নখিবা ? ঐদি নিংশিংবা থোক্কেবো মরুপ।

(মরুপ্না মোমোন নোক্লদুনা) থোক্লোই, মীয়াম মরক্তা মরুপ্না ঐ লৈব্রা হায়দুনা কোইয়েং য়েংলকপদা উনিং-উনিংদুনা লৈরম্বা মিৎস্না মরিদুনা থক-থক হেক থেংজিন্নবদুদা খুৎ নামা-নামা শৎ-শৎ থাঙ্গৎনখিবদো ...।

- ও .. হো ! ঐদি অদুগী ৱাদি নিংবু নিংশিংলুদে। করি ৱানো মদুদা নিংশিংলকইবদি মরুপ্না ?

- হেরা অতৈ করিসু নত্তে, খায়নগী ৱানিদা।

- থায়নগী করি ৱানো মরুপ ?

- থায়না নহা ওইরিঙৈ, হবাউ-কুম্মৈ, মীয়াম তিনবা মরক্তা উনিংদুনা লৈরিবী মহাকপু মরুপ-মপাংশিংদা লাকপ্রা, উব্রা হায়না হংবসু ইকাইগুম তৌ, কনাদসু হায়রু-হংলুদনা মীয়াম মরক্তা কোইয়েং হেক য়েংলুবদা উনিংদুনা লৈরিবী মাগী মিৎকা ঐগী মিৎকা কনা খঙহন্দনা থক-থক থেংজিন্নবদো ...।

- ভালোহে ! ৱাখলফাওবদি নহাওইরিদনা...। (মরুপ ঐখোয় অনী পুন্না নোকমিন্নৈ)

- 'সিবু ঐনা হায়জিনবরা তৌবু তৌখিদবরনে মরুপপো ?

- পুন্সিদা মদু থোকখিদবা মীদি অমত্তসু য়াওরম্লোইদ্রা মরুপ।

- মসিদিনে মরুপ, নুপাদবু ওইববসু, নুপীদবু ওইরবসু য়াম্না নুংশিনবা মহাক উদ্রবদি লৈঙমদ্রেকা হায়নবা নত্রগনা য়াম্না নুংশিনদবা মি নেৎনবা য়াদেকা হায়বশিং অদুদতা থোক্কাল্লসু হায়নৈ। হায়রিবা অনীসিদি কদায়দা লৈগে লৈয়ু হেক্তা মউনরে হায়নৈ।

- অদুদি ঐখোয় অনীগী ওসিগীসিদি করি ওইবা তারে মরুপ ?

- অদুবুদি অনীদুগী মনুংদা অমদি শোয়দ্রেদনা। (মরুপ ঐখোয় অনী ফাক-ফাক নোকমিন্নৈ) অসুম্না ঙাইহাক ৱাবী শানদুনা লাকপনা মরুপকী গেৎ য়ৌরক্লে। মরুপ্না হোর্রন শাংনা শাংনা খোংবদগী মরুপকী নুপী ইন্দ্রানী লাক্কুনা গেৎ শো হাংদোক্লে। ঐদি গাড়ীদগী কুমথহৌরে। ঐ হেক উবগা ইচন ইন্দ্রানীনা 'তামো য়ৌরক্লেদনা' হায়দুনা কৌই। ইবেম্মা ঐ য়ৌরক্লে, অসুম্না ৱারী শানদুনা ঐখোয় অনীসু গেৎ শো লোল্লন্নগা য়ুমলোমদা চংলকই। মরুপ্না গাড়ী গেরেজদা

থৌজিল্লন্নগা সুইটকেস অদু পায়দুনা থোক্লকুগা মরুপ শোমদা ৱাইতিংকুম শোমদনা নুংঙাইবতাই হায়দুনা থোঙ হাংদোক্লগা চঙ্খ্রে। তামো লেংশিনবিবো ঙাইহাক পোথাবিরুরো হায়রম্লগা ইন্দ্রানীসু ইমুং চঙ্খ্রে, ঐসু মরুপ্না চঙখিবা কা অদুদা চঙলে। ঐনা মরুপ ঐ হকচাং শেংদোক্লিংই হায়বদগী মরুপ্না হোংদোক্লবা ফি-রোল পুথোক্লকই। ঐ ফি হোংদোক্লে, মরুপ্না মরুপ শোমদা বাথ-রুম, তোইলেৎ লৈবে, মনুংদা শাবোন, তাউৱেল লোইনা লৈরবনি হায়বদগী ঐ হকচাং শেংদোকপা চঙলে। হকচাং শেংদোক ঈরু- ঈকজনা খল্লি - মকপ্লি হায়দে মীগী য়ুম্বাল কৈবাল নাল্লিবশিং অসি উকরগা ইকাইদূম ইকাইরকই। অমুকসু খল্লি, হোয়দা করিদৌনা ইকাইরুগবনো ? থাদা তলব লিশিং কুন্থ্রা-নিফু চারিবা মীগা ঐগা চাংদম্নবা যাত্রা খল্লি। ঈরু-মাইথজবা লোইবদুনা ঐ কাদা চঙলক্লগা পাজমা কুরতা হোংদোক্লে। মরুপ্না শমজেৎ মিংশেল সিদা লৈবে হায়বকপদগী ঐ শম-না হাৎপা লোইরদুনা সোফাদা ফমথৈ। তাঙ্গা অদুমক্তদা ইন্দ্রানীনা ত্রে অমদা করিনো খঙ্দে পীক-পীক থল্লবা অচৌবা গিলাস অনী তি পোৎ অমা কপ অনী চামচ অনী হাপ্তুনা পুথোক্লকুগা শাইদ তেবল মথক্তা থম্লগা হায়বকই - তামো গিলাস অচৌবা অসিনা বনানা শুপনি অদুগা সিনা কোফীনি। মরুপ্না পায়রসি হায়রকই। ঐনা ইচনগীদি হায়বদগী ইন্দ্রানীনা তামো ঐগী লৈহৌরে খুম্নকপদগী মরুপ পায়রসি হায়দুনা ঐখোয় অনী থকপা হৌই। ইন্দ্রানীসু ঐ চাক-ঈশিং হোৎনরুখিগে হায়রম্লগা থোকখ্রে। মতমদুদা মিতিংগীরা করিগীনো য়াম্না ফজনা ৱা ঙাঙ্বা তাই। ঐনা মরুপ্তা হংই তৌবিবা মিতিং অসিবু করিগীনো মরুপ ? ৱা ওন্থোক্লা ফজনা ঙাঙ্খ্রেবো। অসুক ফজনা ঙাঙ্লিবা অসিবু মীয়াম্না হবাউ-নুংঙাইবা থাগৎপা ফোংদোক্লবগী খুবাক খুনবা (ক্লেপিং পীনবগী) গী মখোল অমতসু তাদে করিগীনো ?

- মিতিং নত্তে মরুপ, অদুননি মীয়াম্না ক্লেপিং পীনদ্রিবসি।

- অদুদি করিগীনো মরুপ ?

- **ইলেক্সন পল্লিসিতিগীনি।**

- **ইলেক্সন পল্লিসিতিগীনি হায়বদি ?**

- **মরুপ্না য়েংগনি হায়দুনা লেংবিরকইবা সৌরজগতকী চহি মঙাগী ওইবা জেনেরেল ইলেক্সনগীনি। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক তারিবা খোঞ্জেল হায়বদি**

ব্রা ঙাঙ্লিবা অসি রেডিও ষ্টেসন্দগীনি। রেডিও ব্রোডকাষ্টিংনি। অদুনি মীয়াম্না ক্লেপিং পীনদ্রিবসি।

- ও! ঐ ভাব তাজবে মরুপ।

- ভাবপুদি তাবিরম্লগনি, অদুবু মরুপ্তা করি গুম্বা চিংনবা থরদি...।

- ঐখোয়গী ভারত্তসু রেডিও, তি.ভি.দা মীবেপশিং ব্রা ঙাঙ্বদি অদুম তৌনৈদে।

- হোয় ভারত্তসু অদুগা অতে কন্ত্রীদসু তৌনৈ, অদুবু তৌনবিবশিং অদুগা সৌরজগতকদি য়াম্না খেন্নৈ।

- ঐনা খঙ্গরুবদি ভোৎকী মিতিং হায়বসিমক্তবু মীরেপ অমনা অমবু, পার্টি অমনা পার্টি অমবু হুন-হুন্দুনা ঙাঙনৈদো, অদুসু তাদবা। ইলেক্সন্দা ব্রার্করশিংনা হরাউ-নুংঙাইনবিকসি মচিন পেন্না লম্বা তৌনরিবা মীবেপ অদুগী অশোনবা, অপংবা, অবানবশিংদু পুথোক-পুখোক্তুনা ঙাঙ্জরগতা নুংঙাইজবনিদো। মদুদা সপোর্তরশিংনা খুবাক কাক্ খুনদুনা তৌনবনিদো, অদুম তৌবমগদৌবোই নিংঙৈননিদা। মরুপ্না অতে কন্ত্রীশিংদা তৌনরিবদুগা য়াম্না খেন্নে হায়রিবদুনা কদায়দা কারিনা খেন্নবিবনো ?

- মমাঙ্ঙৈ্ডদা সৌরজগত অসিদা তৌনরম্লীবস্ন মরুপ্না হৌজিক হায়খিবদুমক্রি। অদন্না অমবু অমনা চৈনবা, ঙাঙ্নবা তৌদুনা ভোৎ খোম্লবম্মী। অসুম্না অমনা অমবু লুন্দুনা চৈনদুনা ভোৎ খোম্লরকপনা প্রজা ভোত্তর মশেল মীচং-শঙ্গল মাইনদুনা খংন-চৈনবা খোকপদা নত্তনা হাংন-শুনবফাওবা যাওরক্লুনা চহি মঙা মঙ্রাগী ভোৎ অমুক-অমুক লাকপদা ইলেক্সন কেন্দ্র অমমমদা মী নিফু-যাঙ্খৌদি অদুম শিনরে। ঐগী ইপা পোকপা ইপু অদুসু ভোংকী ফুন-চৈনবদা শিখবনি। মাসিগী হাৎ শুনবসিসু ভোৎ তায়দোকপ্রবা মতুং থা মরি-মঙা ফাওনা অদুম তৌদুনা লৈরে। মদুগী থরুম্না জেনেবেল ইলেক্সন্দা নত্তনা গ্রাম পঞ্চয়ত, নগর পঞ্চয়ত, মিউনিসিপাল, কোবপোরেসনগী ইলেক্সন ফাওবা অদুম ফুন-চৈনদুনা লৈরবনি। অসুম্না নুংশিনদবা আসিনা চহি মঙাগী ভোংকী নতম ঙাইদুনা থরুম তৌনদুনা লৈরগা ভোৎ মনুংদা লালসি হেক-হেক তৌনৈ। লালসিনা মরম ওইদুনা প্রজা মশেল নুংশিনদবসি নোংম-নোংমগী ঈশিং ইচা ওগুম অসুম অসুম হেনগৎলকপনা লৈবাক্কী শেমগৎ-শাগৎপগী থবক থৌবম কয়াদা অপনবা তোয়না তোয়না থোকপনা কারিগুম্বা চাওখৎ-থৌরাং অমতা নিংথিনা মায়পাক্লা

পাঙ্‌থোকপা ঙম্লমদে। অদুনা মরম ওইদুনা সৌরজগত্তা লো এগু ওর্ডর শুকলৈ লৈতবগুমখ্রে। মতম অদুগী সরকাব মমিংখক্তগী সরকারনি। এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রী পুম্নমক করোড পতি, সরকারগী দিপার্টমেন্টশিংগী সেক্রেতরী ওফিসারশিংনা লাখপতি লোযনা ওইনখ্রবনি।

- এ! অদুবু হেক্তা য়ানররনে মরুপ ?

- য়াদে, অদুবু য়াখ্রে, মরমদি লৈবাক্কী কাবিগুম্বা অমা শেমগৎ-শাগৎনবা তৌবকপদা পঙ্‌ফত্তগী হৌনবা এম. এল.এ. মন্ত্রী অদুনা তৌরক্লবদি শেমহনগনি শেনহল্লোই তৌদুনা অপনবা পীদুনত্তা লৈরে। প্রজা ভোত্তবশিংনা শোমদা থংন-চৈন, হাংন-শুন তৌদুনা লৈবিরেদা ওফিসার, সেক্রেরিশিংগা মান্নবগা এম এল এ., মন্ত্রী, এমপী মখৈনা তেবল মথক্তা পাক্লবা চেবাংদা তেবলরাক্তা স্কুল, কোলেজ শারে। লম্বীথোং কয়া শেম-শারে। কোইলাস থারে পুম্নমক চে খক্তদা পুমলোয় লোয়শিল্লিবনি। ঐখোয়না খঙবদা তশেংনা ধন ( শেল লুপা ) ওইনা এস্কগ্রেসিয়া পীবদা করোড় কয়া অমা লোয়শিল্লে। অসুম্না অসুম চহি তরা-কুন তৌরক্লর্বাননা চহি মঙাখক্তদা লাখ পতী, করোর পতি অদুম ওইনখিবনি। মখোয়গী মথক্তা কনা য়েংশিনদিনবা লৈত্রবনিনা। - চফু কাযরগা ফরু হবাইই হায়বদুমক তৌদুনা লৈরবনি। অদুনা মীনেপ ওইরিবশিংসু ভোত্তা শেল য়াংবনা হালেংবা লৈনদ্রে। মী শিগে শজৌ, ঐ ভোৎ কারগা লোইরে হায়বগী বাখল্দা শেল তিংনরগা ভোৎ লেপ্পরম্মী।

- মরুপ্পা হৌজিক তাকপীখ্রিবা অকিনগা মশক ওইনবা ফিবম অদুদগী হৌজিক হৌজিক ওইবিবা মওং অসিনা কবম তৌনা ওইবারিবা ?

- লৈবাক অমদা অঙনবা, অহোংবা অমা পুনকপা, ওইনকপা হায়বসি ইচম-চম্না, তরাই-তরাইনা তেক্তা ওইবকখিবদি নত্ত্রে মরুপ। তঙাই ফদনা লালহৌ অমদি অদুমক চঙ্‌উ।

- অদুগী মতাং অদুদি মরিক চুনহনবিবকই মরুপ।

- করিনোনে হায়রিবদুবো মরুপ ? হৌজিক চহি মতাং অদুদা লালহৌবা ওইখিগে হায়রিবরো ? (মরুপ ইন্দ্রনা নোক্লদুনা হায়রকই)।

- ওইব-ওইদবদি খঙ্‌দ্রে, নিঙ্‌বফাওবদি নিঙলিবনি (ঐসু নোক্লদুনা খুমখী) মরুপ্পা মখা তারকই।

- ঐনা লালহৌ হায়না পনজরুরিবসি মীওই কাংলুপ অমখক, পার্টি অমখক্কী নৎত্রে। মন্ত্রী, এম.এল.এ. এম.পি., সরকারগী অচৌ-অচৌবা ওফিসারখক্তা মঙাইরে মসিদা যাওদ্রিবসি। সৌরজগতকী চহি তরাতরেৎকী মথক্তগীনা চহি নিফু মরি-মঙাগী মীওই পুম্বা থা মঙা-তরুক্কী মনুংদা লোইনা অন্দরগ্রাউন্দ ওইখ্রে। মখোয়না সৌরজগতকী অকোযবদা লৈবা লৈবাকশিংদা লালহৌগী সাললোং কয়া ত্রেনিং লৌকরগা মতমগী চপ-চারবা খুৎশু-খুৎলাই কয়া পাযদুনা সরকারগী মথক্তা লান্দাবকখি। লাল অসিদা রাজনীতিগী লুচিংবা কয়া প্রজা মীচম কয়া শিখি। সরকারগী অমাদ লালহৌ লুপকী মীওই মশিং খংদনা শিনরক্লে। লালহৌসিনা হাংখিবসি এম.এল.এ., মন্ত্রী ঙাক্তনি। এম.এল.এ. মন্ত্রী, এম.পি. ২০০গী মথক্তা হাংখ্রে। ঙাক-শেনবীনবা লৈত্রবা এক্স এম.পি., এম.এল.এ., মন্ত্রী লিশিংগী মথক্তা হাংখ্রে। রাজনীতি তোকউ, ভোৎ লেপকনু যাদবদগীনি নহারোল লালহৌবনা মকওইনা হাংথবক্লিবসে। লাল অসি লেপ্পা যাররোই খংবদগী এম.এল.এ. মন্ত্রী, এম.পি. পুম্নমক্লা ফম থাদোক্লুরপদগী তঙাই ফদনা রাষ্ট্রপতিনা ইমর্জেন্সি লাংথোক্লুনা লৈঙাক সাশনগী চুপলি পুম্নমক পায়শিনবগা লোইননা মার্শেল লোনা লৈঙাক সাশন তৌখি। মদুসু অসুম-অসুম তৌদুনা চহি মঙা নপুং ফাখি। এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রীশিংনা ফম থাদোক্লুরকখিবসিসু হেক্তা উরম-উম্মা থাদোক্লুলকখিবা নত্তে। প্রজা কাংলুপ পুম্নমক্লা সৌরজগতকী অখং ওইবা, উকিল লৌমী-শিন্মী, ছাত্র-নহারোল, নুপী-নহা খাক্তনা চহি অমা-অহুম চঙ্‌না মখক্তা কযাগী স্ট্রাইক, অন্দোলন চত্থবকপদগী খাঙবা ঙম্বগী উপায় লৈতক্লদুনা তঙাই ফদনা ফম থাদোক্লুরকখিবনি। চহি মঙা ভোৎ তৌখিদে। চহি মঙা মার্শেল লোগী সাসন থম্লিউ মনুংদা চহি অনী অহুম চঙ্‌না হৌজিক-হৌজিক চৎনরিবা সংবিধান অসি শেমখিবনি। অনৌবা সংবিধান অসি অখঙ্ অহং অমখক্তা শেমখিবা নত্তে। মসি শেম্বদা লাইরবা, ইনাফখুনবা, শেঙ্গাও পায়বা, লৌয়াম চাবা, লাইরিক হৈবা-হৈতবা, নুপী খুন্নাই, লৌমী-শিন্মী পুম্নমক্লা য়ানবা অমগী মখাপোল্ল শেমখিবনি। সংবিধান অসিগী আর্টিকলশিংবু থবক ওইনা (এক্ট ওইনা) পাঙথোক্লকপদা অপনবা অমতা থোকখিদে অদুনা মরম ওইদুনা হৌজিক্কী সৌরজগত অসিমক ওইরকখিবনি। লৌয়াম চাবা জামিদারশিংগী লম হেক্তর লিশিং-লিশিং লৈজরম্বদু হেক্তর অমা অনীদা হন্তহল্লকপা হায়বাসি মশা-মশানা সংবিধান শেম্বদা য়াওদুনা অয়াবা পীখিবনা ঙল্লিবনি। মদু নৎলমদ্রবদি লৌচা পথাপকী মতাংদা লাল থোক্লুনা অদুম তোক্লম্বসু

কনানা খঙ্বা। অফবা নুংঙাই-য়াইফবা খুন্নাই, সমাজ অমা লিংগে হায়রবদি তঙাইফদনা অফবা সংবিধান অমা লৈবা হায়বসি তঙাইফদে হায়জনিংই। ব্রাফম অসি সৌরজগতকী প্রজা মীয়াম্না খঙ্নরকখিবা মতম অসি সৌরজগতনা খমথেংনা লৈখা তারবা মতমদনি। সৌরজগতনা খমথেংনা লৈখা তাবা মতম ওইখিবসিমক্তি তুংদা হৌবকখিবা নহারোল ঐখোয়গী মতমগী অমদি হৌজিক মতমগী নহারোলশিংগী খ্বাইদগী লাইবক ফবনি।

- অদুদি কবম্না মরুপ ?

- করম্না হায়ববু সৌবজগতকী প্রজা মীয়াম য়ানদুনা অনৌবা সংবিধান অমা শেম্বীদুনা চৎনহনবীবম্লিবা অসিবু লাইবক কৈ হাযদনা কবি হাযগনি। হৌজিক্তি মতম মতমগী চানবা চানদবা য়েংলগা শেমদোক-শেমজিন খরা তৌবগা য়ারেদনা।

- মরুপখোয়গী লালহৌদি পুল্লপ মত অমতা ওইনা লালথেংনরখিবাননা মায় ফজনা পাকপা ঙমখিবনিনা নুংঙাইরিনি। ঐখোয লৈবাক্কীদি অদু নংত্রে লালহৌবদসু কাঙলুপ কাঙলুপ, অদুগীসু মথক্তা কাঙলুপ শবনা লৈবাক বাজা অমথক্কী মনুংদা হোমলেন্দ তান্নবদা মশেল-মশেল হাংনদুনা লৈরে। মখোয পুন্নমক্লা পুল্লপ পুল্লগা তান্নিংবা দাবী অমা তাল্লম্লবদি হৌজিক মরু পাকপা মারবা মতম্নি, খঙ্দ্রে করম তৌদৌরিবনো ঐখোয়গী লালহৌল্লপশিংসে।

- চুম্মীনে মরুপখোয়গীদি লালহৌ পার্টিসে য়াম্না য়াম্মীনে। খঙ্দে দাবী নান্নদবগী ওইবিব্রা ঐখোয়গী লালহৌগা মরুপখোয়গী লালহৌগা খরদি থেন্নব্রা খল্লি।

- করি মতাঙ্দনো মরুপ খেন্নবনো ?

- খঙ্দেনে, মসিবু করি মতাংদনি হায়গদৌরিবনো...। খঙ্দ্রে মসিবু শিনগী মতাংদনি হায়গদরা, দাবীগী মতাংদনি হায়গদরা।

- করিনোনে হায়বিবদুবো মরুপ ? শিবদবু করিনো খেন্নগদৌরিবসিবু ? শিবু শিরবদি স্বোর হোন্দ্রে ঐখোয়গী ভারতদি (ঐনা নোক্লগা হায)।

- হে...রা, স্বোর হোন্দবগী রা নত্তেনে। (মরুপসু নোক্লগা হায়রকই) ভারতকীদি লালহৌবাশিংসি পুলিসনা ফারে, সি.আর.পি.এফ.না অদুক ফারে. অদুদগী ফু-ফ্দুনা অরোন-অথুপ কয়া মখোয়গী খঙ্দোকপা লোইবগা জেলদা থম্জিনখ্রে। অদুদগী মখোয়না হায়দোক্লম্বা মফমশিং অদুদা চৎলগা মীসু অমুক ফাগৎলে,

খুৎশু-খুৎলাই ময়ামসু ফাগৎখরে। অসিদদি লালহৌলুপকী কয়াম মাঙ্জখরে। ঐখোয়গী সৌরজগতকীনা লালহৌলুপকী মী ওই অমফাওবা হিংনা ফাবা ঙমদে, হায়বদি চিংনা ফাহন্দে। করিগুম্বা কাপ্পবদা শিখ্রগনা শিখবে, কাপ্পবদা শোক্তি শোক্লবা শিদি শিদ্রবা, চেনবা ঙম্বগী পাঙ্গলদি লৈত্রবা, য়েক্লবনা শোয়দনা ফাখিবা য়াবগী মতাং লাক্লবদি সাইনাইত (হু) চাদুনা খুদক্তা য়েক্লবগী মখুৎ চন্দ্রিঙৈদা মদোম শিজখি। কারগা জেলদা থমখিবদুদি মমা-মপানা নোংবদি মচাদু শোয়দনা থাদোক্লক্কখিনি খল্লিদো, ঐখোযগীনা অসুম হাযনা লোযনা শিখ্রবদি মাঙ্‌বা তারে হাযদুনা মমা-মপা লোয়না হুপ্লুনা মখোয়সু মখোয়না ঙম্বা ষ্ট্রাইক, আন্দোলন্নচিংনা তৌদুনা মতেং ঙম্নমখে পাংই। অসিনা লালহৌবা শিবগী মতাং হায়রা তারে। অদুগা দাবীগী মতাংদা হায়বগনা ঐখোয়গী অসিনা সৌরজগত পুম্বগী অমতা ওইবা দাবী ওইবা অদুগা মকুপখোযগীনা স্টেট তানবা, ভারত্তগী তোঙানবা লৈবাক অমা ওইগে হায়না তানবনি, অসিবুনিদা ঐনা দাবীদা খেন্নদ্রা হায়না পঙ্ক্রকবদি।

- য়াম্না নুংঙাইজরে মকুপ, হন্দক্তা ঐগী খোঙচৎ অসিসু সৌরজগতকী লৈঙাকলোন খঙ্নিঙ্‌বদগী লাক্লিবনি। হৌজিক থরমখৈদি মকুপ্না তাকপীবদগী খঙ্‌বা হৌরে। হয়েং কোযবা চৎকদৌরিবা অদুনা প্রাক্তিকেল ওইরবা, অদুগা হৌজিক্তগীনা থিওরী হৌরসি। অদুদি ফরে মকুপ, সৌরজগতকী ইলেক্সনগী মতাংদা খবা তাকপীরো হৌরসি মকুপ।

- অসা ঐঙোন্দা খরা তাকপীওগসু হায়জিল্লক্লে কবম্নো! ঐদি ইলেক্সন কমিসনগী অখঙ্‌-অহৈসু নঙনা, কারিনো ঐনা ইলেক্সনগী মরমদা তাক্কদৌনিসিরো ... ঐ মদুমদি ঙমজারোইকো মকুপ, নমস্তে মদুমদি ঐবু ঙাকপীয়ু মকুপ। (মকুপ্না ... লোন্নদুনা ঐঙোন্দা নমস্তে তৌই)।

- (ঐসু মকুপ্তা নমস্তে তৌরগা) নমস্তে, ইলেক্সন কমিসনগী অখঙ্‌-অহৈগী ওইবা-ওইদবা থোইদোক্তে। মকুপ হৌজিক-হৌজিকমক লৈবাক অসিগী রাষ্ট্রপতিগী চিফ কন্সল্টেন এডভাইজর অমা ওইরিবনি। রাষ্ট্রপতিগী এডভাইজর অমনা লৈবাক অদুগী ইলেক্সনগী মরমদা খঙ্‌বা অদুখক্তা তাকপীবদা ঐগীদমক্তদি অপেনবা অদুম ওইজরগে, মদুদা মকুপ করিমত্তা চিংনবিরুনু।

- অদু ওইরবদি য়ারে মকুপ ঐনা খঙ্‌লিবা খুদিংমক চিথদনা রারী ওইনা হেক্তা লিথবগা লোইরেদনা। লৈঙাকলোন হায়বা অমগা য়াওরবনিনা অদুবু...।

- অদুবু কদৌরবা ?

- মকোক মমৈদি শম্নগদৌবা কয়া মান্দেবো।

- মদুদি ফরে, মরুপ্পবু য়ারবদি, ঐ মপান অমুক্তা থোকচরুখিগে। (হায়রম্লগা মরুপ মপান থোকখি) খল্লি পুক্লিংদা, ঐখোয়গী মনিপুরগী লালহৌলুপ, য়াওল্লোইশিংসিনা অমতা ওইনা পুনশিন্নদুনা অচৌবা লুপ অমা ওইরগা অপান্বা দাবীশিংদু তাল্লবদি শোযদনা মায় পাক্কনি। মখোয় মশেল লুচিংপুরেল ওইবগী মতাংদা পুনশিন্নবা অমুক য়ারোইদৌরিবা জাৎলা, অদুদি ঐনা খঙ্বা ঙম্বা ৱাফমদি নৎত্রে। খন্নরগদি কবিগী ওইরোই, বাজপায়ীনা এন.দি.এ.গী লুচিংপুরেল ওইরিবসিদি। খেনবা লোইবা খম্বা নাইবা নত্তে। মরুপ চঙলক্লগা ফমই, হায়রকই -

- অদুদি ফরে মরুপ, করিগুম্বা ঐনা ঙাঙ্বদা না-পু তাদবা য়াওরক্লগনা মরুপ্না অদুম চুমথোকপীখবো। করিগুম্বদা চিংনবা য়াওরক্লগদি খুদক্তা হেক্তা হংবিরকউ। অসুম্না চত্থরসিনে, করি হায়গে মরুপ ?

- য়ারে মরুপ, হেক্তা হৌবিরো, ঐসু ইশিনবা যাবনা ইশিলহৌগে, তাবা য়াবনা অসুম তাশিলহৌরগে। ঐ করিগুম্বা অমত্তা হংজহৌগে। ঙশাই মথক্তা রেডিও, তি.ভি.দা ইলেক্সনগী মরমদা ৱা ঙাঙ্বদা অতৈ লৈবাক্তা খেন্নবা লৈ, হায়খিবদু ...।

- ও! ঐ ভাব তারে মতাং অদু হোরেন ইলেক্সনগী মতাংদা য়াওরক্কনি।

---

# মঙাশুবা তাঙ্কক

(মরুপ ইন্দ্রনা কোফী অমমম শেল্লগা ঐঙোন্দা অমা পীরক্লে, অমনা মানা - মরুপ কোফীসি থকখিসি। ঐসু পাযখৎলে, থক্ল-থক্লা হৌরসি মরুপ ঐনা হায়- মরুপ য়াবে হৌরসি।

মরুপ ইন্দ্রনা - হৌজিক চৎনরিবা সংবিধান অসি কুইদ্রি। চহি মরিফুমুক্তা ঙাইরি। সৌরজগত্তা চৎনরিবা ইলেক্সনগী নিয়মশিংসি পীক্লবসু চাওরবসু ইলেক্সন খুদিংমক্তা লোয়না চৎনগনী। ইলেক্সন খুদিংমক্তা হৌজিক হৌজিক মরুপখোয়গী ভারত্তা, লম্বী সোরোক্তা, যুম-কৈগী ফক্লাংদা পোষ্টর, সিম্বোল, ফ্লেক্সচিংবা থেৎনরিবা, মাইক শিজিন্নদুনা প্রেপেগন্দানচিংবা তৌদুনা খোম্বসিমা সৌরজগত্তদি শুকয়ামক য়াদ্রে। যুম-যুমদা চৎলগা ওইরবসু লম্বী লমজাওদবু ওইরবসু ভোৎ খোম্বা হায়বসিমদি সংবিধান্না অথিংবা পীরবনিনা শুক্তৌমক তৌনদ্রে।

- এ! ভোৎ খোম্বসু য়াদ্রবা, অদুদি করম্না ভোৎ লেপকদৌরিবা ?

- মদুদি মতাঙ্ লাকখিনি। ঐ মখা চখজগে। স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিতিনচিংবা ষ্টুদেন্ট য়ুনিয়ন্নচিংবগী ভোৎনা নুমিৎ মঙানি ব্রাৎলিঙৈদা ইলেক্সন নোতিফিকেসন থোক্কনি (তৌগনি)। মরিশুবা নুমিত্তা মীরেপ-চে পীশিন্নগনি। হুমনিশুবা নুমিত্তা স্ক্রুতিনি তৌগনি। লোয়নবা মীরেপ-চে লৌথোক্লগনি (ৱিদ্রো তৌগনি)। নীনীশুবা নুমিত্তা মীরেপ ওইরিবা ছাত্র-ছাত্রিশিং অদুনা মখোয়-মখোয়গী স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিতিশিংগী হোলশিংদা মিনিট কুনমঙা-কুনমঙা ৱা ঙাঙ্হনগনি। মদুদা মীরেপশিং অদুনা মশাবু শক্তাকচগনি। মানা ভোৎ কারগা তৌগে নিংলিবা থবকশিং ছাত্র ভোত্তরশিংদা খঙহনগনি। অদুগা মানা ৱা ঙাঙ্বা লোইরকপদা ময়াম্না নুংশিবিদুনা ঐঙোন্দা ভোৎ পীবিয়ু হায়দুনা লোইশিনবা অসিনি ভোৎ খোম্বা

হায়রিবসি। মখোয়না ইলেক্সন অসিগীদমক্তা ওইনা তিংনগদৌবিবা ধন (লুপা অসি সুপ্পগী ধন কুনমঙাখক্তনি। মসিনা ইলেক্সন ওফিসতগী ই.ভি.এম. মেছিন ব্রাইবা চৎপা অদুগা মখোয়গী সিম্বোল নম্বনচিংবদা শিজিন্নগনি। অসুম্বা শেল য়াম্না তিংনদ্রবনিনা লাইববা অফবা ছাত্র কয়াসু ভোৎ লেপচবা ঙম্লে। ছাত্রশিংন অফবা মীরেপ খঙ্গবসু ঙম্লে। মসিনি স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিতিগী ওইব ইলেক্সনশিংগী মওং। মসিদসু কনাগুম্বা ছাত্রশিংনা মীরেপ ওইবিবা কনাগুম্বন শেল পীদুনা ভোৎ খোম্লম্বা থেংনববা, মহাক্না শাক্তি-প্রমান চুম্না পীদুনা মখোয়গী আব.ও.দা ভোৎ থাদদ্রিঙৈগী মমাঙ্দা ব্রাকৎলবদি মীবেপ ওইবিব' মী অদু মীরেপ ওইবদগী কক্থৎপা য়াই। মহাক অদু সৌবজগতকী সংবিধানব্ ঙাক্না চত্তবা অমদি সংবিধানবু শিঙনবা মীনি হায়না লৌদুনা মহাক মতুংদা করিগুম্বদা মীরেপ ওইবা য়ারবোই। মহাক্কী স্কুলগী কেরেক্তর রেকোর্দতা মুক অঙাংবন ইদুনা লৈখ্রদৌবনিনা।

- কবিগীনো মরুপ অঙাংশিং অদুদা অদুক কনবা নিয়ম অথীঙবা পম্মীরিবদুবো ' ঐনা মরুপ্তা হংই।

- অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াদে হায়বা অসি খঙহল্লকপনা হৌজিক জেনবেল ইলেকসননাচিংবদা সংবিধানগীনিয়ম ঙাক্না চৎপা ঙম্মরিবনি। অদুনত্রবদি লালগী লাল ঙাক্তা ওইদুনা লৈরগদৌবনি। ঐখোয়গী ভোৎ খোম্না পুমথিংগিংলে হাযবমক্তি য়াদে। অতে লৈবাকশিংদা তৌনরিবা অদুগা খেন্নে হায়না হায়বা তাই।

- চুম্মীনে, খুৎখোম মান্নদবগী ব্রা থক্তনি।

- অদুদি মরুপ ইলেকসন মখা চৎথজগে।

- য়াবে মরুপ চৎথবীবো।

তানজা অদুদা ইন্দ্রনিনা মরুপ্পু উনবা মী অনী অহুম লাকই হায়বদগী মরুপ্পা মরুপ ঐ অমুক্তা থোকউখিগে হায়রম্নগা মপান থোকখি।

- ভোৎ খোম্বগী মতাংদা মরুপনা হায়রম্লীবশিং অসিবু থাজবা য়ারিব্রা ? ঐখোয়গী ভারত, ঐখোয়গী মনিপুরদা স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিতিগী ইলেক্সন্দা তৌনরিবা অদুদি জেনেরেল ইলেক্সন্দগী করিসু তাদ্রবরা হায়না খল্লি। লম পীকচবগী ব্রাখক্তনি। ইরাং ঝনজদি গাড়ী অহুম মরি, অদুগা মাশগীনা কার অমকা তোংলদনা ঐ কেন্দিদেট ওইরবনি হায়বগী মতাগুম ময়ুমদা চাককা খাঙলদনা,

অরাপ্পা লমদগী ছাত্রশিং পিক-অপ তৌরদনা অঙকপগী মওংনি, মদুদগী করি কান্নবা ফংগদৌরিবা ? মখোয়না তৌগদৌরিবা থবক্কা কবি ? লুপা-পৈশানা কদায়দগী ? চাক থাকখিবা, গাড়ী অৱায়মন্না কদায়দগী ? য়ুনিয়ন ফন্দ খবা মীংচনবা মতমদা খরা কাখিবা অদুনিনে মখোয়না মীহৌনরিবসে। অসুন্ন ঙাইহাক লাই উংনকরগা থংনবা মীকুপ্তো মরুপ ইন্দ্র খঙনিং নিংশিংলকই। সোফাদা য়াম্থদুনা ফম্লীবা ঐগী খোঙ, কপ্লাক থক-থক নিকই। শ্বাই লা ওই। কোকচাওবী ফুং কায়, শম চপ-চপ য়ুংই। ঐ ফুক হৌগৎলি। করিগুম্বা মরুপ্পু কাপ্পুনা হাভোকপীরম্লবদি ঐদি মাঙ্জরেদকো খল্লুবদা। তপ্পা খোঙকাপ অম-অনী থাংদোক্লগা থোংনাওগী পরদাব খজিক হাইগৎলগা য়েংই। মীহুন্দি দঙ-দঙ নাকোংদা ফাওই। মৈসু পুমঙাল ঙাল্লি। পাখং মচা অহুমগা ওনশিন্নদুনা কোইনা লেপ্পী। মহা অমগা চে অমা পিনবা উই। ঐগী মাহুল খরদি নেমথৈ। খল্লি, দিমান লেতব পীবা লাকপফাওবদদি হান্তি হাংলোইদনা। ঐ অমুক তপ্পা চঙশিল্লক্কুনা ঐগী ফম্ফমদা ফমথৈ। ফম্লগা হনাজিল্লকখি ঐগী রাখল, ইলেক্সন্দা অমুক। সৌরজগতকী ইলেক্সন করাদো ফজখ্রনা। ঐখোযগী ছাত্র মহাবোলশিংনা কবম্বা কান্দা ভাব তারক্কুনা সৌরজগতকী অসুমহায়না তৌবক্নদৌরিবা ? ঐখোযগী লৈবাক্কী মপী-মপা ওইরিবা ইদুকেসন দিপার্টমেন্টকী হুকুম অমনা অদুম খিংবিবা যাবনি ছাত্রশিংনা মখোয়গী ভোত্তা তৌনবিদা খর্চ-ইনাংশিংসে খঙবিগদৌবা ঐখোযগী লৈবাক্কী অঙম-অথৌ, মপী-মপা ওইবশিংনা খঙবিদ্রবনিনা। ওহ! মাঙবা তারেদকো সনালৈবাক মনিপুর। খল্লি পুক্লিংদা লোইনাইদনা অসুম অসুম।

হেরা! করিনোনে তৌরিবসিবু ? মরুপ ইন্দ্রাসবু লৈবাক অসিগী রাষ্ট্রপতিগী চিফ কন্সলেন্ট এডভাইজরনিসু হায়বা। য়ুমসিগা ঙাকশেন্নবা মনাই মীসন অমগ ওবসু লৈতবা। হৌজিকপু মাবু ওইরিববনে ? ও! নেম প্লেটফাওবদি থেংলিকো। হুম! মসিফাওবদি চম্মান-লাকমনখ্রেদা। ঐখোযগী মনিপুরদা ওইরবদি সিফাই পালতন অমা, মনাই-মীসন মঙা-তরাদি লোয়নদুনা কোইন-ইন্নদুনা লৈরগদৌবা মীনি। শেলগী মতাংদা য়ানদদুনা তৌবিব্রা হৌজিক ফাওবা চঙলক্লিবসিবু। ঐ মপান থোকসিরা খন্দুনা হৌগৎলি। ঐনা থোঙ হাংবগা মরুপ চঙলকপগা চপ চানরে। ঐবু মপান থোক্কদৌরিব্রা হংই। থোকওই, মরুপ লাকমন্দবদুদা করি তৌববনো য়েংগে হায়দুনা তৌরম্বনি। অসি হায়দুনা ঐসু মরুপসু চঙলক্কুনা ফম্ফমদা ফম্নরে। মরুপ্পা কোফী শেম্লগা ঐখোয়ন্দা পীরকই, মানা অমা (কোফী থক্ল-থক্লা ঐনা হংই) -

- মরুপ কযাদা য়ানখরে ? ঐদি নুংশাথীবনা হকচাংকাক থক-থক নিকউববনি। তপ্পা হৌগৎলগা থোঙনাওগী পরদার খজিক হাইদোক্লগা ঐদি লোন্না য়েংদুনা লৈরবনি। ঙাঙ্নবা ৱাদি তাদবা, দিমান লেতর পীবদি উবা। মদু উবদগী ঐ থৱায় ৱাবা খরদি কৈ। দিমান লেতর পীবা লাকপা ফাওবদদি হাত্তি-হাৎলোইদনা খনবদগী, ঐ অমুক চঙশিল্লক্কুনা ফল্লবনি।

- করিগী মতাঙ্দনো মরুপ্পা হায়রিবদো, ঐদি ভাব অমতা তাবা ঙমদ্রেবো ?

- হৌজিক নহা অহুম্না অমুক্তা উনসি হায়সুনা মরুপ থোকখিদনা, অদুদগী মখোয়না মরুপ্তা চে অমা পীদনা, অদুগী মতাঙ্দনি।

- অদুবুদি পীয়ে।

- অদুবু কয়াদা য়ানখ্রবগে ?

- করিবুনো মরুপ্পা কয়াদা য়ানখ্রবগে হায়রিবদুবো ?

- দিমান লেতর অদুনা তাং অসুক্কী মনুংদা লুপা লিশিং অদুক, লাখ অদুক মফম অসিদা লাকঅগা পীবগদৌবনি হায়না ইদরনে ? করিগুম্বা হায়রিবা নুমিৎ অদুদা মখোযনা হায়রিবা মফম অদুদা লুপা অদু পুরক্রুবদি হাংকনি হায়দুনা ইদররনে ? অমুক্তা মুন্না পাবীয়ু মরুপ।

- ৱারৌবীদি য়াদে মরুপ, হৌজিক মরুপ্পা হায়রিবা পুক্নমক তশেংনা ঐহাক ভাব তানা ঙমদ্রবনি। মযেক শেংনা অনুত্তা তাকপিয়ুবা।

য়ানি হায়জগে মরুপ - হৌজিক হৌজিক ভাবত্তা, মরুপ্পইনা মনিপুরদা লালহৌলুপ কয়ানা মখোয়দা মতেং পাংবা ওইনা, অদুগা শাশিন্নবা, লালহৌলুপ শাবা কয়ানা মখোয়দা তাং অদুক ফাওগী মনুংদা লুপা অদু মফম অদুদা, মতম অদুদা লাক্লগা পীবগদৌবনি, হায়দুনা চে অমদা ইরগা পীরম্মী : হায়রিবা শেনফম অদু পীদ্রবদি হাংকনি, নত্রগা অহকপা চৈরাক পীগনি হায়দুনা পীরকপা চে-চিঠি অদুবু ঐনা দিমান লেতর হায়না হায়জরিবদো। অসি নত্তবা অমনা যুমদগী করিগুম্বা ৱারী অমত্তা শানসি হায়দুনা কৌথোকখ্রগা কাপ্পুনা হাত্তোকপীবম্না, খিবা খঙ্দনা মাঙ্হনখিবা কয়া ঐখোযগী মনিপুরদা য়াম্না কন্না চথনহৌবি। হেয় তৌববুদি মীয়াম্না খঙ্দবা মবাল কয়া লৈরমগনি। মরালদি ঐখোয়না খঙ্দ্রে - ঐখোয়না খঙ্লিবদি সুপ্পতগী হাংপানদা। মদুদগীনি ঐনা কপ্পাক্পা থক-থক নিকউরিবনে। মরুপ্তা মখোয়না চে অমা পীবদুদা দিমান লেতর পীবা লাকপা নাওবনদি হাত্তি হাংলোইদনা খনবদগী নীকপা ফখ্রিবনি।

- ঐহাক ভাব লোইনা তাজরে মরুপ। ৱারৌবিবাদ য়াদে, ঐ করিগুম্বা অমতা হংজগে।

- নত্তে ! মরুপ্পা করি হংবদনো ঐনা ৱারৌগদৌরিবসিবো হংবিরকউ, হংবিনিংবা, ঐনা খঙ্‌বমখৈদি পাউখুম পীজগনি, খঙ্‌দ্রগনা খঙ্‌দ্রে শেংনা হায়জগে।

- ঐনা হংজগদৌরিবা ৱাহং অসিগী পুউখুম যাম্না মুন্না ৱাখল খন্থবিদনা পাউখুম হেক্তা তবাই-তবাই পীবিরক্কনুকো।

- যাবে মরুপ, হংবিরকও ঐ ৱাখল খনবা হৌবদোইনি (ঐনা নোক্লগা খুম্মী)।

- (মরুপসু মোমোন নোক্লগা হায়রকই) - হৌজিক-হৌজিক মরুপকা ঐগা ফমদুনা ৱারী শান্নরিবা অসি করি লমদনো মফম্না কদায়দনো ?

- (হন্দক্কী মরুপকী ৱাহং অসিদি যাম্না ইকাইবা ৱাহংনি। তশেংনা ঐ ইকাইবনা মায় ঙাংশঙ্‌ ঙাঙ্‌লবজাৎনি। নুমিদাং ওইবদগী মরুপ্পা উদবগী ৱানি। ৱাহং অসিগী পাউখুমদি অঙাং মচা অমনসু খুম্বা ঙমগদৌবা পাউখুমনি। ৱাহং অসিমক করিগীদমক্তা ঐঙোন্দা হংলিবা ? মসিগী অর্থ ঐ খঙ্‌বা ঙমদ্রে। পাউখুমদি পীদবা য়াদবনিনা ঐ খুমখি। সৌরজগতকী মরুপ ইন্দ্রগী যুমদনি।

- ৱাহংগী পাউখুমদি চুম্মে। ৱাহং অসিবু করিগীদমক্তা মরুপকী মফমদা ঐনা হংলিবনো, হায়বগী মতাংদা শোয়দনা মরুপ্পা চিংনবা অমা পোকঅমগনি, মদুগী মতাং অদুমদি ঐ মরুপ্তা শেংদোকচগে।

- মফম অসি ভারত নত্তে, মনিপুর নত্তে, সৌরজগতনী। সৌরজগত্তা কনাগুম্বা মীওই অমনা। কনাগুম্বা মী অমবু ভারত্তা তৌনরিবা অদুগুম্না কাপ্পুনা হাংলেতই। মরম অদুনা ঐবুসু কনানা হাংলোই। ঐঙোন্দা কনানসু দিমান লেতব পীরক্লোই ঐখোয়গী অনৌবা সংবিধান অসি চৎনখিবদগী সৌরজগত্তা লালহৌবা, হুরানবা, দাকু-দকাতী কনামত্তা লৈতে।

(ঐ খরদি ইকাই, অদুবু ভাবতি খঙ্‌তা তাই। ঐনা খল্লুবা ৱাখল্লাল্লে হায়বা)

- মরুপ হৌজিক হাংন-শুননিবা, লাক্র-মূন্নবিবা পুম্নমক অৱাংপা লৈবদগী, অহেনবা তান্নবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি। হায়রিবশিং অসি অনৌবা সংবিধান অসি চৎনখিবদগী সৌরজগত্তদি অমত্তা লৈত্রে হায়বা তাই। ঐখোয়গী লৈবাকসিদা করিগুম্বা মখলগী ময়াই কাবা পোৎ-থকপা, চাবা-য়োনবা, মৈখু ওইনা শিজিন্নবা

য়াবা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে। শিসু-শিজিন্নদে, শিজিন্নবসু য়াদে। মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা য়াদে। অদুনা মরম ওইদুনা চহি মরিফু ফাওবদি নিয়মশিংসি ঙাক্তুনা লাকখ্রবনিনা হৌজিক্কী মীরোন্না অমুক্কা হেন্না চেকশিনখরে।

- ফরে হৌরসি - পঞ্চাযত, নগর পঞ্চায়ত অমসুং জিলা পরিষদনচিংবগীনা নুমিৎ কুননি ৱাৎলিঙৈদা ইলেক্সন নোটিফিকেসন থোক্কনি। নুমিৎ নিপাননি শুবদা নোমিনেসন ফাইল তৌগনি। মদুদা ধন (লুপা) লিশিং অমমম য়াওগনি, শেনফম অদু কেন্দিদেত খুদিংমক্কীনি। হন্দোক্লবোইদৌবা শেনফম্নি। নুমিৎ তরেৎনী শুবদা স্ক্রুতিনি তৌগনি। মথং নুমিত্তা ৱিদ্রোৱেল ওইগনি। ইলেক্সন কমিসননা মীরেপ ওইবা য়াবে হায়না লাওথোকখিবদগীদি ইলেক্সন পল্লিসিতি ওফিসারনা শিন্দুনা কেন্দিদেতশিংগা লোইননা ৱার্দ-ৱার্দকী ওইবা মীতিং তৌগনি। মীতিংদা ঙাঙ্গদৌরিবা ৱারোলশিং অদু অইবা ওইনা পল্লিসিতি ওফিসাবদা পীশিল্লগা মাগী অয়াবা লৌরগা মীতিংদা ঙাঙ্গনি। অইবা চেদুদা য়াওদবা ৱাফম অমতা মীরেপ অদুনা ঙাঙ্বা য়ারোই। মীতিং অদুদা মীবেপ ওইবিবশিংগী শক্তাকচে অমসুং মাগী-মাগী পার্টিগী মেনিফেষ্টো পল্লিসিতিগী মীশিংনা মীতিংদা লাক্লিবা মীওইশিংদা য়েন্থোক্কনি। শক্তাকচে অমদি মেনিফেষ্টোশিংদি মীবেপ অমদি মাগী-মাগী পার্টিনা ছাপা নমদুনা পুথোকচগনি।অদুগা সিম্বোলদি পার্লিসিতি ওফিসনা নমগনি। নোমিনেসন ফাইল তৌবা মতমদা কেন্দিদেতকী কেরেক্তর সার্তিফিকেট অমমম্ য়ওগদবনি। মদু জিলা অদুগী এস. দি.ও. না পীবা ওইগদবনি। মীরেপ অদুগী মথক্তা করিগুম্বা কোর্ট অমদা কেশ লৈবা ওইরবদি মতাক মীরেপ ওইবা য়ারোই। কেস লোইখ্রবা মীওইবগনা নোমিনেসন ফাইল তৌবা মতমদা কোর্টকী রায় অদুসু ফাইল তৌগদবনি অদুগা নুমিৎ মভানী রেদিওদা ব্রোদকাষ্ট তৌগনি, টি.ভি.দা তেলিকাষ্ট তৌগনি মিয়্যুনিসিপালিতি, কোরপোরেসন্নচিংবা অচৌবা সিতিশিংগীসু মথক্কী নিয়মশিং অসিনি। মসিদা খেন্নবা হায়ববু মখোয়শিং অসিগীনা ধন (লুপা লিশিং অমগা চামঙা অমসুং লিশিং অনি চঙগনি। ষ্টুদেন্ট য়ুনিয়ন খক্তনী পার্টি নাইদ্রিবসি। অতৈদি লোইনা পার্টিগী ওই। ইন্দিপেন্দেন্ট মীবেপ অসিমদি ইলেকসনগী কলদা যাওদ্রে অদুনা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ লৈত্রে।

- ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ লৈরগনা করি তৌবা?

- ইন্দিপেন্দেন্ট সরকার হায়বা সরকার অমতা লৈতে। মখোয় অসিদি খ্বাইদগী খুদোংথিনিঙাইনি, মখোয়সি উতাংবীনি। মখোয়গী নিয়ম নীতি লৈতে। মখোয়

*অসিনা সরকার শেমলকপা মতমদা চিরবা মতমদা অরুম-অয়াং শান্নদুনা শেল* তাল্লি। চনশ্নীনি ইন্দিপেন্দেন্ট হায়বসি।

- অদুদি মরুপ মখা করি.....।

- মখাদি মরুপ জেনরেল ইলেক্সন লোমদা চৎথরশিবা?

- মদুনা ফরে চৎথরসি-

- য়াম্না মরুওইবা ইলেক্সন ওইবনা জেনরেল ইলেক্সনগী নিয়ম অসিনা খরা হেন্না কুপশিনবা হায়গদবা, চেকশিনবা হায়গদরা অমদি তৌই।

- করি করি মতাংদনো মরুপ?

- খঙদে মরুপ মসিবু কুপশিনবা হায়গদরা, মান্নদবা হায়গদরা, ইলেক্সন তৌগদৌবা থা অহুম ব্রাৎলিঙে মমাঙ হায়বদি ঐখোয়গী ইলেক্সন অসি চৎলিবা মার্চ থা অসিদনি। অদুনা মমাঙ থা অহুম চৎখৎলবদি দিসেম্বর তারে। হায়রিবা দিসেম্বরগী অরোইবা তারিখতা কেন্দ্রগী লোক সভা, রাজ্যসভা, ষ্টেটশিংগী বিধান সভা পুম্নমক মুথৎকনি হায়বদি এসেমব্লি দিজোল্ভ তৌরগা রাষ্ট্র পতি শাসন থমগনি।

- করিগীনো মরুপ অদুদি-

- এম.এল.এ., এম.পি, মন্ত্রী ওইনা ওইনা ভোৎ লেপ্পা য়াদে। মখোয়না ফম থদোক্তনা ভোৎ লেপ্পবদি মখোয়না খুদোংচাবা যাম্না লৌই। অদুনা পুম্নমক মীচম অমগী থাক্তা লৈনবগা ভোৎ লেপ্পগনি। কিয়ার তেকরবকা হায়নরিবা অদুনা করিগুম্বদা মরাইবক থীবদগী চিফ মিনিষ্টর অমসুং প্রধান মন্ত্রিনচিংবশিংনা মাগী মতম লোইদ্রিঙৈদা শিখি-নাখিবা থোক্লবদা, মতিক চারবা মীওই অমা মন্ত্রীশিংগী মনুংদগী খল্লগা মতম খরা থবক তৌহনববু খঙনৈ।অসুমনা থা অহুম রাষ্ট্রপতি শাসন থম্লীঙৈগী অহানবা থা অনীগী মনুং অসিদা মখোযনা হান্না য়াওবম্বা পার্টি অদুদগী তোক্লগা অতোপ্পা পার্টি অমদা যাওখিবা য়াগনী। মখোয় মখোয়না যানজবগী মতুং ইন্না পার্টি মশেন পুনশিন্নবা য়াগনী। অতোপ্পা অনৌবা পার্টি শেমনিংলবশু মতম অসিগী মনুংদা শেম্লগা ইলেক্সন কমিসন্দা পার্টি অদুগী বাইলোনচিংবা থাজিল্লগা রিকোকনেসনগী এপ্রুভেল লৌহৌগনি লোয়ননা লাক্লীবা ইলেকসন অদুদা ভোৎ লেপ্পা য়াবগী অয়াবসু লৌহৌগনি। পার্টি খুদিংমক্কা লোকসভাগী ওইরবসু বিধান সভাগী ওইরবসু কেন্দ্র খুদিংমক্কী মীরেপ

থাগৎকনি। কেন্দ্র সুনা মীরেপ থাগৎপা ঙমদ্রবা পার্টি অদু দিসক্বালিফাইদ তৌগনি, পার্টি অদু ভোৎ লেপ্পা য়াররোই।

- মরুপ্পা তাকপীরিবদুবু.........?

- মরুপ মসিগী মতাংদা মরুপ্তুদি অঙকপা অমা ওইরল্লগনি। অদুবু ঐখোয়দি চৎনবি অমা ওইরবনিনা থোইনা ঙক্কে। মসিনা য়াম্না ফরে হায়না খল্লবনি। অনৌবা সংবিধান অসিগী মমাঙগী অদুদদি মরুপখোয়গী ভারত্তা লৈনরিবা পার্তি কুন্থ্রা-নিফু অদুম হায়না লৈরম্লীবনি ঐখোয়গী সিদসু। অনৌবা সংবিধান অসি চৎনখিবদগী পার্টি অদুনা কেন্দ্র মশিংশুনা মীরেপ থাগৎপা ঙমদবদগী অমদি ভোৎ কানরক্তবদগী দিসক্বালিফাইদ তৌখিবনা মরম ওইদুনা হৌজিক্কী পার্টি অদুম খক্তা মঙাইরে। ভোৎ-কাবা অসিগী মতাংদসু ভারতকা সৌরজগতকা খেন্নবা খরা লৈ।

- ভোৎ কাবদা খেন্নবা লৈ হায়রিবা মতাং অদুদনা করম্না খেন্নরিবা? ঐখোয়না ভোৎ কাবা হায়না খঙনজরিবনি মীরেপ ওইরিবা ঐখোয় মরি-মঙা অদুনা খুদম ওইনা হায়রবদা ভোত্তর ৮০০ চানিপাল লৈবা কেন্দ্র অদুদা ঐখোয় মীরেপ মঙানি। অমনা ভোৎ ১২০ ফংলে। অনীশুবা মীরেপ্পা ১৪০ ফংলে। অহুমশুবা মীরেপ ১৫৫ ফংলে। মরিশুবা মীবেপ ১৮০ ফংলে। অদুগা মঙাশুবা মীরেপ্পা ভোৎ ২০৪ ফংলে। ভোত্তর মঙানা ভোৎ থাদদরে। পুন্না কেন্দ্র অদুদা ভোত্তর ৭৯৫ (চাতরেৎ মরিফুতরা মঙা) পোল তৌরে। অদুনা হৌজিক মঙাশুবা মীরেপ অসিনা খ্বাইদগী য়াম্না ভোৎ ফংলবনিনা মহাকপু ইলেক্সন কমিসন্না ভোৎ কারে হায়দুনা মীয়ামদা লাওথোকপগা লোয়ননা সার্টিফিকেট পীরিবনি। অসি নত্তনা ভোৎ কাবদবু করিদা করম্না খেন্নফম লৈবগে মরুপ ?

- মরুপ্পা মরুপখোয়গী ভারত্তা চৎনরিদুগী মতাংদা তাকপীখ্রে। হৌজিক অমুক ঐনা সৌরজগতকী চৎনবী অসি হায়জরক্লগে। ঐগীসি তারবা মতুংদা অনীসিগী খেন্নবা শোয়দনা খঙবীরগনি। ঐখোয়গীসিনা মীরেপ মঙা লেপলে হায়না মরুপ্পা খনবিরো। ভোত্তর মশিং লৈবা য়াবসু লৈরসনু। থাদবা য়াবা থাদখবে হায়না খনবীরো। মীরেপ মরিনা ফংলিবা অপুনবা ভোৎ মশিং অদুদগী, অমনা ফংলিবা ভোৎ মশিং অদুনা অমা হেক হেন্না ফংবদা মহাকপু ভোৎ কারে হায়না লৌগনি। ঐখোয়গীসিনা মেজুরিতি কেবিজ দি ভোৎ হায়বদু তশেং-তশেংনা ওইরবনি। ঐখোয়না ভারতকীদুনা মাইনোরিতি কেরিজ দি ভোৎ হায়না হায়নৈ।

অদুনা সৌরজগতকী পার্টিশিং অসুম-অসুম মুৎখিদুনা হৌজিক পার্টি অহুমখক্তমক লৈরে হায়জখিবদুনি। মতম খরগী মনুংদদি সুপ্নগী অমেরিকাদা ওইরিবা অদুগুম্না পার্টি অনীখক্তমক লৈরবা য়ারিবনি।

- (ঐ ইকাই, ফনয়াম্না ইকাই, মরুপকী ব্রাফম "ঐখোয় ভারতকীদুনা মাইনোরিতি কেরিজ দি ভোৎ" হায়না হায়খিবা। খল্লি পুক্লিংদা লোইনাইদনা ঐখোয়গী ভারত্তা মরুওইনা ভোৎকী মতমদা প্রজাগী সেবা তৌজগে হায়দুনা নোংজু-পান্থাদা ষণথীবুঙদা ষণথী য়েলহৌবগুম্না মশিং লাকঙমদনা মীরেপ ওইজগে ঐঙোন্দা ভোৎ পীবিয়ু হায়না চোংথোক্লরক্লিবশিংসি সৌরজগতকী অসিগুম্না তৌরবদি মখোয় চোংথোক্লকপা ঙমগদৌরিরা ? অশেংবা ভোত্তী মরুপখোয়গীসিনি হায়না পুক্লিংদা খল্লি। ঐখোয়গীদা মীনা ঙাংনরিবশিংসি অচুম্বা ওইবা তাই, অনৌবা মীরেপ ওইগনি হায়দুনা চোংথোরক্লিবা চাওবা, তোম্বা মখোয় অনী অসি মখোয় মখোয়গী লৈকাইদগী থোইবা মঙোন্দা ভোৎ পীরোইদৌবা মাগা কিন কনতেষ্ট তৌনরিবা গোপালগী ভোত্তর চিংথোক্লবা থোইবনা শেল পীদুনা লেপহনবনি, নেকপনি হায়নরিবসি।) মরুপ্না হংলকই -

- মরুপ মখাদি করি ?

- মথক্তা মরুপ্না পনবীখিবা পল্লিসিতিগী মতাং অদু ...।

- ফনি হায়জবক্নে মরুপ -। ঐ মথক্তা পনজখ্রে, ভোত্তর মশেন হাৎনবগী মতাং অমা। মদু হৌজিক-হৌজিক মরুপখোয়গী ভারত্তা অমনা অমবু হুন-হুন্দুনা ঙাংনবা-চৈনবা অদুম তৌনবদগী থোকখিবনি হায়না। ভোত্তরশিংগা লোয়ননা মীরেপ অদুনা শীঞ্জ-লাংজদুনা ভোৎ খোম্বা অদু তৌদনবা ইলেক্সন কমিসনগী ডিপার্টমেন্ট অদুদা ইলেক্সন পাব্লিসিতিকী বিভাগ অমা লৈ। বিভাগ অদুগী ডাইরেক্তর অমা লৈ। ডাইরেক্তর অদুনা ইলেক্সন মতম মতমগী সৌরজগত পুম্বগী ওইবা ইলেক্সন কন্সটিটুয়েন্সি খুদিংমক্কী হায়বদি অমমমগী পব্লিসিতি ওফিসার অমা, এসিষ্টেন্ট অমগা এপোইন্ট তৌদুনা থম্মী। মখোয় অনী অসিগা কেদি দদেতশিংদুগা তানরগা মখোয়-মখোয়গী কেন্দ্রশিং অদুদা মীতিং তৌগনি। মীতিং অদুদা ঙাঙ্গদৌরিবা ব্রারোল পুম্নমক চেদা ইরগা মীতিং নোংমা-নীনী ব্রাৎলিঙৈদা পব্লিসিতি ওফিসারদা থাজিল্লগা অয়াবা লৌগনি। অয়াবা লৌবা হায়রিবসি মীরেপশিং অদুনা ঙাঙ্গদৌরিবা অদুদা মীরেপ মশেন হুন্নবা ব্রাফম, অমদি সমাজদা ভোত্তরশিংদা কাঙ্লূপ অমদা অমদি কাঙ্লূপ অমগা অমগা

নুংশিনরোইদৌবা ব্রাফম্নচিংবা য়াওব্রা অসিখক্তনিদা য়েংশিল্লিবসে। হায়রিবা ব্রাফমশিংসি য়াওরবদি অয়াবা অদুম পীদ্রে। মসিগী ব্রাফমসি হান্না খরা পনখ্রবরা খল্লি।

- পনববুদি খরা পনখ্রে। অদুনা ইলেক্সনগী মতাং অসি চথদ্রিঙৈদা হৌজিক্না মাগী মতাং লাকপদা তঙাইফদনা য়াওদবা য়াদদুনা য়াওজরকপনি করিসু কায়দে মরুপ।

- ঐখোয়গী সৌরজগতকীসিদা তৌরিবসি লম্মে চাকপদা খুৎথীবা নংউরবা মীনা নোংজাবীদা খংই হায়বদুনিদা মরুপ। মরুপখোয়গীসু ঐখোয়গী সৌরজগত অসিদা থোকখিবা হাৎন-শুনবদু চহি মঙা-তরাগী মনুংদদি শোয়দনা থোক্লদবা হায়না ঐদি খল্লিবো। মরমদি ভোৎকী মতমদা ভোৎ খোন্বা হায়বসি কন্না চথনরি। লোয়ননা পার্টি অমনা পার্টি অমদা মরাল কন্ন-কন্না পীশিন্নরি।

- মরুপ্না হায়বিবদু অচুম্বনি ঐখোয়গীদা তৌনরিবসি তশেংনা অঙাং মচা মচীনথীবশিংনা লৈরক লমজাওদা খৎন-চৈনবগা চপ্ মান্নরবনি। ঐদি মখোয়গী খল্লুবদা ইতোমতা ইকাইজে। মরুপখোয়গীদা তৌখি হায়বা অদুম হায়না ভোৎ অমুক-অমুক থোক্লকপদা মী লিশিং মবি-মঙা, মরি-মঙা অমুক্তা শিনারবদি ওন্থোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা খল্লিবনি।

- কবিনোনে মরুপ্না মী শিনরগা নুংঙাইর্নি হায়রিবদুবো ?

- মীদু য়াম্না শিনরক্লবদি ঐখোয়গীসু সংবিধান শেমদোকপা অমদি ইলেক্সন নিয়ম-কানুন শেমদোকপগী তাঞ্জা অমদি শোয়দনা লাক্কনিদনা। মীওইবগী হৌনশনি হুরানবা মতুং মৈবিংবা মাঙবা লোয়রবা মতুংদা শিংলকপা হায়বসে। অদনি মরুপ, ঐনা মরুপখোয়গী অসিদা থোকখিবগুম থোকহন্নিংই হায়রিবসে। অদু ওইরবদি ঐখোয়গীসু শঙ্গোম অশাবা থকপদা মচিন-মরৈ পোকখ্রবা মীনা শঙ্গোম মপান চাবদা ফু-ফু কাল্লগা চাই হায়বদু তৌরনিদনা।

- য়াম্না ফজখরে মরুপকী প্রমান, অদুবুদি শোয়রবোইদৌবনি মরুপ। মতাংসিদা মরুপ্তা করিগুম্বা অমতা হংজহৌগে, ব্রারৌবদি য়াদে।

- হংবীরকউ মরুপ, ঐঙোন্দা ব্রারৌবগী ব্রাফমদুমা শুকলৈমক লৈজদে।

- ব্রাফমবুদি করি থোইদোকপা নত্তে, ভোত্তরশিংনা মীরেপ ওইরিবশিংদুগী ভোৎ খোম্বীবদা মথব্রায় থাদোক্লরি। ভোৎ কানখ্রবা মতুংদা এম.এল.এ., এম.পি.

হায়বদু ওইনগ্রবা মতমদা মখোয় মশেন্দি পুনশিন্নদুনা সরকার শেম্মীন্নখরে। ভোত্তর, ব্রার্কর ওইহরিবা খরনা শিখরে। শিপ্রিবশিং অদুনা মীরেপ ওইরিবশিং অদুদগী কান্নবা করি ফংনবগে। হোয় ব্রার্কর অদু মী মরি-মঙাখক্তনি হায়রবদি মীরেপ অদুনা ভোৎ কাপ্রগা মখোয় মঙা অদু থবক হাপ্পীবা য়াই। মখোয় হিংজনবা উপায় অমা তৌবিবসু ঙস্বা য়াই। ব্রার্করদি লিশিংনি। ময়াম অসিবু থবক হাপ্পীবা ঙমগদৌরিবরা ?

- মরুপকী ব্রাহং অসিগী পাউখুম তশেংনা ঐহাক পীজবা ঙমজরোই। মরুপ্না পীদবা য়াদে হায়বা তারগনা পঙ্জবগী শিজবনি হায়বা তাই।

- হোয়, হায়বমক হেক য়াই; পঙ্জবদগী শিজবনি হায়বা। মদুদা মখোয়না হাৎন-শুনবগী করিসু মথৌ তাদে হায়না খল্লি। মরুপ ঙশাই ঐনা হায়জখিবা মকোক-মমৈ শম্নদবা হায়বদু তৌরে।

- করি মতাংদনো মরুপ ?

- ও- ইলেক্সনগী মতাংদা অশিবগী ওইনা ঙাঙ্দুনা লৈরবা ...।

- অদুবুদি মতাংনা য়াদদুনা য়াওজরকপনি করিসু কায়দে। মখা চৎখিবিরকউ।

- মখাসিদি, ফরে ঙশাই থা অহুম প্রসিদেন্ট রুল থম্বগী মতাংদু লোইশিল্লসি। অহানবা থা অনীগী মনুংদা পার্টি শেম্বা, হোংদোক-হোংজিন তৌবা পুম্নমক তৌগনি অদুগা অহুমশুবা থাগী অহৌবদা হায়বদি মার্চ থাগী তাং অমদা ইলেক্সন নোটিফিকেসন থোক্কনি। মীরেপ ওইনিংবশিংনা নুমিৎ নিপালনিগী মনুংদা মীরেপ চে পীশিন্নগনি। মীরেপ চে পীশিনবা মতমদা মখাগী মচাকশিংসি শুনবা য়াওগদৌবনি -

অহানবদা - মা-মাগী পার্টিনা মহাক ভোৎকী বিধান সভাগী/লোক সভাগী, মীরেপ ওইনবা পার্টিনা ক/খ বু অয়াবা পীরে হায়বগী অযা চে অমা।

অনীশুবদা - মীরেপ অদুগী পুক্সি ব্রারী।

অহুমশুবদা- মীরেপ অদুনা লৈরিবা মফম অদুগী পঞ্চায়ত মেম্বর, নগর পঞ্চায়ত মেম্বর/মিয়ুনিসিপালিতিগী কমিসনার মা-মাগী ব্রার্ডশিংগী মেম্বরনা পীবা করেক্টর সার্তিফিকেট অমমম য়াওগনি।

মরিশুবদা - মীরেপ অদুগী মথক্তা করিগুম্বা মখলগী কেস লৈরবা, কোর্টকী বিচার লোইদ্রিবা / অদুগুম্বা মীশক অমতা মীরেপ ওইবা য়ারোই

মঙাশুবদা - হুরান-চীন্থি, মীহাৎ-মীপুন, ওক্তবা লমচৎ-শাজৎকী কেস্ত চেন্নরুরবা বদনাম লৈরবা মীওই ভোৎ লেপ্পা য়ারোই।

তরুকশুবা - মীবেপ অদুগী লন-থুম, সনা, লৌ-ইংখোল ধন (লুপা) খুভ লৈবা, বেঙ্কতা লৈবা, ইরৈবাক অমসুং মীরৈবাক্তা লৈবা বেঙ্ক একাউন্টগী লুপা মশিং, একাউন্ট নম্বর তাকপা চেরোল অমা য়াওগনি।

তরেৎশুবা - জেলদা লৈবা কনাগুম্বা মীওই অমতা ভোৎ লেপ্পা অমসুং ভোৎ পীবা য়ারোই।

নিপালশুবা- বিধান সভা অমদি লোক সভা মীরেপ অমতনা মা-মাগী কেন্দ্র নত্তনা অতোপ্পা কেন্দ্র অমদা ভোৎ লেপ্পা য়ারোই। হায়বদি কেন্দ্র অদুগী ইলেক্তোরেল রোলদা মহাক্কী মীং য়াওদ্রবদি।

মাপলশুবা - কনাগুম্বা মীরেপ অমনা কেন্দ্র অনীদা মীরেপ ওইবা য়ারোই মীং কেন্দ্র অনীমক্কী ইলেক্তোরেল রোলদা মহাক্কী মীং য়াওদে। নহাক্কী মীং য়াওবা কেন্দ্র অদুখক্তদা মহাক ভোৎ লেপকদৌবনি।

(ঐখোয় ভারত্তা চৎনরিবশিংগা খরা খেন্নবদি লৈ মসিবু হংসিরা, হংলোইসিবা? হংলুবগা মরুপ্পা খুমলকপদা হেক্তা চুমই, ইকাইবা নংই ঐনা। ইকাইববু কয়াম কুইনা ইকাইগবনো হংগে খল্লে, ঐনা হংই)

- মরুপ কেরেক্টর সার্টিফিকেট পীবা অসিগী ওথোবিটি জিলা অদুগী দি.সি., এস.দি.ও.না ওইদ্রদুনা মা-মানা লৈরিবা ব্বার্ড অদুগী মেম্বরনা ওইরিবসিবু ?

- চুম্মী মরুপ্পা হংবীরিবা ব্রাহং হংবা য়াবা ব্রাহংনি। জিলা অমগী দি.সি. অমসি এস.দি.ও.না জিলা অদুদা লৈরিবা খুগং লৈকাইকী মী পুম্নমকপু মশক খঙবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। কেরেক্টর (লমচৎ) অসিদি খুঙ্গং লৈকাইদা লৈমিন্নরিবা মীদনা শেংনা খঙই অদুননি মরুপ। দি.সি., এস.দি.ও.না লেগু রেকোর্ড মখোয়গীদা লৈবনা লেগু, লৌ-ইংখোলগীদি মখোয়না পীগনি।

- মীরেপ অমনা কেন্দ্র অনীদা মীরেপ ওইবা য়াদবগী মতাংদা ...।

- হায়জগে মরুপ, ঐহাক পোল্লিং নম্বর ২৯ / ১১গী ভোত্তরনি হায়না খনবিরো, ঐনা ভোৎ থাদগে চৎলুবদা ইলেক্তোরেল রোলদা ঐগী মীং য়াওরমদ্রে, ইচা-ইশু, নুপী-অঙাংগীদি য়াওরে। তশেংনমক ঐ মফমদুদা লৈবনি হায়বসি মীপুম খুদিংমক্কা খঙনরিবনি। অদুবু ঐগী মীং য়াওদে হায়দুনা ঐ ভোৎ থাদহল্লক্তে। অদুগা কেন্দ্র অদুদা ময়ুম মকৈ লৈবসু নত্তবা ভোত্তর লিষ্টতা মমীংসু য়াওদবা অমবু করি-করম্বা মওংদা মহাকপু মীরেপ ওইহনগদৌরিবনো ? অনীশুবদা মীরেপ অদুনা কেন্দ্র অনীদা মীরেপ ওইরে, অমদা কারে, অমদা কাদ্রে, নত্রগা অনীমক্তা কারে হায়না লৌরসি। কেন্দ্র অমদা শোয়দনা ভোৎ অমুক তৌবা তাই। ভোৎ তৌবা হায়বা অসি অরায়বা অমদি অচম্বা থবক নত্তে। শেল য়াম্না চঙ্বা, মতম চঙ্বা থবক্নি। অদুনা মরম ওইদুনা সংবিধান্দা অয়াবা পীদে, অদুনা ইলেক্সনগী রুলদসু অয়াবা পীদবনি। অদু মখাদি মরুপ? মরুপ্না হংই।

- মখাদি মরুপ্না খন-খন্দুনা নিংশিংলকপা অদুম তাকপীবা য়ারে।

- মীরেপ চে পীশিল্লবগী মতুং নুমিৎ তরানী শুবা নুমিত্তা স্ক্রুতিনী তৌগনি। মমাঙগী নুমিৎ মঙানি অদুগী মনুংদা ইলেক্সন কমিসনগী জাংচ আয়োগকী মী থারগা মীরেপ চে থাগৎলকপদা য়াওরক্লিবা চে-চাংদা ইরিবা মরোলশিংদুগী অচুম-অরান থিদোক্লগনি। অদুগী মতুং ইন্না স্ক্রুতিনী তৌগদৌরিবনি। করিগুম্বা অরানবা য়াওরম্লবদি লৌ-ইংখোলগী সার্টিফিকেট পীরকইবা দি.সি., এস.দি.ও. থবক্তগী পুমলৌ-লৌথোকনবা ইলেক্সন কমিসন্না সরকারদা চে থাগনি লোয়ননা মীরেপ ওইগদৌরিবা অদুসু মীবেপ ওইবা য়াররোই। ধন লিশিং তরামঙা কলেক্তিপ ফাইন তৌগনি। অসুম্না স্ক্রুতিনী তৌরবা মতুং নোংমা কোনবদা উইদ্রোএল (মীরেপ চে হন্দোকপগী নুমিৎ) ওইগনি। নুমিৎ অদুমক্তদা ইলেক্সন কমিসন্না মীরেপকী মীং লাওথোক্কনি। অসুম্না মীরেপশিংগী মীং ফোঙখ্রবা মতুংদগীদি ইলেক্সন পব্লিসিতিনা রেডিও, টি.ভি.দা পাব্লিশ তৌরনি। অসুম্না নুমিৎ তরানী ভোৎ খোম্বগী থবক অসি তৌরবা মতুং নীনিশুবা নুমিত্তা ভোৎ থাদনরগনি। ভোৎ থাদবা মতুং মরিনি শুবা নুমিত্তা ভোৎ হায়দোক্কনি। মতুংনুমিৎ হুমনিশুবদা সরকার শেমগনি। অসুম্না প্রসিদেন্ট রুল থম্লীঙৈ থা অহুমসিগী মনুংদা সরকারনচিংবা শেম্বা পুম্লোই লোয়শিল্লগা অপ্রিল তাং অমদা মন্ত্রিশিং ব্রাশক লৌবগা লোয়ননা প্রসিদেন্ট রুল লোইশিল্লগনি। হায়বদি লৌথোক্লগনি।

সৌরজগতকী ভোং অসি বিধান সভা, লোক সভা পুন্ন-পুন্না ভোং তৌবা ঙমদবসু য়াওদবা নত্তে। অদুগুম্বা মতাংদা রাষ্ট্রপতি শাসন মখা তানা অমুক শাংদোকই। অসুম্না রাষ্ট্রপতি শাসন থল্লগা ভোং তৌবসিনা ভোত্তা ফ্রি এণ্ড ফিয়ার ওইবা ঙম্মী।

- মরুপখোয়গীদা এগজিত পোলগী মতাং ...।

- এগজিত পোল ওইদ-পাদবগী থবক্কি মানা অচুম্বা ওইরবদি ভোং মশিং থীনদ্রবসু অদুম য়ারেনে। তৌনৈ ঐখোয়গী অসিদসু তৌবতবু ভোং থাদবা পুমলোয় লোয়খ্রবা মতুংদা ভোং হায়দোক্কদৌবা ব্রাংলিঙে নোংমা নীনি অদুখক্কী মনুংদা। করিগুম্বা ভোং তৌগদৌবা কেন্দ্র অমা মফম অদুগী করিগুম্বা খুদোংথীবা অমদগী ভোং য়েথোক্তুনা লৈরবদি এগজিত পোলগী মত্তা-মত ফোংদোকপা য়াদে।

- এগজিত পোল অসি ভোং খোম্বগী খ্বাইদগী চাওরবা পাম্বে অমনি। ভোংকী মতম মান্নদবা হায়বদি থাদুগী মনুংদা ইলেক্সন কেন্দ্র নিফু-য়াঙ্খ্রে অমনা তাং মঙাদা তৌ, কেন্দ্র খরনা তাং তরাদা, খরনা তাং কুন্দা অসুম্না মান্নদবশিংদদি এগজিত পোলনা ভোং খোম্মী।

- অদুদি করম্না মরুপ ?

- তাং মঙাদা ইহান হান্না থাদখিবা ভোং অদু 'ক' পার্টিনা 'খ'দগী মশিং য়াম্না হেনগনি। 'ক'না মরিফু (৮০) ফংগনি, 'খ'না কুনমঙা ফংগনি হায়দুনা এগজিত পোলনা লাওথোক্লে। অদুনা মরম ওইদুনা মথং তাং তরাদা তৌগদৌরিবা ভোং অদুগীদমক্তা 'খ'না অমুক কন্না 'ক'দগী হেন্নবা হায়দুনা নত্ত-নত্তবা পাম্বে কয়া শিজিন্নদুনা অমুক হোৎনৈ। 'ক'সু মখোয়না মেজোরিতি ওইবা ঙম্নবা অমুক্কা হোৎনরক্লে। অদুদগীদি তাং তরাদা ভোং থাদনগদৌরিবা মফম রাজনীতিব্রালাশিংগী লানবুং ওইরে। ঐনা হায়জরিবসি মরুপখোগী ভারত্তদি অদুম থোক্তনা লৈরবনিনা মরুপ্পা হেন্না খঙবীরম্লগনি।

- অদুবুদি হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গীদা তৌদুনা লৈরিবনি।

- মরুপ ঐখোয় ভোং লোইদুনা এগজিত পোল ফাওবা লোইরে অদুগা খ্বাইদগী মরুওইখ্রবা, মদু য়াওদ্রিবমখে ভোং তৌবা য়ারোইদৌবা অমা চিংথরম্লে।

- করি চিংথহৌরে মরুপ ? চিংথহৌবদু অদুম মেনখৎপীরক্লো।

- ধন (লুপা) গী মতাং, মীরেপ্পা তৌগদৌবা খর্চগী মতাংনি।

- হোয়নে, মদুগী মতাংদু য়াওখিদ্রিমাল্লে মরুপ। ঐদি খঙদে মরুপ, মরুপ্পা নিংশিং-নিংশিংদুনা অদুম তাকপীরকউ।

- বিধান সভা এম.এল.এ.গী মীরেপ্পা ধন লিশিং য়াঙ্খে (৫০,০০০) অদুগা লোক সভাগীনা ধন লাখ অমগা লিশিং য়াঙ্খে, নোমিনেসন ফাইল তৌবা মতমদা ধন(লুপা) ওইনা দিপোজিত তৌগনি। লুপা অসি ভোৎ কারসু-কাদ্রবসু মীরেপ্পা অমুক হন্দোক্লোইদৌবা শেনফমনি। মসিনা শিল্লগনী পাব্লিসিতিগী মীশিংনা রেডিও, টি.ভি.শিং অমদি কেন্দ্র-কেন্দ্রশিংদা মীতিং তৌগদৌরিবসে। মীতিং, পাব্লিসিতিগী মতাংদি হান্না লিখ্রমাল্লে। মীবেপ খুদিংমক মহৈ-মশিং হৈগদৌবনি। বি.এ.গী থাক্তগীদি তাবা য়াদ্রে।

- নুংঙাইরে মরুপ, ভোৎ লোইখ্রবনিনা এন্তিদিফেক্সনগী মতাং ...।

- ফনি, মদুগী মতাংদু খরবুদি পনখ্রবরা খল্লি। অদুবু হায়জরক্কে - পার্টি অমগী মীবেপ ওইদুনা ভোৎ কাখ্রবা মীওই অমনা সরকার শেমদ্রিঙৈ অমসুং সরকার শেমখ্রবা মতুংদা কনাগুম্বা এম.এল.এ., এম.পি. মখোয়-মখোয়না ভোৎ লেপ্তুনা কাখিবা পার্টি অদু থাদোক্তুনা অতোপ্পা পার্টি অমদা য়াওবা শুকয়ামক য়াদে। করিগুম্বা মহাক্না অতোপ্পা পার্টি অদুদা যাওগে নত্রগা পার্টি অদু পুল্লপ পুনশিনগে হায়রবসু ভোৎ তৌদ্রিঙৈগী থা অহুম প্রসিদেন্ট রুল থল্লিঙৈগী মনুং নত্তনা ভোৎ তৌদুনা ভোৎ কাখ্রবা সরকার শেমখ্রবা মতুংদগীদি য়াদ্রে। অদুবু অয়াবা অমদি লৈ মদুদি মহাক এম.এল.এ., এম.পি. ওইবা তোকপা তাই।

- মরুপখোয়গীসি চোংথোক-চোংশিন অমতা য়াবগী বা লৈদ্রেনে ?

- মরুপ "রাজনীতিব্রালাশিংসি শান্নবোই নত্তে। রাজনীতিগী ফীল শান্নবোইশিংগী চোংথোক চোংশিন শান্ননবা শান্নবুংদু নত্তে"। মরা চেৎপা সরকার অমা, লৈবাক অমা লিংনবগীদমক্তা মরাচেৎপা রাজনীতি পার্টি অমা দরকার ওই। ঐগী ব্রাখলদদি সৌরজগতকী রাজনীতি পার্টিশিংসি খরা চেৎপরা হায়না খল্লি।

(মরুপকী হন্দক্কী ব্রাফম অসিদি ঐঙোন্দা ফন-ফজনা শোকই, ইকপু-ইকাই "রাজনীতি ব্রালাশিংসি শান্নরোই নত্তে। অদুগা রাজনীতিগী ফীল অসিসু শান্নরোইশিংগী চোংথোক-চোংশিন শান্ননবা শান্নবুংদু নত্তে" কয়াদা থাক ব্রাংখ্রবা রাজনীতিনো সৌরজগতকী রাজনীতি। ঙসি ঙাইহাক ফম্মিন্নবসিদা কয়ারক ইকাইবা নংখ্রে। হয়েংনা অমুক কয়াম্না ইকাইগদৌরিবা ?)

- মরুপ্পা অমুক হায়রকই- মরুপ অমমুক নিংশিংলকক্লে। মীরেপ ওইবগী মতাংদনী। মীরেপ অমা ওইবা য়ারে হায়দুনা পার্টিনা টিকেৎ পীরক্লিবা মীওই অসি, পার্টি অদুগী মেম্বর ওইবা চহি তরুক শুরবা মহাক্না চহি তরুক প্রজা মীয়ামগা শকখঙ-মায়খঙনবা, মহাক্কী মবুকচেল-মরৌশিং, মীনুংশি পুন্নমক খঙ্‌লবা মীওই অমা ওইগদৌবনি। ফনা মহৈ হৈগে হৈসনু, মরল লৈগে লৈসনু, মহাক্না পার্টিদা য়ওদুনা চহি তরুক মীয়ামগী সেবা তৌদুনা শকখঙ্ মায়খঙ্নবা অমা ওইদ্রবদি পার্টি অমতনা মীওই অমবু হেক্তা মীরেপ ওইবা য়াবগী টিকেৎ পিদে। ইন্দিপেন্দেন্ট হায়বা মীরেপ অদু লৈত্রবনিনা কনাগুম্বা সরকারগী থবক তৌরম্বা মীওই অমনা থবক তোকথোক্লগা ভোৎ লেপ্পা হায়বদুমসু য়াদ্রে। মবমদি মহাক য়ামদ্রবদা চহি তরুক পার্টি অমগী মেম্বব, ব্রার্কর ওইনা লৈবা তাই। অদুননি মরুপ ঐখোযগীদা দিফেক্সন তৌনদে অদুনা এন্তিদিফেক্সন রুলসু লৈতে হায়বা তাই। ঙশাই ঐনা থা অনীগী মনুংদা পার্টি মশেন পুনশিন্নবা য়াই হায়জবদু, যাই হায়বা রাখভ্তনি কনানসু পুনশিন্নদে মরমদি 'ক' পার্টিদা 'খ' পুনশিন্নক্লে। 'খ'দগী চঙ্‌লকইবা মীশিং অদু পার্টি 'ক'দা চহি তরুক মেম্বর ওইদুনা লৈখিগদৌবা মরম্না। চহি তরুক শুদ্রিবফাওবা মহাক মীরেপ ওইবা য়ারোইদৌবনিনা। করিগুম্বা চহি তরুক শুদ্রিঙৈদা 'খ'দা মীরেপকী টিকেৎ পীরুবদা হান্নগী 'ক'গী মেম্বর অমনা য়েৎলক্কনি। সিনিকো মরুপ সৌবজগতকী ইলেক্সনগী মতাংদা তৌনরিবসে। হৌজিক মীরেপ ওইনিবা মীওই অমতা কৈরোই লৈকাইদা অমতা চৎথোক্লবমলোই। মখোয় রেডিও, তিভি ষ্টেসন্দা ব্রা ঙাঙবগী লোয়না লৈনরমগনি। কনামতা ভোৎ খোম্বা চৎনবল্লোই। তশেংনা হায়রবদা মখোয়গী ভোৎ খোন্নবদি চহি মরি-মঙা শুববনি ইলেক্সন তৌনবগী রাষ্ট্রপতি শাসন থমদ্রিঙৈগী মমাঙ্‌দা। ইলেক্সনগী মতাংসিব মরুপ ... ও! অমা নিংশিংলক্লে। মীরেপশিং অসি মখোয়না ভোৎ কাদুনা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রী ওইখ্রবদি রাষ্ট্রপতিদগী এম.এল.এ. ফাওবা চহি মঙা, তার্ম অমখক্তগী ওইগনি, তার্ম অনী শুনা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রী, প্রধান মন্ত্রী ওইদুনা লৈবা য়াদে। মসিসু সংবিধানগী ব্রাফম্নী। মসিগী মেরিত-দিমেরিত কয়া লৈরম্বা য়াই মদুমদি মরুপ্পা খন্থবীরগা যেংবিরো। সৌরজগতকী ভোত্তরগা মীরেপ ওইরিবা মী অদুগা ষ্টেটস্ করিমতা খেনবা লৈতে। ঐনা মসি হায়জবগী ব্রাদি প্রজা ভোত্তরশিংসি লোয়নমক নহানা ছাত্রনী অহলশিং চহি কুম্থাগী মথক্কী মীওইশিংসি লাইরিকী ওইবা মহৈদা বি.এ. ওইদবা অমত্তা য়াওদে। চাক্লী-ফিনিদুনা হিংবা মী অমত্তা লৈতে।

ঐখোয়গীদা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রী ওইরে হায়দুনা মচা-মশু নত্রগা কনাগুম্বা মী অমফাওবা থবক হাপ্লীবা ঙমদে। মখোয়-মখোয়গী তলব অমসুং এলাওয়েন্স অদুদগী লুপা অমফাওবা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রীশিংনা ফংনিঙঙাই লৈতে। অদুনা ভোত্তা শেল চঙদে, মতম মাঙনদে। পুন্নমক ভোং লেপচনবগী তাঞ্জা লোয়না পী। মী অমতনা অশুম মুখ্য মন্ত্রী, প্রধান মন্ত্রী চহি তরা-তরামঙা ওইদুনা লৈরক্লবদি মহাক শোয়দনা নবাংবা-চাওখোকপা য়াওরক্কনী। অদুদগী শেঞ্জ-থুমজা তৌরক্কনি। অদুবু শেঞ্জা-থুমজা তৌবা শুকয়া য়ারোই। পুন্নমক অসি মুন্না খন্নরবা মতুংদা সংবিধান্দা ইখ্রবনিনা তার্ম অনীশুনা ভোং লেপ্পা ঝন্দ্রে। মসি নত্রবদি রাজনীতি অসি ভারতকীগুম শাগৈগী রাজনীতি ওইখিবা শোয়দ্রে!

- (মরুপকী ব্রাফমশিংসিদা হংনিংবা কয়া য়াওববনি। হংউরে মানা পীবকপা পাউখুম্না অদুম হেক্তা চুম্বা, অদুগা ঐবু হংশিবা-হংওইশিরা অসুম্না খন্দুনা লৈবে। ঐখোয়গী ভারত্তা, মনিপুবদা ভোং লেপ্পরিবসি চিন্দা অদুম হায়জবগী রানী 'মীয়ামগী সেবা তৌবা হায়দনা, তশেংবমক্তি শেল তানবনি। পুন্নমক শুপ্পগা মখোয়না পুন্নমক্কী মথক্তা লৈবাসিনি মখোয়না তৌরিবা অমদি পান্নিবসি। হৌজিক-হৌজিক তৌদুনা লৈনবিবনি। সৌরজগত্তনা করমহায়না থবক হাপ্পা ঙমদ্রিবা ? তলব এলাওযেন্সতগী হেন্না লুপা অমফাওবা ফংফম লৈতে হায়বা, অসিনা করম তৌরিবা ? মসিদবু ভোং লেপ্পুবগী করি কান্নরিবরা ? এম.এল.এ. মন্ত্রী, এম.পি. ওইরুবগী কান্নবনা করি ? শেঞ্জা-থুমজা তৌবা য়ারোই। য়ারোই হায়গনি ভারত্তা, মনিপুরদা ভারতকী স্টেট পুন্নমক্তা তৌনরিবসি শেঞ্জা-থুমজা য়াই হায়বদি কন্যানসু হায়নদে। মরুপখোয়গীদা শুকয়া য়াদে হায়রিবসিনা করম তৌরিবা ? ঐখোয়গীদদি থবক হাপ্পা যাদে হায়দূনা চিফ মিনিষ্টর মশানা ওর্ডর থোকখ্রগা মানা মী চামা চানি থবক হাপচিল্লম্মী। কনানা করিশু তৌখিদে। মখোয়গীসিনা করম তৌরিবা ? ঐ হংনিংলকই।) মরুপ্না হৌজিক তাকপিখিবা ব্রাফম শেঞ্জা-থুমজা তৌবা শুকয়া য়াদে হায়বা অমা য়াওখিবদু করিগুম্বা তৌরম্লবদি? করিগীদমক্তা অসুক য়াম্না চেকশিল্লিবনো?

- খুদোংথীবা থোক্ত্রিঙৈদা চেকশিলহৌবা হায়বা অসিনা খরা মফৈদনা হায়নবা লৈবদায়নে মরুপ, প্রিভেন্সন ইজ বেত্তর দেন কিয়োর হায়বদুনিদা। অসুম্না চেকশিলহৌবা অসিনা কনাগুম্বা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রীশিংনা শেঞ্জা-থুমজা

ফত্তবা থবক তৌবা লায়না থিংবা ঙম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গীসিদা ভোৎ কাখ্রবা মীওই অমদি ওফিসতা থবক তৌরিবা মীওই অমতনা শেঞ্জ-থুমজা ফত্তবা থবক তৌখিবগী ফত্তবা মীংচৎ বদনাম অমতা লৈতে। লৈবসু য়াদে।

- লৈবসু য়াদে, লৈরগদি কদৌবা ?

- ভোৎ কাখ্রবা অমদি অচৌবা ওফিসারশিংসি তশেংনা হায়রবদা মখোয় অসি ইতিহাসকী মীওই অমমম ওইখ্রবনি। হৌরকইবা নহারোলশিংনা মখোয়-মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ অদু লৌরগা অফবা মী অমা হায়বদু ওইরক্কদৌরিবনি। লৈবা য়াদে হায়বগী মবমদি অসিনি - লৈবাক অমগী ফিদমনিঙাই ওইবা মীশক্তি হায়না খঙনরিবসি লৈবাক অদুদা লৈরিবা ওঝা-গুরু, এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রী, অচৌ-অশাং, ফম্নাই-ফম্নাইবশিং অসিনি।

- কনাগুম্বা ইলেক্সন্দা ভোৎ কাখ্রবা মীওই এম.এল.এ., এম.পি. ওইখ্রবা রাশক লৌদুনা সরকার শেম্বদা যাওখ্রবা, ওপোজিসনগী মীওই ওইদুনা লৈখ্রবা অদুগুম্ববা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রীশিং অদুনা মহাক-মহাক্কী থবক্কী মতম (তার্ম) অদুগী মনুংদা ফত্তবা থবক তৌরম্বা, শেনজা-থুমজা তৌরম্বগী চেনফদ্রবা খুদম, প্রমান শাক্ষি পীবা ঙম্লবদি মহাক্কী থবক্তা ইলেক্সন রিকোল ওফিস্তা ক্লেম তৌবা য়াবে। হায়বদি মহাক অদুক হন্না এম এল এ, এম এম পী, ওইবদগী লৌথোকপা য়াবে। মরম অসিননি ঐহাক্না ফত্তবা থবক তৌবা বদনাম লৈবা য়াদে হায়না হায়জখিবদো।

- ভোৎ কাখ্রবা মীওই অমবু অমুক লৌথোকপা য়াই হায়রিবা অসিবু ওইথোকপা য়াবা ব্রাফম্লনে মরুপ ? ঙমদি ঙম্মীহে সৌরজগতকী ভোত্তরশিংশিদি-।

- তেলঙ্গা পাইবগী লং(ধোরী) অসিবু কনানা পায়বগে মরুপ?

- অদুবুদি পাইহল্লিবা মী অদুনা পায়বা তাবনি।

- লং য়াম্না শাংনা থাদুনা পাইখৎখরে। ব্রাংখৎখ্রগা খনা লৈরক্লে। অদুওইববদি লং পায়রিবা অদুনা অমুক লৌথরগা শেম্বা তাবনি। মরুপ্পা সৌরজগতকী ভোত্তরবু য়াম্না ঙম্মী হায়রিবদু ভোত্তবশিংনা য়াম্না ঙমলুবগী ব্রাফম নত্তে। সংবিধান্না পিবিবা শক্তি অদূনা ঙম্বনি। সংবিধান্দা লৌথোকপা য়াবগী অয়াবা লেবনা লৌথোক্কদৌরিবনি। সংবিধাননা অথিংবা পীবা মরম্না কনাগুম্বা ইলেক্তেৎ পার্সন অমনা নত্ত ওইদবা, ফত্তবা থবক অমতা তৌবা য়াদ্রিবনি। সরকারগী ওইরিবা লন-থুম ময়াম অসি প্রজা ঐখোয়গী লন থুম ঙাক্তনি। ভোৎকাখ্রিবা মীওইশিংগী

মপা-মপুগী পৈদুনা থল্লম্বা স্বত (সোতো) তানবা য়াবা লন-থুম অমতা নত্তে। মা-মানা অপাম্বা মওংদা পংলৌদা লৌথোক, শিজিন্ননিংবা মওংদা পংশিদা শিজিন্নবদি কদায়দগী য়াগনি।

- ইলেক্তৎ পার্শনশিং অসিনা সরকার শেম্লবা তুংদা প্রজাগী মরল-মথুম ওইনা লাইর-অনং য়েংনা নিয়ম চুম্না ফংফম থোকপা ফংহনবা শেম্বীফম থোকপা শেম্বীনবা প্রজাশিংগী মীহুৎ ওইনা অমমম থল্লগা থাখিবগী ৱাখক্তনি। প্রজাগী য়াইফনবা প্রজাগা চানবা আইন শেম্নবা থাবনি। ঐখোয়গী ওইবা লন-থুমদু লোইশিল্লনবা থাবা নত্তে মরুপ। ঐ ৱাফম অমগা নিংশিংলক্লে।

- করি ৱাফম্লো মরুপ ?

- ৱাফমবুদি ভারত্তা য়াম্না কন্না চথনরিবা ৱাফম অমনি। ভোৎ মনুংদা পার্টি মশেল পুন্না চৎমিন্নবা হায়বা তোয়না তায়। মদুমদি ঐখোয়গীসিদা লৈত্রে। ৱাফমদু তাবদা কযা নুঙাইতবা ৱাফম ওইনা তৌই ঐখোয়দদি। পুন্না চৎমিন্নবগী ৱাফমগা মখোয় মশেল পার্টি অমমমদা পুনশিন্নবগা করি খেন্নবিবগে ? পার্টি মচা-মচা পঙ্থোক্তা থোক্লুগা মখোয় মশেল পুনশিন্নরগা শায়েন-ঙায়েন্নবগী থবক্লি। মদুমদি সৌরজগত্তদি লৈত্রে।

- য়াম্না নুংঙাইবে মরুপ, মরুপ্পা তাকপীখিবা এম.এল.এ., এম.পি. লৌথবগী মতাংদু অমুক কাওখিনিকো। মদুনি ঐনা য়াম্না খঙ্নিঙ্লিবা।

- মরুপ্পা এম.এল.এ., এম.পি. লৌথোকপগী মতাংদা খোইদাবিবিবদুবু এম.এল.এ., এম.পি. লৌথোকপীগদৌবা লৈববো ? (মরুপ্পা নোকই, ঐসু নোকই।)

- লৈতেদা, সুম খঙ্নিংলকপদো, অনৌবা ৱাফম হায়বসিদি হেক্তা খঙ্নিংইদো, অদুদা হায়জবনিদা।

- অদুদি তাবিরো হায়জরক্কে। ৱাফম অসি হায়বদদি য়াম্না লায়বা, অদুগা থবক ওইনা তৌরকপদা য়াম্না লুবা অমনি। ঐখোযগী সংবিধান্দা য়াওবগী ঐনা অদুক পঙ্গরুবগী ৱানি। মীখলদা মায় পাকখ্রবা (ইলেক্তেৎ পার্শন) অমবু রিকোল তৌবা তারবদি মী অদুনা মীখলদা মায় পাকপা ফংখিবা কেন্দ্র অদুদা লৈবা ভোত্তরশিংগী শরক অহুমগী অনীনা, হায়বদি মহাক্তা ভোৎ কাবদা ফংখিবা ভোত্তর মশিং অদুদগী অমা হেল্লবদি মহাক লৌথোক্লে হায়না লৌবা য়ারে। ইলেক্সন রিকোল ওফিস্তা

কমপ্লেন তৌরকপা নুমিৎ মঙানিশুবা নুমিত্তগী ইলেক্সন দিপার্টমেন্টকী 'জাংচ আয়োগ'কী মীওইনা রাজনীতি পার্টিশিংদগী থিজিনবগী থবক অসি থোইনা হেন্না হৈশিংবা মী অমমম থাবিরক্লুবা চে থাগনি। হাযরিবা পার্টিশিংগী মীহুৎশিং অদুগা লোয়নরগা জাংচ আয়োগনা এম.এল.এ., এম.পি. অদুগী মথক্তা শিরক্লিবা মরালশিং অদু অচুম্বা-চুমদবরা হায়বদু থিদোক্কনি। করিগুম্বা মরাল লৈরম্বা তারবদি ইলেক্তেৎ পার্শন অদু মশানা য়ানা ফম হায়বদি এম.এল.এ., এম.পি. ওইবা তোক্কেরা নত্রগা রিকোলগী ইলেক্সন থেংনগেরা হায়বা মশাগী অপান্বা মত (মোৎ) অমা অইবা ওইনা লৌগনি। থিগৎপদা মরাল অমতা ফংদ্রবদি ব্রাকৎলক্লিবা মীওই কাংবু অদুনা ধন (লুপা) লিশিং য়াঙ্খে মীবু ইজ্জৎ মাঙ্‌হন্নবা হোৎনৈ হায়বগী মরালদা ব্রাকোংগনি, হায়বদি ফাইন থিগনি। ইলেক্তেৎ পার্শন অদুনা ঐদি ইরাল লৈতে ঐ ভোৎ থেংনগনি হায়রগনা ধন (লুপা) লিশিং য়াঙ্খে ইলেক্সন কমিসন্দা দিপোজিৎ তৌরগনি। অদুগী মতুংদা নুমিৎ লেপ্লগা রিকোলগী ভোৎ তৌগনি।

অসুম্না রিকোল তৌখিবা মী অমতা ঙসি ফাওবদা মখোয়না মায় পাকপা অমতা য়াওখিদ্রি। অদুগুম্না মীওই অদু মাগী পার্টিদগীসু তাম্থোক্লগনি অদুগা অতোপ্পা পার্টি অমদসু য়াওহল্লরোই। মীওই অদুগী পুন্সি ইজ্জৎ লৈনা হিংবা হায়বদুমদি ওইদ্রে। চহি মরিফুবোম অসিগী মনুংদা রিকোল ইলেক্সন অনীরক তৌখ্রে। মরুপ ইলেক্সনগী মতাংসি লোইর্শিল্লসিরা হেক খল্লুবগা অরাংপা অমা হেক্তা লৈবন্মী। ঙসিগী লোইশিনবা য়াগদৌবা ইমান-মানশিল্লক্লেবো।

- করি অমুক নিংশিংলক্লুবা মরুপ ?

- সিসু মীরেপকী মতাংদনি মরপু।

- করম্বা মীরেপকী মতাংদনো মরুপ ?

- এম.পি. মীরেপকী মতাংদনি। এম.পি.গী মীরেপ ওইবসি রাজ্যগী ষ্টেটকী ওইবা হায়বদি রিজনেল লোকেল পার্টিদি এম.পি. লোক সভাগী মীখলগী মীরেপ ওইবা য়াদে। মসিদি নেস্নেল পার্টিগী মীওইশিংখক্তনা মীরেপ ওইবা য়াই। রাজ্যসভাগীদি রাজ্যগীনি করিসু কায়দে। লোকেল পার্টি অসিদি মশাগী রাজ্য অদুদগী হেন্না ব্রাখল খনবা ঙমদ্রবা পার্টিনি হায়না লৌই। লোক সভা হায়রিবা সভা অসিদি লৈবাক অমগী নেশন অমগী অপুনবা সভানি। খন্নরক্কদৌরিবা

হিরমশিংসু জাতিগী ওইবা হিরমশিংনি। অদুগা লোক সভাগী মীরেপ লোকেল পার্টিনা ওইবা য়ারোই হায়বা ৱাকমসিমসু সংবিধানগী ৱাফম্নি।

- (মরুপকী ৱাফমশিংসিদা হংনিংবা কয়াদি লৈরবনি ঐবু ? হেরা হংগেদা) মরুপ ঙসাই রিকোলগী ধন(লুপা) লিশিং য়াঙ্খে তিংখিবা নুপা অদুমদি অহানবগী ইলেক্সন অদুদসু ধন লিশিং য়াঙ্খে, রিকোলদসু য়াঙ্খে, লোইরেনে মাদি ? মশানসু মরাল লৈতে হায়জরবা ...।

- ও! অদুগী মতাংদু ঐ শেংদোকচগে, অসিগুম্বা চিংনবা য়াওরকপদা করিমতা চিংনদনা হেক্তা হংবিরকউ হায়দুনা ঐনা মথক্তা মরুপ্তা নিংশিংজখিবদুনি। য়াম্না নুংঙাই মরুপ্না হংবিরকপা। রিকোলগী মীবেপ অদুনা মায় পাক্লগনা ধন লিশিং য়াঙ্খে মানা পুথোকখিবদু মাশদা হন্দোকপীগনি। অদুগা ঙসাই ৱাকৎলক্লিবা কাংবুদগী ফাইনদগী লুপা লিশিং য়াঙ্খে অদুসু মানা ফংগনি।

- য়ারে অদু ওইরবদি, নত্রবদি য়াম্না মাঙ্মল্লে হায়জবনিদা (খল্লি পুক্লিংদা কয়াদা ফজখ্রবা সৌরজগতকী সংবিধান্নো? করম তৌরগা করম হায়না সৌরজগতকী ভোক্তব পুম্নমক বি.এ.অমদি মাষ্টরদগী তাদে হায়রিবা? মখোয়গী ইজুকেসন সিষ্টেম্না করম তৌবিবা? ঐখোয়গী ভারতকীনা হৌজিক্তা নিংতম্লবা মতুং ইশানা ইবৈবাক্কী শাসন তৌরবফাওবদা লাইরিক ময়েক চংতবা মীওই কোতি কয়া লৈরিবনিনা করম্না মখলগী লৈঙাক শাসন তৌরকপদা মনিপুরগী চীং অমদি তমগী লমশিং সিনা করিগী অমুক শোংথহৌবিবা, নাগালেনদগী মনিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংবসু হাল্লি। শেমগৎ-শাগৎপদনা করিগী নাগালেন্না হেল্লিবা? নাগালেন্দা শেমগৎ-শাগৎলিবা ইলেক্ট্রিকনা পুমঙাল ঙাল্লিবা, লম্বী সোরোক কোইলাস থাদুনা অমগা অমগা কোইশম শম্নরিবা অশুমহায়না শেমগৎ-শাগৎপীরম্বদবু মনিপুরগী সরকার শেম্বদা চীংগী এম.এল.এ মন্ত্রীদি য়াওদবরা? য়াওই, অমদি মখোয় কদৌদনা লৈরিবা? চীংগী শেমগৎ-শাগৎনবা শেল, লুপাদি কাইথোক্করা? অদুসু কাইথোকই। শেনশিংদুনা কদায়দা কদৌখ্রবা? অশুম্বা ঐগী পুক্লিংগী অতিয়াদা ইঙা-ইঙেন্দা হৌরকপা, তাবদি নাইদবা মচু-মমেল কয়াগী নোংহৌনা হৌরকপগুম, মখল মখা কয়াগী রাখলগী নোং হৌরকপগা লোয়ননা রাখলগী সমুদ্রগী ঈরোননুংদা অশুম-অশুম খরা খরা লুপথখিবনা কনাগুম্বা অমগা ফম্মিননদুনা ৱাবী শান্নরি হায়বফাওবা কাওথোকখ্রে। মকুপ ইন্দ্রনা অহানবদা মরুপ হায়না কৌখিবা তানা তানা ঐ খুম্না ওমখিদে। অনিরক শুবা

ওইনা মরুপ মরুপ হায়দুনা হকচাং নোমদুনা কৌরকপদুদদি অফিং-অফাই ওইনা ও! হায়দুনা ঐ মীৎ খঙপাং পাংথোই। মরুপ্পা হায়রকই হকচাং য়াম্না চোকথনা উরে, ঙসিগীদি পোৎথারশিরা মরুপ?

- হূম! ঐ করিসু তৌদে মরুপ, ঐ ব্রাখল অমদা ঙাইহাক ঈরাক্লরুবনি।

- অদুদি ঐনা মরুপকী হকচাং পায়দুনা নোমবদু ঈরাক্লবদগী লৌখৎপা তারেনে।

- মরুপ্পা লৌখৎপীবমদ্রবদি ঐ অদুম লুপথখিদুনা আ: পতাল য়ৌরমগদৌবনি। মরুপ ঐখোয় অনি নোকমিন্নে ঐনা হংই-

- মরুপ, মরুপখোয়গী সরকার অমদি পার্টি জাত-বিজাত খায়বা ধর্ম্মদা মীচং মীখাই নাইবা অদুগুম্বা......।

- মরুপ হংবিবকপা য়াম্না নুংঙাই, ঐখোয়গী লৈবাক গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমনি। ভাবতকীগুম্না ঐখোয়গী'সিদসু জাতি কয়া-কয়া লৈ। রাজনীতি পার্টিশিংসিসু জাতি ধর্ম্মদা মীচং-মীখায় নাইবা অমতা নত্তে। তশেংনা হায়রবদা ঐগী ব্রাখন্দদি 'সোসেলিজম সমাজবাদ' হায়বদুমক্কি হায়না হায়জনিংই। হৌজিক-হৌজিক রাজনীতি পার্টি অহুম লৈরিবসি করিগুম্বদা পার্টি অনীগী পুনশিনবা সরকারসু ওই। ভোৎ মমাঙ্দা পুন্না চৎমিন্নবা তৌদে হায়দুনা ঐনা মথক্তা হায়জখিবর্দুনি। ভোৎকী ফল ফংলবা মতুংদা পার্টি অমনা মেজুরিতি ওইখ্রগনা মেজুবিতি পার্টিনা সরকার শেমখ্রে। মেজুরিতি ওইদ্রগনা পার্টি অনীগী পুনশিন্নবা সবকার শেম্মী। সৌরজগতকী সরকারদা রুলিং অমসুং ওপোজিসন অনীমক লৈ। ওপোজিসন য়াম্না লিংলিবমখৈ সরকার মশক ফজবা তেল্লি। ওপোজিসন পার্টিগী লুচিংপুরেন অদুদি, বিধান সভাদবু ওইরবসু, লোক সভাগী অমদি রাজ্য সভাগী ওইরবসু, চিফ মিনিষ্টব অমদি প্রাইম মিনিষ্টব অমদা পীবা ফেসিলিতি পুম্নমক ওপোজিসন লিদর অদুদা পী। তশেংনা হায়ববলা সৌরজগতকী সংবিধান অসিগী মরু- মরু ওইবা মচাক্তি মরুপখোয়গী ভাবত্তগী লৌবা ঙাক্তনি।

- সৌরজগতনা ভারত্তগী করি মরুওইবা মচাক লৌরিবা মরুপ ?

- ঐনা হৌজিক হায়জখিবা ওপোজিসনগী মতাং অদুসু মরুওইনা ভারত্তগী লৌজবনি মদুদি - নিন্দক নিযরে রাখিয়ে, আঙ্গন কুটি সৱাই।
বিনা পানী সাবুন বিনা, নির্মল করে সুভায়॥

মসিনর্নি ঐখোয়গী ওপোজিসন পার্টি অসিদি য়াম্না খঙবা হৈবা, অচং-অচংবা মী য়াওগদৌবনি হায়জরিবসে।

- হুম ! কদায়দগী য়াগনি মরুপ, মসিদি মপু তাক্তনা লৌবনিনা হুরানবা তারে মদুদি য়ারোই কেস তৌবা তারে। (ঐসু মরুপসু ফাক-ফাক নোকমিন্নে)।

- অসিদসু নত্তে য়াম্না লৈরি, কেস তৌনি হায়বনিনা হায়দোক্লরোই। (মরুপ্না নোক্লগা হায়রকই। ঐসু নোক্লগা কেস তৌররোই হায়দোক্লক্লো হায়দুনা মরুপ্তা হায)।

- অতৈদি মতাং মতাং লাকপদা হায়জরক্লগে। অপাম্বদা চৎথপ্পবদি অতৈ খবা চিংথহৌগদৌবি। সরকার শেম্বগী মতাংদনি - পার্টি অহুমদমক লৈববনিনা পার্টি অদুনা ওপোজিসন ওইনা লৈগনি। কবিগুম্না পার্টি অনিখক্তা ঙাইরকলবদি মসিগী চয়েৎনবসি লৈবরোই। রাফম অসিসু সংবিধানগী রাফম্নি। অসুম্না সরকার শেম্মী। সৌরজগতকী সরকাব অসি মথাং অহুমগী সরকাবনি হায়বা তাই। গ্রাম পঞ্চায়ত মখোঙদগীনা পঞ্চায়তী রাজ, রাজ্য সভা, লোকসভা অসিনি। সৌরজগত গ্রাম পঞ্চায়ত্তা পুৱা শক্তি পীবা লৈবাক অমনি 'পঞ্চায়তি রাজ' হায়বদুমক ওইনিবনি। রাজ্য বিধান সভাগী ওইববসু কেন্দ্রগী লোকসভাগী পঞ্চায়ত পারিষদকী অয়া-যাদা অপাম-পামদা মোত (মত) লৌগনি। বজেদ শেম্বদি মপুং ওইনা লোকসভানা তৌগনি রাজ্য বিধান সভা, পঞ্চায়ত পরিষদশিংগী অয়াবা লৌরগা মতুংদা রাজ্য সভাগী অয়াবা লৌরগা লোকসভাগী অয়াবনা অবোইবা ওইগনি। কবিগুম্বা বজেদ অদুদা পোৎকী মমল লেপ্পগী মতাং লাক্লবদি পোৎথোক-চাথোক পুথোক্লিবা লৌমী শিন্মীশিংগী মীহুৎ যাওরগা লেপকনি। অনৌবা সরকাব অমা হেক শেমখিবদগী থা অনীগী মনুংদা সরকাব অদুনা মখোয়গী চহি মঙাগী মতম অদুদা শেমগৎ-শাগৎকদৌবা থবক পুম্নমক্কী প্লান, প্রোজেক শেম্না লোইশিল্লগা মদুদা চংগদৌরিবা শেনফমশিং চহি মঙাদুগী মনুংদা চৎখিগদৌবা শেনফমশিং ময়েক শেংনা শেংনা বজেদ অদুদা উৎকনি। বজেদ অমদি প্লান্দা হাপখিদ্রবা থবক্কীদমক্তদি লুপা (ধন) অমা ফাওবা চৎহনবা য়াবোই। অদুবু প্রকৃতিগী ওইবা অমাং- অতা হায়বদি ঈকঙ-ঈচাও যুহার হাবনচিংবা নোংলৈ নুংশিৎ কয়াদগী থোক্লকপা অরা-অনংগীদমক্তদি খুদক্কী ওইবা কেবিনেৎ মীতিং ফম্লগা পুম্নমক কোক্লনবা তোৎনগনি। মন্ত্রীশিংগী থবক্তী মা-মানা পুরিবা দিপার্টমেন্টশিং অদুগী শেমগৎ-শাগৎপদা চঙগদৌবা শেনফমশিং অদু চহি-চহিগী ওইনা কায়থোক্লগা দিপার্টমেন্টশিংগী মকোক থোংবা ওফিসারশিংদা শিন্নবা অদুগা তৌরিবা থবকশিং অদু য়েংশিনবনি। সৌরজগত অসিদা থিকা সিষ্টেম লৈতে।

লৈ, মদুদি ঐখোয়গী লৈবাক্লা তৌবা ঙম্লোইদৌবা অদুগুম্বা অচৌবা প্লান-প্রোজেক অমা লুপা করোড় কয়া চংগদৌবা অদুগুম্বা থবক লৈরবা মতমদা মীরৈবাক্কী অচৌবা কম্পনীশিংদা থিকাগী তেন্দরনচিংবা কৌরগা পীগনি, পীখিবসু লৈ। অদু নত্তবদদি থিকা অসি লৈতরে। ঐখোয়না যুম অমা শানবগী মিস্ত্রি অমা নেল্লগা শাহল্লি। অদুগুম্না যুমশাববু ওইরবসু, লম্বী থোং শেম্বা-শাবগী ওইরবসু দিপার্টমেন্ট অদুগী ওফিসার অদুনা লোযনা শিনগনি। মদুদা চিফ ইঞ্জিনিয়াব ওভরসিয়ার এস.ও. দরকার লৈবমখে লোযনা য়াওগনি। খুদম ওইনা কিলোমিটর য়াঙ্খে শাংবা লম্বী অমা কোইলাস থাবদা লুপা লাখ অহুম সরকারনা কায়থোক্লে। হায়রিবা লুপা করোড় অহুমদু চঙ্না লম্বীদু কোইলাস ফজনা থাখিবা চহি তরা-তরার্মারিদি বিপিয়ার ফাও তৌদনা চৎলি। থবক শুবা মী ব্রাৎপা লৈতে খুঙ্গংগী পঞ্চায়তকী লমদা ওইরগনা পঞ্চায়ত মেম্বরনা খুঞ্জাশিংদা পাউ পীবগা খুঞ্জাশিংনা থবকশিংদু তৌজরগা মখোয়না খুৎশুমন্দু অদুম ফংজহৌই। এস. ও. ইঞ্জিনিয়ারশিংনা থবক তৌন-তৌনা অদুম তাকপীবদা লোয়না খঙ্বা থবক ঙাক্তনি। মরমশিংসি লৈবননি ঐনা মথক্তা পঞ্জখিবা শেনজা থুমজা তৌনিঙাই লৈতে; তৌসু তৌনদে হায়জখিবদো।

(তাঞ্জাদুদা ইন্দ্রানীনা শঙ্গোম গীলাস অচৌ-অচৌবা অনী পুরক্লগা তেবল মথক্তা থম্লম্মী। মরুপ্না, মকুপ পার্যাবিবো, ঐ মপাল অমুক্তা থোকউখিগে হায়রল্লগা থোকখি। ঐ শঙ্গোম থকপা চঙ্দে। খল্লি ব্রাখল মখন-মখন। ঐখোযগী মনিপুরদা ওইরবদি লুপা করোড় অহুম অদু করোড অনীদি মন্ত্রী, এম.এল.এ., থিকাদার, ইঞ্জিনিয়ার, এস.ও. ফাওবা মথং-মথং যেনথখ্রগা লাখ অমনা হৌদোং মথী ফায়রগা উৎনা খুম্মী হায়বগী থৌনাদা কোইলাস খরা চায়শিল্লগা মথক্তা নুংকুপ নুংজ্রেং খরা চায়শিল্লগা মথক্তা রোল্লর তকশিল্লগা শিৎ নালহল্লনি। হৈদি-হৈহে ঐখোয়গী ইঞ্জিনিয়ার থাগৎনিঙাইনি। থা তরুক শুরকপদদি মপাক-মপাক অমুক ফক্তোকখরগনি। ঐখোয়গীসু শেল থাদদবা নত্তে, মতিক চানা অদুম থাদরিবনি। মীগী সৌরজগতকী তৌরিবা অসুম্না তৌবিরবদবু ঐখেরগীসু চহি মঙাদি করিগী চত্তনি। লম্বী সোবোক শেম্বীরিবনি হায়দুনা নুংদুম-নুঙ্গাই খরা চাইথোক্লগা চীংগী লৈঙাংনা কুপশিন-কুপশিল্লগা রোল্লর ফাওবা তকশিনবিদনা অশুম থল্লি। অঙকপগী লৈবাক মনিপুর করম্বা মতমদা অফ-নুংঙাইবা লৈবাক অমা হায়বদু ওইরকখিগদরা ? থাজদে, ঐখোয়গী পুন্সিসিদদি। ওইদি

ওইহনিংখ্রেদা। করম্বা মতমদা, চহি কয়গী মমাঙদা করি-করিমক লৈরম্বদগী সনালৈবাক মনিপুর হায়না কৌনরম্লিবনো। খোনি অমতসু লৈতে, কদায়দগী সনা থোক্কদৌরিবা ? উম ! ঐ খঙ্‌ঙে, মসিগী মীং অসিদি মমা-মপানা মচাদা মমীং থোনবীবম্বা অদুম্মা থাইনগী অহল-লমনশিংনা পঙ্‌থোন থোল্লম্বা ওইবমগনি। ইচাবু মমা-মপা ওইবা ঐখোয়না মশক থী হায়বদি খক হায়নদে। মশক থীরগনা শকহেনবী হেক মকৌবা। লাইরবনা পৎ তৎলবসু ইনাক খুনবী হায়না মমীং হেক থোনজিনবগুম থোল্লম্না ওইরম্বতাই - 'সনা লৈবাক মনিপুর'। হায়বদা কয়াদা নুংঙাইরিবা 'সনা লৈবাক মনিপুর' তাবদসু নুংঙাই, লৈবাক অসি পুমঙাল পুমঙাল ঙাল্লমগদৌবোই নিংই; ইনাক খুনবী, শকহেনবীগুম। খল্ল-খল্লুরগা অসুম ইকাইরক অসুম ইকাইরক মকুপ ইন্দ্রগা ওনশিন্নদুনা কম্মিন্নবফাওবা ইকাইরক্লে। মকুপ চংলকই অদুগা হংই - মকুপ কদৌরে শঙ্গোমকা থক্লুবদি ? ঐনা খুম্মী - মখা করি হংশিগে সুম খনবদগী শঙ্গোমকা অমতা নিংশিংলুদ্রে। থক্ল থক্লা অনুক নিংশিংও- থক্লসি মকুপ্পা হায়রকপগী ঐখোয অনী শঙ্গোম থকউ।

ঐনা হায়- মকুপ মতমসু পংথেং থেংদ্রি ইলেক্সনসি লোইশিনসি হায়ববু ...?

- ঐদি ইয়াদা খাই, মকুপ রারমগদ্রা হায়না খনবনিদা। ঐখোয়বু ইলেক্সন লোয়শিন্দুনা সরকার শেমদুনা ...।

- হোয়নে, সবকার শেমগ্রেনে, মদুদি মকুপ্পা নিংশিং-নিংশিংলকপশিংদু অদুম হেক্তা তাকপীরক্লো। ঐনা মথক্তসু পনজখ্রে লৈশেম্বগী মতাং অদুনা মকুপ্পা সৌরজগত অসিদা চৎনবিবা চৎনরোলশিংগী মতাংদা নত্রে হীবম অমদা হেক্তা তাকপীবকপা য়াবে।

- অদুদি মকুপ, খেচরি তারেনে।

- চারিবা পোৎপু খেচরি ওইদবা করিবু য়াওবগে ? খেচরি ওইগে ওইসনু।

- লোয়নমক্কী মহাওদি অমমমতা ওইনা লোয়না খঙ্‌ইদা, পুনশিন্নবগী মহাওসু অদুম লৈ, মখা চৎথবিরকও।

- ভোত্তর খুদিংমক্কী মশাগী আই কার্ড অমমম লোয়না লৈগনি (পায়গনি)। আই কার্ড অসি ইলেক্সন দিপার্টমেন্টনা পীগদবনি। মদুদা ভোত্তরগী মীং হাউস নম্বর, খুন নম্বর অমসুং পোলিং নম্বর য়াওগনি। লোযননা মশাগী পাসপোর্ট

সাইজগী ফোতো অমমমসু য়াওগনি। আই কার্ড অসি ইলেক্সন অহল্লক চৎনগনি। পোকপা; শিবগী রেজিষ্টার তৌবা হায়বসিদি তৌদবা শুকয়ামক য়াদ্রে।

- মরুপ্পা হেক-হেক তাকপীরকপদা 'শুকয়ামক য়াদ্রে' হায়বা অমমম্ য়াওরকই, মসিবু...।

- উম! য়াওই মসিগী মরম কয়ামকম লৈ। অদু নত্রবদি সরকাবগী প্লান থবক থৌবম কয়াদা অপনবা অশোযবা লাকপা যাবগী অকিবা লৈ। মরম অদুননি ঐনা 'শুকয়ামক য়াদ্রে'কা হাযজল্বিবসে, অমরোমদা হায়রগনা কম্পলসরি হায়দুনিদা। পোকপা-শিবা রেজিষ্টাব তৌবা অসিনা কান্নবসি অসুক্কী মতিক কান্নখ্রে। বেজিষ্টার তৌবা ৱাহে অসি তাবদা মতম অমসুং শেল য়াম্না চগুলমগদৌবসু মাল্লি। যাম্না লুরমগদৌবসু মাল্লি। অদুবু নিংলিবশিং অদু অমতা নত্তে। ঐ -ঐনা লৈরিবা ৱার্ড মফম অদুগী গ্রাম পঞ্চাযত, নগর পঞ্চাযত, মিউনিসিপালগী মেম্বরশিং অদুদা অইবা চে অমা পীশিনবখক্তনি। অশিবগী ওইরগনা খুন, লৈকাই, য়ুম্লাক, মীং, চতি অসুক শুববা নুপা/নুপী অসি নাদুনা নত্রগা এক্সিদেন্ট (নাবা ওইবগা লায়না অদুনা নাদুনা মবম তাক্লগা)দা ঙসি/ঙরাং/তাং অদুক্তা শিরে হাযদুনা পীশিনবখক্তনি। পোকপগী ওইরবসু মমা-মপা, য়ুম্লাক-শাগৈ, খুন-লৈকাই মথক্কীগুম্না ইরগা ঙসি/ঙরাং/তাং অদুদা নুপা/নুপী অমা নত্রগা ফাইপোক পোক্লে/শোয়নাই/শোয়নাইদে/শোয়নাইবগনা করিদা - খোঙদা, খুত্তা, মায়দা/মীৎতা মফম তাক্লগা চেদা ইরগা পীশিনবখক্তনি। মসি য়ামদ্রবদা থৌদোক থোকপা নুমিত্তগী নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা পীশিল্লগা লোইরে। মদুদগী মেম্বরশিং অদুনা হাউস নম্বব, পোলিং নম্বর অৱাৎপশিং মখোয়না মেনশিনবিবগা সেনসস ওফিস্তা থা-থাগী রিপোর্ট অসি থাগৎলি। মখোয়না ইলেক্সন ওফিস্তা অমুক থাগনি। ইলেক্সন ওফিসনা বেকোর্ডশিংদু য়েংলগা চহি তরানিপাল শুববা ভোত্তর ওইবগী চহি শুরবশিং অদুগী ফোতো লৌরগা আই কার্ড শেন্নগা ইলেক্সন ওফিস্তা অমা জিলা-জিলাগী পুলিস দিপার্টমেন্টতা অমা অমসুং ভোত্তর মশা-মশাদা অমমম্ পীগনি। অসুম্না চহি তরামঙা তরামঙা খুদিংগী ফোতো নম্লগা আই কার্ড শেম্লগা অমুক পীগনি। মসি পুম্নমক সরকারনা লোয়না তৌথ্রদৌবা থবক ঙাক্তনি।

অসুম্না পোকপা শিবগী রেজিষ্টার তৌবা অসিনা সরকারনা জিলা-জিলাশিংগী মীশিং চহি-চহিগী ওইনা চহি অসুক শুবদগী অসুক শুবা মীওই

অসুক লৈ। মখোয়গী চহিগী ওইবা চিঞ্জাক অসুক চঙ্গনি হায়বা অমা খঙ্বা ঙম্লে। পূন্না সৌরজগতকী চহি অমদা চঙ্গদৌবা চিঞ্জাকসু লায়না খঙ্বা ঙম্লে। পুম্নমকসি খঙ্জিল্লগা লৌউ-শিংউদগী পুথোক্কদৌবা চিঞ্জাক্কী চাং হেন্না পুথোকপা ঙম্নবা প্লান শেমগদৌরিবনি। অসুম্না কুপ্না হোৎনরকপনা সৌরজগতকী ওইনা চহি অহুম ফাওবা চাননবা চিঞ্জাক গুদাউনশিংদা চেকশিন্না লীদুনা থম্লি। মসিনা মরুওইনা অমুক কান্নরিবনা হেলৎ-হকচাং ফবগী থৌরম-থৌরাং কযা পায়খৎলকপদা জিলা অদদা অঙাং মশা ফনবা চিঞ্জাক্কী মতাংদা পোৎলম অসুক অসুক চঙ্গনি, পুন্না লুপা (ধন) অসুক খর্চ তৌগনি হায়বগী হিসাব অমসু খঙ্লে। জিলাগী খঙলবনিনা সৌরজগত পুম্নগী কযা ওইগনি অসিমসু খঙ্লে। লৈবাক অসিদা করম্না মখলগী শোইনাইবা চহি কযা-কয়াগী মীওই লৈ হায়বা অমসু খঙ্লে। কবি-কদৌবদগী শোইনাইবা অঙাং পোক্লকইবনো হায়বগী মরম ডাক্তরশিংনা কুপ্না থিজিল্লগা শোইনাইবা অঙাং মতুংদা পোক্তনবা পাউতাক কযা পীনবা হেলথ দিপার্টমেন্টনা অঙম্না থাক্তা হোৎনগনি। এক্সিদেন্টতা শিবা ওইবগনা জিলাগী ওইনা কযা সৌরজগতকী পুন্না কয়ানো খঙ্বা ঙম্লগনি। অদুদগীদি সরকারগী মাযকৈদগী এক্সিদেন্ট থোকপা য়ারিবমখৈ হন্থহন্নবা থবক থৌবাং কয়া পায়খৎপা অঙম্না থাক্তা হোৎননবগী তাঞ্জা অদুমসু মতম চানা লৌখৎপা ঙম্মী। কবি লায়নানা নদুনা জিলা-জিলাশিংদা মী কয়াম-কয়াম্না শিবগে হায়বদু খঙ্দোক্লগা ডাক্তরশিংনা লায়না অদু লৌনগননা লায়নারা করি মহিক, করি ডাইবসনা নাইনবনো করম্না থিংগদগে অমসুং করম্না লাইয়েংগদগে হায়বদু অখঙ্-অহৈ ডাক্তর কয়া পুনশিন্নরগা খন্ন-নৈনগনি। পুম্নমকশিং অসি লৈবননি মরুপ, 'শুকসাগর নদে' হায়দুনা ঐনা হেক-হেক পনজরুবগী ব্রানি।

(তাঞ্জাদুদা ইন্দ্রানীনা চাক চানবা তৌরসি হায়দুনা হায়রবগী মরুপ ইন্দ্রনা মরুপ ঙসিগীদি লোয়শিল্লসি হাযবদগী মতাং অসিদা লোয়শিল্লগা ঐখোয় চাক চাবা চঙলে।)

# তরুকশুবা তাঙ্কক

মরুপ্না, মরুপ চারসি হায়দুনা ঐখোয় অনী চাক চাবা হৌরে। চারে-চানা খনবা তোক্তে। ঐখোয়গী ভারতকা সৌরজগতকা কয়াদা খেন্নখ্রবা ? রাখলগা লোয়ননা চারিবা চাকচা অদু উবদা ইচন ইন্দ্রানীদি য়াম্না হাওত্রদুনা চাবা য়াদ্রমাল্লে খন্দুনা য়াম্না মথরায় রানা হংলকই - তাস্মো চাবা ইয়া-য়াদ্রনরো তৌরিবদুবো ? ঐনা খুম্মী - ইবেম্মা ওস্তোক্রা হাওগ্রে, ঐনা পামজাবা এনশাং ঙাক্তেনি। পামজবা অহাওবা ওইরগবু চাবদি ইচা চাশিনবা য়াদবোইরে ? ইন্দ্রানীগী বাহৈদা মখোয়গী মমা খঙ্র্নিং নিংশিংলকই। ইবেম্মা হৌজিক্তা হৌবকইবনি, যাম্না চাখিদৌরিবনি - হায়না খুম্নদগী অদুদি তাস্মো চাক এনশাং খরা হাপ্লক্কে হায়দুনা খাবৈ পায়রগা চঙ্শিলক্লে। চাক যাবে, শানা থোংবদু খরা হাপ্লম্মু হায়বদগী তেঙ্গোৎ অমা পীক থন্না হাপ্লগা মরুপ ঐখোয় অনীগী কারক্তা থম্লম্মী। ইবেম্মা নঙ্সু চারো 'ঐখোয় পুন্না চামিন্নবগি হায়বদগী মরুপ্নসু নঙ্সু চাবোদনা' হায়বদগী ইন্দ্রানীনা অদুদি অবাং-অপা লৈত্রবদি তাস্মো ঐসু চারগে হায়দুনা ঐখোয় অহুম চামিন্নবে।

অতৈ মতমদা নিংশিংলক্লবসু চাবা মতমদাদি য়ুম নিংশিংলকই। উরকই মিত্তা শংশঙ্ মমা-মচা মখোয় অহুম। খল্লি করি থোক্লগবা হায়না খনফম থোক্লক্লবা মতমদা ঈশ্বরগী মফমদা অদুম শিন্নখরে। করিগীদি খল্লোয়, ভারতকী ষ্টেট পুম্নমক্তা অদুক হাংলমলে, অদুক কাপ্লম্লে হায়বা ঙাক্তনি তৌনহৌরিবসে। খন্ন-খন্না চাবা লোয়রক্তুনা মরুপ ঐখোয় অনী মপান্দা থোক্লক্তুনা খুৎ-শা হাম্লে, চিন-য়া তেংথোক্লগা ঙাইহাক চংখোকউসি হায়না মরুপ্না হায়রকপদগী ঐখোয় অনী থোক্লক্লে। নিংশিংলকই মমানা হেক য়ৌবগা ফোন তৌরকপরা করিনো য়াম্না থুনা পাউ খঙ্হল্লকউ হায়বদো। মরুপকী গেত্তা দুকান পরেং অদুম লৈখরে।

লৈরম্মী পী.সি.ও., ফেক্স, ই-মেল থানবগী মফম কয়া। ঐনা মরুপ্তা হায় - মরুপ মনিপুরদা য়ুমদা ফোন অমুক্তা তৌখিগে; আদা ঐগী পাউ ঙাইদুনা লৈরমগনি। ঐনা মরুপকীদা হেক য়ৌবগা ফোন তৌরক্কে হায়রম্বনি। মরুপ্না করিগীনো সিদা ফোন তৌগদৌরিববো য়ুমদা ফোন, ফেক্স লোয়না লৈনা করিগী সিদা তৌরুনি।

- য়াই য়ুমদগী তৌরবসু, অদুবু অসিগী তৌরিবা শেম-শারিবা মওংশিংসি য়েংবা ওইনা পি.সি.ও. অমদা হেক্তো তৌখ্রগে। করম্বা মফমদনা হেন্না নুংঙাইগদগে, মদুমদি মরুপ্না তাকপিরো।

- অদুবুদি যাইদা, করিসু কাযদে মথংগী অসিদা তৌরসি। (অসুম্না মরুপ্না লমজিংলগা পি.সি.ও. অমদা ঐ টেলিফোন তৌবা চঙই। লাইন ফংবা ইঙম ঙমদে ডাইল অনী-অহুল্লক তৌরফাওবদা। মরিবক শুবগীদা ইশু নুপী চিত্রবালানা পাযবকই। রিং চৎলকপগা ইশুনুপীনা রিসিভর হেক পায়খৎলকপদা টেলিফোন ডাইলগী নম্বব ঙসাই নম্বর থোক্লম্বা মফম অদুদা ইশুনুপীগী মশক উই। মানা বিসিভর পায়রিবা মওংদু অদুম উবা ফংই।) ইবেম্মা, ইমারা-বাবারা অমা পাযহল্লকউ, কনামতা লৈতববো ? - ইমা লৈ, বাবাদি শিলোং চৎখি। ইমৌনুপী অহলনা পায়রকই, বাবা করি হায়গে ? নমাখোয়দা ঐ সৌবজগত য়ৌবে, করি থোইদোকপা অরা-অনা যাওদে তম্মু। অদোমগী করি-করি খুদোংথীবা লৈ ? করিসু লৈতে, ইবাং অমতা লৈতে। অদুদি ফবে, ঐ রা অমা হংগে, হৌজিক ঐখোয় অনী রারী শানরিবসে রিসিভরদরা নত্রগা ডাইল তৌফমদো অদুদরা ঐগী শকাসি উবরা য়েংউ। নখোয়গীদ ঐনা সিদা উবা ফংই। বাবাবুদি সিদা উবা ফংদে। শক উবা ফংইবা টেলফোন্দো অমতা লৈবক ও বাবা। হোয়-হোয় থম্মো। অসুম্না টেলিফোনগী পৈশা পীরল্লগা ঐ থোক্লক্লুনা মরুপকী নাক্তা ফম্মী। মরুপ্না, মরুপ য়ুমদা পোখারুবনা হেন্না নুংঙাইরগনি; য়ুমদা চঙলসি হায়দুনা য়ুমদা হনজিল্লক্লে। খল্লি, মসিনা করি করম্না মখলগী টেক্নোলোজি, টেলিফোন তৌবদা শক্কা শক্কা উনবা অসিফাওবদি য়াম্না ফখ্রবা টেক্নোলোজিনি। হোত্তি হোৎনরম্না য়াই, ঐখোয়গী ভারতকী সাইন্টিষ্টশিং। খন্ন-খন্না লাকপনা য়ুম য়ৌবে। ফম্মুং-ফানুং ইন্দ্রানীনা লোয়না শেম-শাদুনা থম্বীরম্লে। মরুপ্না, মরুপ তুম্মসি হায়দুনা মাদি ফম্মুংদা কাখৎখ্রে। ঐসু, ফরে মরুপ তুল্লসি হায়দুনা ফম্মুং কাখৎলে। মরুপ্তি মশা ফবনিনা কোক্কা মোনগা হেক তাইনখিবগা নিদ্রা দেবীনা নুংশি-চান্না থাগোন্নখ্রে। অদুগা ঐবুদি উশিৎ-থৌওইদে হায়বগী মতাগুম ইশ্লোক্লুনা

থম্বীরম্লে। সোলর লেম্পকী ঙানখ্রবা মৈঙাল্লক্তা কাংখল মনুংদা খাঙলি ফম্মুংথক্তা থরো-মালো ওন-থোইদুনা। হৌয়েং মরুপ্তা মথং মনাও নাইনা ৱাহং লিষ্ট, থৌরম পরেং অমতং শেমগে খন্দুনা মোন ময়াদা কলমগা দাইবিগা লৈব্রা হায়দুনা খুৎ মাশিল্লুবদা অমতা লৈরমদ্রে। কাংখল হায়দোক্কুনা তেবল মথক্তা লৈব্রা য়েংবদসু লৈরমদ্রে। ইন্দ্রানীনা উপু মনুংদা থমজিল্লম্লমাল্লে। নিদ্রাদেবীনগা ইম্থোকপীববদুদি কারক্লে ঐগী ৱাখলগী ঈনোৎ; ঈচাও মতুংদা কারকপগুম অসুম অসুম জিরি-জিরি। মন্ত্রী, এম.এল.এ., এম.পি., আই.এ.এস, অচৌবা ওফিসার ওইরুবগী, করিদি কান্নরিবা সৌরজগত অসিদদি ? কংথোকপা-থাদোকপনা মখোয়গী নুংঙাইবা পুম্নমক্কী মথক্তা কমিসন, জাংচ আয়োগ, বিকোল, চঙফম থোক্তে সৌরজগত্তা সমাজগী য়াংলেন শব্দ চাথৎপা ঙম্বা করম্সন হায়বা মহিক্তো। শাবা ঙম্লোই কবম্সনগী মকোন সৌরজগত্তা। ঐখোয়গী ভারত্তদি কদায় ? ইশানা শেমজবনি হায়বগী মতাগুম আইনবু মখুৎনা পায়দুনা শাম্নব ঙম্বা, ঙমদবা লৈত্রবা অঙম্বা এম.এল.এ., এম.পি., মন্ত্রীশিংগী মখাদা আই.এ.এস., এম.পি.এস. ওফিসার অমতনা মশাগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌজবা ঙমদ্রবা, ওফিসারশিংবু ইফোং-ফোংনা কদায়দা করিদগী লুপা লাখ অমা-অনী মৎফম লৈবগে য়েংউ হায়দুনা বা তানববা মখোয়না কাব থবক্লো চুম্না তৌগদৌবিবসিবু ? নোংমৈ লৈবগী, শজিক লৈবগী, অশিবা হাপ্পবা কু লৈবগী ৱাথোক, ৱাথোক্কী ৱাথোক্তা পীক থল্লবা ভারত, চাউরবা ভারতকী খ্বাইদগী পীক্লবা ষ্টেট ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লমথুংদবী ওইনা লৈবিবা এদস লায়না অমসুং করম্সন্দা পৃথিবীগী মনুংদা ফাষ্ট তাই হায়নবিবা মনিপুর সরকার, লক্ চারা অমসুং ডাক্তরগী রুমাল লৈবদা লুপা লাখ ২১ তৌবা ঙম্মী হায়নখিবা অদুনা কয়াম চুম্লিবা ? মসিগী সরকার অসিদি পুমমুৎ-মুথৎখিবনা হেন্না ফরবনি, লৈবগীসু লৈতবগীসু থোইদোক্রবা সরকারনি! ইশ! ঙমদি-ঙম্মীহে ঐখোয়গী আমিল-কানঙ্গো জরিপকী মতমদুদা মখোযনা তানবা শেন্দাল, অঙকপগী মশক্লি। মীগী লম্বুনা ঐগী মিংদা, ঐগী লম্বুনা মীগী মিংদা কাতু-কারন পানশিল্লগা মদু অমুক চুমথোক্লবদা লুপা চামা-চানি অমুক লৌবিবা অঙকপগী লমনি, 'হে ইমা লৈবাক মনিপুর, ইমা নঙনা কয়া য়াম্না হুরানবা হৈবদগীনো নচা হুরানবা ঙাক্তা পোল্লিবসিবো ?' পরীক্ষা তৌই, মার্ক হেক শেমদোক-শেমজিন মতৌবা, অচুম্বা থবক তৌবসিবু কয়াম্না ৱাবা জাৎনো ইমা? নচা ফত্তবা পোকচবগী ৱারেদো ইমা হৌজিক্তি নমান্নবগী মমাঙদা ইকাই ফিরুক

খুন্বা হায়বদু ওইরবনিকো ইমা। সরকারগী কর্ম্মচারী অমা ওইনা ইশাগী জি.পি. ফন্দগী লুপা লিশিং অনী অহুমদং পুজগে হায়দুনা দর্খাষ্ট থাজরবা ফাওবদা কেরানী ওফিসারদা লুপা চানি-চাহুমগা লোয়ননা হৈকৎ-লৈকৎ তৌদ্রবদি ফাইল হেক্তা মমাঙ্বা, ইশা হিংলিঙৈ ফাওবদা অসুম্না তৌবিরবসিনদি ইশা শিবা নাবা থোকখ্রবদি মখোয়দগী শেল তান্নবদা নুপীসু মখোয়গী ওইখিবা যাবগী অকিবা লৈরবনি। সরকারগী ওইবা করিগুম্বা থবক হাপ্পগী মতাং লাক্লে, ব্রানোম্বা কনবা শেঞ্জাও পায়বগী মচা-মশুশিংনা থবক হেক্তা তৌখিবা। শেল পীবা ঙমদবা মীনা থবক লৌবগী পরীক্ষাদা পরীক্ষা ঙল্লবসু থবক তৌবা ফংদবা, অসিগুম্বা পেন্দ-পেন্দবা কয়ানা পূনশিল্লক্লগা নহারোল লালহৌবা কয়া থোক্লক্লুনা সরকারগী মফমদদি খুজিন্দা য়ুবা তুম, কাঙ্খাদা চঙ্বা লীল ওইদুনা লৈবেদো। নহা অমা ওইজরকপগী নুংঙাইবা হায়বদু মপুঙ্গিদা হেক ফংদনা অফবা খুন্নাই অমা শেমগৎনবা হোৎনবদা মমা লৈবাক্কীদমক্তনি হায়দুনা থব্রায়না পোন্থা পীনরক্লবফাওবা সরকারনা অসুম তুমিন্না লৈথোক্লিবসিনা করিগী ? চহি হেক খুদিংগী ডাক্তর তম্নবা মী মঙা-তরা খনবদা লৈবাক ব্রাথোক হেক্তা মওইবা, হাবি-জাবি অসি তৌদবা অমুক্তবু থেংনখিদ্রি। ফত্তবা থৌদোক-ব্রাথোক অসি ভারত পুম্না শিন-থুংনা তানরিবা ঙাক্তনি। মসিগুম্বা অসি মতুংদা তৌদনবা অরানবা তৌবম্বা মন্ত্রী, এম.এল.এ., ওফিসার অমফাওবা সরকারনা দণ্ড পীখিবগী পাউ অমফাওবা তাখিবা লৈতে। কর্ম্মচারী মচা-মশু কয়াবুদি থবক্তগী সস্পেন মতৌবি। অদুবু মখোয়সু কিবা ইকাইবা অমতা পোক্তে। করিগী পোক্লিবা? সস্পেন হনজিল্লকপদা প্রমোসন লোয়নবক্কদৌরিবা মরম অদুনা কিবিদবা। অদুনা প্রমোসন পাম্না ওফিসাব মচাদি সস্পেন তৌবনি মখোয়না পাম্লিবা। অফবা-অচুম্বা থবক তৌরবদি সস্পেন তৌবিরোইদৌবনিনা ফত্তবা শেঞ্জা-থুমজা তৌবা তাবনি। ঙক্তি ঙকপা জাৎনিকো, ঈরুপ্পা হৈবা ঙামীনা চুপ লুপথখ্রগা ফাওগৎলকপা মতমদা অচৌ-অচৌবা পোরোম, শরেং খুৎ য়েৎ-ওইনা অমমম্ পায়রগা ফাওগৎলকপগুম, সস্পেন হনজিল্লকপদা প্রমোসন অমমম্ ফংখিবা ওফিসার নিয়ম চুম্না প্রমোসন ফংখিবা মশিংগা সস্পেন হনজিল্লকপদা প্রমোসন ফংখিবা মশিং অনীসি খুৎ থেক্তুনা হেক পারবদা সস্পেন হনজিল্লকপদা প্রমোসন ফংখিবনা মশিং হেল্লিবনি। পুংজা কয়া ঐবু ইস্থোক্তুনা থম্বীরম্লগা, করম্বা মতমদা নিদ্রাদেবীনা ঐবু থাগোন্নবিখিবনো খঙহৌদে। মীকপ থোক্লকপদি নোং ঙাল্লম্লে।

# তরেৎশুবা তাঙ্কক

ঐহাক হৌগৎলগা মপান থোক্লকই। মরুপ ইন্দ্রদি অয়ুক্কী থবক পুন্নমক লোইবদুনা খবব পাদুনা লৈরম্মী। মরুপ্না, মরুপ বাথরুমদ' চঙ্‌বীরো সাবুন তাব্রেল লোইনা লৈহৌববনি হায়বগী ঐহাক মফম অদোমদা চৎলে। চিন-য়া শেংলগা ঈরু-মাইথরে। ইমুংদা চঙলগা ফি-রোল হোংদোক্লগা মপান্দা মরুপকী নাক্তা ফম্লগা ঙসিগী খোঙচত্তা হংলনবা প্রোগ্রাম খরা শেমগে খন্দুনা ফ্নরিৎখাওদগী কলম, দাইরি লৌথোকই। মরুপ্না হংলকই - কার ইদৌরিবনো মরুপ, কলম, দাইরি 'লৌথোক্লকইবদুবো '? ঙসিগী খোঙচত্তা কাব কার খরা হংনবা প্রোগ্রাম অমত্তা শেমগে তৌরনি, ঐনা খুম্মী। মরুপ্না শেম্মুক কারসু কান্নরোই। হোরেন চৎপদা উরক-টরকপা অদুদা খঙ্‌নিঙবা য়া ওরগা অদুদা হেক হংবিরকউ, অদুগী অমুক প্রোগ্রাম কদৌবগী শেমগদৌরিবা ? মতাং অদুদা ইন্দ্রানীনা ব্রেকফাষ্টকী কবি-কাপনো ময়াম অমা পুথোক্লগা সাইদ তেবল মথক্তা থন্নগা, তামো ব্রেকফাষ্ট চাবা যাবানি হায়রকই। মরুপ্না মরুপ চারসি হায়রকই। ঐনা ইবেম্মা নঙসু চারসি হায়রুবদা, ঐগী লৈরে তামো, তামোখোয় চাবরো হায়রকপদগী মরুপ ঐখোয় অনী চাবা হৌরে।

অয়ুক্কা ওইবনে, হাপচিল্লিবমখৈ চঙ্‌বা মতমগা ওইবগা ইবেম্মা ইন্দ্রানিনা পুথোক্লকপশিংদু ঐখোয় অনীনা লোয়না তকশিনখরে। ঙসি নোংমগীদি চৎনরনি মরুপ- ঐনা হায়। মরুপ্নসু, মসিনা মফরবনি, চৎথোকখিবা হায়বসিদি তম্বা ঙম্বা নত্তে, খবগা হাপচিনখিসিরা মরুপ, ঐঙোন্দা হংলকই। ঐনা য়ারে মসিদগী হেনজিল্লবদি নুংঙাইগদৌবা মান্দ্রে হায়দুনা ঐখোয় অনী চাবা তোক্লে। ঐখোয় অনী হৌগৎলক্লে। মরুপ্না গেরেজদগী গাড়ী থৌদোকপা চঙ্‌খ্রে। ঐনা পোকলাওবীগী মরু অমা হাপচিনখ্রবদি মরু অমা থোক্লক্তবা যাদবগী ফিবম

লাকপগী তোইলেটলোমদা চৎলে। ঐ থোক্লকপদা মরুপ গাড়ী ষ্টার্ট তৌদুনা থম্লগা তৈথোক-নাম্থোক্কুনা লৈরম্মী। মরুপ্না লেঙখৎলো চৎনবা তৌরসি হায়রকপদগী ঐ গাড়ীদা কাখৎলে। অসুম্না মরুপ্না গাড়ী থৌদুনা অহানবা সৌরজগত তুরগী খোঙচৎ হৌরে। মরুপ ইন্দ্রনা হংলকই মরুপ ঐখোয় কদায়-কদায় চৎশিগে '? ঐনা খুম্মী - ঐনা ইহান-হান্না চৎনিং-য়েংনিংলিবসি সৌরজগতকী খুঙ্গং চাওখৎপা য়ৌদ্রিবা অদুগুম্বা মফম অদু হান্না য়েংনিংবনি। অদুদি খবা থাপ্না চৎপা তারে, 'চাওখৎপা য়ৌদ্রবা মফম' অদুদি লৈবু লৈতেনে সৌরজগত অসিদদি মরুপ্না শোন্থাংননা হায়খিবা তাহৌই। ঐ মখা তানা হংদ্রে। হোরেন য়েংলগা খঙ্‌ঙদৌবনি হায়দুনা। খরা চৎলগা 'সৌরজগতকী ওইল কোর্পোরেশোন' অদুদা থৌজিল্লগা থাও হান্নবা তেঙ্কীগী মখুম হাংদোকই। ঐনা হংই মরুপ লিতর কয়া হাপ্নগনি ? মরুপ্না অমখক্তনি খুম্লকই। চৎকদৌরিবদি হোরেন নুমিৎ তারফাওবনি লিতর অমদুনাদি করম তৌদৌরিবা '? ঐনা হংই। পেট্রোল লিতের অমসিনা নুমিৎ তরামঙানিরোম চৎনগনি, য়াম্না হাপলুবগী থোইদোংক্ত খন্নুনা লিতর অমখক্তা হানবনিদা'! মমলদি ঐনা হংই। ধন কুনখক্তনি। পৈশাদু ঐনা পীগে হায়দুনা ফুরিংখাওদগী মনিবেক লৌথোকই। মরুপ্না খুং তাপ কান, কর্দিগীনো মরুপ্না পৈশা পীগদৌরিববো ? মনিবেক্কু অমুক্তা হাপচিনবিগু হায়দুনা খুং পায়দুনা লৈরক্দুদদি, করে হাপচিনজগে হায়দুনা ঐনা মনিবেক অদু ফুরিংখাওদা হাপচিল্লে। মরুপ্না থাওগী পৈশা পীরম্লগা ঐখোয় অমুক খোঙশাল্লক্লে 'চৎন চৎনা ঐনা হংই - মরুপ হৌজিক্কী থাওগী মতাং অদু ঐ ঙকই। থাও লিটব অমনা কার অমদবু নুমিৎ তরামঙানি করম্না চৎনগদৌরিবা? ঙকপারুনু - ঐ হায়জরক্কে, সৌরজগত্তা লৈরিবা কার শিংসে সোল্লর ইনর্জিনা লোয়না চলাইবা ঙাক্তনি। ঐনা পেট্রোল লিটব অমনা নুমিৎ তরামঙানি চৎনগনি হায়বগী রাদি পেট্রোল অসি সুপ্নগী ষ্টার্ট তৌনবখক্তগীনি। কার'সিগী বোদি মথক অমসুং বোর্নেট অসি সোল্লর পেনেলগী বোর্ড (প্লেৎ)নি। মথক্তা ষ্টিলগী জাল্লিনা কুপলিবসিনা লেন তারকপদা শোক্তনবনি। গাড়ী মচা চাকা অনী অল্লম পানবশিংনা এল.পী.জি. গ্যাসনা শিজিন্নে। তোন মঙাফাওবা লুম্না গাড়ীশিংনা হাইড্রোজেন্না শিজিন্নে। সিদা চেল্লিবা বসশিং অসিনা সোল্লর পরারনা চেনবা ঙাক্তনি। বোদি মথক অসি সোল্লর পেনেল (বোর্ড) ওইবনা মথক্তা পোৎ-চৈ হাপ্লা য়াদে। ত্রকনচিংবশিং অসিনা সি.এন.জি.না চেনবনি। অতৈ হেভী ওইবা দোজর, ত্রেক্তরনচিংবনা দিজন্না শিজিন্নে। অসুম্না তৌবনা সৌবজগত্তা ইয়ার পোলুসন থোক্তে লৈতে লোয়ননা সাউণ্ড পোলুসনসু লৈতে।

- মরুপ্পা অদুম হায়না তাকপীরবনিনা ঐ লোয়না ভাব তাজরে।

- ঙরাংগী ইলেক্সনগী মতাং অদুদা মরুপ্পা য়াম্না হংনিংবা ব্রাহং কয়া লৈরমগনি খল্লি। মরুপসু হংলক্রে, অদুদা ঐসু অদুম মখা চৎথরবনি।

- চুম্মী মরুপ্পা হায়রিবদু, ঐসু হংনিং-হংনিংনা অদুম হংবা ঙমদ্রবনি। হয়েংগী খোঙচৎ লোইরগা হংলসিরা খন্দুনা। অদুবু মরুপ্পা হৌদোকপীরক্লবনিনা হৌজিক হংজবা তারে।

- করিগী মতাংদনো হেক্তা হংবিরকউ।

- মতাংদি য়াম্মী, অদুবু মথং-মথং হংজরক্লগে - থবক অমা হাপ্পীবসু ঙমদবা সৌরজগত অসিদা এম.এল.এ., মন্ত্রী ওইকুবগী করি কান্নবা, কবি নুংঙাইবা লৈরিবগে ?

- (মরুপ্পা) চহি কুন্থু মরি-মঙা ওঝা ওইদুনা লৈরকপদা থা থাগী তলব ফংবা অদুখক নত্তনা অতৈ করি কান্নবা, নুংঙাইবা ফংখিবগে ?(মরুপ্পা ঐঙোন্দা হংজিল্লকই)

- হোয় ঐখোয়দি ওঝা ওইরুবনিনা থাগী ঐগী ফংফম থোকপা তলব অদুদগী হেন্না পৈশা অমা ফাওবা ফংফম লৈতে। অদুবু ইশাদা য়াম্না নুংঙাইজবা অমদি ফংই। ঐখোয়সি লৈবাক অসিগী তুংগী য়ুম্বীবেলশিং শেম্লীবনিকো হায়বা ব্রাখল অসি খল্লুবদা, অসিদগী থোইনা হেন্না অতোপ্পা নুংঙাইবা অমা লৈত্রবরা খল্লি। অসি হায়বতাই মরুপ।

- অদুগুম্বনি সৌরজগতকী মন্ত্রী, এম.এল.এ., এম.পি.শিংগীসু। হায়রিবা মীওইশিং অসি এপোইন্টমেন্ট ওথোরিটি নত্তে, মরম অদুনা মখোয়না থবক হাপ্পা ঙমদে। সৌরজগতকী ওইনা চিফ এপোইন্টমেন্ট ওথোরিতি অমা লৈ। ওথোরিটি অসিগী মখাদা বিভাগ (দিপার্টমেন্ট) খুদিংমক্কী এপোইনমেন্ট ওথোরিতি অমমমসু লৈ। থবক থবক্কী মতুংইন্না একজামিনিসন বোর্দ লৈ। বোর্দ অদুদা বিভাগ খুদিংমক্কী হেদ ওফ দি দিপার্টমেন্ট য়াওগনি, সৌরজগতকী রাজনীতি পার্টিশিংগী মীহুৎ অমমমসু য়াওগনি। পরীক্ষাদা পাস তৌরকইবা কেন্দিদেটশিংনা ফংলকপা মার্ককী মতুংইন্না মথং মনাও নাইনা চিফ এপোইন্টমেন্ট ওথোরিতিনা লৈস অমমম শেম্লগা বিভাগশিংগী এপোইন্টমেন্ট ওথোরিতিদা ওর্দর তৌরগা এপোইন্টমেন্ট ওর্দর থোক্কনি। মসিদা কনানা খুৎ থিনজিনবা য়ারোই। মরম

অসি লৈবননি ঐনা এম এল এ, মন্ত্রী অমত্তনা থবক হাপ্পা ঙমদে হায়জরিবদো। লৈ মখোয়গীসু য়াম্না নুংঙাইবা অমা। মখোয় মখোয়না এম.এল.এ. মন্ত্রী এম পি ওইরিঙৈ, সরকার পায়রিঙৈ নত্রে ওপোজিসন ওইনা লৈরিঙৈদা লৈবাক্কী ওইবা মশক নাইবা/নাইদবা, তৌফম থোকপা থবক মখৈ মতম চানা বজেদতা কায়থোকখিবা শেনফম পুম্নমক নিংথিনা মফম চানা চানা শিজিন্নরম্মী লৈবাক মরা তপ্না ইংনা চিক্লা অরাংবা অমত্তা লৈতনা সাশন তৌরম্মী হায়বগী নুংঙাইবা অমা। অসিগী নুংঙাইবসি ফংনবগীনি সৌবজগত্তা ভোৎ লেপ্লরিবসি। অসিগুম্বা অশেংবা আত্মাগী ওইবা নুংঙাইবা অসি সৌরজগতকী নাগরিক পুন্না ফংজবা ঙমহন্নবগীদমক্তনি মী অমনা তার্ম অমদগী হেন্না ভোৎ লেপ্পা য়াহন্দ্রিবসি। অসিনা মরম ওইদুনা সৌরজগতকী কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা এম এল এ, মন্ত্রী অমগী মথক্তা পেন্দবা অখাবগী মিংযেং অমতা লৈতে। অদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়গী মন্ত্রী, এম.এল.এ. ঙাকশেন্নবগীদমক্তা য়াম্না চাদিং তৌদে। মন্ত্রী অমা ওইবগী ইকাই খুম্নবা ঙাক্লবা সিপাহী মঙা তরা অদুক স্কোর্দ ওইনা চৎপগী রাখক্তনি। কনানা নোংমৈ কাপশিল্লক্তুনা এম এল এ, মন্ত্রী অমদি প্রধান মন্ত্রী অমবু হাৎখিনি হায়বগী ঙাকশেনবদি নত্তে। মবমদি হায়বিবা ফম অসিদা কনানা মিহৌবা লৈতে। মখোযনা মখোয়গী মথৌ তৌজবনি হাযবগী রাখলদা অদুম মরৈনৈ। ভোত্তরশিংনা ভোৎ পীবিবা অসিসু মখোয়গী মচা-মশুশিংবু থবক হাপ্পীনবা ভোৎ পীবা নত্তে। লৈবাক্কী অফ-নুংঙাই কয়াগা লোয়ননা শান্তি পুরক্লবা ভোৎ পীবনি।

অদুনা ঐখোয়গী সিদদি ভাবতকীগুম্না প্রধান মন্ত্রী, উপ-প্রধান মন্ত্রী, এক্স-মন্ত্রীশিং ঙাক শেনবদা চাদিং য়াম্না তৌদে। অদুগা ভারতকীদা চংলিবা স্পিসিয়েল প্রোটেক্সন গ্রুপকী শেনফম অসি চাওবাক্লা লুপা করোড় হুম্ফুতরামরি হেল্লি হায়না পাউচেশিংদা থেংনখি। হোয়, মদুসু ভাবতনা য়াম্না ইনাক-কৈরাক থুনবদগী য়াম্না লেমজফম অমা ওইবদগী তৌরম্বসু য়াই। ঐখোয়গী অসিদদি প্রাইম মিনিষ্টর ওইবা হেক তোকখিবা নুমিৎ অদুদগীদি মহাকপু ঙাক শেনবগী মথৌ তাদরে: য়ামখরেনে এসপিজিগী কার্যবিবা শেনফমসে চহি অমদা লুপা করোড় হুম্ফুতরামরি ওইববদি চহি মঙাগী প্লান অমদা পুন্না লুপা ... আ করোড হুমগা হুম্ফুতরা থোকপা মাল্লে। শেনফম অদুনা খুঙ্গং অমদি ফজনা শেমগৎপা ঙমগনি, ঙমলোইদরনে মরুপ '? (ঐঙোন্দা হংলকই)।

- তাবা য়াম্না নুংঙাই, ভারতকী এসপিজিগী হিসাবতী মরুপ্না লোইনা পায়রম্লেদনা।

- ঐনা পায়বগী ব্রা নত্তে, মরুপখোয়গী পাউচেদগী খঙবগী ব্রানিদা। য়াম্মু য়ামদ্রনে মরুপ ?

- ঐখোয়গীদি অসিগুম্বদা লোয়না মাঙহন্দুনা লৈরবনি। মরুপখোয়গীনা সৌরজগত পুম্বা পুক্লিং ব্রাখল অমতা ওইখিবনা মসি পুন্নমক ঙল্লিবনি। করিগুম্বা সোভিয়ৎ য়ুনিয়ন কায়খিবগুম্না সৌরজগত অসি হেক কায়বদা ভারতকী হৌজিক অঙম-অথৌ ঙাক শেনবদা চঙলিবা খর্চ অসি মরুপখোয়গী অসিদসু শোয়দনা তৌদবা য়াদবা অমা ওইরক্কনিদা।

- হোয় মরুপ্পা হায়রিবা অদুমক ওইরক্লবসু ঐখোয়গীদদি তৌগদৌবা মান্দে মরমদি সৌবজগতকী অঙম্বশিংগী অপাম্বগা, ভারতকী অঙম্বশিংগী অপাম্বগা অনী অসি খরা খেন্নে হায়না ঐদি লৌজে।

- করিদা করম্না খেন্নে হায়না মরুপ্পা লৌবিরিবা ?

- মরুপখোয়গী অঙম্বশিংনা পাল্লিবা অসিনা শক্তি অমসুং শেল। ঐখোয়গী অঙম্বশিংনা পাল্লিবনা থবক তৌবা অমসুং মিংচৎ। অনী অসিদি কয়াদা খেন্নখরে? থবক অমসুং মিংচৎ তাল্লিবা মী অদুদগী কনানা করি লৌবা পামগনি। শক্তি অমসুং শেল অদুদি মীনা য়াম্না কলক-মিহৌবা পোৎশক ওইবনা মঙোন্দা ঙাকশেনবা চঙবনি। (খল্লি পুক্লিংদা, মরুপ্পা হায়রিবসি অশেংবক্লি। ঐখোয়গীনা শক্তি-লুপা ! মীগীনা থবক-মিংচৎ কয়াদা খেন্নখ্রবা ? ইকাই, খল্লু-খল্লুরগা, কয়াদা ব্রাংখ্রবা ব্রাখল্লেন্নো ? অসিগুম্বা ব্রাখল চেনবা লৈবাক্তা করিগী মীহাৎপা করিগী লুত-পাত থোক্লোই শুকখোক- থোক্লোই। ঙসাইগী লাক্লিবা লম্বী অসি য়ামদ্রবদা কিলোমিটর তরেৎ-নিপালদি শুরমম্লগনি। মসিদা উরিবা লম্বী থোং, মৈ-ঈশিং পুম্নমক অসিনা তাকপদি লৈবাক অসি নুংঙাই য়াইফৈ তাকপনি। লৈবাক অমা চাউখৎলি চাউখত্তে হায়বসি লৈবাক অদুগী মৈ-ঈশিং, লম্বী-থোংখক্তা য়েংবদা হেক্তা খঙ্বা পোৎনি। পাকখ্রবা সরক, ব্রানব্রে, বিংরোদ, নাকল অমমম্দা ফুট য়াঙ্খেগী অপাকপা। গাড়ী-বস অহুম অহুম খম্ব্রাংনা থৌবা য়াবা, মী লাম্থোক-লানশিনগী ওভর ব্রিজ কয়াদা কুংনা লৈখ্রিবা, সরক্কী নাক-যেং অনীমক্তা মিটর মরি-মরিরোম পাকপা সরক্তগী মিটরমখায় অমরোম ব্রাংখৎনা ফুৎপাথ খোঙ্লম্বী, অদুগী মতাইদা নেমনেম নেমনেম মনা পুংলবা লৈ অঙাংবা, অঙৌবা, হিগোক মচুগী লৈনা জুম জুম শাৎপা উপালশিং পরেং-পরেং নাইনা হৌরিবা, য়েংবদা থোইদোক্না পুক্লিং হুনিংঙাইনি। মী কুংনা তাবা

মফমগী সরক নাক-য়েৎ অনীদা একর তরামরি-মঙা পাকপা হৈ-লৈতনা পুমথন থল্লবা ফজরবা পার্ক অমমম। অহল ওইরবা ওইরবীশিংনা মনুং অসিদা ৱাকিং চৎলিবা ফজরবা মনা পুংলবা উপালশিংগী মখাদা ফমদুনা হকচিক লাংলি, কয়াদা য়েংবদা নুংঙাইরিবা। অসিনদি করিগী পুক্লিং মকা লামদনি। ফজৈদা, ওন্থোক্লা ৱাখল লৈনা শেমগৎ-শাগৎলিদা, মসিনা ওইরে মরুপ্না হৌজিক হায়খিবা - ঐখোয়গীসিদা থবক ফজনা তৌবা মিংচৎ তানবা হায়না হায়খিবদো।

- (ঐনা হংই) - মরুপ, মরুপখোয়গী এক্স-এম.এম.এ., মন্ত্রীশিংদি করম্না লেল্লি ?

- মখোয় অমুক নুংঙাইবদি অতোপ্পা কনা লৈরমগনি হায়বা থাজদ্রে। মখোয় পেন্সন চারগা, মা-মাগী পার্টিগী এদভাইজর ওইদুনা তুংগী মতিক চাবা মীরেপ অমমম ওইহন্নবা হোৎনবা, মখোয়না ভোৎ কাখ্রগা তৌনবা থবক্কী পোরম প্রোগ্রাম শেম্বা, শেমগৎ-শাগৎকদৌবা করি ৱাৎলি অসিনচিংবা পুম্নমক এক্স-এম.এল.এ., মন্ত্রীশিংগী মরুওইবা থবক্নি। অসিগুম্বা রাজনীতিগী খঙ-হৈরবা কাংবু অসিগা মতম পুম্বগী ওইনা লোয়নদুনা লৈরক্লবনিনা ভোৎ লেপকদৌরিবা রাজনীতি ৱালাশিংদি লৈবাক্কী শাসনগী মরমদা থোইদোক্লা হৈ-শিংই হায়বা তাই। চহি মঙা তরা ব্রেন তৌরিবা মীওই ঙাক্তেনি, পার্টিগী মনুংদা ৱার্ক তৌদুনা লৈরিবা ৱার্করশিংসে।

- মরুপ সৌরজগত'সিবু অঙাং অমফাওবা লৈতবা জাৎলা? পুং নিপাল মাপল তারা ফাওবা লাইরিক-লাইশু তম্বা চৎপসু অমত্তা উদে।

- লৈ, করিগী লৈতনি। মশিং লাকঙমদনা লৈবা জাৎনি।

- অদুক য়াম্না লৈরগা করিগী চৎথোক-চৎশিন অমত্তা উদ্রিবা ?

- ঐনা ঙরাং পোকপা শিবগী রেজিস্তার তৌবগী মতাং অমা পনজখিবদো।

- পনাখি, অদু কদৌরবা?

- পোকপগী রেজিস্তার তৌবা মতমদা, নুমিৎ অদুদা ওইরবসু নত্রগা পোকপা থা অমগী মনুংদা ধন (লুপা) লিশিং অমা ইদুকেসন ওফিস্তা জমা তৌগনি। অঙাং অদুনা চহি অনি শুরকপদগী লৈকাইদা লৈবা বাল কল্যাণ কেন্দ্রদা থাগনি। চহি মঙাশুবা ফাওবা মফম অদুদা মখোয়দা তাকপী তম্বীবা য়াবা কয়া তাকপী তম্বীগনি। চহি তরুক হেক শুরকপা মতমদা অঙাং অদুগী য়ুমদা ইদুকেসন ওফিসতগী

অঙাং অদু সৌরজগতকী স্কুল নম্বর অসুক শুবদা তাং অশুক ফাওবগী মনুংদা থিনগদৌবনি হায়দুনা অইবা চে ওদর কোপী অমা পীরক্কনি। অদুগী মতুংইন্না যুম অদুগী হায়বদি অঙাং অদুগী মমা মপা নত্রগা কনাগুম্বা গার্জিয়ান অমনা থিনবিরুগনি। নুমিৎ অদুদগী অঙাং অদু বোর্দিংদা লৈখ্রগনি। অশুন্না অঙাং অদু মাষ্টর ফাওবা যুমদগী চেং, লাইরিক, ফিজেৎ অমফাওবা তিংদনা লাইরিক তমদুনা লৈখ্রগনি। অসুম্না লৈনখিবনা ঐখোয়না লম্বী লমজাওদা অঙাং অমত্তা চৎপা উদবনি। ঐনা বাল কল্যাণ কেন্দ্র হায়না হায়খিবদু মরুপখোয়গী অঙ্গলবাদি সেন্টর হায়বা অদুগুম্বনি। বাল কল্যাণ কেন্দ্র খুদিংমক্তা অঙাং চনি য়াঙ্খে চহি য়াঙ্খে লৈ। অঙাংশিং অসি পীজ পীথক তৌবা, মখোয় মশেল নুংশি চান্ননা শান্নমিন্নহনবা, শকখঙ মায়খঙনহনবা অঙাংশিং মশা-মউ ফহন্নবা হোৎনবগা লোয়ন- লোয়ননা ময়েক চৎহন্নবা হোৎনবনি। বাল কল্যাণ কেন্দ্র অসি লৈকাই (সেন্টর) অমমমগী ওইনা লোয়না লৈ। কেন্দ্র অমমম্দা দাক্তর অমা নর্স অহুম অহুম অদুগা নুপী অমসুং নুপা ওজা মঙা মঙা পূন্না ষ্টাফ তরামবি/তবামবি লৈ। অসুম্না সৌরজগতকী ইদুকেসন পোলিসিগী মপাননা সৌরজগত অসিদা লৈরিবা চহি হুমফু তরেৎ-নিপালগী মীওই খুদিংমক লোয়না মাষ্টর (এম.এ.) ঙাক্তনি। ঐগী ব্রাফম অসিদা মরুপ্না চিংনবা য়াওবসু হংবিরকউ।

- চিংনবগী ব্রাদি নত্তে হংনিংবা খরদি লৈ মরুপ।

- অদুবুনে ঐনা হংবিরকউ হায়জারিবশে।

- মরুপ্না তাকপীখিবা অঙাং অমা পোকপা খুদিংগী থা অমগী মনুংদা ধন লিশিং অমা থমখিবা অদুনা অঙাং অদুনা চহি তরুক হেক শুরকপদগী মাফি-মরোল চান-থক্লবা লাইরিক পুম্নমক মাষ্টব ফাওবা তমহল্লি। মসিবু অওইদৌনা ঙম্বা জাৎলনে মরুপ?

- ঙম্বা হায়বসি চহি হুম্ফুতরাদগী ঙসিফাওবা চৎথদুনা লাকইবনি মসি সৌরজগতকী নেম্লেল ইকোনোমিক পোলিসিনি। মওং অমবোমদা হায়বগনা লাইফ ইন্সুরেস কী থৌওং অমনি হায়না হায়বসু য়াই। লুপা(ধন) লিশিং অমা থমখ্রবা মতুং চহি তরুক শুখ্রবদি কনাগুম্বা ছাত্র অমা মবাইবক শীদুনা লৈখিদবা (শিখিবা) তাববদি মাগী মমিংদা থমখিবা লুপা লিশিং অদু শেন্দোয়গা কোন্ননা হন্দোকপীগনি। ইকোনোমিক্স পোলিসি অসিগা ইদুকেসন পোলিসিগা থোংমান্ননা চৎমিন্নদবা য়াদে।

- হায়বগী অথদি মরুপ?

- ঐখোয়গী ইদুকেসন পোলিসিদা ভোকেসনেল অসি ক্লাস সিক্স তগী কম্পলসরি ওই। ভোকেসনেল ইদুকেসন অদুদগী কারকপা শেনফম চাদা যাঙ্খেনা ছাত্রগী ওইনি, অদুগা যাঙ্খেনা ইদুকেসন দিপার্টমেন্টতা কাগনি। অসুম্না ছাত্রশিংনা উগুবা ফিতুবা য়োং থাং শাবা, মানা মানা পাম্বা অদুগা ওজাশিংনা ছাত্র অদুগা চাননা য়েংলগা মপুঙ্গিদা মায় পাক্কদৌবা সিনফম খল্লগা তমহল্লি। ঐখোয়গী অসিদা কনাগুম্বা মমা মপানা তমহনবা পাম্বা সবজেক অমা হেক্তা তমহনবদি যাদ্রে। ডাক্তর ওইরবসু ইঞ্জিনিয়ার ওইবসু ছাত্র অদু সবজেক অদু তম্বদা মায় পাক্কনি খনবা অদুগুম্বা ছাত্র অদু মখোয়গী ক্লাসকা চানবা য়েংলগা দিপার্টমেন্টশিংনা ট্রেনিং নোটিশ থোক্লকপা মতমদা চাংয়েং পরীক্ষা অদুম য়াওহল্লি। পরীক্ষা অদুদা মা-মানা ফংলকপা মার্ক অদুগী মতুংইন্না মথং-মনাও নাইনা সবকারনা স্কুল খুদিংমক্তগী চাং চপ-চপ মান্ননা ত্রেনী খল্লি। পরীক্ষা অদুদা পাস তৌখ্রবা ছাত্রশিং খনবদা য়াওহৌরবশিং অদু মথং খনবদা টেষ্ট পরীক্ষা অমুক হন্না য়াওবোই। অসুম্না স্কুল-স্কুলদগী লোয়না ত্রেনিং তৌখিবা ঙাক্তনি। মখোয় অদুনা পাস তৌরক্লবা মতুংদা তনব চাবা থবক্কী চাংয়েং পরীক্ষা ঙম্লগনা এপোইন্টিং ওথোরিটিনা এপোইন্টমেন্ট পীরগা সরকারগী থবক অদুম তৌজখনে। মকওইনা সৌরভগতকী ইকোনোমিক্স পোলিসি অমসুং ইদুকেসন পোলিসি অসিনক্লা পুন্নমক শুল্লীবনি। ঐনা মথক্তা পনজখিবা ছাত্রশিংনা তম্বদা শাখিরু পোংইটে য়োনবগী মদু বাট্টেহ্নি ছাত্রশিংগীনি হায়ব শেনফম অদুনা মা-মাগী স্কুল, কোলেজ, যুনিভার্সিটিশিংনা বেঙ্ক অনমম্ হাংলগা ছাত্রশিংবু রেঙ্কিং সিষ্টেম তম্বী। মসিনা নখোয়না হয়েং চাওরক্লগা বেঙ্ককী থবক তৌবদা থোইদোক্লা মায় পাকপা ঙম্লবা। মসিদি থিওরি অমসুং প্রাক্টিকেলগা পুল্লবনি। ভোকেস্নেল অসিগী দিজাইনরবনা যুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার অমনা ওই। মেত্রোবিয়েল পুন্নমক য়ুনিভার্সিটিনা সপ্লাই তৌই। য়োনবা খোৎপগী থবকসু মখোয়না লোয়না তৌই। অসুম্না স্কুল, কোলেজ মযামদগী কারকপা শেনফমগা মসিনা লোয়না মেন্টিনেন্স তৌবা ঙম্মী। স্কুল, কোলেজশিংদগী কনাগুম্বা ছাত্র থবক্কী খনখ্রবা অমুক হন্না স্কুল কোলেজ অদুদা হল্লক্লবোইদৌবা ওইরবদি মখোয়না হায়া থমখিবা ধন লিশিং অদু হন্দোক্লরোই, লাইরিক তম্বা লোয়দ্রিবঙৈদা শিখিবশিংদি ধন লিশিং অদু হন্দোকপীগনি।

- ঐনদি লিশিং অদুনা কোন্নবরা হংলি। মরুপ্পদি শিখিবা য়াওরবদি ধন লিশিং অদু ফাওবা হন্দোকপী হায়বি। মসিগী পোলিসি অসিদি ওন্থোক্লা ফজখরে। সৌবজগত্তা এম.এ মাষ্টর নত্তবা নৃপা নুপী অমত্তা লৈতে হায়দুনা মরুপ্পা তাকপীবা ঐ য়াজরে। হান্নদি মসিগী পোলিসি খঙদবনিনা ওইথোকপা য়াবা ৱাফমলা হায়দুনা পুক্লিংদা মওন-মওন খল্লম্ননি ঐখোয়না লাক্লিবসিবু কিলোমিটর কয়ারোম শুবম্লগনি মরুপ? খুঙ্গংগী লম য়ৌরক্লবরা ?

- খুঙ্গংগী লমদা কিলোমিটব কুন্থ্রা রোম চঙশিল্লক্লবনি ঐখোয়না লাক্লিবসি।

- খুঙ্গং খ্দিংমক অসিদা লৈরিবা য়ুমলৈ-কৈবৈ অসুম্না লোয়না তৌব্রা মরুপ?

- লোয়না তৌই অসিদগী হেনবস্ যাওই।

- অদুদি ঐনা খুঙ্গং য়েংনিংই হায়দুনা চংলিবসিদি সিদা উরিবা অসুম্না লোযনা তৌরবদি য়াম্ন শাংনা চংলুবগী থোইনা কন্নাফম লৈত্রে, অদুদি হল্লসিরা মরুপ?

- ঐগীদি ইয়াদা য়াই, মরুপ্পা চংশি-চংলে, লেপ্লসি লেপ্লে।

- ঐনা হাযজর্বাদ খুঙ্গংগী লমদা কিলোমিটর কুন্থ্রা চঙশিল্লক্লা ওবদা শহরগী, শহর ওইদুনা অশুম লৈরে। তশেংনা ঐনা খঙ্নিং য়েংনিংলম্লিবসিদি শহরগা খুঙ্গংগা য়ুমলৈ কৈরৈ লম্বী থোং মৈ-ঙশিংগী থেন্নবাশংদ খঙনিংবনি, ঐনা হৌজিক হৌজিক উরিবা অশুম্না লোয়না তৌবা তারবদি থাপ্লা চংলুদ্রবস্, য়ারনিদা মরুপ।

- অদুবদি য়াবে, থোইনা থেন্নবদি লৈত্রে, মসিদগী লৃবা নানবা মফম থাপ্ল-থাপ্লগা যাম্না লৈরি, অত্রোপ-অত্রোপ্প লৈবাক্লিন খুঙ্গংদগী সহর রোমদা চেনশিন্নে হায়রে। ঐখোয়গীনা খুঙ্গং হাযজবগী রানি চাওখংপা, নুংঙাই য়াইফবা শেমগৎ শজগৎপা মহৈ-মশিন তম্নগী হায়র সৌরজগত পুন্ন চপ মান্নবনিনা। কেপিতেলগা নুংঙাই যাইফবা য়ুমশা কৈশা সৌরজগত পুন্না লোযনা চপ মান্নে। তশেংনা হায়রবদা সৌরজগতকী অনৌবা সংবিধান শেম্বা মতম অদুদগী চহি লিশিং অমরোমগী প্লান তৌরগা শেমখ্রবা লৈবাকনি। অদুনানি শহর-খুঙ্গং থায়দনা য়ুম বিল্ডিং-মথোন অহুম অহুমগী ডাক্তা ওইরিবসে।

- মরুপ্পা তাকপিখিবা অসুম থাপতোক থাপ্লোক্লগা চাওখংপা শেমগৎ শাগৎপা হেল্লি তাকপিখিদুনা করম্না তৌনবা?

- পোখোক-চাথোক খোনিনচিংবা লৈতবা মফমদা ইদুকেসনগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শেমগৎ শাগৎপা অমা চঙই। মফম অদুদা কোলেজ য়ুনিভর্সিটিনচিংবা শারগা মফম অদুবু থোইনা হেন্না চাউখৎহন্নবা হোৎনৈ। রাজধানী কোনুং লোমদতা পংশেমদা শেম্বা অদু নত্তে। সৌরজগত পুম্বগী য়েংলগা শেমগৎ শাগৎপা ঙাক্তনি ঐখোয়গীসিদা তৌনরিবসে।

- মরুপখোয়গী সিদদি প্রাইভেৎ স্কুল অমসুং কোলেজনাচিংবদি-লৈতবরা?

- সৌরজগতকী ইদুকেসন পোলিসিদা প্রাইভেৎকী ৱাফম লৈতে, প্রাইভেৎ হায়বসি শেন তানফমনি, শেল তিংগনী। সবকারগী হৌজিক ওইবিবা অসিদি ধন লিশিং অমথক তিংলগা বোর্দিংদা লৈরগা এম.এ.(মাষ্টর) ফাওবা তম্বা হায়বসি প্রাইভেৎনা ঙমগদৌ থবক নত্তে। ঙম্ব ঙম্লবদি তৌবা য়াই. অদুবু ঙমদবনা ঙসি ফাওবা তৌনদে। প্রাইভেৎ হায়বসিদা তৌনরিবসি কোওপরেতিপ সোসাইতি হায়বসি ওইরক্তাই। ঐখোয়গীসিদা অয়াম্বনা মরনাই হায়বসিদি লৈবু-লৈতমাল্লেদা' স্কুলদা ভোকেস্নেল যাওরকপনা মীপুম খুদিংমক লোয়না থবক অমা নত্রগা অমদি লোয়না হৈবনিনা মী তরামঙাদগী কুন ফাওবগী কোওপেৰোতিপ সোসাইতি অমমম্ লোয়না শেম্লগা থবক তৌই। ফি শাবগী, উশুবগী, যোং শুবগী, অচা অথক অমদি পোৎলম কয়াগী মা-মানা হৈনরকপা মী কাঙবু কাঙএ শেম্লগা থবক তৌনবা ঙাক্তনি। লৌউবদসু জোইন-ফার্মিং কোওপরেতিপ শেম্লগা লোইনা লৌউশিংউ তৌনৈ। কোওপরেতিপ তৌবসিনা মীশিং অদুনা মশাগী চহি যাঙ্খ্রে হেক সুবদা লৌমী শিন্মী পুম্নমক পেন্সন পী। মতাং অদুদা মখোয়বু লৌমী শিন্মীনি হায়বগী শক্তাক চে অদু মখোয় মখোয়গী সোসাইতিগী সেক্রেতরিনা পী। অসিগুম্বা মবম কয়া অনা লৈবনা তঙাই ফদনা কোওপরেতিপ সোসাইতি অসি শেমদবা যাদবনি। মখোযনা থবক অদু খরা চাউনা তৌনিংলবসু সরকারগী লোন চাওনা তৌবা য়াই অমসুং পী। অসিগুম্বা খুদোংচাবা কয়া লৈবনা সবকারগী ওইবা তলব চাবা থবক কাহেন্না তান্নবা লৈতে। হায়স্কুল কোলেজ য়ুনিভর্সিতিদা ফংকপা মহৈরোইশিংদি সরকারনা অদুম ফাদুনা থবক হাপলবনি। মীনিনা ঐখোয়গীসিদসু হান্নার ইদুকেসন ফংলবা ঙাক্তা ওইবনা প্রাইভেট ওইবা মী অমা অনিনা মপু ওইরা ফার্ম অমদা লেবর ওইদুনা থবক শুবসি কয়া পান্নেদে ইকাইনৈ। সরকার তমগী লৈফম থোকপা পুন্নমক সরকারগী ওইদুনা লৈ। প্রাইভেতাইজেসন হায়বসি হেক তৌখিবদা ওনব অদুনা করোড়পতি অদুগা লেবরনা ভিক্ষারি শোযদনা ওইখিবা তাবনি। মসিদি শুকশোয় শোযদ্রবা ৱাফম্নি।

সরকারগীনি লৈবাক্কীনি হায়রদি মদুদা লেবর ওইবগী করিসু ইকাইনবা তৌদে কনাগুম্বনা নোক্লবসু তৌনদে। মরুপ! লৈবাক অমা পাক্তক্না লাইরিক হৈবশিংসু অৱাবগী মশক অমনি।

- করিগী লাইরিক হৈববু অৱাবগী মশক ওইদৌরিবা? ঐখোয়গীদনা হৌজিক্তা হনুথংদা এদল্ট ইদুকেসন, প্রৌঢ়শিক্ষাকা হায়দনা লাইরিক ময়েক চৎহন্নবনি হায়দুনা লুপা করোড কবোড় থাদদুনা হোৎনরি। অদুসু এন.জি.ও.শিংনা অদুম লোয়শিল্লি। ঐখোয়গীসু মরুপখোয়গী অসুম তৌনা হোৎনরম্লবদি মীপুম খুদিংমক লোয়না বি.এ., এম.এ. ওইরগদৌবা মতম্নি। হৌজিক-হৌজিক এদল্ট ইদুকেসনগী মমিংদা থাদরিবা য়াম্লবা শেনফমসিগা মরুপখোয়গী ধন লিশিং-লিশিং থম্লরিবদুদা হাপচিল্লবদি করিগী ঙমদনি? কবিগুম্না অমতগা হংজগে - শোরোক অনীগী নাক-য়েৎ মতাই অনীদা চেল্লিবা মিটর মবি-মঙা পাকপা তুবেল মচা অনীসি নাক অমগীনা নোংচুপলোমদা চেন্নৈ। অদুগা নাক অমগীনা নোংপোক্লোমদা চেনখৎলি, মসিবু করম তৌবিবা জাংনো?

- ঐ হায়জগে মরুপ, মরুপনা তুবেল হায়রিবদু তুবেল নত্তে. খোং (কেনেল)নি। সৌরজগত পুম্বা ইরিগেসন সিষ্টেম নৈ। চেল্লকউবা ঈশিং অসি দাম্দগী থারকপা ঙাক্তনি। সৌরজগত্তা লৈরিবা তুনেল মচা অচৌবা পুম্নমক লোয়না শম্নহল্লি। অচৌবগা মচাগা শম্নফম অদুদা দান অমমম্ লোয়না লৈ। অদুনা মরম ওইদুনা লৈবাকসিগী নাক অমদনা ঈশিং থাৎপগী অৱাবা ওইবা, নাকল অমরোমদনা ঈচাওগী অৱাবা নঙ্বা অদুমদি শুকথোক খোক্তে। [illegible] খোনগী ভাব ওদি চহি খুদিংগী ঈচাওদা মী কয়া কয়া শিবগী পাউ নিউজপেপরশিংদা ফোংনকপা থেংনৈ। অদুগা ঈকঙনা অৱাবা নংবগী পাউসু তোয়না তোয়না থেংনৈ। মসিদি ঐখোয়না খঙলকউৈদগী অদুম তাদুনা লৈরবা পাউনি। চহি নিফু-থাউগী মমাঙদগী চহি খুদিংগী খোক্তুনা লৈরবা ঈচাওগী অৱাবা ঙসি ফাওবা কোহনবা ঙমদ্রি মসিসু অঙকপা অমনি। মরুওইনা ঈচাওগী অৱাবা নঙলিবা অসি চহি হেক খুদিংগী অসাম-বিহার অমসুং উত্তর প্রদেশ অহুমসিনা হেন্না অৱাবা নংই। মখোয়গী অৱা তেংবাংদা চংলিবা লুপা করোড, অদুগা ঈচাওনা মাঙহল্লিবা লুপা করোড কয়াদুগনা মতুংদা ঈচাওগী অৱাবা নংদনবা শেম্বসিবু যাদবরা? কর্নাতকা, রাজাস্থান কয়াদা ঈশিং ফংনদবগী অৱাবা ওইনরি, ঈশিং খরা থাবিরক্লনবা হায়জবদা এসেমব্লি মীফমকাক কৌদুনা খন্ন-নৈনরি। প্রজা মীয়াম্নসু ঈশিং পীবা

য়ারোই হায়দুনা ষ্ট্রাইক-অন্দোলনসু তৌনরি। মসিসু অঙকপা অমনি। মসিদি ঐখোয় হিংগে নখোয় শিয়ু হায়বগী ৱাফম মাল্লি। তশেংনা হায়ববদা মীওইবগী থম্মোয় পান্দে, পুন্না হিংমিন্নবগী ৱাখল চেন্দে তাকপনি। রাজ্যশিংগী মনুংদা চেল্লিবা তুরেল পুন্নমক ঐখোয়গীদনা সেন্টরগী খুত্তা লৈ অদুনা মরম ওইদুনা তুরেল অচৌবা মচা পুন্নমক লোয়না শন্নহল্লিবনি। ঈকং থোক্লে, ঈশিং খরা থাবিরকউ হায়বদা য়াদ্রিবা লৈবাক রাজ্য অদুনা মখোয়গী রাজ্যদা ঈচাও থোক্লকপা মতমদা মখোয়গী রাজ্যদা নখোয়গী রাজ্যদগী ঈশিং চঙহল্লকপা য়ারোই হায়রবদি করম তৌবা তাবা ? অঙকপগী লৈবাক্লি ভারত অসিসু। (মরুপ্পা গাড়ী থৌন-থৌনা ঙাঙ্লিবনি। ঐদি ইকাইবনা মায়সি ঙাংলবনি। ঐ খুমদে তুমিন্না তাদুনা লৈ। মরুপ্পা মখা চথনা অদুম ঙাংবা তোক্তে)। হৌজিক মরুপকা ঐখোয় অনীনা চৎলিবা লম্বী অসি ইন্টরনেশ্নেল হায়ৱেনি। ইন্টর ভিলেজ রোদ অমসুং ষ্টেট হায়ৱে অনীমক পাক চাওবা চপ অদুম মান্নে। ইন্টর ভিলেজদগীনা রিংরোদ, ৱান-ৱে ওইদবখক্তগী ৱানি। ইন্টবনেশ্নেল হায়ৱে অসিনা কেনেল অমদগী কেনেল অমফাওবসি ফুট চাময়াঙ্খ্রোনি পাক্লিবসি। সোরোকলোম থংবা কেনেল মপালদা উ-থারিবশিং অসিনা ফুট তবামঙা-তরামঙা পাকই। মযাইগী রিং অসিনা ফুট মঙা পাকই ৱাংবনা লৈমায়দগী ফুট মঙা ৱাংই। ইন্টর ষ্টেট হাযৱেদসু সোরোক্কী নাক-য়েৎ অনীমক্তা কেনেল লৈ। ষ্টেট হায়ৱে ফুট চামা পাকই, মযাইদা রিংগী ফুট মঙা পাকই, মতাই অনীদা হৈ-লৈ, উ ফজনা থাই। ইন্টর ভিলেজ রোদতদি বজার লৈবা-লৈবা মফমদমক কিলোমিটর অহুম-অহুম বিংরোদ ৱানৱে লৈ। সোরোক মনুংগী পাকপনা ফুট য়াঙ্খ্রেনি অদুসু নাক য়েৎ অনীমক হৈ-লৈ, উ ফজ-ফজবা থাই, কেনেল লৈ। অদুদি মরুপ অসদা লম্বী * বজার ১৫০ লৈরে। করিনো অইংবা অমমম্ থক্লগা অমুক হন্নবা তৌবসি। ঐখোয় অনীনা ৱারী শানা শানা লাকপনা কিলোমিটব চামকুন য়ৌশিল্লক্লবনি।

- ফয়ে মরুপ বজাররোমদা থৌজিনবিবো ঙাইহাক পোত্থাখিসি। (অসুন্না বজারদা রেষ্টুরেন্ট অমদা চঙ্লগা মরুপ ঐখোয় অনী ফেনগী মখাদা ফম্লগা ঙাইহাক-ঙাইহাক উইথনৈ। ঐখোয়সু চঙ্লকপদা অদু-অদা হায়রমদে। মেনেজর অদুনা চংলক্লগা করি পুজরকউগে হংলৈ। মরুপ্তি তশেংনা য়াম্না ৱারবাজাৎনি। মাদি নুংঙাইনা ফেন মখাদা সোফাদুনা ফম্ন-ফম্না তুমখুন তানখ্রে। মেনেজরদা ঐনা

সৌরজগতকী কৈথেল পুম্বা লম্বী বজার কোই অদুগা মশিং নম্বরদা চৎলি।

বনানা শুপ অনী, মৌসমীশুপ অনী অইংবা ঙাক্তা হায়খি। রেষ্টুরেন্টতা পর্দার য়াওদবী সোফা ঙাক্তা ওইবসি ঐনা থেংনরকপদা ঙসিগীসিনা অহানবা ওইরে। ত্রে অমদা শুপ গিলাস অচৌ-অচৌবা মরি মিনরেল ৱাটর অনিগা হাপ্লগা হোটেলবোই অমনা পুরক্লগা তেবল মথক্তা থম্লে। ঐনা হংই ইবুংঙো ধন কয়া তারে ? য়ামদে ধন মরিফুখক্তনি। ঐনা লুপা চামা চৎপী অমা মনিবেগতগী লৌথোক্লগা পী। চামা চৎপীদু হেক উবদা ভারত্তগীরা হংই। ঐনা মান্নি ইবুংঙো খুম্মী। অদুদি অসিনা চপ-চারে। ধনগা রুপয়া (লুপা)গা খর খেন্নবা লৈবনি হায়রন্নগা চৎখি। অদুগা বিল অমা পীরৈ। ঐনা মরুপ হৌদোকই- মরুপ, মরুপ হৌগৎলো নোং ঙাল্লে হায়দুনা। মরুপ মিৎ পাংথোক্লকই। 'ঐদি য়াম্না নুংঙাইনা তুম্মুরেদনা'। করিনো অচাপোত্তি য়াওদে থক্লবা ঙাক্তা মখল অহুম লৈরে। থকসি মরুপ, ঐনা হায়বদগী ঐখোয় অনী থকপা হৌরে। মরুপ্না অহাওবদি খনবা হৈহে, হায়দুনা ফাগি তৌরকই। ঐসু মরুপ্না তুন্না হৌগৎলকপদা নুংঙাইনবা খনবদা খনফম খঙদ্রদুনা মৌসমী শুপকা, বনানা শুপকা হেক্তা দিমান তৌই, ফান্‌বা ইয়া য়াদ্রবরো ? য়াম্না হাওখরে। বিলগী চেদু উরগা এ' বিলসু মরুপ্না পেদ তৌখ্রবা থবক য়াম্না ফখ্রেদা। অসুম্না মরুপ ঐখোয় অনী থকপা চাবা লোয়রগা য়ুমলোমদা হল্লকপগী খোঙচত্তা খোঙশাল্লক্লে।)

---

# নিপালশুবা তাঙ্কক

- মরুপ ঐখোয়না লাকইবা লম্বী অসিবু ঙসাইগী লম্বী অদোমদরা ?

- নত্তে মরুপ, ইন্টর ভিলেজ রোদতনি। মসিদগী কিলোমিটর নিফুরোম চৎলগা ষ্টেট হায়রে ফংলগনি।

- (ঐ খনবা হৌরক্লে, ইন্টর ভিলেজ রোদতা অশুক ফজবা, অশুক চাওবা, মরুপ্না ঙাসাই হায়খিবা অদুনবু ৱাংলে, ওইহরল্লীবা অসিনা হেন্না ফজরল্লে। সোরোক্কী নাকল অনীমক্তা কেনেল লবুকশিং অসিদা ঈথৈ-লৌখোং অমতা ৱাত্তনা কয়া ফজনা শেমগৎ-শাগৎলিবা। লবুক পুম্নমক মহৈ-মরোং লোয়না হৌরি। হায়মা ! থংনবা লবুক্তনা লৌ লিংলি। অদুগা লৌফম অমদনা গেহু লোক্লি। লৌফম খরদনা আলু তাল্লি)। ঐনা মরুপ্তা - মরুপ গাড়ী অমুক্তা খাম্বীযুবা করিগুম্বা খরা য়েংনিংবা লৈরে।

- মরুপ্না গাড়ী খাম্লগা করি য়েংনিংবগীনো মরুপ ?

- মরুপ সিদা ইনক-নক্লা থবক শুরিবশিংসি য়েংনিংই। হৌজিক লমতা থা অসিদা লবুক্তা তৌরিবা কুম্হৌসি ঐঙোন্দদি অঙকপা ওইরবনি। -

- ঙকপিরুনু মরুপ, মসি ঈথৈ-লৌখোংশিং অসিনা ঙমহল্লিবনি। অসুম্না শুবা নোম্বা কনবসিননি ঐনা মমাঙদা হায়জখিবা সৌরজগত্তা ফৌ-চেং চহি অহুম-অহুম ফাওবগী পৈ-পৈদুনা লৈ হায়জখিবদো। জোইন্ট ফার্মিং তৌবনা মরম ওইদুনা ঈথৈ লৌখোং অসি লবুক পুম্নমক লোয়না শিনবা থুংনা, যৌবা ঙল্লিবনি। য়েংবিযু আদা লবুক ময়াইদা লৈরিবা লম্বীশিংসে। লবুক মনুংদা লৈরিবা লম্বীশিং অসি কিলোমিটর অমমম লাপ্না নোংপোক-নোংচুপ, খা-ৱাং খুঙ্গং অমগা খুঙ্গং অমগা লোয়না শমজিন্নে। অদুগুম্বা লম্বীশিং অদুগী নাক-য়েৎ, খা-ৱাং

নোংপোক-নোংচুপ লৌখোং, ঈশিং চেনফম লোয়না লৈ। লৌফম অমগা লৌফম অমগা তাইনবগী লৌরিশিংদি চেক-বিলাটিমাতিনা চল্লগা ঈশিং ঈরম (খোংমচা) অমমম্ লৈ, মদুনা লৌফম অমদগী লৌফম অমদা ঈশিং চঙ্‌দনবা। অদুননি লৌফম অমদা লৌ লিংলগা লৌফম অমদনা আলু তাল্লিবসে। মসিনি মরুপ ঐখোয়গীসিদা গ্রিন রিভোলুসন হায়দুনা কন্না চৎথরিবসে। মসিদা নত্তে খুল্লক্তা চঙ্‌লবদি হুইত রিভোলুসন উবা ফংগনি। শঙ্গোম অসি অশুক্কী মতিক ফংই। নোংমদা মী অমগী লিটর অমমমগী চাংদা পুথোকইবনি। শঙ্গোম্না শেম্বা অচাপোৎ'সিনি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরিবসি।

- অসুম হায়না লৌফম্বু অসুম হাঙহন্দনা শিজিন্নরবদি লৈবাক লৈহাওদি য়াম্না মাঙলমগদৌবা মাল্লি।

- লৈবাক লৈহাও মাঙ্‌দে মরুপ, হুইত রিভোলুসন লৈবনিনা ষণথি-ষণয়ুং অরেম্বদা মাঙ্‌হন্দে। লোয়না কম্পোজ শেমদুনা কোম মঙা তরা লোয়না লৈ। ঐখোয় লৌমী-শিন্মী পুম্বা শঙ্গোমগীদমক্ত, ষণ, ইরোই লোইবসিমদি তঙাইফদবা ওইনা তৌই। ষণথি মরাং কায়না ফংলবনিনা য়ুমথোং খুদিংগী বাইও-গ্যাস প্লান লোয়না লৈ। অদুদগী ষণথিগী ওইজবা হার মরাং কায়না ফংই। ভর্মিংকম্পোজ, বাইও ফর্টিলাইজর, গ্রিন মেনুওর, রাইজোদিয়ম কলচরশিংসি মরুওইনা শিজিন্নবনা লৈবাক লৈহাও শুকমাঙ মাঙ্‌দ্রে হায়বা য়াই। তিলহাৎ হিদাক পেসিষ্টিসাইতকী মতাংদসু মরুওইনা হকচাংদসু শোক্লোইদৌবা চন্দ্রমুখি লৈদগী শেম্বা, নিমদগী শেম্বা, ষণয়ুংনচিংবদগী শেম্বা তিলহাৎ হিদাক শিংনি শিজিন্নরিবা। হারগী মতাংদা কংকুপ (আইজোলা) অসি য়াম্না মরাং কায়না শিজিন্নে। ঐখোয়গীসিদা তিলহাৎ হিদাকশিংদগী ইয়ার পোলুসনকা থোকপদুমদি লৈত্রে মরুপ। অদুগীসু মথক্তা ষ্টেট সোইল টেষ্টিং য়ুনিটকী মোবাইল টিমনা চৎ-চত্তুনা চহি খুদিংগী লৈবাক লৈহাও টেষ্ট তৌই। অদুগা মদুদা হাপকদৌবা কম্পোস হার, অদুগা খুৎশেমগী হার মখলশিং চাং কয়া য়াম্না হাপকনি হায়বদু মখোয়না লৌমীশিংদা ই-ইদুনা পীরম্মী। পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গীসিদা লৈবাক লৈহাও মাঙবগী ৱাফম করিসু অরুবা ওইনা লৌনদে। হায়দোক্লগদি য়াম্না ইকাইনিঙাই ওইবা ৱাফম কয়া লৈরিবনি। অদু মরুপ্নদি খঙদবনিনা সৌরজগতপু পংথাদা থাগৎপিরিবা।

- করি ৱাফমনোনে হায়দোকপদা ইকাইবা ৱাফম্মি হায়রিবদুবু ?

- সৌরজগতকী লৈশেমলোন হায়বতাই। ঐখোয়গী লৈবাক অসি দোনেসন্ন শেম্বা লৈবাক্লি। অদুনি ঐনা হায়দোকপদা ইকাইবা ব্রাফম্লি হায়জরিবসি। মরুপ্না নোক্লগা হায়রকই।

- করিনোনে দোনেসন্না লৈবাক শেম্বা হায়রিবসিবো ? করি করমহায়না দোনেসন তৌরগা লৈবাক শেমগদৌরিবনো অদুতা হান্না অমুক্তা তাকপিরকউ।

- ঐখোয়গী অনৌবা সংবিধান অসি শেম্বা লোইরকপগা লৈবাক অসি শেমগৎপা হৌরকপদা ইরিগেসনগী মতাংদা সরকারদদি হৌজিক ওইরিবা মওং অসি তাবা ঙম্নবা শেম্নবগী ধনদি লৈত্রবা অদুদা লৌমীশিংদগী লৌ একর অমমমগী ধন চামরি-চামরি খায়নরগা সরকারদা পীরগা সরকারনা অৱাৎপা পুথোক্লগা শেমখিবনি। অদুবুনি ঐনা দোনেসন্না শেম্বা লৈবাক্লি হায়রিবসে।

- অদুদি য়াইনা অদুদি য়াম্না ফত্তবা থবক্লি। মতমদুদা প্রজানা ধন চামরি পুথোকপা ঙম্লোই হায়দুনা লৈরম্লবদি ঙসি তৌরিবা উরিবশিংসি অমত্তা লৈবম্লোই। অদুগী ওইবে মরুপ্না ইকাইনিঙাইনিকা হায়রিবদি। লৌউ-শিংউগী মরম-মতাং অমা হৌজিক খঙলে অমুক চৎলসিরা মরুপ ?

- য়াবে কাখৎপীরো চৎলসি। (মরুপ মপান থোকখি অদু উবদা ঐসু থোক্লিংলক্লে, ঐনা হায় মসিদি লিংজেন য়াম্না মান্নবনি, হৌনবা নাইদবনি, মরুপ নোকই, ঐসু নোক্লে। ঐখোয় অনী গাড়ী তোংখৎলগা অমুক লাক্লে।) চৎপা হৌবগা ঐসু হংবা হৌরে - মরুপ সৌরজগত্তদি সেদুাল কাষ্ট, সেদ্যুল ট্রাইবকা অমত্তা লৈতবরা ?

- করিগী লৈতনি সিসু লৈবাক অমনি। মরুপখোয়গীদা লৈরিবা অদুমঙাই ঐখোয়গীদা লৈরিবসিসু।

- অমাং-অশেং শোক্লবা য়াই-য়াদে তৌনবদি ?

- মদুমদি সৌরজগত্তা লৈত্রে হায়বা তাই। মরমদি ঐনা মথক্তা পনজখরে পোকপা শিবগী রেজিষ্টার তৌবগী মতাং। মখোয়সু লৈবাক অসিদা লৈবনিনা লৈবাক অসিগী চৎনবী মখোয়সু লোয়না য়াওবা তাবনি। মখোয়সু চহি তরুক হেক শুরকপদা স্কুলগী বোর্দিংদা লৈবা তাই। সৌরজগত্তা লৈরিবা মী পুম্নমক চপ মান্নে। জাৎ-পাৎ খায়বগী ৱাফম লৈতে। পুম্নমক মী অমা ওইবা (ত্রিৎ তৌগনি) লৌগনি। তশেংনা হায়রবদা সৌরজগত অসি কোমলা অমগুম্না লৌবা য়াই।

- কোমলা অমগুম্না লৌবা য়াই হায়বগী অর্থদি মরুপ ?

- কোমলা অমা হায়বসি মথক্তা অথাবা মকু অমনা পুময়োম য়োমশিল্লি। অদুগা মনুংদনা মশুং-মশুং নাই। মশুং অদুসু লোয়না চপ মান্ননসু চাওদে অচৌ-মচা নাই। মনুংগী মশুং অদু অচৌ-মচা নাই। মনুংগী মশুং অদু অচৌবা-মচা নাই হায়দুনা কোমলা মপুম অদু চেপ্পা পৈবা তৌদে। ফজনা মকোয় চপ মান্ননা মতুম তায়।

- মরুপ কোমলাগী প্রমাণসি ঐ ভাব তাবা ঙমদেবো মরুপ।

- ঐনা হায়জবদি কোমলাদা মশুং কয়ামরুম লৈ, য়াওই। মতৌ অদুগুমদনা সৌরজগত অসিদা জাত কয়ামুক লৈ। অদুবু কোমলা অমগুম্না ঐখোয় পূল্লপ অমতনি হায়না লৌই হাযজবনি। জাত পাৎ সেদুল কাস, সেদুল ট্রাইপ হাযরিবা পুল্লপ অসি মী ঙাক্তনি। মীবু মীনা, মীওইনা লৌদ্রবদি মখোয়বু শা ওইনা লৌগদ্রা? ঐখোয়গী অসিদা চহি অনীদগী চহি কুনমঙা ফাওবা বি.এ. এম. এ. লোয়বফাওবা পূন্না চামিন-থকমিন্না হৌমিন-কামিন্নদুনা লৈরকলবনি স্কুলগী বোর্দিংদা, অদুনা ঐখোয পূম্নমক নুংশি চান্নে।

- য়াম্না ফজখরে মরুপখোয়গী ইদুকেসন সিষ্টেম, পোলিসি অসিনা মীপুম খুদিংমকপু নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নহনবা ঙম্লিবা অসি। থোইদোক্না ফিদমনিঙাইনি। অদুগা মরুপ ধর্মদি ?

- ধর্মসু কোমলানি (মরুপ্পা নোক্লগা হায়বকই)

- করিনো ধর্মসু কোমলানি হায়রিবসিবো! ঐসু নোক্লগা হংই।

- ঐখোয়না কোমলা অমা লৈবা মতমদা য়েংলিবসি কোমলাগী মপানগী কুয়োম মকু অদুদা য়েংবনি। মনুংগী মশুং মশুংশিং অদুদা য়েংবা নত্তে। কোমলা অদু মকু খোক্তোক্লবদি মনুংদা মশুং ময়াম অমা য়াওরমগনি হায়বসি ঐখোয় খ্বাইনা খঙলিবনি। মতৌ অদুম্না লৈবাক অসিদা ধর্ম ময়াম অমা লৈ। ধর্মশিং অদুগী মনুংদগী মীওইবগী ধর্ম (মানব ধর্ম ) হায়বা অসিনা কোমলাগী মকু-কুয়োম ওইদুনা মশুং ময়াম অদুবু পূলপ (হায়বদি মান্নদবা ধর্মশিংবু) পূনশিল্লগা লৈবাক অসিদা মানবা ধর্ম অসি চৎলী।

- অচৌবনা মচা য়োৎশিনবগী থবক্তী নত্তেকো মরুপ?

- ধর্মগী মতাংসি য়ৌশিল্লক্লবদি ব্রাহংশিংসি লুনা লুনা হংলকইকো। ঐখোয়গীসিদা অচৌবনা মচা য়োৎশিনবা খক তৌদে। ঐনা মমাঙদা হায়জখিবদুনি

লংদাই য়াওদবা কুয়োম অমগী মনুংদা লৈরিবা কোমলা মশুং অসি চাওবা মান্নদে। করিগুম্বদা খুনাওবী তাং অমুক শাং-চাওবা মশুংসু নপুনা য়াওবা থেংনবিরমগনি। অসিনা তাকপদি অচৌবনা মচা য়োৎশিন্দে, চাওবগীসু চাওনা পীকপগীসু পীক্লা অদুম লৈজে। কুয়োম অদুগী মনুংদদি লৈতবা য়াদে। মরমদি কোমলা মশুংশিংসিনা মপুং মরৈ ফারক্লিবশিংসে কুয়োম অদুনা পীবা মচিঞ্জাক্নি। নুংগী ওইবা অমা পানগী ওইবা অমা অসুম্না খায়দোক্লগা য়েংবা য়াই। জাতকী ওইবা ধর্ম মহাক্লা মাগী ময়ুমদা চৎচবদা করিশু কায়দে। মসিনা নুংগীওই হায়বা তারে। অদুগা পানগী ওইবদি সৌরজগত অসিদা লৈরিবা মী হায়বসিনা মশাগা শুকথা-থাদোক্লদনা চৎমিন্নগদৌবা ধর্ম অমা লৈ, ধর্মদুগী মমিংনা 'মানব ধর্ম' (মীওইবগী ধর্ম ) কৌই। ধর্ম অসি স্কুলদগী তম্বা হৌরে। ধর্ম হায়বসিগী অর্থদি পুবা / লোয়নবা হায়বনি। পুন্সিদা মীঅমা ওইনা লোয়নদুনা / পুদুনা চৎপা থাদোক্লদবা লমচৎ অদুবু ধর্ম হায়নসু লৌনৈ।

- 'মানব ধর্ম' মীওইবগী ধর্ম হায়বসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোনশিংদি করি করি ওইরবনো মরুপ অদুমত্তংগা তাকপীয়ু।

- মীওইবগী ধর্ম (মানব ধর্ম ) অসিগী মরুওইবা ৱাখল্লোন তরাখক লৈ মসি সৌরজগত অসিদা লৈবা মীপূম খুদিংমক্লা ঙাক্লা চৎকনি। হৌজিক হৌজিকসু মসি ঙাক্লা চৎনরিবনি। মখোয়শিং অদুদি অসিনি :-

ধৃতিঃ ক্ষমা দমোৎস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ।
ধীর্বিদ্যা সত্যমক্রোধো দশকং ধর্মলক্ষনম্ ॥ (মনু ৬/৯২)

১) অখাঙ কনবা :- ঐখোয়দা করিগুম্বা মখলগী খুদোংথীবা মায়োক্লবা তারবা মতমদা, নত্রে করিগুম্বা অনিংবা অপাম্বা অমা ফংদ্রবা মতমদা নিংবা কায়বা তৌদবা। মী মহাক অদুনা অদুগুম্বা খুদোং থীবা তারকলবা মতম ফাওবা অখাং কন্দুনা লৈরবদি মহাক্লা মহাক্কী ধর্ম অদু কনজবা ঙমগনি,অদুনা মরম ওইদুনা মপোক অসিদশু হয়েং মপোক্তসু থবক খুদিংমক্তা মায় পাকপা মহে য়নবা হায়বদু শোয়দনা ফংগনি।

২) থৌজাল-ঙাকপীহৈবা :- ঐঙোন্দা লাল্লকপা মী অদু ঐ ইশানা মরাল অদুগী মতুংইন্না চৈরাক পীবা ঙল্লবসু নত্রে অদুগী মরমগীদমক কনাগুম্বনা চৈরাক পীগদৌবা লৈরবসু, মহাক্কী মবাল অদুগীদমক্তা ঐগী পুক্নিংদা অৱাবা-নুঙাইতবা

অমত্তা লৈতনা মহাকপু ঙাকপীবা, মসি ঙম্নবা মতম লৈবা খিবিক্তা হোৎনবসু থৌজাল-ঙাকপীহৈবা কৌই।

৩) পুক্লিং খুদুম চনবা :- পুক্লিংনা নিংলকপা-খল্লকপা মতমদা মদুতৌবা ফত্তে হায়দুনা পুক্লিংবু খুদুম চন্দুনা খন্বা ঙম্বা অসিনা ফত্তবা থবক কয়া তৌদুনা পুন্সিবু লৈখা তাহনগদৌবদগী অমদি ধর্মবু মাঙগদৌরবদগী কনবা ঙম্মী। মসিনা ঈশ্বর ভক্তিদসু মায় পাকপা ঙম্মী।

৪) হুরান্দবা :- পুক্লিং; ব্রাখল অমদি হকচাংনা কনাগুম্বা মী অমগী মপোৎ-মচৈ, মরল-মথুম কল্লক-মিহৌদুনা হুগে লৌগে হায়বফাওবা পুক্লিং ব্রাখলনা খল্লুদবা অমসুং হকচাংগী পাঙ্গলনসু তৌকদবসিনি।

৫) পুক্লিং-হকচাং শেংবা :- ঐগী অশেংবা ইরলনা লৈজরগা চাজবা-শেৎচবা নুমিৎ খুদিংগী ঈরু- মায়থজবা অসিনা হকচাংগী ওইবা অশেংবনি। পুক্লিংনা মীগী ফত্তনবা খনগদবা মীঙোন্দা নত্ত-ওইদবা তৌদবা, অচাও-রম, নাপল কাদবা অসিনা পুক্লিংগী অশেংবনি।

৬) থম্মোয় খুদুম চনবা :- পুক্লিংদা নিঙ্ঙকপা ব্রাখলনা কনাগুম্বগী শক-চু, ব্রাহৈ-ব্রাঙাংদা অশাওবা, অপাম্বা, নুংঙাইবা পোক্লকপা পুম্নমক লাকশিন্দুনা থম্বা ঙম্বা কান্নদবা থবক্তা পুক্লিং ব্রাখল চঙবগী মহুত্তা অফ-নুংঙাই য়াইফবগী খন্দুনা ঈশ্বর নিংশিংদুনা লৈবনা পুম্নমক্কী য়াইফনবা ওইবদুবু থম্মোয় খুদুম চনবা কৌই।

৭) বুদ্ধি :- অশেংবা সত্বগুণগী ওইবা অথোইবা বুদ্ধি লৌশিং অফবা সঙ্গ তৌবা অফবা লাইবিক পাদুনা ঈশ্বরবু থাজ-নুংশিনা তৌবগা লোয়ননা আত্মাবু পরমাত্মাদা তিনশিন্নবা ঙম্মীবমখৈ হোৎনবদুবু বুদ্ধি লৌশিং লৈবা কৌই।

৮) মহৈ :- সংসারগী লৈরিবা বিদ্যা পুম্নমক হৈরবসু আত্মাগী ওইবা মহৈ অসি য়াওদ্রবদি মহৈ মপুং ফাদে হায়নরিবনি। অদুনা আত্মা অমসুং পরমাত্মাগা লৈনরিবা মরী অসিবু মুন্না খঙ্লবতদা ফত্তবা লম্বীদা চৎখিগদৌবদগী লায়না কনবা ঙম্মী।

৯) সত্য-অচুম্বা :- নুংশিবা অচুম্বা ৱা ঙাঙ্বা, পুক্লিং ব্রাখলনা মুন্না খল্লগা ঙাংথোকখিবা ব্রাঙাংনা মরাল লৈজদ্রবা মীগী থম্মোয় শোকহনবা তৌদবা। অচুম্বা হায়বসি তশেং-তশেংবা লৌনম-নমথাক য়াওদবা কনাগী পুক্লিং-ব্রাখল ব্রাহন্দবা ঙাঙ্বা হায়বা ব্রাফম অদুবুনি।

১০) শাওদবা :- অশাওবা পোক্তবা ঐগী ফত্তনবা তৌরকইবা মী অদুগী মফমদসু করিগুম্বদা অশাওবগী ৱাখল অদু খন্দবা অদুনা তুংদা মহাক্না মায় পাকপা ওই। শাওদবগা ঙাকপীবা হায়বসিগা খরা খেন্নবা লৈ। শাওদবা হায়বসিদি পুক্লিংদা অৱাবা নুংঙাইতবগী ৱাখল পোক্তে। অদুনা ঐবু ফত্তনবা তৌরকইবা মদুগী মফমদা ঙাকপীবা হায়বা অসিমা লৈত্রে। মসিগী ফত্তবা তৌরুবগী মহৈদি ঈশ্বরনা অদুম পী। মানা-মানা তৌজরুবগী মহৈ মানা-মানা ফংই হায়বদুদা লৈরে।

অসিনি মরুপ সৌরজগত অসিদা চৎনরিবা লমচৎ-শাজৎ, ধর্মগী মতাংদা খরা পনজরবদা।

- য়াম্না ফজখরে মরুপ, সৌরজগতকী ধর্মগী মরমদা খরা খঙ্জবা অসিমক ওহ্োক্না মমল য়ান্নবা পোৎ অমা ফংজবগা চপ মান্নরে। মরুপ মখাদি - ?

- ঐনা হৌজিক মথক্তা হায়জখিবশিং অসি সৌরজগতকী পানগী ওইবা (মরুপ্না নোক্নগা) কোমলামকুগী ওইবা ৱাফমনি। মনুংগী কোমলা মনুংগী ওইবা অমুক হায়জরক্নগে।

- ঐসু নোক্নগা খুম্মী - কোমলা মনুংগীদুনি ঐনা অমুক খঙ্জনিংলকইবসে।

- ত্রাইব, কাংলুপ মচা-মচাশিংগী মা-মাগী জাতিগী ওইবা ধর্ম অমত্তা অচৌবনা য়োৎশিনবা খক তৌদে। মখোয়-মখোয়গী সংস্কৃতিগী ওইবা থবক থৌরম মতম-মতমগী মতুংইন্না অদুম পাংথোকনৈ। কনানা মখোয়দা অয়েৎপা অপনবা পীবা খক তৌদে। সৌরজগত সেক্যুরিজম চৎপা লৈবাক্নি। লৈরিবা রাজনীতি পার্টিশিং অসিসু ধর্ম-জাতিদা মীচং-মীখাই নাইবা পার্টি অমত্তা য়াওদে, য়াওবসু য়াদে। মসি সংবিধানগী অথিংবনি। মখাদি করি ?

- থবক হাপ্পা মতমদা মখোয়গী তোঙানবা কোতাদি লৈব্রা-লৈতবরা ?

- লাইরিক-লাইশুসু তম্বদা জাতি বর্ণ খায়দনা মী অমা ওইনা চপ মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংলগা ইদুকেসন পোলিসি অমগী মখাদা চৎথখিবনা কোতাগী ৱাফমদি লৈত্রে। মতিক চাবা-চাবা ঙাক্তা খল্লগা থবক হাপখিবনা মসিদা কোতানি হায়দুনা মতিক চাদবা মীবু থবক তৌহল্লবদি মদুনা অফবা থবক তৌরকপদি ওইথোক্তবনি। অদুগীসু মথক্তা য়ুম অমগী মী অমা থবক হাপ্পা (তৌহনবা) হায়বা অদুমা সৌরজগত শিনবা থুংনা চৎথখ্রবনিনা মদুগী মতাংদা করিগুম্বা পোৱ্লেম অমত্তা লৈতে।

- ঐখোয়গী ভারত্তদি কোতাগী কোতা ঙাক্তা, অদুননি ঐনা মরুপ্তা কোতাগী মতাংদা হংজরিবসে।

- সৌরজগত হায়রিবা ঐখোয়গী লৈবাক অসি তোঙান-তোঙানবা জাতি, ধর্ম, লোল ফিজেৎ-চাকচা তিন্নদবা কয়ামরুম্না পূনশিল্লগা শেম্না লৈবাক্লি। অসিগুম্বা লৈবাক অসিদা অপুনবগী শক্তম ঙাক্তুনা থম্নবগী অমত্তা ঙাইরবা পান্বেদি ঐখোয়গী ইদুকেসন পোলিসি অমসুং ইকোনোমিক পোলিসি অনী অসিননি হায়বতাই। অপিকপা, অচৌবা, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা চপ মান্নবা মিৎয়েংদা পুম্নমকপু শিক্ষা পীবা ঙম্বা অসিমক ঐখোয়গী সরকার অসিগী থৌদোক্লা মায় পাকপা অমনি হায়জবতাই। (মরুপ্না থৌরিবা কারসি তপ্না চৎলু য়াদবজাৎ ওইরমাল্লে স্পিড অসুম-অসুম কনখৎলক্লি। ঐগী ব্রাখলসু মরুপকী গাড়ীগী স্পিডতগী তাবা নত্তে; ঐগী ব্রাখল অসিসু অঙকপনি খনবা হৌরক্লে অসুম মথং-মথং। শেল লৈতবগী, লাইরবগী ব্রাফম মক্তি নত্তে, ঐখোয়গী ভারত্তা তৌরিবসি। এদল্ট ইদুকেসন, সর্বশিক্ষা অভিয়ান, জন শিক্ষন সংস্থান হায়রিবা সংস্থান অহুম অসি চহি-চহিগী ওইনা কাইথোকইবা শেনফম অসিদনসু সৌরজগত্তা তৌরিবা ইদুকেসন পোলিসি অসিমক পাংথোকপা ঙমগদ্রা হায়না ঐদি খল্লি। তশেংনা হায়রবদা মসিগী পোলিসিসি থৌশিল হৈতবগী ব্রাদা তাইদা। করিসু কান্নদবদা চহি অমগী লুপা করোড চামা-চামা কাইথোক্লিবনি। ঐখোয়গী ভারত সরকারগী অসিদি মমিংদা শেল কাইথোকপগী ব্রাদা তাবে। মমিংশিংসিদি কয়াদা ফজখরে। মশক থিদা থিরবদি শকহেনবী কৌশিনবা, লাইরবা পৎ-তৎলবা অদুদনা ইনাক খুনবী হেক কৌশিনবা অদুগী মতৌগুমলে তৌরিবা থবকশিংসে। ঐনা খল্লিবা ব্রাখল মরুপ্না খঙদবদি নত্তে। ঐনা ব্রা ঙাংদনা লৈবসি মরুপ্না ঐ ব্রাখল খল্লি হায়বা খঙই। অদুনা মানা ঐঙোন্দা করিমত্তা হংলক্রিবনি )।

- মরুপ করিগুম্বা অমত্তা হংজগে ?

- হংবিয়ু করিগী মতাংনো ?

- সোলর ইনর্জিনা চেনবা গাড়ীশিংসি তপ্না থৌবা য়াদবরা মরুপ ?

- মরুপ্না নোক্লগা য়ানি করিগী য়াদনি, য়েংবিয়ু ঐ তপহনগে মরুপ।

- য়ারবদি খজিক্তা তপথহনবীয়ু। মিৎনদি উবা, য়াম্না শেংনা উহৌবসু ঙমদবা পোৎ ময়াম অমা লৈহৌরে অদু অমুক্তা হংজগে খন্দুনা তৌবনিদা।

- করি পোৎনো মরুপ্পা লৈহৌই হায়রিবা পোৎশিংদুবো ? কয়াম থাপহৌরবগে হল্লুগীসিরা মরুপ ?

- হুম ! হল্লুদ্রবসু য়াগনি মরুপ, পোৎপুদি করি থোইদোকপবুদি নত্তবা, খঙবদি য়াম্না খঙনিংবা পোৎপুদি য়াম্না চাওবা পোৎনি। ঐখোয়না হৌজিক লাকইবা সোরোক্কী নোংচুপথংবা মাইকৈদা হায়স্কুল, কোলেজ, উচ্চপ্রাইমারি স্কুল হায়না সাইনবোর্ডপুদি উরকপা, কম্পাউণ্ড অদুদা য়াম্না শাংবা চাওবা তিন্না কুপ্পা অদুগা তিনতনা খাবা য়ুমজাও অমমম্ লৈহৌরিবশিংদু করিগীনো খঙনিংলকপা। গাড়ীগী খোঙজেন্নদি য়াঙবনিনা লোয়না ফজনসু উবা ফংহৌদবা ...।

- ও! অদুগী ওইরে, ঐনা খল্লুবনা ঙসিদি খরা থেঙখরে হয়েংগী খোঙচত্তা স্কুল, কোলেজশিং য়েংলসি খন্দুনা মরুপ্তসু হংহৌদরে ...।

- অদুবুদি য়াম্না ফরবা ব্রাফম্নি, মরুপ্পা খনবিরন্লিবদুদি। হয়েং শোমদা অমুক হল্লক্কদৌরিবরা মরুপ্পা হায়রিবা অদুবো ?

- হল্লক্করোই ঙসি ঐখোয়না চৎলিবা অসিনা অব্রাংলোমদনি। হয়েং চৎকদৌবা অসিনা মখারোমদনি। মরুপ্পা হয়েং উগদৌরিবসু হৌজিক মরুপ্পা উরকইবা অদুগুম্বা ঙাক্তনি। করিগীনো, করিনো হায়বদুদি ঐ হৌজিক হায়জগে। চাওরবা শংজাওশিং অদু ক্রাপ সেন্টর হায়বা তাই। মমাংদা ঐনা 'ভোকেস্নেল' খুৎ-শা হৈবগী মহেৎশিং ক্লাস সিক্সতগী য়াওই, তম্মী হায়জখিবদুগী তম্ফম্নি। শঙ অসিদা লৈতেং শাবা (সনা শাবা) উ শুবা, কোল হৈবা, লি-ব্রাগী পোৎ শাবা, অচাপোৎ শাবা, শান্নপোৎ শাবা, হৈ মহি, জাম-জেলি শাবা, হিংবদা চংদবা য়াদ্রবা মচাক-মথুম শেম-শাবগী মহৈ তম্ফমগী শঙনি। ঐনা হায়জখিবা পুম্বা হয়েংদি মরুপকী মীমক্লা শংশংনা উবিরগদৌবনি।

- য়াম্না নুংঙাইজরে মদু খঙ্লবনিনা হয়েং য়েংদ্রফাওবা য়ারে। য়ারে হৌজিক গাড়ী কন্না থৌবিবা।

- অদু হৌজিক করি হংবিনিংবা হংবিবা য়ারে।

- অতৈ মফম য়েংবা চঙলগুমসি ৱারীলোমদা চথবা য়ারে। সৌরজগতকী ভক্ত-বৈষ্ণবশিংগী লাইনিং লাইশোন্দি করিনো, করম তৌই ?

- সৌরজগতকী লাইনিং লাইশোন মরুপখোয়গীদগী ঐখোয়না হেনবা তাবা করিসু লৈতে চপ মান্নে হায়না ঐদি লৌজে। মরমদি ঐখোয়গী ভক্ত-বৈষ্ণবশিংনা

নিংলিবা লাইনিং, শোল্লিবা লাইশোন সিদ্ধানত অমত্তগীনি। ঐনা খনজবদদি মরুপখোয়গীসু 'নবধা ভক্তি' শোয়দনা ওইরমগনি। ঐখোয়গী সিদসু 'নবধা ভক্তি' অসিমক্কি চৎনরিবা, নিংনরিবা পুন্বা।

- ঐখোয়গীদদি গৌর-কা হায়নৈ। 'নবধা ভক্তি' অসিদি করিনো ঐদি তশেংনা খঙদে মরুপ। মদুগী মতাংদুমদি মরুপ্পা শন্দোক্না তাকপিরকউ।

- হরে কৃষ্ণ! ঐবু হৌজিক ধর্ম গুরু অমুক ওইবা তারবা ? ঐদি মরুপ্পা হংলকপগী অদু চৎলি, অদা তৌই হায়না ঐনা উরু-তারুবখক হায়জবনি। ধর্ম অসিগী মরমদি ঐদি করিসু খঙবা নত্তে।

- য়াম্মা খঙব-খঙদবা মরুপ্পা অখঙবমখৈদি তাকপিদবা য়াদ্রে।

- য়াই মরুপ্পা তাক্তবা য়াদে মহায়রবনিনা ওইবা-ওইদবা ঐনা তারু-উরুবা খঙলুবমখৈদি লিথবা তারেদনা। য়ুম য়ৌরগা লীবা ওইরবদি বোরি-ফিকা কুপ্লদনা তৌগদৌনি গাড়ী মনুং অসিদদি ... ?

- এ ! অদুসু তৌদবা য়াদবনি। ভক্তিগী মতাংনিনা ঐ ভক্তি কচ্চরে 'হরে কৃষ্ণ' (হায়দুনা ঐনা মরুপ্তা ওনশিল্লগা ভক্তি কৎলি। মরুপ্পা নোক্লদুনা মখুত্তি ষ্টারিং থাদে ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা 'হরে কৃষ্ণ' হায়দুনা ভক্তি ওকই। ঐখোয় অনী পুন্না নোকমিন্নে)।

- (মরুপ্পা 'হৌজিক্তি বোরিখ্রবনিনা ৱারী হৌজরগে মরুপ' হায়দুনা শ্লোক অমা থীরগা 'নবধা ভক্তিগী মরমদা ৱারী লীবা হৌরে।

শ্রবণং কীর্তনং বিষ্ণৌ: স্মরনং পাদসেবনম্।
অর্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম॥ (ভাগবত পুরাণ ৭/৫/২৩)

ঐখোয় মীওইবনা ধর্মগী কাংলোন মাপলশি চৎপা ঙম্মবা হোৎনগনি।

১। শ্রবণ-তাবা :- ঈশ্বরগী লমচৎ-শাজৎ, ইবুংঙো মাগী লীলা, গুণ ইবুংঙোগী মীংখৈ, পুম্নমক অসিবু নুংশিনা পুক্লিং চঙনা তাজববু শ্রবণ ভক্তি হায়না কৌই। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী নাম তাবা অসিখক্তনসু মীওই কয়া-কয়া সংসারগী মায়া ঈপাক্তগী লায়না লানবা ঙমখি অমসুং ঈশ্বরগী ভক্ত ওইজবা ফংখি।

২। কীর্তন-শকপা :- ঈশ্বরগী মতিক ময়াই কয়াবু মীওইবা অদুনা মচিনথোক্লা মীত্তগী পী তাবমখৈ শক-শোনজববু কীর্তন ভক্তি হায়না কৌই। নারদ ব্যাস, বাল্মীকি, শুকদেব চৈতন্য মখোয় পুম্নমকসি কীর্তন ভক্তি চৎপা ঙাক্লি হায়না

লৌবা য়াই। অসুম্না শক-শোনবা অসিদা হৌজিক্তি মীওই কয়ানা নুমিৎ চুপ্পা চাবা থকপা কাওবমখৈ শক-শোন্নবা কয়া তৌনরি।

৩। স্মরন-নিংশিংবা :- মতম লৈবা খিবিক্তা পুক্নিং ৱাখল অমত্তা ওইনা ঈশ্বরগী নাম- গুণ মতিক ময়াইবু নিংশিংজবা, চারে চানা, চৎলে চৎনা মতম পুম্নমক্তা নিংশিংবা অসিবু স্মরন ভক্তি হায়না খঙনৈ। মীওইবা জাতিনা য়াম্না লাইনা চৎচবা ঙম্বা ধর্মগী কাংলোন্নি। ধর্ম মখল খুদিংমক্কী মীওইনসু চৎনরিবনি। অতৈমক চৎচবা ঙমদ্রবসু, ঐ ইশামক মসিমদি থাদোকচদ্রবনি। শ্রবন, ইশানা সরকারগী মীনাই ওইরুরবনিনা তাবা চৎপা ফংদে। কীর্তন ওফিসতগী হল্লকপদদি নুমিদাং পুং তরেৎ-নিপান তারবনিনা মদুমক নিংথিনা পাংথোকচবসু ঙমদ্রে। স্মরন ভক্তি অসিনা পুক্নিং ৱাখলবু লমফৈ চৎখিগদৌবদগী লায়না থীংবা ঙম্মী। মসিমক্তা সৌরজগতকী মীপুম খুদিংমক ঈশ্বরগী ওইবা লম্বীদা চৎচবা ঙন্নিবনি।

৪। পাদসেবন-চবন সেবা তৌবা :- সাকার ভক্তি চৎপা (শক্তম লাৎপা) কাংবুনা নিংজরিবা ঈশ্বব মাগী শক্তমবু মমাংদা থমজরগা ইবুংঙো মাগী চরন সেবা তৌজবা অদুবুনি পাদ সেবন ভক্তি হায়বিবসিনা। অহল ওইরবা কাংবুনা অমদি নহাওইরবশিংনসু ঐখোয়গীসিদা অদুম তৌনৈ।

৫। অর্চনং-পুজন - পুজা তৌবা :- মশাগী অপাম্বগী মতুংইন্না ঈশ্বরগী মুর্তি-শক্তম অমবু নত্রগা মপুক্নিংনা ওইববসু নীতি-নুমিৎ খুদিংগী মতম নাইনা ঈশ্বরবু থাজবা, নুংশিবগা লোয়ননা নিংজ-শোনজদুনা অবৈবা হৈ-লৈ ধুপ-থাওমৈ কচ্চদুনা পুজা তৌজববু অর্চনং ভক্তি হায়না কৌনৈ। ঐখোয় অসিদা নুপা,নুপী, অহল-নহা পুম্বা লোইনা তৌনৈ। মসিসু মী-মী অদুগী অপাম্বা অনিংবগী মখা অদুম পোল্লি। অদুবু তোয়না তত্তনা অসুম তৌবক্লবনিনা ঈশ্বরবু নুংশিবা থাজবা হাযবদুর্মাদি মী অদুগী পুক্নিংদা শোয়দনা পোক্লবনি।

৬। বন্দন-খুকুমজবা :- ঈশ্বরগী মুর্তিবু, নত্রগা মহাক অদুনা নিংজরিবা ঈশ্বর অদুবু প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমজববু বন্দন ভক্তি কৌই।

৭। দাস্য :- মনাই অমা ওইনা খনজদুনা ঐগীদি ঈশ্বর মহাক্তা পুম্নমক্নি, অতৈ অতোপ্পা অমা লৈত্রবনি হায়বা ৱাখল অসি খনজরগা ইবুংঙো মঙোন্দগী অনিংবা অপাম্বা করিগুম্বা অমফাওবা লৈতনা, ইবুংঙো মানা নুংশিবিনবা চানবিনবা মতম পুম্নমক্তা মনাই ওইহনবিনবা ৱাখল অসিখক খনজরগা সেবা তৌজববু দাস্য ভক্তি হায়না কৌই।

৮। সখ্য-মরুপ :- ঈশ্বর মাবু থোইদোক্না চান্নবা, নুংশিবা মরুপ অমা ওইনা খনজদুনা তোৎন-তিন্নজদুনা লৈমিন্নবগী ৱাখলদা নিংজববু সখ্য ভক্তি কৌই। মসিদি যুগ অসিগী মীওইদদি লৈত্রে। মমাংঙৈগী সিদাম, সুদাম, উদ্ধব অর্জুননচিংবশিং সখ্যভক্তিগী মীওইশিংনি হায়বতাই।

৯। আত্মনিবেদন-সর্মপন :- থৱায় হকজাং পুম্বা ঈশ্বর মাগী মফমদা অপাম্বা অনিংবা, নাপল অমত্তা য়াওদনা ইবুংঙো নহাক নত্তনা ঐগীনি হায়বা করিমত্তা খাক্তনা কৎথোকচরবনি হায়না নিংজববু আত্মানিবেদন ভক্তি কৌই।

অসুম্না মীওইবা ঐখোয়না মাপল অসিগী মনুংদগী অমখক্তং ঈশ্বরবু থাজ-নুংশিনা চৎচরবদি করিগী ঐখোয়না অরানখুভম ফংলোইদৌরিবনো। অসিগুম্বা ধর্ম অমা চৎলকপা মতমদা করি, করম্বা জাতিগী লাইনিং লাইশোন ওইরবসু মী মহাক অদুনা হিংসা তৌরবা, অচুম্বা ৱা ঙাংদ্রবা, মীগী মপোৎ-মরলবু কল্লক-মীহৌরবা, হুরাল্লবা, ব্রহ্মচার্য চৎত্রবা, ঐগী হায়বা ৱাখলদা পোৎ পুম্নমক ঐগী ওইনবতা হোৎনদুনা লৈববদি মী অদু ধর্ম চৎপা মী অমনি হায়বদি য়াদ্রে। মখোয় অদু তাৎ তৌবা তৌশিন্নবা হৌদোং লম্বোইবনি হায়না লৌবা তাবনি।

- য়াম্না নুংঙাইজবে মরুপ্না ধর্মগী মতাংদা য়াম্না মবিকচুম্না তাকপীবগীদমক থাগৎচরি। অতৈ অতোপ্পা করিদি লৈরি মরুপ, লমচৎ-শাজৎ ব্যবহারগী মতাংদা? খঙ্দবনা অশুক যাম্না খঙলম্লবসিনদি অখঙ্বনদি কয়া য়াম্না খঙ্লমগনি মরুপ ?

- কদায়দগীনোনে ঐবু অখঙ্বা অমুক তাহল্লকইসিবো ? চহিনদি অসুম য়ামশিল্লক তঙাই ফদনা বৈষ্ণবশিংগী সঙ্গ অসিসু তৌদবা য়াদবা হায়বদু ওইরক্লবনিনা অহাংবা ছুটিগী মতমদা সঙ্গ খর-খবা তৌবদগী খঙ্লকইবনি। অদুগা লোয়ননা 'শ্রীমদভাগবত গীতা' অসিমদি ক্লাস তেনদগী এম.এ. ফাওবা তেক্সবুক ওইনা তম্লকই হৌজিকসু তম্নরি।

- য়াম্না লাইবক ফৈ মরুপ্তি, সৌরজগত অসিদা পোকচবা ফংজবা। ঐগীদি করি অমুক হায়গনি, ঐখোয়না হিংলিবনি হায়দুনা হিংলিবসি, শিনা-শিনা হিংলিবনি মরুপ।

- ঐখোয়সু য়াম্না নুংঙাইতে ভারতকী ওইরিবা ফিভম। মরুওইনা মনিপুরদা মরুপখোয়না নুং অনীগী মরক্তা হা ওইদুনা হিংলিবা মহিং। ভারতকী মমিং চৎলবা পাউ-চেশিংদা মনিপুরগী পাউদি থোয়না মরুওইনা ইবা ফোংলকপদি কয়া থেংনদে। পাউমীগী অশোয়বা নত্রগা অশোনবনা তৌরিবরা অদুদি খঙ্দ্রে। অদুবু

শোক ১৯৯৩গী জুনগী তাং ৩দা ওইরমাল্লে মনিপুরদা মৈতৈগা পাঙলগা হাৎন-শুনবগী অমদি মনিপুরগী ওইনা চেফোঙদা থেংনখি। অদু নত্তবদি মনিপুরগী ওইবা পাউদি অমত্তা থেংনখিবা লৈতে। মরুপ ধর্মগী মতাঙসি অম্বাইদা লোয়শিল্লসিরা ? মসিগী মতাংদা ঐনা অহৈ-অপা শাদুনা ঙাঙ্‌বসি ঐ য়াম্না হৈনরক্কবা অমা ওইনা তৌরে। লোযননা ইকাইরকপা অমসু য়াওরে। মসি লোয়শিল্লসিদা মরুপ।

- ইকাইবিরুনু ঐসে মরুপকী মরুপনে, অতোপ্পা কনা নত্তে।

- অদুবুদি চুম্বা, ঐনা ধর্ম প্রচারক অমা ওইরম্বা তারবদি ঐনা ঙাঙ্‌লিবা পুম্নমক মরুপ্পসু অচুম্বা, অশেংবা ওইনা লৌবিখিবা য়াবা, অদুসু ঐদি নত্তেদো।

- করিনো মরুপ্পা তাকপীরিবদুবো ? মরুপ্পা তাকপীরিবা ব্রাফমদুনা তাকপদি মরুপ্পা ঙাঙ্‌লিবা ময়াম অদু ঐনা অওইবা অশেঙবা ওইনা লৌদে হায়বগী ...।

- এ-এ' অদোমদা পুথোকপীগনু মরুপ। ব্রাখল অদোমদা পুবিথ্রবদি অদুনা অমুক্কা হেন্না ঐগোন্দা ইকাইবা পোক্লে।

- অদোমদা খনবিরুগনু মরুপ, তশেংনা ঐদি থরায য়াওনা তাজবিবনি। ঙসাই মরুপ্পা তাকপীখিবগুম ঐসু খঙ্‌জিন্দবা য়াদবা মতাঙ লাক্লবনি চহি অসিনা। তঙাইফদনা মরুপ্পা তেক্সবুক ওইনা তম্লক্লবনিনা শ্রীমদ্ভাগবতগীতাগী মতাঙদা ওইরবসু খরদি তাকপীখিদবা য়াদ্রবনি। ঐগী নিঙবা অসিদং থুংহনবীয়ু।

- হোয় অদোমদা ওইরবদি মরুপ্তগী ঐনা হেন্না কান্নবা ফংগদৌবা অমা লৈরে, ঙসি অসি চহি অমা-অনীগী মনুংদগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা নুমিৎ হায়বদু ওইরবনি ঐগীদি।

- করি করম্বা মরুপকী খ্বাইদগী লাইবক ফবা ওইগদৌরিবনো ?

- মদুগী মতাঙ অমা ঐ পনজরক্কে -

- কান্নবদুদি ঐদি ফংলোইদরা মরুপ ?

- করিগী ফংলোই, ফংগনি শ্রীমদ্ভাগবতগীতা, শাস্ত্র পুম্নমক্কী মচি ওইবা, মরুওইবা শাস্ত্রনি। উপনিষদ পুম্নমক্কীসু মচিনি। সুত্রশিংদা থোইদোকপা ভাব কয়ামরুম্না তিল্লবনি, মদুদগীসু হেন্না গীতা অসিগী শ্লোকশিংদা পুন্না লৈরবনি। গীতাগী শ্লোকশিংসি শ্লোক হায়বগী মহুত্তা 'মহামন্ত্র' হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোইদৌবনি। মরমদি শ্লোক অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্কী শ্রীমুখ (চীন)দগী হায়দোকখিবা

ঙাঙ্‌থোকখিবা ওইবনা। যোগেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা জীব পুম্বগী য়াইফনবগীদমক্তা অর্জুনদা মীংথোল্লগা অসিগুম্বা তত্বনা থল্লবা (নুংগী ওইনা অরুবা ৱাফম কয়া য়াওরবা) মণি-মুক্তাগুল্লবা গ্রন্থ (লাইরিক) অসিবু সংসার অসিগীদমক্ত পুথোকপিরম্বনি। অসিগুম্বা গীতাগী পাউজেল অসি শন্দোক্লিবা মী, প্রচারকশিংবু থাগৎপগা লোয়ননা ভগবাননা তাকপীরম্মী, কনা ওইনিংবা ওইসনু ভক্তশিংগী মফমদা শন্দোক্কদবনি হায়না।

য ইমং পরমং গুহ্যং মদ্ভক্তেষ্বভিধাস্যতি।
ভক্তিং ময়ি পরাংকৃত্বা মামেবৈষ্যতেসংশয়।। (গীতা ১৮/৬৮)

কনাগুম্বা মী অমনা ঐবু থোইদোক্না নুংশিবগা লোয়ননা অসিগুম্বা নুংগী ওইবা ৱাফম্না থল্লবা গীতা শাস্ত্র অসিবু ঐগী ভক্তশিংগী মফমদা জ্ঞান তানা তাকপী-তম্বীরিবা মহাক অদো চিংনবা লৈতনা (শুকশোয় হেক শোয়দনা) ঐবু ফংগনি। থবক অসি তৌরিবা মী অদুদগী হেনবা ঐনা পামজবা থবক তৌবা অতোপ্পা কনা লৈত্রবনি। অদুগা মঙোন্দাগী হেন্না ঐনা নুংশিবা মী পৃথিবীদা অমা লৈত্রবনি।

ন চ তস্মন্মনুষ্যেষু কশ্চিন্মে প্রিয়কৃত্তমঃ।
ভবিতা ন চ মে তস্মাদন্যঃ পিয়তরো ভুবি।। (১৮/৬৯ গীতা)

শ্রীগীতাগী পাউতাক শন্দোক্লিবা মী অদু নত্তনা অতোপ্পা মীশিংগী মনুংদা ঐগী অপাম্বা থবক তৌবা অতোপ্পা মী কনা অমা লৈত্রবনি। মহাক অদো তাইবং অসিদা ঐগী অথোইবা অচানবনি, মঙোন্দগী হেনবা অতোপ্পা অমা লৈত্রে।

গীতাগী পাউতাক অসি শন্দোককম য়াম্না পীকপা মফমদি নত্তে। ভগবাননা হায়খিবা লৈতে মদুদি লৈনরিবা বর্নাশ্রমশিং অককৄবা জাতি, অতোপ্পা মীরৈবাক্তা শন্দোকপা য়াদে। ঐবু নুংশিবা, ঐবু নিংজবা ওইরবদি মুসলমান ওইসনু, ঈসাঈ ওইসনু, ব্রাহ্মন ক্ষেত্রি বৈশ্য-শুদ্র ওইসনু পুম্নমক্কী মফমদা শন্দোকপা য়াই।

ইদন্তে নাতপস্কায় নাভক্তায় কদাচন।
ন চাশুশ্রদ ষবে বাচ্যং নচ মাং যোহভ্যসুয়তি।। (১৮/৬৭ গীতা)

তৌরোইদৌবা অমনা - ঐগী অসিগুল্লবা মীওইবশিংগী কান্নবগী মশক ওইরবা পাউতাকশিংসে, লাইনিং লাইশোন তৌদ্রবা মীওই, ঐবু নিংদ্রবা মীগী মফমদা, পাউতাক অসিবু তানিং-খঙনিংদ্রবা মীওইশিংগী মফমদা অমদি ঐবু ফত্তনা

ঙাঙ্‌ন-চৈনরিবা মীশিংগী মফমদা তাকপা য়াদে, হায়বা য়াদে, মসি কাওফদ্রবা ব্রাফম্নি।

মথক্কী ব্রাফমশিংসি লৈবননি ঐনা, ঙসিদি ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা নুমিৎনি হায়জখিবদো। ঐদা নত্তে মরুপসু লাইবক ফবা হায়বদু ওইরবনি।

- ঐগীদি করম্না মরুপ ? ঐগী ব্রাফমদি য়াওখিদেনা। মখাগী শ্লোক অসিসু মহাভারত্তা ব্যাসদেবনা হায়খিবনি।

সর্বোপনিষদ গাৱো দোগ্ধা গোপালনন্দনঃ।
পার্থো বত্স সুধীর্ভোক্তা দুগধং গীতামৃতং মহত্ ।।

উপনিষদ পুম্নমক্না ষণবী ওই, নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গোম শুম্বা ওই; লৌশিংশিংবা অর্জুননা গীতা অমৃতগী মশক ওইরবা শঙ্গোম থকপা ষণনাওনি। ঙসিদি মরুপ্না শঙ্গোম থকপা ষণনাও ওইগদৌরিবনি। অসিদবু মরুপকী শরুক য়াওদে করম্না হায়গদৌরিবা?

- হন্দক্কী শ্লোক অসিদবুদি য়াওরে। অহানবগী অদুদদি মরুপখক্কীদমক য়াওবা অদুদা হায়বনিদা।

- অদুদি ফরে ঐখোয় অনীগী লাইবক ফবা চপ মান্নরে। ঐনা গীতাগী মরমদা ঙাংবা হায়বসিদি অঙাং মচানা মচিন থীদুনা পংঙাং ঙাংবগা চপ মান্নগদৌরিবনি। অদুগীসু মথক্তা গীতাগী শ্লোক অমা ব্যাখা তৌবদা পুংখায় অমফাওবা চংলিবনি। শ্লোক লোইনমক চিন্দা পকপসু নত্তে। অদুনা হিরম অমদা চথরসিরা মরুপ ?

- ঐদি মদু করিমত্তা খঙদে মরুপ্না অসিনা ফনি খনবদু ঐগীসু ফরবনি। মরুপ্না করিদা তাকপীনিংবগে ?

- তাকপীবা হায়বদুমদি হায়বিরক্নু মরুপ। লীবা হায়রগা খঙ্‌নসি। ঐনা অসুম খনবদা শ্রীমদ্ভাগবতগীতাদা ভক্তিগী মরমদা য়াওবা খরদা লীনরসি অদুনা ফরগনি।

- য়ারে- গীতাগী মরমদসু খরদি হংনিংবা লৈরি।

(অসুম্না ব্রারী তৌদুনা লাকপনা মরুপকী গেট য়ৌরম্লে। ঐখোয় লাকপা উবদা ইচন ইন্দ্রানী লাক্নুনা গেট শো হাংলৈ। অসুম্না নুমিত্তুগী খোংচৎ লোইদুনা ঐখোয় য়ুমদা চংলে)।

- - - - - - - -

# মাপলশুবা তাঙ্কক

(মরুপকা ঐখোয় অনী ফিরোল হোংদোক্লগা বাথরুমদা চংলগা ঈরুজথোকউরে। ঐখোয়না কামনুংদা চংলক্লগা হেক ফমথবা মতমদুদা ইন্দ্রানী চংলক্লগা হংই 'তামো চাক চারক্লবরা ? ঐনা ইবেম্মা ঙসিদি ঐখোয় চাক চাবগা নংদ্রে। মরুপ্পা হায়রকই - এনশাংদো পনীরদু ওইনা থোংও, অদুগা করিনো অমা ঙৌরো, খরা থুনা হোৎনৌ। য়ারে হোৎনজরুরগে হায়রম্লগা ইন্দ্রানী চৎখ্রে।)

- (মরুপ্পা হায়রকই) - মরুপ চাবসি মরুপ্তি হৈনরমগদৌবা মান্দ্রে। ঐগীদি শা-ঙা য়েরুম্নচিংবা অমতা চাদ্রে। মরুপ্পা য়াম্না হৈনরমগদৌবা মান্দ্রে। য়াম্না লুরিবা অমনা হায়রিবা শা-ঙাশিং অসিসু ঐখোয়গী অসিদদি অমত্তসু ফংদে। হৈনদা-হৈনদা অসুম চাবা তারেনে শিবদি য়াদবনিনা।

- ঐদি হান্নদগী শা-ঙাসি য়াম্না পামজবনি। অদুবু মরুপখোয় অসিদা চারিবা চাক-য়েনশাং অসি ঐঙোন্দা হৈনদবা করিমত্তা য়াওদে। ওস্থোক্লা হাওখরে। অসুমহায়না চারবদি ঐসু শা-ঙা চাদবা ঙমগনি। অদুগা ঐনা হংজনিংবা অমনা শা-ঙা চাদবা অসি সৌরজগত পুম্বগী ওইরিবরা নত্রগা চানিংদবা মী খরনা চাদবগী ৱারা ?

- হংবা য়াবা ৱাহংনি মরুপ্পা হংবিরকইবদু। পাউখুম পীবদা ঐসু খরা অৱাবা নঙ্গদৌরি। খুমজগে ৱাহংদুগী পাউখুম। ঐগী লোনগা সৌরজগত পুম্বদা লৈরিবা জাতি পুম্নমক মশাগী চহি তরুক হেক শুরকপদগী স্কুলগী বোর্দিং, হোষ্টেলদা লৈরক্লবনিনা, হায়বদি স্কুলগী হোষ্টেল পুম্নমক শা-ঙা থোং-থাকপা তৌদে। অসুম্না স্কুল, কোলেজগী শাংলবা পুন্সি চহি তরা মাপল-কুন চুপ্না শা-ঙা

চারক্রবনিনা লাইরিক তম্বা লোইদুনা ময়ুম-ময়ুমদা হুল্লকুনা লৈরবা মতমদা শা-ঙাগী মনম তাবদা খাংবদা য়াম্না অৱাবা অমা ওইনরম্মী। অদুগীসু মথক্তা মুলগী তেক্সতা শা-ঙা হাত্তনবা, হাংলুবগী ফত্তবা ফলগী মতাংদা ইবা পারা (লাইরিক) তম্নকপনা কনামত্তনা শা-ঙা, উচেক-ৱায়া, ঙানু-য়েন হাংলগা চাবসি পাম্নরক্তবদগী চানখিদবনি। শ্রীমদ্ভাগবত গীতাসু তেক্সবুক ওইদুনা লোয়না তম্নরকই। মদুদা য়াওরম্বা শ্লোক অমতং মরুপ্তা নিংশিংজগে। শ্লোক্তু য়াওবা অধ্যায়মক্তুদি ঐ কাওখরে। শ্লোক অদুদি অসিনি -

সর্বভুতস্থিতং যো মাং ভজত্যেকত্বমাস্থিতঃ।
সর্বথা বর্ত্তমানোঽপি স যোগী ময়ি বর্ত্ততে।।

আত্মৌপম্যেন সর্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জুন।
সুখং বা যদি বা দুঃখং সযোগী পরমো মতঃ।।

ৱাফম অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়খিবনি। ঐবু নিংলিবা মী মহাক অদুনা তাইবং পুম্বদা লৈরিবা জীব (থৱায় পানবা পান্দবা) পুম্নমক অমত্তনি 'ঐ ইশামক্কা চপ মান্নবনি হায়না খঙ্লবা, অদুগুম্বা ভক্ত, ঐবু নিংলিবা যোগী মহাক্তি মহাক্না তৌরিবা থবক, তৌবা তৌদবা পুম্নমক ঐঙোন্দা লৈ। হায়বদি পুম্নমক ঐঙোন্দা কখোক্লবনি।

অদুনা হে অর্জুন ! ঐবু নিংজরিবা সাধক অদুনা মশামক্কা লোয়ননা সংসারদা লৈরিবা জীব পুম্নক্তা পরমেশ্বর ঐহাক লৈবা উরবা, অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা যোগী মশামক্কা চপ মান্নে হায়না উবা ঙম্নবা মহাক অদুনা পুম্নমক্তগী অথোয়বনি।

শ্লোক অসিনা ঐখোয়দা খঙ্হল্লিবদি স্থাবর-জঙ্গল-অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক্তা ঐঙোন্দা আত্মানা লেংদনা লৈবগুম লৈ হায়বনি। ঐখোয়না শা-ঙা অমা হাংলমদায়দা মুন্না অমুক্তং খম্থদুনা য়েংলবদি মখোয়গী মমিত্তগী পীরাং শিন্থবা শোয়দনা উগনি। শা ওইরে মখোয় শোয়দনা লাও খোংগনি। ঙা ওইরে মখোয় ঐখোয়গী খুত্তগী নাম্থোকচবা ঙম্নবা ফ্রিং-ফ্রিং চোংগনি। মতমদুদা অমুক্তং ৱাখল খম্থদুনা য়েংবা তঙাইফদে। অদুগুম্বা মতম অদুদা ঐখোয়না শোয়দনা উরক্কনি, খল্লক্কনি, ঐনা হাংকে তৌরিবা জীব অসিদসু ঐঙোন্দা লৈরিবা আত্মা অসিগুম্না মঙোন্দসু লৈকো মসি খল্লুবদা ঐখোয়না শা-ঙা হাংপা ঙমদে। অদুনা

ঐখোয়না চাদবনি মরুপ। অদুগা লৈবাক অসিগী ওইনা শা-ষণ জীব হাৎপা থিংবগী বিল অমসু পাস তৌখরে। মসিদা সৌরজগত্তা লৈরিবা জাতি কাংলুপ অমতনা য়ানিংদবা, অয়েৎপা অমত্তা পীনখিদে। থা তরুক ফাওবা জাতি কাংলুপ খুদিংমক্তগী য়ানিংদবগী মরম পীদুনা অইবা চে পীশিল্লক্লবা নোটিশ তৌদুনা কৌখি। মতমদুদা জাতি কনামত্তনা য়ানিংদবগী ওপোজ তৌবগী চে অমত্তা পীরকখিবা লৈতে। অদুদগী রাষ্ট্রপতিনা অয়াবা পীরবগী মতুংদা এক ওন্দুনা আইন ওইনা চৎনখরে।

জগত অসিদা লৈরিবা জীব থব্রায় পানবা পুম্নমক্তগী অথোয়বা ওইরিবসি মী হায়বা জীব ঐখোয়'সিনি। ফংঙমদনা ফংবা মীওইপোক্লি হায়নরিবনি। করিগীদমক্তা ঐখোয়না মী ওইনা পোক্লকইবনো হায়বা অমসিমসু তঙাইফদনা খন্থফম থোকপনি। অদুবু ঐখোয় অয়াম্বনা মায়কৈ অশোমদদি থোইনা খন্থদবগুম তৌই, মসিমক মীওইবা ঐখোয়গী খ্বাইদগী লাইবক থীবনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াবা ব্রাফম অমনা বেদ শাস্ত্রাশিংদা ইরম্বা অমা লৈ মদুদি - 'কনাগুম্বা মী মহাক অদুনা মশাগী পুন্সিবু ইংনা চিক্লা হিংবা পান্নবদি মহাক্লা জ্ঞান লৌশিং হেক তারকপগী করিগুম্বা ফিবম অমদি করিগুম্বা তৌদবা য়াদবা মতাং লাল্লফাওবদা শা-ঙা শুকচা চারোইদবনি'। মসি হায়জরবসু জগত অসিদা মী অয়াম্বনা শা-ঙা ফারগা, হাৎলগা চায়। অদুবু মখোয়না ঙাইহাক্কী চানিং-থক্লিংবনা শা-ঙা চাবগী ফত্তবা অমাঙবগী মায়কৈরোমদদি মীৎকুপ অমফাওবা খন্থরুবা তৌদে। শা-ঙা হাত্তুনা চারিবা মীওইশিং অসিনা করিগুম্বা অমুক্তং মুন্না ব্রাখল খন্থদুনা য়েংলবদি শুকশোয়-শোয়দনা খঙলক্কনি মদুদি - শা-ঙা চাবসি তশেংনা অমাঙবা অমনি হায়বা। অসুম্না মীনুংশি য়াওদনা শা-ঙাবু হেক্তো হাৎলগা চাবা অসিনা ঐগী হৌজিক্কী মীওইপোক অসিসু মাঙহনজরে, লোয়ননা হয়েং মপোকসু মাঙহনজরবনি। য়াওদবা নত্তে লৈতবা নত্তে ঐখোয়না শা-ঙা হাত্তুনা চারিবসি অফবা নত্তে খঙবা, তৌইগুম্বসুং মা-মানা তিন্নরুরিবা সঙ্গনা মরম ওইদুনা মহাক্লা খনজ-নিংজরিবা ফত্তে হায়বদু কাওথোক্লুনা ফত্তবা থবক অদুদা পুক্লিং অদুম লুপশিনখি। মীওই খরা অমনা ঐদি অহাওবা চাবা মীশক্লি হায়বগী অচাওরমদা অচৌ-অচৌবা শা-ঙা লৈরগা হাত্তুনা চাববু পুক্লিং থৌগৎপিরি। শা-ঙা চাবগী কান্নবগা অদুদগী ফংলকপা অমাঙবগা অনী অসি অমুক্তং চাংদম্নরগা য়েংলবদি শোয়দনা খঙগনি, ঐখোয়না শা-ঙা হাত্তুনা

চারম্লিবসি মহাপাপনি হায়বা। হায়বদি কান্নবদি খজিত্তনি, অমাঙ্বনা য়াম্না হেল্লি।

- মদুগী অমাঙ্-অতোংগী মরমদু খরা মরিকচুম্না তাকপীয়ু মরুপ।

- মরুপ্না চারিবনিনা কান্নবগী মরম থোইদোক হেন্দোক্না খঙ্ফম থোকই। কান্নবগী মতাংদুনা মরুপ্না হায়বিরো। অমাঙবগী মতাং অদুনা ঐনা হায়জরগে। অহানবদা মরুপ্না হায়বিরো। (মতম অদুদা ইন্দ্রানীনা দহী গিলাস অচৌবা অনী পুরক্লগা টেবল মথক্তা থম্লম্মী। মরুপ্না- মরুপ দহীসি থকখিসি হায়দুনা ঐঙোন্দা গিলাস অমা পীরক্লে, মরুপ্না গিলাস অমা অসুম্না ঐখোয় অনী দহী থক্ল-থক্লা...)

- তশেংবদি ঐখোয়না শা-ঙা চারিবসি অদুক চারিবা হায়বদুনি। মদু চারগা অদুদা য়াম্না কান্নে হায়বা খঙ্দুনা ঙসিদি শা অদু, ঙা অদু চাদবা য়াদে হায়দুনা কনাসু চানবা নত্তমান্নে। কনাগুম্বা নুংঙাই-য়াইফবা ইনাকখুনবা, ডাক্তরনচিংবা খরনা বেলেন্স দাইতকী মনুং-চন্না শা-ঙা চানরম্বা য়াই। শা-ঙা চাবনা হকচাংগী ওইনা ফেট ফংই, প্রোটিন ফংই, ইনর্জি ফংই, অদু-অদা ফংই হায়নবা খরা তাই অদুদগী হেন্না থোইদোকপদি খঙ্দেদা মরুপ, ঐখোয়না চারিবা শা-ঙা অসিদি কান্নবা য়েংলগা চাবা নত্তে। সুপ্নতগী লৈয়েংগী মহাওগী মদু য়াওরগা চাক খরা য়াম্না চাবা য়ানবা পংচা-চাবনি হায়না হায়বা তাই। মসিদগী হেন্না করিসু হায়নিঙাই লৈতে মরুপ।

- য়াম্না নুংঙাই, মরুপকী পাউখুম। ঐনা মরুপ্তা অমুক হংজনিংলিবসিনা 'শা-ঙা' অসি চাদ্রবদি ঐখোয় মীওইবা অসি হিংবা শুকয়ামক যাদ্রবরা হায়বা ৱাহংসিনি।

- মদুগী ৱাহংদুগী পাউখুম ঐ পিজবা ঙম্লোই মরুপ মরমদি ঐ শা-ঙা চায় ঐ হিংলি। মরুপ শা-ঙা চাদে মরুপসু হিংলি। অদুনা ৱাহংসিগী পাউখুম অসিনা লোয়রসি।

- মরুপকী ৱাফম্না তাকপদি শা-ঙা চাদ্রবসু মীওইবা হিংদুনা লৈবা য়াই হায়বনি। মসি চুমলে মরুপ ?

- হোয়, মরুপ্তা নত্তুনা সৌরজগত অসিদা লৈরিবা মী পুম্নমক হিংলিবনিনা শা-ঙা চাদ্রবসু হিংবা য়াই হায়বা তাই।

- পুক্লিংদা নাইনুদি থম্মগুমসি, করিগুম্বা হিরম অমা ফল তানবা হোৎনরিবনিনা মরুপ ঐখোয় অনী ব্রাহং-পাউখুম খরদি তৌনবা তারে।

- করিগী নাইনু থাংনরুনি হংবিরকউ মরুপসু, হংজগে ঐহাকসু।

- য়াম্না নুংঙাইরে মরুপকী অয়াবা ফংলবনিনা, ঐ হংজবা হৌরে।

- য়ারে হংবিরকও !

- মী হায়বসিনা শোনবসি কয়াম্না শোল্লি মরুপ ? মরুপ্না খঙবদা। ঐনা মী হায়রিবা অসি শা-ঙা চারিবশিংদুবুনিকো মরুপ।

- নুংঙাইবা -ব্রাহংনি। মী অসিনা শোনবসি মরুপ চেংক্রুক তিঙ্খঙ্ অমা খোঙ্পাক্তা যুখিবদা চৎপদফাওবা হেক ঙমদবমখৈ শোল্লি।

- মরুপকী পাউখুমসু ফজৈ। শাশিংগী মনুংদা লমলক্কী শা নত্তবদা য়ুমদা লোইনবা য়োক্লবা শাদা মরুপ্না মপাঙ্গল কল্লি হায়না খনবা শা খরগী মমিং তাকপিয়ু।

- (ঐ মরুপকা ঐখোয় অনীনা তৌনরিবা ব্রাহং-পাউখুম অসিদা য়াম্না নোক্লিংবা অমা ফাওরকপদগী খঙ্হৌদনা নোকথোক্লে। নোক্ল-নোক্লা) ঙসিগীসিদি ছাত্র ওইরিঙৈগী পুন্সি নৌহৌননা নিংশিংহল্লকইকো। (মরুপসু নোক্লে )।

- কপফমদি লৈতবনিনা ঙসিদি খরা নোকপা তারি মরুপ।

- অয়োকপা শাশিংগী মনুংদা ঐনা কল্লি হায়না খনজবদা - শামু, শগোল, ইরোই, ষণ, অতৈদি খঙ্দ্রে মরুপ।

- য়ারে মরুপ্না হায়রিবশিংদুনি ঐখোয়না খঙ্লিবসু। হায়রিবা শাশিংসি য়োক্লকপদা মখোয়গী মপুশিং অদুনা মানা-মানা য়োকচরিবা শা-ষণশিংদু মপাঙ্গল কন্ননবা, য়াম্না চাওনবনি হায়দুনা কবিগুম্বদা শা-মতুম অমকা পীজখিবা উবিখিবা লৈব্রা, নত্রগা পীজখি হায়বা তাবিখিবা লৈব্রা মরুপ্না ?

- উখিবসু লৈতে, তাখিবসু লৈতে।

- মরুপ্না পনবিখিবা শা-ষণশিংসিদি করি চায়, করি পীজৈ ?

- মখোয় নাপী (শজিক), চরু, লৈরগনা চেংকুপ, থাওথি, ধনা পীজৈ।

- মরুপ্না পনখিবা শাশিংদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী শোনবা অমা খল্লবদি করি শা ওইগনি মরুপ ?

- অদুদি ষণনি হায়বা তাই মরুপ।

- শা চাবা মপাঙ্গল য়াম্না কনবা মীয়াম্না অকনবনি হায়নরিবা য়োৎ, কে.জি. চামা-চানি থাঙ্গৎপা ঙম্বা মী অদুনা নাপি চাবা লাইরবা মপু ওইবনা থাওথি ধনা পিজবসু ঙমদ্রবা, চাজবসু ফংদ্রবা ষণদুনা চিংলিবা লাঙ্গোল অদু শাজাবা অকনবা অদুনা চিংদুনা লৌ ফৈদোম কয়াম্না খোইবা ঙমগনি মরুপ ?

- হন্দক্কী মরুপকী ব্রাহং অসিদি লোইরেহে! তশেংনা ঐ ইকাইবনা শিবা হায়বদু ওইরবনি।

- ইকাইবিরুনু মরুপ, তঙাইফদবদগী ফল তানবা মরুপ্তা হংজবনি। ঐনা মরুপ্পু ইকাইবা পীনবা হংজবা নত্তে।

- ঐ ঙসিদগী শা-ঙা চাবা তোকচরগে মরুপ, পুন্সি অসিমগী ওইনা পুমতোক তোকচরগে। ঈশ্বর য়েংদুনা ঐ ব্রাশকচরবনি। হরে কৃষ্ণ, পুন্সি সন্ধ্যা য়ৌরবা মতম অসি ফাওবদা শা-ঙা হাত্তুনা পাপকী নম্বো চাওনবা হোৎনদুনা অসুম লৈরবকো ঐসে ?

- ঙসিদি ঐহাক মীওইনা পোকচবগী মহৈ য়াল্লবনি মরুপ।

- করিদনো মরুপ্না পোকচবগী মহৈ য়াল্লে হায়রিবা ব্রাফমদুবো ?

- ঐনা শা-ঙা হাত্তুনা চাবগী অফ-ফত্তা হায়বা ঙাংবসু লোইদ্রিঙৈদা করিগুম্বা ব্রাফম খরদং হায়বা হৌরকপদা মরুপ্না ব্রাশক্নুনা ঙসিদগী পুন্সিগী ওইনা শা-ঙা চাবা, হাৎপা তোক্লগনি হায়দুনা হায়বিখিবা অদুবুনি ঐনা ঐগী পুন্সি মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজরিবসে।

- অদুদি মরুপ্তা নত্তেনা, ঐসু মরুপকা তিন্নজবদগী পুন্সিদা থাদোকপা ঙম্লরোই খল্লুবা মহাপাপকী থবক অমা থাদোকচনবগী পুক্লিংদা অচৌবা পাঙ্গল অমা পীবিদুনা অরানখুবম অমা ফংজরিবসিদি।

- য়াম্না নুংঙাইরে, ঐ মখা চত্থজরক্কে।

১। শা চাবা অসিনা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদা অপনবা য়াম্না পী।

২। শা চাবদা ঈশ্বরগী অপেনবা নুংঙাইবা ওইদে।

৩। শা চাবা মহাপাপনি।

৪। শা চাবনা মপোক অমদসু অব্রাবগী অব্রাবা ঙাক্তা ফংই।

৫। শা চাবা অসি মীওইবা ঐখোয়গীদি প্রকৃতিগী মায়য়োক্তা লৈবনি।

৬। শা চাবনা মীওইবনা শারমচৎ ফংই।

৭। শা চাবা হায়বসি মীওইবগী ওন্ন-তৈনবদা চৎনবা হোৎনবা অমনি।

৮। শা চাবনা থোইদোক্লা মীনুংশি লৈতবা ওইরকই।

৯। শা চাবা মীওইবগী হকচাংগী ওইনা অমাঙ্বা অমনি।

১০। শা চাব শাস্ত্রশিংনা য়াম্না চৈননিঙাই ওই।

মী অদুগী শাজত্তা, লমচত্তা, ব্রাঙাংদা, থৌদৌদা, পুম্নমক্তা জীবশিংনা অকিবা লৈতবা মহাক অদু ঐখোয়না মুক্তি ফংবা হায়বদি ঈশ্বর ফংবা হায়না খঙ্নৈ ঃ অসিগুম্বা অকিবা লৈতবা হায়বসি ঐনা অতোপ্পদা হায়বদি জীব পুম্নমক্তা অকিবা পীদ্রবা মতমদা ঐনা ফংগদৌবা মহৈনি। ঐখোয়না ইবুক থন্নবা অমদি লৈয়েংগী মহাও পীনবগীদমক্তা তমথীবা মীনুংশিং খঙ্দবা ওইদুনা শারমচৎ চৎলগা জীব কয়া হাৎলি অমসুং হাৎহল্লি। অদুগুম্বা শা হাৎপা, শাজাবা অদুনা অকিবা লৈতবা হায়বা (ঈশ্বর ফংবা) করম্না ওইগদৌরিবনো ? শা-ঙা হাৎলুদনা শদোং ফংবা নত্তে, অসুম্না শা-ঙা জীব কয়া কয়া হাৎলগা অবোইবদা ঈশ্বরগী নাম শোনবদুদি ঐ - ঐনা নিংজরিবা ঈশ্বর অদুগী মফমদা লক্লবা ওইনা থোক্কনি। মদুনা ঈশ্বর অমদি স্বর্গ ফংবা হায়বদুমদি ওইথোক্রবা ব্রাফম্নি। জীব পুম্নমকপু শেম্বীরিবা অমত্তা ঙাইরবা জগতকী মপুগী মীৎয়েংদদি, মী-শা, উচেক জীব পুম্নমক মানা শেম্বনি, মাগী-মচা ঙাক্কনি। মীৎয়েং অসিদা ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজনা নুংশিনা নিংজবা মী (ভক্ত) অমা ওইরবদি পুম্নমক মপা অমগী মচা হায়বদু ওইরবনি। পুম্নমক মচিন মনাওনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা নুংগী ওইবা ঈশ্বরগী তত্ব খঙ্বা মনাই ভক্তশিংনা থোইদোক্লা নুংশিজরবা জগতকী মপুগী মচা ওইরবশিংবু হাৎলুবদি লাইরদুনা করিগুম্বা মখলগী অব্রাবা অমফাওবা পীঙমদে। শাজাবা, শাহাৎপা তমথীরবা মী অদুবু ঈশ্বরনা করম্না নুংশিবিরমগনি ? নুংশিফম শুকথোক থোক্রবনি। মচিন-মনাও অনী অহুম পোকচবা মমা-মপানা মচা পুম্নমকপু লোয়না নুংশি। ময়াম্বা নত্রগা মনাও অমনা করিগুম্বা পঙজবদগী মনিং থুংদবা অমদগী ননাওনা ময়াম্বা অমবু হাৎলে হায়না খনবিরো। মতমদুদা ময়াম্বা হাৎলুরিবা মচানুপা অদুবু মমা-মপা অদুনা করম্না নুংশিরমগদগে ? মমা-মপাগী থব্রায়, থম্মোয় শোকহনবা, ব্রাহনবা নত্তনা ? মতৌ অদুগুম্না ঐখোয়না হিংসা তৌবা অসি ঈশ্বরনদি শুকয়া য়াদবনি। হোয় ! ঈশ্বর নিংদবা, ঈশ্বরবু থাজদবা মীওই

কয়ানা শাজাও-ঙাজাও হাৎচরগা হরাও কুম্মে ওইনবা য়াওরি, মখোয় অদো মহা পাপনি হায়না বেদ-শাস্ত্র কয়ানা লাওরি। পুম্নমকসি ঐনা হায়জবা নত্তে মরুপ, লাইনা হায়বনি।

- ''ঐনা হায়বা নত্তে লাইনা হায়বনি'' ৱাফম অসিদি লাই হরাউবদুম নিংশিংলকই। (মরুপসু নোকই, ঐসু নোকই) মখাদি করি লৈরি মরুপ ?

- মখা হায়বসি ফত্তবা নত্তনা অফবা অমফাওবা লৈত্রে মরুপ।

- ঐনা শা-ঙা চারম্লিবসি ঐগী ইখুৎসিনা অমত্তা হাৎলগা চারক্তে। অদুনা ঐবু শাজাবা হায়বদি য়াই অদুগা ঐবু হিংসা তৌবা শা হাৎপা হায়বদি ঐদি য়ানিংদেবো মরুপ।

- হোয় মরুপ্পা য়ানিংবা য়ানিংদবগী ৱাদি খঙ্দ্রে, ধর্মগী লাইরিকশিংদা ইবম্লিবশিংসি পারু-য়েংলুরবদি মরুপসু মহাপাপ্পীগী মনুং চল্লবনি।

- কমদৌনা মরুপ ?

- শা- ঙা অদু ফানবা-হাৎনবা হায়রিবা মী অদুসু শা হাৎপনি, শা অদুবু হাৎলিবা মী অদুসু শা হাৎপনি। অশিবা শা অদুদগী শদোং মচেৎ-মচেৎ কক্কুনা শেম্লিবা মহাকসু শা হাৎপনি, লৈরিবা মী অদুসু শা হাৎপনি। য়োল্লিবা মী অদুসু শা হাৎপনি। শা অদুবু থোং-থাক্লিবা মী অদুসু শা হাৎপনি। অথোংবা শা অদুবু মীনা চাননবা য়োল্লিবা মী অদুসু শা হাৎপনি অদুগা চারিবা মী মহাক অদুসু শা হাৎপনি। ঐনা হায়জখ্রিবা মখোয় পুম্নমক শা হাৎপগী শা হাৎপা ঙাক্তনি। (মরুপ্পা নোক্লগা) মখোয়শিং অদুগী মনুংদা মরুপসু য়াওখ্রবনি।

- (ইকাই-ইকাইনা মায় ঙাংশং ঙাংনা ইনোক নোক্লিংদনা নোক্লিং শারগা কংনোক্তা ঐনা মরুপ্তা হংই ) - ঐবুদি করম্না য়াওরিবা ?

- চাবিনবা, লৈবিনবা মী লৈত্রবদি মখোয় ঙা ফারোই, শা হাৎলোই। চাবিনবা, লৈবিনবা মরুপখোয় ময়াম অমা লৈবনা ঙা ফাবনি, শা হাৎপনি। ৱাফমসিদা মরুপ য়াওদে হায়বা শুকয়া য়ারোই। (মরুপ নোকই) হায়রকই - হন্দক্তি চেনফম লৈত্রমান্নে মরুপ।

- মরুপ করিগুম্বা ৱাফম অমত্তগা হংজহৌগে।

- হংবিরকউ মরুপ করি মতাংনো ?

- জর্জ অমনা কনাগুম্বা মী অমা মরাল লৈরে হায়বা খঙলে, মরাল অদুগী মতুংইন্না মী অদু হাৎপা তারে। মী অদুবু হাৎলিবা মীহাৎপা, মী অদুবু হাৎলু হায়বদি ফাঁসি তৌদুনা হাৎলু হায়না য়াথং তৌরিবা মখোয় অনীমক মীহাৎপা ওইরোইদরা ? শা-ঙা চাবদদি অচাবসু, অহাৎপসু, অথোংবসু, অয়েনবসু, অরৈবসু, অয়োনবসু অফাবসু লোয়নমক শা হাৎপগী মনুং চল্লি।

- ফজে মরুপকী ব্রাহং। হংবা য়াবা ব্রাহংনি। মখোয় অনী, জর্জ অমসুং মীহাৎলিবা মখোয় অনীদি মী হাৎপগী দণ্ড ফংলোই। মখোয়না তৌরিবা থবক অদু ঈশ্বরগী থৌদা মতুংইন্না মথৌদাং পাঙ্থোকচবনি। মসিগী মতাংদা বেদ শাস্ত্র কয়াদা ইদুনা লৈরিবনি। অদুনা মরুপ্না মতাং অসিদা করিগুম্বা চিংনবিবা লৈরবসু মদুমদি চিংবিরুনু। মরুপসু অমুক্তা খন্থদুনা য়েংবিয়ু। হুই, হৌদোং, লমহুই, নোংশা, কৈ, শওম মখোয়গী ষ্ট্রকচর মচিন ময়া খুজিন অদুগা ষণ, ইরোই, শগোল, শামু, হামেং, য়াওনচিংবশিং অসিগী ময়া খুজিনগা অমুক্তা চাংদম্নরগা য়েংবিয়ু। অমদুগী মনুংদা ঐখোয় মী অসিমসু য়াওহল্লে। ষণদগীনা মী হায়রিবা ঐখোয় অসিগী ইচিন-ইয়াশিদং য়েংবদা খঙ্বা ঙম্মী মদুদি ঐখোয় শা-ঙা, শাহিং চাবা শানি-নত্তে হায়বা। ষণদগীনা মী ফাওবগী ময়া অসিনা পাক্তক-পাক্তক তৌবনি। অদুগা অতৈ শাশিংনা য়াতোন অদু মচিন তুম্বনি। ঐখোয় মী অসি শা মখল অমনি হায়বসি কাওদনবা ঐখোয়গী য়া অসিদসু মতোন তুম্বা অনী য়াওরি মসিবু ঐখোয়না হুইয়া হায়রগা খঙ্নরি। হুইয়া য়াওই হায়দুনা ঐখোয়না শা-ঙা চাগদৌবনি হায়বদি লৈতে।

- (ঐ ইকাই ইকাইনা খুম্মী ) মরুপ্না হায়বা লোয়না চুল্লে। মখাদি মরুপ ? ঐনা হংই।

- মরুপ্না - মখাদি অসিব্রাইদা লোয়শিল্লসি মরুপ।

(তাঞ্জাদুদা চাক লোয়রে হায়দুনা ইন্দ্রানীনা চাকপাউ পীররে। মরুপ ঐখোয় অনী চাকচাবা চংলে। মরুপ্না ইন্দ্রানীদা নংগী য়েনশাংশিংসি করি করিনো। ঐখোয় শা-ঙা চাদবনি হায়দুনা মরুপসু পীজদরে। )

- মরুপ মদুগী ব্রাদু হৌদোক্লকনু। মদু হৌদোক্লকপদা চাক চংউ য়াররোই। ইবেম্মা নবুংসু শা-ঙা চাদে। থাইনা চারম্বদুদা মরুপ্না হৌজিক ফাওবা চারিবোই নিংদুনা হায়রিবনি। নংগীসু পুথোক্লকও ঐখোয় পুন্না চামিন্নরসি লাকও।

- য়ারনি তাম্মো, ঐ অৱাৎ-অপা হাপচনবা ঙাইহাক লৈজখিগে, হাবিরো তাম্মোখোয়। (মরুপ ঐখোয় অনী চাবা হৌরে। চানা-চানা মরুপ্না ইন্দ্রানীদা শঙ্গোম অনৌবদো চিনি খরগা পীরমলো। অদুগা নংসু চারো হায়বদগী ইন্দ্রানীনা শঙ্গোম গিলাস অচৌবদো অনীগা চিনি অঙৌবা কৌতা অমগা চামচ অমগা থল্লল্লগা মহাকসু চাক চাপ্লে। অযুক চাদবদুনা তৌরিবরা হাপলম্বা চাক লোয়না লোয়না ঐখোয় অনীমক চারে। )। মরুপ্না চাক খরা হাপহনখিসিরা হংলকই। য়ারে মরুপ শঙ্গোমসি য়াওবদগী ঐসু উচিন-নাচিন লোয়শিনবা ঙম্লিবনি- ঐনা খুম্মী। অদুদি হৌগৎলসি হায়দুনা ঐখোয় চাক তোক্লগা কাদা চংলক্লে। ঐ-ঐগী ফম্ফমদা ফমনৈ। মরুপ্না হংলকই, মরুপ মখাদি ?

- ঙসাই মরুপ্না তাকপীখিবা ভক্তিগী মতাংদো।

- ফরে মপান অমুক্তা থোকহৌরুখিসি হায়রকপদগী ঐখোয় অনী মপান্দা থোক্লক্লে। মপান ইপান থোকপা লোয়রগা ইমুংদা চংলক্লে। মরুপ্না ৱারী মখা চখ্খরক্লে।

মীওইবা ঐখোয়না ভক্তি ভক্তিদি হায়রগা ভক্তি অদু চৎচবা ঙম্লবগী পাম্বৈদি শুকথি থিজিন্দবগুম তৌই। ভক্তি চৎপনি হায়দুনা চৎনরিবশিংসি তশেংনা পুক্লিং ৱারকপা ঙম্লবরা? থম্মোয় খুদুম চনবা ঙম্লবরা হায়বা অসিমদি ঐখোয়না খঙ্বা ঙমদরে। ভক্তি চৎপগী খ্বাইদগী মরু ওইরিবসি পুক্লিং ৱারকপসিনি। হোয়! থম্মোয় শেংউ-শেংগনু ভক্তি চৎপা হায়দুনা চৎনরিবশিং অসিবু করিগুম্বদা হুরানবদি নত্তে। মখোয় শা-ঙাসি চারম্বা য়াই। অদুবু নেশা য়ু ফাওবদি থক্লম্লোই। য়েৎতুম অমদি খুল্লম্বা য়াই, মখোয়না ষণ ফাওবদি হুরাল্লম্লোই। মখোয় নাম চৎলি (লীক চৎলি) অদুবু লোন্না থুপ্না চৎপদি তৌদে, মীমাংদা উৎনিংবা অমগা লোয়ননা লীক চৎলি। মসিমক য়াম্না চাওবা ঈশ্বরগী মফমদা তৌবা নমথাক অমনি। অদুবু জগতকী মপুনি ঐখোয় খঙ্দ্রবসু ইবুংঙো মাদি লোয়না খঙলিবনি। মী মহাক অদু ঈশ্বরগী মফমদা কয়া য়াম্না নকশিল্লক্লবগে হায়দো। ঐখোয় মীওইবনা ভক্তি চৎপগা লোয়ন-লোয়ননা ঈশ্বরবু নুংশিবা তম্বা তাই। ঈশ্বরগী লীলা, থবক খুদিংমক থাজনা লৌবা তাই। ঈশ্বরগী থবক লীলা খুদিংমক ফত্তবা, অমকপা পাপকী মশক ওইবা কয়া য়াওরম্বা তারবদি সাধু-বৈষ্ণব মুণি ঋষি কয়ানা চহিচা কয়া চঙ্না ইবুংঙো মাবু ফংনবা ধ্যান যাগ যোগ কয়া তৌদুনা চাদ-থক্তনা নিংনরল্লিবসি কনানসু নিংনরম্লোই শোন্নরম্লোই। অদুনা ঈশ্বরগী মরমদা থাজজবা

মীনা নিঙজরে। ঈশ্বরবু থাজদবা মীনা নিংদ্রে মসিনা ঐখোয়না কনাদা করি হায়নিংঙাই তাকনিংঙাই লৈত্রে।

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতগীতাগী শ্লোক অমা নিংশিংবা য়াই-

ইন্দ্রিয়াণি মনো বুদ্ধিরস্যাধিষ্ঠানমুচ্যতে।
এতৈর্বিমোহয়ত্যেষ জ্ঞানমাবৃত্য দেহিনম্ ।। (৩/৪০ গীতা)

কর্মগী ওইবা ইন্দ্রি অমদি জ্ঞানগী ওইবা ইন্দ্রিশিং পুক্নিং ব্রাখল, বুদ্ধি হায়রিবা ইন্দ্রিশিং অসি কাম (অপান্বা) হায়বা অসিগী লৈফম্নি। অপান্বা হায়বসিনা মরম ওইদুনা পুক্নিং লৌশিং জ্ঞান পুন্নমকপু কুপশিন্দুনা জীববু (জীবাত্মা) বু শুম্মৎতুনা থম্মী।

- মরুপ, ব্রাফম অমা হংজহৌগে! ইন্দ্রিশিং 'পুক্নিং অমসুং বুদ্ধি' হায়রিবা অসিদগী কাম (অপান্বগী লৈফম্নি) হায়রিবসিগী ভাব করি ওইগদৌরিবনো ?

- মসিনা তাকইবা ভাব (ব্রাখল্লোন)দি পুক্নিং, বুদ্ধি লৌশিং ইন্দ্রি পুন্বা মীওইবা অদুগী খুদুমদা থম্বা ঙমদবনা মরম ওইদুনা কাম (অপান্বা) অদুনা খুদুম চনশিনখিদুনা ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্মী। মরম অসিনা য়াইফবা পাম্বা মীশিংনা মাগী পুক্নিং ব্রাখল লৌশিং অমসুং ইন্দ্রি পুন্নমক্তগী অসিগুম্বা য়েক্লবগী মশক ওইরবা কাম অপান্বা হায়বসি থুনমক তাম্হোকখিগদৌবনি অমসুং থীংদুনা মাঙহনগদৌবনি। নত্রবদি মসিনা য়ুমদা চঙলকপা হুরানবগী মতৌগুম্না মীওইবা পুম্বিগী মমল য়াম্লবা লল্ অসি মহাক্না ইরায় লায়না মাঙহনখিগনি। মরম অসিনা মতম লৈবা খিবিক্তা অপান্বা, কল্লকপা মীহৌবা হায়বসি ঐ ঐগী ইশাদা খক চংহল্লোইদৌবনি হায়বনি।

ভক্তি, ধর্ম চৎপা হায়বসি মীওইনা পোক্লবা ঐখোয়গীদি তঙাইফদনা তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌ অমা ওইনা খন্দুনা ভক্তি অমসুং ধর্ম চত্তবা য়াদ্রবনি। ধর্ম চৎপগা চত্তবগা, লাইনিংবগা লাইনিংদবগা অনী অসিগী ঐখোয়-ঐখোয়না উরকপা খঙলকপা লমচৎ ব্যবহার, ব্রাঙাং-শাঙাং, মীৎয়েং-নায়েং পুন্নমকসি অমুক্তা চাংদম্নরগা য়েংবিয়ু মতম অদুদা ঐখোয়না অনী অসিগী খেন্নবা খঙবা ঙমগনি। ভক্তি অমসুং ধর্ম হায়রিবা চত্তবগী নুংঙাইরিবা মনুংঙাই অসিদি লাইকোই হায়বা ফুরিগী লায়না পকপা মীনা লাইকোই থুংলিবা মফম অদুদা হোৎপদা নুংঙাইবা মনুংঙাই অদুনি, হোৎপা লোইরকপগা অশাবা অনাবা পোক্লকপা অদুগী মনুংঙাই অদুনি।

ধর্ম অমদি ভক্তি চৎপা মীনা নুংঙাইবদি অসুক্কী মতিক নুংঙাইখরে মঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী অকিবা চিংনবা অমতা লৈতনা মাগী মরৈবাক মরমদমদা চখোক-চৎশিন তৌবা ঙম্মী। ভক্তি-ধর্ম হায়রগা, হুরানবা দাকুশিংনা মফি-মরোন লুনা-নান্না শেৎ-ইল্লগা জেন্তলমেন শারগা চৎপা অদুদি নত্তেকো মরুপ। মীওইবগী ধর্ম হায়রিবা ধর্মসি চৎলবদা অমদি গীতাগী পাউতাকপু লৌদুনা ভক্তি চৎলবদা মী হায়বসিদি লাইবু লাইরি, শাগসু মরুপ মপাং ওইবা অদুম য়াগদৌবনি। ভক্তি অমদি ধর্মনা মীওইবগী পুন্সিবু নুং-পাল শেংহল্লি। খঙদনা তৌজরবা পাপ কয়া কোকপী। ধর্ম হায়বসিখক্তনা মীওইববু পুক্লিং থম্মোয় খুদম চনবা ঙমহল্লি। থৌনা লিংজেন ফহল্লি। অকন-অথৌ ওইহল্লি। মথৌদা মপুক্লিং চঙহল্লি। ধর্ম্মদি থৌজালনি, সেবানি, অচুম্বা চৎপনি, মসিনা ব্রহ্মচার্যগী পারা মীওইবা পুম্বদা তম্বীবনি। পুম্নমক অসি য়েংউরগা ঐখোয়না ধর্ম অমদি ঈশ্বর ভক্তি হায়বসি করিগুম্বদসু শুকথা থাদোকহৈদে হায়জনিংই মরুপ। শা-ঙা হাৎপা চাবগী মতাংদা ঐনা অহৈ-অপা শাদুনা ঙাংজরিবসে মহাভারতকী অনু শাসন পর্বদা য়াওবা ঙাক্তনি মরুপ। মরুপ্না হনখ্রগা অমুক্তা পাবিয়ু।

------

# তরাশুবা তাঙ্কক

শ্রীমদ্ভাগবতগীতা আত্মাগা মরি লৈনবা, নুংগী ওইবা অনীশুবা লাইরিক্নি। মসি কর্ম (থবক) উপাসনা (লাইনিং-লাইশোন) অমসুং জ্ঞানগী মরুওইবা লনগৈনি হায়না লৌবা তাই। গীতা অসিদা হিরম অদুনা মরুওইনা য়াওই অতৈদি য়াওদে হায়বা কনানসু হায়বা ঙম্লোই। মীৎয়েং অমরোমদা য়েংলগা লাইরিক অসি য়াম্না পীকই। অদুবু পীকখ্রবা লাইরিক অসিদা লমজিং-লমতাক ওইনা হিরম খুদিংমক শুনা য়াওরবা লাইবিক্নি। হিরম খুদিংমক্তা পাক-শন্না তাক্তে হায়দুনা মসিবু মপুং ফাদবা (গ্রন্থ) লাইরিক্নি হায়বদি য়ারোই। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতগীতাবু অসুম্না শৈথারম্মী।

> গীতা সুগীতা কর্তব্যা কিমন্যৈ: শাস্ত্রবিস্তরৈ:।
> য়া স্বয়ং পদ্মনাভস্য মুখপদ্মদ্বিনি:সৃতা।। (ভীষ্ম পর্ব ৪৩/১)

গীতা শ্রীভগবানগী মশক্নি, শোরনি - ৱাখন্নি। শ্লোক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা 'পদ্মনাভ' অমসুং 'মুখপদ্ম' ৱাহৈ অনীসিদা অঙকপগী মশক ওইরবা ভাব (ৱাখল) কয়া য়াওরি। অনী অসিগী অমগা অমগা মরি লৈনবা খেন্নবা অমসুং নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন কয়া নৈনদুনা য়েংবা তঙাইফদে। শ্রীভগবানবু 'পদ্মনাভ' হায়না কৌনৈ. করিগীদমক্তা, মহাক্কী খোয়দৌদগী থম্বাল শাৎকারকই, থম্বাল অদুদগী ব্রহ্মা পোকই। অদুগুম্বা ব্রহ্মা অদুগী মচিন্দগী ঋক, যযু, সাম, অথর্ব-বেদ মরি থোকখি (পুথোকখি)। বেদশিং অদু শাস্ত্রা পুম্নমক্লা শন্দোকখি। হৌজিক গীতাগী হৌরকফম অমুক থিদুনা য়েংলসি গীতা অসিনা শ্রীভাগবানগী থম্বালগুম্লবা তঙাংলবা শ্রীমুখদগী (চিন্দগী) থোক্লকপনি। মরম অসিনা গীতা অসি ভগবানগী থম্মোয়নি। পুম্নমক অসি মুন্না থিজিল্লুরবা মতমদদি ঐখোয়না খঙ্বা ঙম্লে মদুদি

বেদ শাস্ত্র পুম্নমক গীতাগী পুক্নুংদা য়াওদুনা লৈরবনি। মসিনা তক্লে মদুদি ঐখোয়না গীতাবু শাগোম্নদুনা (শক-শোন্দুনা, পাদুনা লৈরবদি) লৈরবদা অতৈ শাস্ত্র অমুক থিদুনা পাদুনা নৈনরুবগী থোইদোকপদি লৈত্রে। মরম অসিনা শ্রীভগবানগী মতৌগুম গীতাসু মনাইশিং অদুগী ৱাখলগী মতুংইন্না ওইহননিৱ্বা শক্তম অদুম ওইহনবা য়াখরে। থৌজালগী সমুদ্র ওইরবা শ্রীভগবান্না মাগী নুংশিজরবা মনাইগী মশক ওইরবা মরুপ অর্জুনবু মরম ওইহল্লগা সংসারদা লৈবা জীব পুম্নমক্কী য়াইফনবগীদমক অঙকপগী মশক ওইরবা য়াইফ পাউতাক্না থল্লবা গীতা হায়না খঙনরবা লাইহিরিক অসি শ্রীবেদ ব্যাসপু পুথোকহনবিরম্বনি। মতাং অসি ফাওবনা গীতা করিনো হায়বা ৱাহংগী পাউখুম ওইরসনু।

গীতাদা কর্ম, ভক্তি অমসুং জ্ঞান, ৱাখল্লোন অহুম অসি মা-মাগী মফমদা অদুম মরু ওই। কনানা হন্থবা, কনানা হেনগৎপা হায়বা অমা লৈতে। অদুমওইনমক ঐগী মত্তদি 'ভক্তি'না মপুং ওই হায়না হায়জনিংই। গীতাগী অধ্যায় অমফাওবদা ধর্মগী ৱা য়াওদবা লৈতে হায়না ঐদি হাজনিংই মরুপ। মসি ঐনা নিংজরুবা পামজরুবননি হায়বা তাই। গীতাগী অহৌবা অমসুং অরোইবা অনীমক্তা ভক্তি য়াওই মদুদি অহৌবদা অর্জুননা ইবুংঙোদা অসুম্না হায়খি -

কার্পন্য-দোষোপহতস্বভাব:
পৃচ্ছামি ত্বাং ধর্ম্মসংমূঢ়চেতাঃ।
যচ্ছ্রেয়ং স্যান্নিশ্চিতং ব্রূহি তন্মে
শিষ্যস্তেহহং শাধি মাং ত্বাং প্রপন্নম্।। (গীতা ২/৭)

অয়াম্বা নুপা থোক্তবা ওইরুবনা লমচৎ মাঙলবা ধর্ম মশক খঙদ্রবা ঐনা ইবুংঙো নঙোন্দ্রা হংজরি। ঐনা কবি তৌরগা অফবা ওইগদগে হায়বদো-নংগী শিষ্য ওইবা চংজরিবা ননাই ঐঙোন্দা পাউতাক পীনবিয়ু। (অদুগা অরোইবদা)

ভগবাননা)- সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শবণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ।। (গীত ১৮/৬৬)

হে অর্জুন ধর্ম পুম্নমক থাদোক্লগা ঐঙোন্দা চঙজৌ নঙ করিমত্তা ৱারুগনু, ঐনা নঙগী পাপ পুম্নমক কোকপীগনি। অসিনা তাকপদি গীতা ভক্তিগী মরু ওইবা লাইহিরিক্নি। ভক্তিসু অতনবা তাৎ-পাংকী ভক্তি নত্তে। গীতাগী ভক্তিগী মওং, তরানিথোইশুবা অধ্যায়দা অসুম্না তৌগদৌবনি হায়বদু ভগবান মশামক্না অর্জুনগী

মফমদা তাকপীখি। গীতাগী ভক্তিদা পাপকী মফম লৈতে। ভগবাননা মঙোন্দা চঙ্জরক্ক্বশিংবু মতম খুদিংমক্তা থৌজালগী মীৎয়েংনা য়েংবিদুনা লৈ। চঙজরকইবা ভক্তশিংনশু ইবুংঙো মাতবু নিংজদুনা লৈ। অসিগুম্বা মতাংসিদা কদায়দা করম্না লোন্না থুপ্না পাপকী থবক তৌরুগনি ? ভক্ত অদুনা ইবুংঙোগী পাউতাক মতুং ইন্দুনা ভক্ত পুন্নমক পরমাত্মাগী মশক্তি খন্দুনা পুন্নমক্কী সেবা তৌজববু ভক্ত অমা ওইবগী মথৌনি খন্দুনা মতম পুন্নমক্তা নিংবগা লোয়ননা থবক তৌরিবা মঙোন্দা করম্বা মখলগী অতনবনা চঙ্বা ঙমগদৌরিবা ? পরমাত্মাগী থৌজালগী মঙাল ফংলবা ভক্ত অদুগী মফমদা করম্না অমম্বা চঙ্বা ঙমগনি ? গীতাগী অধ্যায় নিপালশুবগী শ্লোক তরেৎশুবদা ইবুংঙোনা অর্জ্জুনদা তাকপিখিবা - হে অর্জ্জুন মতম লৈবা খিবিক্তা ঐবু নিংশিংউ, ঐবু নিংশিং নিংশিংনা নঙগী তৌফম ষথাকপা নথৌ লাল তৌ। পুক্লিং-হকচাং অনীমক ঐঙোন্দা কখোক্লবদি চিংনবা লৈতনা লেপ্নমক নঙনা ঐবু ফংগনি। ৱাফম অসিমক অপাম্বা লৈতবা মহৈ নিদবা অদুগুম্বা ভক্তিযোগনি। গীতাগী ভক্তিদি কমগা শাগোন্নবা ভক্তিনি। কর্ম তৌদবদি য়াদে গীতাগী মতাং অমত্তদা কর্ম (থবক-ইথৌ) থাদোক্লগা ভক্তি চৎলু, লাইনিংউ হায়বা ৱাহৈ অমফাওবা যওদে, হায়বদি ভগবাননা হায়খিবা তাকখিবা লৈতে। গীতাগী ভক্তিদি - ভক্তি কর্মযোগনি। মরম অসিনা গীতাগী পাউতাকপু মরুওইনা লৌরগা, ইবুংঙো মাগী য়াথংনি খন্দুনা পুক্লিং ৱাখল হকচাং লোয়ননা থবক তৌবা অদুবু ঈশ্বর ভক্তিনি। মসিদগী মীওইবা ঐখোয়না অরান খুবম ফংগনি। মদুগুম্বা জগত পুন্নমক্পু পোকপীরিবা, শেম্বীরিবা, জগত পুম্বা শিন-থুংনা লৈবা মপু মাবু মীওইবা অমা ওইবগী তৌফম থোকপা অফবা থবক তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা নিংজবা হায়বসি ভক্তিনি।

- মতাং অসিদা ঐ ৱাফম অমখক্তা হংজহৌগে মরুপ।

- হংবিয়ু করি মতাংনো ?

- মীনা হায়নৈ গীতাসিদি কৃষ্ণনা মী হাৎলু হায়দুনা ইনশিনবগী লাইরিক্তি, মসিনা কয়াম চুপ্লিবা, কয়াম্না লাল্লিবা ? মসিগী মতাংসি অমুক্তা শেংদোকপিয়ু।

- হংব য়াবা ৱাহংনি, মতাং অদুদগী হৌরে গীতাগী মরুওইবা। অসুক শেংখ্রবা, ফজ-ফজরবা, কান্ন-কান্নরবা পাউতাক্লা থল্লবা গীতাবু মী হাৎহন্নবগী ওইনা লৌরবদি ঐখোয়না খনজরিবা, লৌজরিবা ভক্তি প্রেম অসিগদি কয়াদা ওন্ন-

তৈনরবা ? ঐখোয়না অফবনি হায়বা তারিবা মী অদুনা ফত্তনা হেক লৌথ্রবদি অফবসু ফত্তবা অদুম ওইখরে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী মনুংদা মনাই অর্জুনদা মী হাৎলু হায়দুনা করিগুম্বা মফম অমদি মতমদা হায়খিবা লৈতে। ভগবাননা হায়বদি নথৌ তৌ হায়বনি। কনাদা ? অর্জুনদা, অর্জুন কনানো ? অর্জুন লালমীনি মফমদুদা করি তৌবা লাকইবা ? লাল শোক্লবা লাকইবা। লালমী অমা ওইনা লাল শোক্লগনি হায়দুনা মখুত্তা খুলাই পায়দুনা লাক্লগা, ঐ মী হাৎপা ঙম্লোই লাল তোক্লগে হায়রকপদা কৃষ্ণনা লাল তৌনি হায়দুনা নখুত্তা খুৎলাই পায়দুনা লালবল মনুংদা চংলক্লগা লাল তৌরোই হায়বা তারবদি নঙ্ নথৌ মশক খঙদবা হায়বদু ওইরগনি। মীওইবা জাতিনা পৃথিবীসিদা হেক লৈরিবমখৈ নঙ্বু থীনা ঙাংনহৌরনি, চৈনহৌরনি। অদুম্মা মীচেন ওইবদগীদি লান্দা শিখিবনা শরুক চামা ফবা হেল্লি। সনাতন ধর্ম ফংইবনি। লালমী অমগী মথৌ করিনো? য়েক্ল বগা লাল তৌনবনি। লাল হায়বসি করিনো ? নুংশিনদবা, য়েক্লবা কাংবু অনী নখোয় মশেল অঙম-অঙম্বা হাৎনবনি। লাল তৌনরবদি মী হাৎলি- মী শি হায়বগীদমক্তা নখোয়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা মী হাৎনবা থৌজিনবনি খনজবনি। গীতাবু হেক্তা পারগা খঙ্বা ঙম্বা নত্তে, গুরু চঙ্ই।

- য়াম্মা নুংঙাইজরে মরুপ, চিংনদুনা লৈরম্বা ব্রাফম অমা মরুপ্পা শেংদোকপীরকপগীদমক্।

- ঐদি করি করি অচা-অথক্কা পীরক্কদৌরিবোই নিংই।

- ঙসাইদি করি অমফাওবা লৈরক্লগা করি পীরক্কদৌরিবা?

(থংনবা কাগী পরদার মরুমদা ইন্দ্রানীদি মরুপকা ঐখোয়’নীনা ঙসাইদগী ঙাঙ্ন-শক্লরিবশিং তাদুনা লৈরম্লিবোইদনা হায়রকই - ‘তামো রসগুলা লৈয়ে, ঙসাই গেৎ শো লোনবা চৎপদা লৈরকপা, পুরক্কে ঐ’ হায়দুনা গুলা কৌতা অমা থাং ছোরী অমগা গিলাস অহুম ফোল্ক চামচ অহুমগা পুরক্লে। মরুপ্পা কৌতাদো ফক্কাইরগা গুলা অহুম অহুম মহি থন্ন-থন্না হৈরগা চামচ অমগা পীরক্লে। মরুপ মসি ঐনা হায়রমদ্রবদি মশক ফাওবা উরম্লরোইদৌবা পোৎনি, লোয়শিনসি হায়দুনা ইন্দ্রানীদসু পীরে ঐখোয় অহুম ওনশিন্নদুনা চাবা হৌরে। মরুপ্পা অনী-অনী অমগা অমুক হাপচিল্লক্লে। ঐদি হোরেল লোইবফাওবা চানবা থম্লগনি হৌজিক লোয়না চাথোকপা য়াদে। মরুপ্পা । ঐদি চানা চানা ঙাংবা য়াদবনিনা চারিঙৈদা লোয়শিলহৌরনি হায়দুনা লোয়না চাথোকখরে। মরুপ ঐখোয়’নীগী

মতৌদুদা ইন্দ্রানীদি থিক-থিক নোকই। মরুপ হৌরসি চাকসু ঙন্না চাথোক্লবনিনা লোয়নবা তৌরসি। ঐসু, য়ারে মরুপ হৌবিরো হায়বদগী মরুপ্না হান্নগী মখা চত্থবা হৌরে।)

- মরুপ গীতাগী মতাংদা অখং-অহৈ শাদুনা ঐ ঙাঙ্জবা নত্তেকো। মরুপকা ঐখোয় অনী মতম অরেম্বদা মাঙহনগদৌবগী মহুত্তা ঈশ্বরগী মরমদা খন্ন-নৈনবনা ঐখোয় কান্নবা ওইগদ্রা খন্দুনা অদুক নৈনবনি। ভক্তিগী মরমদদি লোয়বা নাইরোইদৌবনি। অদুনা ভক্তিগী মতাংসি অশ্বাইদা লোয়শিল্লসি। মখাদি ভক্তিগীনি হায়বসু য়াই। লাইনিং-লাইশোনগা মরি লৈনবা ঙাক্তনি।

- য়াই মরুপ, অদুগুম্বদুনি ঐনা পামজরিবসু।

- মীওইবা ঐখোয়না জীব মখল লাখ মরিফুমরিগী মনুংদা খ্বাইদগী ব্রাখল লৌশিং লৈবা জীব অমা ওইহনবিরম্মী। অতৈদি মী হায়বা জীব অসিগা মান্ননা ব্রাখল লৌশিং করিগী লৈহল্লমদে ? মালেমদা লৈরিবা জীব পুম্নমক করিগী মী লোয়না ওইহল্লমদ্রিবনো? হংবা যাবা য়াম্না মরুওইবা ব্রাহংনি। খঙজিনবদসু য়াম্না কান্নবা ব্রাফম্নি হায়না ঐদি খল্লি। মী হায়বা জীব অসি তিল, কাঙ, শা, ষণগী মপোক কয়ারক হন্ন-হন্না পোল্লবা মতুংদা ফংলকপা মপোক্লি। মপোক অসিমক ঈশ্বরনা আত্মা উধার, অরান খুবম ফংজনবগীদমক পীবিরকপা মপোক্লি। ঐখোয় মীওইবনা খল্লি, মীনা শিরবা মতুংদা মীওইনা অমুক অদুম পোক্লকখিনি। ব্রাখল অসিমক ওন্থোক্লা পঙলবা ব্রাখল্লোননি। মী ওইনা পোল্লবা ঐখোয়না হৌজিক্তি য়াম্না ব্রাখল খন্থবা মতম ওইরবনি। মরমদি মী অদুনা তৌরু, তৌরুবা অফ-ফত্ত থবক্লা মরম ওইদুনা মথং মপোক্তা মী, শাগী মপোক্তা অমুক পোক্কনি। মীনা শিরগা মপোক অমদা মী ওইনা পোক্কনি, শানা শা, তিলনা তিল ওইনা পোক্কনি হায়বা লৈতে।

মথক্তা 'শা-ঙা চাবগী ফত্তবা' হায়বগী মরমদা খরা খন্ন-নৈনখরে। মদুগী মখা তাবা ওইনা ঐনা হায়বদা চিত্থহৌবা খরা হায়জরক্কে। মীওইবা ঐখোয় শা-ঙা চাবগী অধিকার লৈতে। মদুগী মরমদি মীওইবগী হকচাংগী ষ্ট্রকচর অসি; য়ংবদা খঙবা ঙম্মী। ঈশ্বরনা লৈশেমঙৈদা মানা শেম্লিবা জীবশিংদুগী চিঞ্জাকসু অদুম শেম্বীরম্লবনি। শা চাবা নোংশা, কৈ, হুই, হৌদোংনচিংবগী হকচাংগী ফিবম, মখোয়গী মচিন-ময়া মখোয়গী য়ারি খুনম, খুজিন অমদি শরুশিংগা মীওইবগী হকচাংগী শরুশিংগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা শোয়দনা খঙবা ঙম্মী, মদুদি

মীওইবগী চিঙ্গাক শা নত্তে, চাকনি, মনা-মশিং, উহৈ-ব্রাহৈনি হায়বা। ঐখোয় মীওইবনা শা-ঙা হাত্তুনা চারগা প্রকৃতিগী মায়য়োক্তা ফত্তবা থবক তৌরগা ইশাগী ইখোঙদা শিংজংনা য়ানশিনজদুনা লৈরে। মীওইবগী পুক্লিং ব্রাখলদি য়াম্না থোৎ-নৌই, অদুগুম্বা থোৎ-নৌরবা মীওইবগী চিঙ্গাক্তি চাক, শঙ্গোম, মনা-মশিং, উহৈ-ব্রাহৈ থোৎ-নৌরবা পোৎচাকশিং অসিনি। ষণ, ইরোই, হামেং, য়াও খুনুনচিংবা শা উচেকশিং অসিসু মীওইবগী মতৌগুম্না থোৎ-নৌরবা প্রকৃতিগী ওইবা জীবনি। মরম অদুনা মখোয়না শা-চাদনা মনা-মশিং শজিক চরু চারগা হিংলি। ষণ-ইরোই, হামেং উবদা কবিগুম্বদা ঐখোয়গী পুক্লিংদা অকি-তুজুংবা পোক্কে, নোংশা, কৈ উবদা পোকপগুম। মসি করিগীনো অমুক্তা খন্থদুনা য়েংবিয়ু মরুপ। শাজাও-ঙাজাও হাত্তুনা চারিবা মখোয়গী থম্মোয়দা থৌজাল, মীনুংশি হায়বসি লৈফম থোক্কে, লৈসু লৈতে। মরম অদুনা মখোয়না মী অমা হেক্তা হাৎপা ঙম্মী।

ঙসি, মপোক অসিদা শা-ঙা হাত্তুনা চারি, মপোক অমদা অদুগুম্বা শা-ঙাদুনা মদুগী লমন শিংনবগীদমক শা-ঙা চাবা ওইনা পোক্তুনা মাবুসু শেৎ-শেত্তুনা চারখিগনি, মসি শোয়দ্রবা ব্রাফম্নি। অব্রাবনি, সংসার অসিদা মী ওইনা পোক্লগা মীওইবগী হাওরবা, শেংলবা চিঙ্গাক কয়াবু থাদোক্লম্লগা হিংচাবগী মতৌগুম শা-ঙা চাবদা মথব্রায় লুপশিন্নরি। মসিমক্লা মীওইবা ঐখোয়বু লৈখা তাহল্লবনি।

চিঙ্গাক্লা মীওইবগী পুক্লিং-ব্রাখল শেম্মী, হোংহল্লি। মসি অচুম্বা ব্রাফম্নি। মী অদুনা চারিবা শা অদুগী লমচৎ-শাজৎ মী অদুদা শোয়দনা ওইরক্কনি। অদুনা মরম ওইদুনা, মী অমা ওইবগী ফজরবা লমচৎ ব্যবহার মাঙ্হল্লগা শারমচৎপু থাগোন্নরগা তমথীরবা মীনুংশি, থৌজাল লৈতবা ইকাই খুম্নিঙাই লৈত্রবা পুন্সি অমদা লেল্লি। শিরবা মতমদসু মাগী ব্রাখল্লোন অদুগী মতুং ইন্না অমদি মানা তৌজরুবা তৌহৈদবা থবক অদুগী ফলগী মশক ওইনা শা-উচেক্কী মপোক্তা পোক্তুনা অব্রাবা কয়া ফংগনি।

মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবনা থম্মোয়গী ওইবা অশোনবা অকিববু থাদোক্লগা অর্জ্জুনগী মতৌগুম ভগবানগী য়াথং মতুংইন্না থাজবা নুংশিবগা লোয়নননা ঈশ্বর ফংনবগীদমক পুক্লিং থব্রায় য়াওনা হোৎনগদৌবনি। তশেংনা হায়রবদা ঐখোয় মীওইবা অসি ঈশ্বরগা য়াম্না নক্লবা মরি অমা লৈরিবনি। আত্মা-

পরমাত্মা মৈ অমসুং মৈরিনি। পুক্লিং হকচাং লুপ্না তৌগে খনখ্রবা থবক তৌঙমদবা লৈব্রা ? খল্লুদবগী ঙমদবনি। ঙমগনি খন্দুনা তৌরুবা অফবা থবক অদুদি থোইদোক্লা নুংঙাইবগী মশক ওইরিবনি। থবক খুদিংমক্তা থৌনা চঙ্ই। ঈশ্বর ভক্তি, লাইনিং লাইশোন্দসু থৌনা চঙ্ই। পাক হেক থাদোকপা ঙমদে হায়নরিবা, কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ থাদোক্কে নিংউদবগী থাদোকপা ঙমদবনি। থাদোক্কেবু নিংলবদি অদুম থাদোকপা ঙমগনি। চাওববা, ঈচেল কল্লবা তুরেলগী ঈশিং ঈথে লৌখোংদা থাদোকখ্রবদি তুরেলগী ঈমায় হুম্থরিবনি। মতৌ অদুগুম্না কাম (অপাম্বা) অদু ঈশ্বরগা তোৎন-তিন্নজদুনা লৈবগী নুংঙাইবরোমদা ভক্তদুনা পুদুনা চৎখ্রবদি মহাক কয়াগী মতিক লাইবক ফবা ওইগনি।

ক্রোধ (অশাওবা) অনিংবা অপাম্বা ফংবা ঙম্মক্ত্রবা, ঐগী ব্রাখলগী ওন্ন-তৈনবদা থবক তৌরক্লবা মতমদা পুক্লিংদা হৌরকপা, লাকঙম-ফাঙমদ্রবা ঈহুন্নি। অসিগুম্বা অশাওবদু ঈশ্বর ভক্তিদা পুশিন্দুনা শিজিন্নরবদি অথুবা মতমদা অফবা মহৈ ফংগনি। নুপা মহাক্লদি অপাম-নুংশি থাদোক্তুনা ঈশ্বরভক্তিদা থম্মোয় লুপশিনবা ঙমখ্রগা ঐনদি করিগী ঙম্লোই হায়দুনা মাগী অশাওবদু মীঙোন্দা শাওরুগদৌবগী মহুত্তা মথম্মোয়দা শাওজরবদি, মাগী অশাওবা অদুনা মরম ওইদুনা ভক্তিদা পুক্লিং চপ য়ুংগনি।

লোভ (অপাম্বা, লৌনিংবা, মীহৌবা) অসিগুম্বা পুক্লিংগী অশোনবদগী হৌরকপা ফত্তবা ঈহুল অসিসু ঈশ্বরভক্তিগী মরমদা (লম্বীদা) পুশিন্দুনা চৎলবদি ভক্তিদা অমুক্কা হেন্না পুক্লিং লুপশিন্নিঙাই ওইগনি। মীগী মপোৎ পাম্বা, লৌনিংবা, মীহৌবদু ঈশ্বরবু পাম্বদা ঐগী ওইনিংবগী মীহৌবদা পুশিল্লবদি কয়াদা কান্নগনি।

মোহ-(শুদ্ধাৎপা) ফজবা পোৎ, অপাম্বা পোৎ অমা মাগীদি ওইবা ফংদ্রিবা অদুগুম্বা পোৎ অদুবু হেক ফংনিংবনা তৌফম খঙদনা পোৎ অদুতবু খন্দুনা লৈবা মীশক্তুনা ঈশ্বরগী নুংশিরবা শকফম অদু য়েংজবদা-উজবদা ইবুংঙো মাবু ঐগী করম্না ওইজবা ফংগদগে হায়না খন্দুনা শুদ্ধাথচরবদি ভক্তি থুনা মায় পাক্কনি। অসুম্না অপাম, নুংশি, কল্লক মীহৌ অশাওববু লাকশিল্লগা নাম জপ তৌজ, ভগবানগী নুংশিরবা শক্তম্বু থম্মোয়নুংদা লাৎচদুনা নিংজ-শোনজ তৌজবদগী থম্মোয়গী ওইবা অমোৎপা কয়া অদুম মাঙখিবদুনা শেংলবা থম্মোয় হায়বদু ওইরক্কনি। অসুম্না থম্মোয়দা অমকপা লৈরক্তুবা মতমদদি বৈরাগ্যগী ঈথক ঈপোম মী অদুগী থম্মোয়দা ইতৎ-তত্তনা হৌরক্লগনি। থম্মোয়দা মক্ত্রবা মঙাল অমা

ফাওরক্লগনি। খল্লক্কনি মপুক্লিংদা তেল্লবা মীওইপোকসিদা, ঈশ্বরগী মফমদা পাপ কয়া লঙ্শিল্লক্লগা পুন্সি লোয়রমগনিদা হায়না।

অচাকপা মৈ মুখৎপদা ঈশিং, অমম্বা কোকহনবদা নুমিৎ অনীসিদা লৈবা শক্তি অদুগুম্না কলি যুগ অসিদা ঈশ্বরবু থাজ-নুংশিনা নিংজরিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়দা লৈরবনি। পাপ কোকপীদুনা শান্তি পীবিগদৌবদি শ্রীহরিগী নাম-সংকৃর্তন্নি অসিগুম্বা নাম অসি করিগীদমক ঐখোয়না শোল্লোইদৌরিবনো?

হৌজিক্কী যুগ অসিদা ইংনা-চিক্লা, নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নগে খল্লবদি শ্রীমদ্ভাগবতগীতাবু চান্নবা মরুপকুম লোয়নদুনা গীতাগী পাউতাক মতুংইন্না ইশানা ইশাগী লমচৎ-শাজৎ শেমহৌবা তঙাই ফদে। ঐনা খঙ্জবদদি শ্রীমদ্ভাগবত গীতা অসিনা লমজিং ওইদুনা চৎলিবা মী মহাক অদুসু লাইবক ফরবশিংগী মনুংদা অমনি হায়জনিংই। পীকখ্রবা মৈরিক অমনা নুংশিৎগী মতেংদগী জগত পুম্বা তুম্না চাকহনবা ঙম্মী, মতৌ অদুগুম্না ঐখোয়গী জীবাত্মা অসিসু সাধু শঙ্গী মশক ওইরবা নুমিৎকী মতেংনা পাপ পুম্নমক চাকথেক্কুনা সংসার ঈপাকপু ষণ খোঙ্গুলগী মতৌগুম ইরাই লাইনা চোংদুনা লান্থোকপা ঙম্মী। সমুদ্র চোংবগী মতমদা হনুমান মশাদা লৈরিবা শক্তিদু কাওথোকখিবদগী ব্রাখল ফুম্বংনদুনা লৈখি, মতৌ অদুগুম্না ঈশ্বরনা ঐখোয় মীওইবদা পীবিবা ব্রাখল লৌশিংগী পাঙ্গল পুম্বা কাওথোক্কুনা মায়াদা লুপ্তুনা লৈরি। জম্ববন্তনা নিংশিংবদগী (তাকপদগী) হনুমান্না মাগী শক্তি অদু নিংশিংলক্কুনা খুদক্তা সমুদ্রা চোংখি। মতৌ অদুম্না ঐখোয়সু শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী পাউতাক কয়া লৌরগা অমদি সাধু বৈষ্ণবশিংগী পাউতাক ইল্লগা সংসার ঈপাকপু ষণ খোঙ্গুলগুম লায়না লান্থোক্লবা হোৎনগনি। য়োং পুম্ন মক্কী মনুংদা সমুদ্র চোংবা ঙম্বগী শক্তি শুপ্নতগী হনুমান্দা লৈ (পী)। মতৌ অসিগুম্না সংসার ঈপাক লান্নবগী শক্তিসু শুপ্তুদগী মী হায়বা জীব ঐখোয়খক্তদা ঈশ্বরনা পীনবি। ভগবান শ্রীরাম্না হনুমানবু মতিক চাবা অমনি খঙ্দুনা জগত মাতাগী মফমদা শক্তাক খুদম ওইনা মনি-মুক্তগী খুদোপ শিন্নখি। মতৌ অদুগুম্না ঈশ্বরনা মীওইবা ঐখোয়দা ঈশ্বরবু শকখঙ্জনবা অমদি আত্মাবু পরমাত্মাদা তিনশিনজনবগী শক্তি পাঙ্গল অমসুং অধিকার পীনবিরবনি। অসি ফাওবদা মীওইবা ঐখোয়না মায়াদা তাওদুনা লৈথোকপগী মতম নত্রে। অসিগুম্বা ব্রাখল্লোনশিংসিনা লমজিংদুনা সৌরজগতকী মীপুম খুদিংমক ঈশ্বরবু থাজ-নুংশিনা নিংনৈ।

- মরুপ, করিগুম্বা অমত্তগা হংজহৌগে।

- করি মতাংদনো হংবিরকউ।

- সৌরজগত্তা লৈরিবা জাতি পুম্বা অমগা অমগা নুংশি-চান্নরা স্কুলগী হোষ্টেলদা লোয়না লৈরে। মতম অদুদা মখোয় পুম্নমক শা-ঙা চাদ্রে। শ্রীমদ্ভাগবত গীতা তেক্স বুক ওইনা তম্লে। মসিদা জাতি খুদিংমক্তি লাইনিং লাইশোন তিন্নদে। অল্লাহ, কৃষ্ণ, যিশু নিংবা মখোয়সু নমদুনা কৃষ্ণ ভক্তি চৎহল্লবরা ?

- চুম্মী মরুপ্পা হংলিবা ৱাহং- ঐনা মথক্তা পনজখ্রে মদুদি অচৌবনা মচা য়োৎশিনবগী থবক সৌরজগত্তা তৌদে হায়না। গীতা ফোর্মুলা অমনি খনবিরো, ফোর্মুলা অসি অল্লাহ্দা পানবা য়াই, খৃষ্টদা পানবা য়াই। মী মা-মানা নিংজরিবা ঈশ্বর অদুদা লোয়না পানবা য়াই। ফল লোয়না তাগনি, মসিদা করি কায়বগে ?

- মরুপকী পাউখুম ফজে অচুম্বমক্লি - ধর্ম খুদিংমক্তা পানবা য়াবা ফোর্মুলানি হায়বমক য়াই। হংনিংবা অমদি লৈরিবনি ঐসে। হৌজিক্তি মতমসু থেংজিল্লক্লে, কোন্না হয়েং হংলবা হায়বদুনি খন্দুনা হংহৌদরে। (মতমদুদা ঘড়ীদা পুং তরা য়েরক্লে। ইন্দ্রানীনা 'ঐ ফমুং-ফানুং শেমজিল্লুরগে হায়দুনা তেবল মথক্তা লৈরিবা গিলাসনচিংবা লোয়না পুশিল্লগা চৎখ্রে। মরুপ ঐখোয় অনীসু মপান থোক্লক্লে। হংই ঐনা মপান্দা -

- মরুপ্তি য়াম্না ৱারম্লগনি।

- ঐ ৱাদে মরুপ, ঐদি নাম শোল্লিবনি হায়বগী ৱাখলদা অদুম লৈজরবনি। কান্নবদি অদুম চপ মান্নরমগীনি নিংই।

- অদুদি মান্নরোই, ঐনা হেল্লমগনি। ঐনা লৌশিনবনি, মরুপ্পা পীথোকপনি।

- অদু ওইরবসু হায়নরিবদুদি 'পীথোক-পীথোকখ্রগা হেনগৎপা মহৈ ললনি অথোয়বা।

- হোয় অদুগী হায়রবদি মরুপ্পা হেনফম থোক্লে।

(অসুম্না হরাও তয়াম্না ৱারী ৱাতাই শাদুনা গেৎ ফাওবা থোক্লুরগা হনজিল্লক্তুনা মরুপ ঐখোয়'নিমক তুম্বা চংলে। মরুপ্তি কোক্কা মোনগা হেক শম্লবগা নিদ্রা ইমানা থাগোন্নবিখরে, নাখোকখরে। ফমুং কাখৎপগা হৌরক্লে, পুক্লিংদা ঈথক-ঈপোম হৌরকপা। সৌরজগত ! কল্লকইদা কলকই। অসিগুম্বা মতাং অসিদনি পুক্লিংদা কাম, ক্রোধ, লোভ মোহগী ঈথক-ঈপোম হৌরকইবসে। ঐখোয়গী

ইদুকেসন পোলিসি. ইকোনোমিক্স পোলিসি, রাজনীতিগী পোলিসি অসিবু সৌরজগতকী অসিগুম্না শেমদোকপসি ইয়ামক য়াররোইদরা ? মী, লাই, হিংচাবা হায়বসিদি লোয়না লমচৎ-শাজৎ ব্যবহারনা ওইহল্লকপা ওইরম্মে। সৌরজগতকী মীশিংদি লোয়না লাই ওইরে। কনানা ওইহল্লিবা ? ইদুকেসন্না ওইহল্লিবা। ঐখোয়গীদি ওইহনবা শুকয়া য়াররোইদ্রা? ঐখোয়গী মনিপুরদা অমদি ভারতকী মফম খুদিংমক্তা থোক্লিবা শারমচৎকী থৌদোক কয়া অসি সৌরজগত্তা পীরিবা শিক্ষা অসুম্না ভোকেম্লেল, ইদুকেসন অমদি অধ্যাত্মিক্কী ওইবা শিক্ষা অসি পীরম্লবদি অসিগুম্বা শারমচৎ অসি সৌরজগত্তা লৈতবগুম ঐখোয়গীদসু লৈরম্লোইকো। হৌজিকসিবু মতম লৈত্রবরা ? ঐখোয় অহল ওইবশিংগী লৈত্রবসু, হৌরকইবা অঙাং, নহারোলগীদি করিগী মতম লৈরোইদৌরিবা ? সরকারনা প্লান তৌরিবশিংসি ঙসিগী নত্তে হয়েংগীনি। অদু ওইরবদি চহি অসিদগী প্লান তৌরবদি চহি তরাশুবদদি প্লান অদুগী মহে চাবা ফংগনিনা। ভারতকুম্না জাতি কয়ানা খুন্দাবা লমনি, লোন তিন্নদে, ফিজেৎ মান্নদে, ধর্ম, কর্ম, লিচৎ-শাজৎ, লাইনিং-লাইশোন, চৎনবী, হৈনবী মান্নদবা কয়ানা পুনশিল্লগা ওইরিবা সৌরজগতনি। অসিগুম্বা মান্নদবা পুম্নমকপু মখোয়গী ইদুকেসন পোলিসিনা মরম ওইদুনা কয়াদা পুক্লিং মকা লাম্না নুংশি-চান্ননা ইমুং অমগী মপা-মচা, মচিন-মনাও ওইবগী নুংশিনবগুম্না কয়াদা য়াইবী মরাং কায়না অকি-অখং য়াওদনা লৈরিবা। ঐখোয়গীদনা হাও, ময়াং, মৈতৈ, পাঙল, তাংখুল, নাগা, কুকি, মাও-মরাম, চোথে, পায়তে, অদু-অদা আদিবাশি, দলিত মাইনোরিটি, ব্রাহ্মন, খেত্রি বৈশ্য, শুদ্র মখোয়সিবু মী নত্তবরা ? হায়য়ু কনানো ঙল্লবদি মখোয়বু মী নত্তে হায়বা ? কনানা অতোনবা জাৎনো, অমাংবনা কনা? মী শেম্বা লাইদসু ব্রাহ্মন শাবা লাই অদু শাবা লাই খায়বা লৈরবদি অঙম্বা কনানো থোক্লকউ ঐগা ঙাংনসি। ওইরিবা লুরবা ফিবমশিংসি চহি চামা চনি লিশিং তরাকুনগী মমাঙদগী লৈরম্লবসু হৌজিক্তি পুম্নমক্কী ওইবা সরকার হায়বা অমা লৈরে। অসিমক্তদসু অসুম অমাং-অশেং অতোনবা অদু-অদা খায়দুনা লৈরি। মী হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক মীনি। মী ওইরবনিনা মীদা অচৌ-মচা অমাং-অশেং খায়বা হৌনদে। বৃটিশকী মখুত্তগী নাম্থোকপা ফংলকপদগী ঙসি ফাওবদা রাষ্ট্রপতি প্রধান মন্ত্রী হাউস অনীমক্কী মেম্বরশিংনা ঙসিফাওবদা ব্রাখল অসি খনখিবা লৈখ্রবরা ? লৈখিদে। অদুগুম্বা অঙম-অথৌশিং অদুবু করিদা য়েংলগা ঐখোয়না ইকাই খুম্নগদৌরিবনো ? মখোয়নদি ঐ রাষ্ট্রপতিনি, প্রধান মন্ত্রীনিকা হায়দুনা চাওথোকচবগসু শারমগনি। ঐদি মখোয়গীদমক্তা ইকাইবিরি।

শ্রীমদ্ভাগবত গীতা ভারতকীনি। রামায়ন, মহাভারত, শ্রীমদ্ভাগবত পুরান, কবীরদাস, তুলশিদাস, সুরদাস, শিবানন্দ, বিবেকানন্দনচিংবা মুনি ঋষি কয়া ভারতভুমীসিদা পোকপীরম্মী। মখোয়গী ব্রাখল্লোন, মমল য়াম্লবা পাউতাক, মখোয়গী শাজৎ লমচৎশিং অদুগী শরুক চামগী মনুংদা শরুক অমাফাওবা লৌবা, চৎপা মীশক, রাজনীতি ব্রালা রাষ্ট্রপতি, প্রধান মন্ত্রী, চিফ মিনিষ্টর লৈবাক অসিদা কয়া য়াওগ্লবগে ? হৌজিক্লা কয়া য়াওরি ? মতুংদনা কয়া য়াওরক্কদৌরিবা ? মশানা মশাগী মরৈবাক শেমজবা ফংলকপা চহি য়াঙ্খে হেল্লক্লবফাওবদা চহি চামা-চনীগী মমাঙ্দা চৎনরম্বা শাজৎ, লীক খোঙ্গুল অদুদা অদুম চৎলগা মশাগী মখোঙ্দা মশানা শীঞ্জংনা অদুম য়ানজদুনা লৈরবফাও ভাব তাবা ঙমদ্রিবা ভারতকী ঙমদবা লৈত্রবা অঙম্বশিং, মশাদা পল্লিবা অপাম্বা, মীহৌবা, নাপল করম্বা মতমদা থাদোকপা ঙমগনি ?

ফংসন অমা হেক থোকপা মতমদি হা অদুগী ব্রাখল্লোন লৌদুনা চৎপা মতম ওইরে। অদুম্না তৌরবদি ঐখোয়না শান্তি লৈনা হিংবা ঙমগনি, অদু তৌগনি অদা তৌগনি। ভারতপু সহর মক্তদা লৈবগুম খল্লিবা সরকারগী শক্তি পায়রিবশিংসিনা খুঙ্গংবু করিগীনো অসুক য়াম্না য়েক্লবদৌনা য়েংলিবসিবো ? শেমগৎ-শাগৎপদবু খুঙ্গংগা সহরগা কয়াদা য়াম্না খেন্নহল্লিবা, হান্নদগী ফজদুনা লৈরবা সহর অদুদা শেমগৎ-শাগৎকদৌবা শেনফম অদু থাদরগা চহি অমখক্তং খুঙ্গং অমা শেমগৎপদা হান্নগী সহর অদু মাঙখিগদরা ? মীবু মীনা করিগী অসুক খেন্নহল্লিবা ? মীবু মীনা করিগী অসুক হন্থনা য়েংনহল্লিবা ? মীদবু করিগী অতোনবা তোনদবা খাযনহল্লিবা ? সৌরজগতকুম্না মীবু মী অমা ওইনা লৌদুনা মী তারিবা-লৈরিবা মফম পুম্নমক চপ মান্ননা শেমগৎপদি ভারত্তদি তৌহৈদবা জাৎলা ? তৌরুরগা শিনি হায়বা লৈবরা ? মীদা জাৎ অতোনবা তোনদবা হায়দুনা খায়দোক-খায়জিন শান্নরিবা অসিমকসু মী হায়বা জাৎ অসিমক্তনা শান্নরিবা লীলানি। অমাং-অশেং শোক্লবা য়াবা-য়াদবা হায়দুনা খায়দোক-খায়জিন শান্নরিবা ইবুঙো-ইবেম্মশিং অদুবু কয়া য়াম্না শেংবা ওইরিগবা। মখোয়দুবু মবুক মনুংদা চাশিন-থকচিনখিবগী পুমথরক্লবা পোৎচাকশিংদুসু করিমক্তা য়াওদবা জাৎলা ? মথী ফাইদোক্লগা, ময়ুং হান্দোক্লগা ঈশিং লৌরগা মখুৎনা চামদবা জাৎলা ? মাংদনবা মখোয় মশেল মরৈনা লেকথোক্লবা ওইরম্বা তাই। অদুনা মখোয়না অশেংবা ওইরিবরা ? অঙম্বনি হায়রগবু মচিন্দনা পঙ্ঙাংদা ঙাঙদুনা লৈরগা কনানা উশিংপীগদৌরিবা ? ব্রাখন্দি খন্দনা, শেমগৎ-শাগৎপদা

শিজিন্নগদৌবা শেলনা মখোয় মশেল হুরান্নদুনা লৈরগা কদায়দগী খুঙ্গং চাওখৎহনগদৌরিবা ? দলিত করিনো? দলিত কনানা ওইহনবনো, সরকারনা ওইহনবা নত্তরা ? করিদগী করম্না কমদৌবদগী ভারতকী মনুংদা 'ভারতীয় দলিত সাহিত্য একাদমী' হায়বা সংস্থান অসি লৈরকইবনো? মুন্না খন্থরুরবদি সরকার অসি য়াম্না ইকাইনিঙাইহনি। অদুবু হৌজিক ফাওবদি করিগুম্বা ইকাইবগী মওং অমফাওবা উবা ফংদ্রি।

ভারতকী সংবিধান শেম্বদা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবা ডা: বাব্লা সাহব, ভীমরাব্র অম্বেডকর ভারত ইমাগী অথোইবা মচাশিংগী মনুংদা অমনি। নিংতম্ন বা ভারতকী সংবিধান শেম্নবগী কমিতিগী চিয়ারমেন ওইদুনা মশা নাদুনা লৈরবফাওবদা তৌদবা য়াদবা মথৌনি খন্দুনা থবক তৌখিবা, হৌজিক্তা ভারতকী রাষ্ট্রপতি, প্রধান মন্ত্রীশিংনা হৈকৎ-লৈকৎ তম্নরি মহাক্কী শক্তম-মুর্তি, ফোটোনচিংবদা, অদুগা মাগী জাতি কাংলুপপুদি মাংই, অতোনবনি, শোক্ল-শম্নবা য়াদবনি হায়দুনা হৌজিক ফাওবা ইম্থোক্তুনা থম্বীরি। ভারতকী অঙম্বশা নখোয়গী ব্রাখল্লোনসিবু করিনি হায়গদৌরিবনো? ফন-ফজনা খায়দোকপা হৈ আদিবাসি, ও.বী.সি. সেদ্যুল কাষ্ট, সেদ্যুল ট্রাইব, দলিত, হরিজন মখোয়শিং অসিবু মী নত্তবরা ? মী নত্তে খল্লগনা মখোয়-মখোয়না ভারত্তগী তোঙানজরগে নখোয়দা য়েৎচররোই হায়জরোই হায়রিবা কাংবুশিং অসি ভারত্তগী তোঙানহনখরোদনা। নিংশিংলকই মীয়াম্না হায়নবা হাই, পাঙননুবী, নশাদি শোক্লক্কনু চিনিদুদি চাগে, হায় হায়বদু। দিল্লিনচিংবা ভারতকী সহরশিংদমক শেমগৎ-শাগৎলগা খুঙ্গং, দিল্লিদগী থাপ্না লৈখ্রবা, অব্রাং নোংপোক ভারতকী চীংলৈবাকশিং অসিবুনা অতোনবীগী মচাগুম্না নিংতম্লবা মতুং চহি য়াঙ্খে হেল্লক্লবফাওবদা রেল লম্বী ফাওনহন্দে বস লম্বী ফাওবা নিংথি-নুংঙাইনা শেম্বীদে। ঙসি ফাওবদা লৌমীনা প্রকৃতিগী ঈশ্বরগী থৌজালদা ঙাইদুনা লৌউ-শিংউ তৌদুনা হিংজনবা কয়াদা ব্রানা শুজ-নোমজরিবশিং অসিগী য়েংবিদুনা ঈথৈ লৌখোং দাম্নচিংবা শেম্বী-শাবিদুনা হোৎনবিবদি ঙসিফাওবা করিমত্তা তৌবিদ্রি। হায়রিবা রাজ্যশিংসিগী মনুংদা ভারতকী অব্রাং নোংপোক লমথুংদবিদা লৈরিবা মনিপুর হায়রিবসিমসু য়াওরিবনি। পুম্নমকশিং অসিদগী মনিপুরগী নহারোল কয়া সরকারগী মায়য়োক্তা 'ঐখোয়গী মনিপুর' ভারত্তগী তোঙানজরগে হায়দুনা মখুত্তা খুৎলাই পায়দুনা লালহৌরি। মখোয়বুনা সরকারনা 'লান্না লমজিংবিখ্রবা' হায়বা মীংথোন পীবিরগা মখোয়বু সমাজগী ঈচেন্দা তিল্লনবা

অপিল তৌরি। করি কদৌবদগী মনিপুরগী নহারোলনা নহা অমা ওইবগী পাখংমচা অমা ওইবগী কোইবা চৎপা, কুম্মৈ হরাও পুম্বা খোংপাক্লা কাওদুনা হুন্দোক্লল্লগা জঙ্গলদা লবুক-লমহাংদা চীং-মান্দা চাবোই-চাদবোই পুক্সিবু পাম্মুবা লৈতনা মথৱায় থাদোকপা পাম্মুদনা লৈনরিবশিং অসিবু করিদগীনো মসিগী হৌরকফম ঙসি ফাওবদা মনিপুর সরকারনা অমদি ভারত সরকারনা ইখঙ-খঙদবগুম তৌদুনা লৈরি। শেম্বী-শাবীবা ঙল্লরোই হায়বা লৈরগনা মখোয়না তাক্লিবা দাবী অদু পীথোকখ্রগা ভারত সরকারসু কোক চিক্তনবা, কোম্লনবা তৌবনা হেন্না নুঙাইবা ওইরোইদরা ?

তৌগে হায়রগনা সৌরজগতকীগুম খুঙ্গং-শহর খেন্নবা লৈতনা পুম্নমক চপ-মান্ননা শেমগৎপীরো। মীবু মী অমা ওইনা য়েংবিদুনা সৌরজগতকী অসিগুম্না ঐখোয় মীনি মীওইবদা জাৎ-পাৎ খায়বা য়ারোই। মীদি মীনি হায়বগী ব্রাখল্লোন অসিদা পুম্নমকপু চপ মান্ননা মহৈ মশিন সৌরজকতকুম পুন্না তম্মিন্নহনবদা ভারত কয়া য়াম্না লৈখা তাগদৌরিবা ? ঐগী মীৎয়েং, ঐগী ব্রাখলদদি লৈখা তাবগী করিগুম্বা মরম অমত্তা উবা ফংদে, চাওখৎপখক নত্তনা। ঐগী ব্রাফম অসিবু ভারতকী কনা করম্বা মীওইনা কক্পা ঙমগদগে ? কনানো, করম্বা হৈশিংবনো থোক্লকও ঐগা য়েংনসে। খল্লু-খল্লুরগা অসুম-অসুম খোয়দৌ শাওগৎপনা ঐ তুম্বা য়াদে। ব্রাল ক্লোক্তা পুং তরানিথোই য়ৈরক্লে। হকাম চল্লকই, ঐ তুম্বা থেন্নগে খন্দুনা ঐগী ফমুংগী বেদসুইজ ওফ তৌরগা হরিনাম শোন্দুনা পুং অমরোম ওন থোইদুনা লৈরল্লগা অদুম তুমথখ্রমাল্লে। য়াহৌরকপদদি অয়ুক্কী পুং তরেৎ তারল্লে। মরুপসু ব্রারবরা করিনো তুম্বা হৌগৎলমদে। ঐনা মরুপ হৌদোক্লগা ঐখোয় অনীমক বার্দরুমলোমদা চৎলে। ঈরু-মাইথজবা লোইরগা ঐখোয় অনীমক ফিরোল শেৎচিল্লে। ঐখোয় অনীনা তৌরিবদু উবদা ইচন ইন্দ্রানীনা হায়রকই - তামো ঙসিবু কদায়দা লাল চৎকদৌরিবনো অদুক য়াম্না থুনা ফিরোল শেৎচিনবা হানবা তান্নরিবদুবো ? খুমফম খঙদে মরুপ ঐখোয়নিমক নোক্লে। মরুপ্না - করিনো হৌজিক ফাওবা চান-থক্লবা অমফাওবা পুথোক্লক্ত্রিবো, লাল চৎকদৌরে খঙলবদি নঙসু খরা থুনা হোৎনরক্কদৌবনি। ইন্দ্রানীনা - ঐদি ঙসি চখোক্লরোইদরা খনবদগী চাকসু থোংবা লোইরবনি, থিদোক্কদৌবদা ঙাইরবনি। মরুপ্না ভাব ফবিরেদা ইবেম্মা, ঐখোয় চখোক্লোই হায়দনা নঙোন্দা কনানা হায়বগে? ইন্দ্রানীনা - পুং তরেৎ তারফাওবা নাখোক্তুনা তুমদুনা নুংঙাইনা লৈনবদুদা ঐসু হৌদোক্তুবনি। ঐনা কৈনোমা তৌবা তারে খন্দুনা মরক থৎনা -

মরুপ য়ারবদি চাক চাথোক্লগা চৎখিবনবু হেন্না ফরোইদ্রনে - হায়বদগী মরুপসু অদুনা হেন্না ফবা তাই মরুপ হায়না খুল্লল্লগা ইন্দ্রানীদা ওনশিল্লগা - ইবেম্মা নগুনা তৌরল্লিবা অদুনা য়াম্না ফরে চাক থিদোকলো য়েনশাংনা করি থোংলিবা? পনীর (শঙ্গোম শানা) অমা, মশরুম অমা থোংই, অঙৌবা অমা য়াওই। অদুদি য়াম্না ফরে, থিদোক্লো ঐখোয় চৎলগে অসুম্না ব্বারোইশল্লে। চাক চাবা তোক্লগা ঐখোয় নীনী শুবা খোঙচৎকী থৌরাং তৌবা লোইরে।

----

# তরামাথোইশুবা তাঙ্কক

মরুপ গাড়ী থৌদোক্লক্লে। ঐসু গাড়ীদা কাখৎলে। মরুপ্না হংলকই- মরুপ কদোমদা চৎসিগে ?

- ঙসিদি মখারোমদা চৎলগা স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটি খরা য়েংবা পাম্মী মরুপ।

- ফরে অদু ওইরবদি ষ্টেট হায় ব্রেরোমদা চৎলসি। য়েংসু য়েংদৌরবনি উবসু উদৌরবনি অদুনা স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটিশিংগী মরমদা ঐনা খঙ্বা খরা অসুম লম্বী ব্রা ওইনা হায়জগে।

- য়ানি মরুপ তাকপীরকউ, ঐগী দি হোরেনসু হংজগদৌরিবনি।

- হৌজরগে মরুপ (মরুপ্না নোক্লগা হায়রকই, ঐসু হৌবিরে মরুপ হায়রগা নোক্লে)।

-অহানবদা 'শিশু কল্যাণ কেন্দ্র' মসিসু স্কুল মখল অমনি। মসিদা চহি অনী অহুমদগী চহি মঙা ফাওবগী লৈকাই মরি-মঙাগী অঙাং চনি য়াঙ্খে-চনিয়াঙ্খে ফাওবা হায়রিবা কেন্দ্র অসিদা পীজ-পীথক তৌদুনা মখোয়বু মশা-মঙ ফনবা হোৎনৈ। মসিদি মরুপখোয়গী ভারত্তা অঙ্গলব্রাদি সেন্তর হায়দুনা লৈবা অদুগুম্বজাৎনি। ঐখোয়গী অসিদনা ডাক্তর অমা-নর্স অহুম তাকপী তম্বীনবা ওঝা নিপালগা পুন্না ষ্টাফ তরানিথোই-তরানিথোই লৈ। মখোয়দা তম্বীরিবসিদি মখোয় পুন্না শান্নহনমিন্নবা, ব্রারী ব্রাতাই শান্নহনবা, শান্নপোৎশিং পীরগা অদুনা মরম ওইদুনা ময়েক খঙহনবা, শান্নবনা মরম ওইদুনা মখোয়দা তাকপী তম্বীবা হায়বসিনা মরুওইনা চথে। ডাক্তর অমদি নর্সশিংনা অঙাংশিংগী মশা ফনবা পীজ-পীথক থোং- থাকপগী থবক তৌই। ডাক্তরগী মত মতুংইন্না নর্সশিংনা অঙাংশিংদা বেলেন্স

দাইত পীজগনি। মখোয়গী মশা নুংঙাই-নুংঙাইতবা হংলগা মদুগী চপ-চাবা লায়য়েং চথৈ। হায়রিবা শিশু কল্যাণ কেন্দ্র অসি সৌরজগত পুম্বগী লৈকাই মঙা তরুক খুদিংগী লোয়না লৈ। অঙাংশিংসি থিন্দোক-থিনজিন তৌনবা গাড়ী কেন্টর মরি-মরি লৈ। অসি হায়রল্লগা মরুপ্পা গাড়ী অদু শিশু কল্যাণ কেন্দ্র অমদা থৌজিল্লগা খাম্লে। মরুপ্পা হায়রকই - মরুপ, হৌজিক ঐনা হায়জখিবা শিশু কল্যাণ কেন্দ্র হায়বদু অসিনি অমুক্তা কুমথরগা য়েংখিসি ?

- এ! অদুদি য়েংখিসিনা অসিবু য়েংসি হায়দুনা লাক্লগা করিগী য়েংদনি। (অসি হায়দুনা মরুপকা ঐখোয় অনী গাড়ীদগী কুমথদুনা অহানবদা ডাক্তর উনরে। ডাক্তরনা লমজিংলগা অঙাংশিংনা শান্নরিবা, শান্ন-শান্নদুনা তল্লিবশিংদু চং-চংদুনা য়েংই। ডাক্তরনা মরুপ ঐখোয় অনীগী শক তাক্লবদুদদি অঙাংশিংগা লোয়ননা ষ্টাফ পুম্নমক হৌগৎলগা খুৎ লোন্নরগা নমস্কার তৌই। ঐখোয়সু 'নমস্কার, নমস্কার' হায়দুনা ওকই।

- মরুপ করি করি হংবিনিংবা লৈ, মরুপ্পা হংবিনিংবা পুম্নমক হংবিবা য়াগনি।

- করি হংলুগনি হংগদৌরিবশিংগী পাউখুমদি মরুপ্পা হান্না লোয়না পীবিখরে। ঙসাই মরুপ্পা তাকপীখিবা পুম্বা হৌজিক মীৎনা লোয়না উরে, মরুপ্পা তাকপীবগা অসিদা তৌরল্লিবগা করিমত্তা খেন্নবা লৈতরে। মসিদা ঐনা করি অমুক হংনিংঙাই লৈতরে। চৎপা য়ারে মরুপ।

(মতমদুদা নর্স অমনা ডাক্তরদা কোফি শেন্থা লোইরে, হায়বা পাউ পীরবদগী ডাক্তরনা কোফি কপ অমমমতা থকপীনবা হায়রবদা মরুপ্পা ঐখোয়সি চাক চারগা লাক্লবনি হায়বদগী ডাক্তরনা অমুক খুৎ লোন্নরগা পায়বদি পায়বিরমউ হায়বদগী তঙাই ফদনা মরুপ ঐখোয় অনী ডাক্তরগী কাদা চংলগা কোফি থক্লগা মথংগী খোংচৎকীদমক গাড়ী থৌদুনা অমুক খোঙশাল্লক্নে।)

- ঙরাং ঐখোয়না চৎলুবা অদোমদসু অসিগুম্বা শিশু কল্যাণ কেন্দ্র অমসুং স্কুল কোলেজ কয়া লৈহৌরিবনি। ভাব ওইদবনিনা ঐখোয় অমত্তা চংলক্ত্রে।

- করিসু কায়দে ঙরাং চঙলক্ত্রবসু ঙসিদি চঙলেদনা। ঙসিদি স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটি য়েংবগী প্রোগ্রামনিনা কম্পলসরি ওইরবনি।

- হোয় ঙসিদি লোয়না য়েংবা তারবনি। স্কুলগী মতাংদা খরা অমুক হায়জরক্নে মরুপ।

- তাকপীরকউ, হান্না মরমশিংদু খঙ্লগা য়েংবনা হেন্না নুংঙাই। ঙসাই মরুপ্না শিশু কল্যাণ কেন্দ্রগী মরমদা তাকপীখ্রবা মতুংদা য়েংবদুদি কয়াদা নুঙাইরে। মীগী ক্লাসতসু অপনবা পীদ্রে। তাকপীরকউ মরুপ স্কুলশিংগী মতাংদো।

- ঙসাইগী শিশু কল্যান কেন্দ্রদুদি অঙাং ঙাক্তা ওইবনিনা মখোয়গীসি স্কুল অদু মথোন নাইদরে অদুগা প্রাইমারি স্কুল, হায় স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটিশিংদি মথোল মরি-মরিগীনি। প্রাইমারি অমসুং হায় স্কুল অনীসিদি কম্পাউণ্ড পুল্লি, ষ্টাফতি তোঙাল্লি। কম্পাউণ্ড অসি লম একর নিফুদগীদি তাদ্রে। প্রাইমারি সেক্সনদা ছাত্র চামঙা-চামঙা লৈ। মখোয়গী বোর্দিং কিচন তোঙাল্লি। মসিদা পুল্লিবসি শান্নবুংখক্তনি। মসিদা ক্লাস থ্রিদগী ফাইভ ফাওবা লৈ। প্রামারি স্কুলগী ওঝা, ষ্টাফতি তরামঙা লৈ। হেদ মাষ্টর-কম-সুপরিন্টেন্দেন্ট অমা লৈ। ওঝা পুম্নমক লোয়না স্কুল কম্পাউণ্ড মনুংদা লৈবা ক্বার্টরদা লোয়না লৈ। ওঝাশিংদি মা-মাগী ক্বার্টরদা থোং-থাক্তুনা চাজে চাক থোং-থাক্লিবা কুক্ মী মঙাগা হেদ মাষ্টর-কম-সুপরিন্টেন্দেন্টগদি অঙাংশিংগা পুন্না চামিন্নে।

হায়রিবা কম্পাউণ্ড অসিদা হায়স্কুল অমসু লৈ। হায়স্কুল, প্রাইমারি স্কুলশিংদি মথোল মরি-মরিগী বিল্ডিংনি। হায়স্কুল খুদিংমক্তা ছাত্র লিশিং অমমম্ লৈ। ফাউন্দেসন ফ্লোরনা পকা ওইবা য়োংতনা মখোঙ, কাঞ্চি, পার্লেন ওইবা ফুট তরামঙা ব্রাংবা ফুট য়াঙ্খ্রে পাকপা ফুট চাময়াঙ্খ্রে শাংবা সি.আই.সিত জিঙ্ঘতনা কুপ্পা খাবা শঙজাও অহুম লৈ। হায়রিবা শঙজাওশিং অসিনা ক্রাপ ভোকেস্নেল তম্ফমনি। মসিদা মীওইবনা হিংবদা তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈ শাবা য়োংকী ওইবা পোৎলম পুম্বা শাবা। কোললিক হৈবা, উ শুবা হায়বদি উদগী শাবা য়াবা মীওইবনা শিজিন্নরিবা পোৎ পুম্নমক শাবা মখল মখা কয়াগী ষ্টিলগী, কোরিগী, পিথ্রাইগী মুর্তি, শান্নপোৎ প্লাষ্টিকী ওইবা চৌক্রি, তেবলদগী অপিকপা শান্নপোৎশিং, ফি-শাবা, তুবা, ফি লোনবা পুম্নমক অসি ক্লাস সিক্সতগী কম্পলসরিনি।

- মরুপ করিগুম্বা অমত্তা হংজহৌগে।

- করিগী মতাংদনো মরুপ ?

- কম্পলসরি ওইরিবসি ক্রাপ ভোকেস্নেলশিং অসিখক্তরা ?

- নত্তে মরুপ, ভোকেস্নেল অসিমা লৈরে। সাইন্স, কম্পুটর, মেথ অমসুং ষ্টেটিসটিক্স, অসিগা লোয়ননা ধর্ম্ম অসিনি। ছাত্রশিংনা অপাম্বা লৌনিংবা

সবজেক্ট কয়া অদুম লৌজবা য়াই। মসিদা করিগুম্বা অথিংবা অমত্তা ছাত্রশিংদা পীবা লৈতে।

- য়াজরে মরুপ মখা চত্থবিরকও।

- নুংঙাইজরে মরুপ্না খঙনিংবা মতাং চানা হংবিরকপা। হৈ মহি শুংবা, জাম-জেলি হৈ মখল কয়াদগী আচার শেম-শাবা, পাপর শাবা, মশরুম (চেংগুম) থাবা পুম্নমক লোয়না তম্বীরে।

অসুম্না স্কুল, কোলেজ খুদিংমক্কী বস গাড়ী অনী ট্রকগাড়ী অনী, ফায়ার ব্রিগেডকী গাড়ী অচৌবা অমা এম্বুলেন্স গাড়ী অমা, ডাক্তর অহুম, নর্স মাপল ফমুং কুনমঙা লৈবা হোসপিটাল মচা অমমম্ লোয়না লৈ। স্কুলশিংদা ইলেক্টিক শিজিন্নবনিনা ইঞ্জিনিয়ার, এ.সো. পুন্না ষ্টাফ মঙা-মঙা লৈ। টিচিং ষ্টাফ নিফুনিথোই নন-টিচিং ষ্টাফ চৌকিদার, মালি, ফোর গ্রেদ থারগা পুন্না তরামরি লৈ। মসিগী মনুংদা হেদ ক্লার্ক, কেসিয়ার লোয়না য়াওখ্রে।

য়ুনিভর্সিটিগীনা ষ্টাফসু চাওরে লোয়না চাওরে। তোঙান-তোঙানবা বিভাগ কয়া লৈখরে। মসিমদি ঐনা অহৈ-অপা শাদুনা পঙ্ঙাং ঙাংবনদি মওং তাগদৌবা মান্দে মরুপ।

- মওং তাবা তাদবা মরুপ্না অখঙ্বমখৈ তাকপীরগা লোইরে, ঐনা পরীক্ষা থারুগদৌবসু নত্তে, ব্লাহৈ মশিং ব্রাৎলম্লে হায়দনা মার্ক ফংলোই হায়নিঙাইসু লৈতবা অদুগীদমক্তা মরুপ্না করিগী চিংনবিরি?

- মরুপ হায়রিঙৈদা হায়স্কুল অমা লৈরেসে। (মরুপ্না ঘড়ী য়েংলগা) মরুপ পুংদি মাপল মখায়থক্তা তারি ছাত্রশিং ঈরু-মাইথজবগী মতমনি। ঐখোয়বু চঙ্খিসিরা?

- অদুবু মরুপ কম্পাউণ্ডশিং অসি অমুক্তুং চঙ্দুনা য়েংনিংই অসিবু য়ারোইদরনে মরুপ?

- করিগী য়াদনি, মরুপ্নবু য়েংখিসি হায়রবদি হেক্তা গাড়ী থৌজিনখ্রগা লোয়রেদনা, অদুদি মরুপ গাড়ী থৌজিল্লে। (অসি হায়দুনা মরুপ্না গাড়ী থৌজিল্লগা প্রিন্সিপালগী রুমলোমদা চংলে) মরুপকা ঐখোয় অনী চংলকপা উবদা ফোরগ্রেদ অমা চঙলক্লগা করি তাকপিগদবনো হংলৈ। মরুপ্না ইবুংঙো প্রিন্সিপাল অমুক্তা উনজগে, প্রিন্সিপালবু লৈব্রা ? লৈ সার মাগী ক্বার্টরদা লৈ। ঐ পাউ অমুক্তা পীজরুখিগে। অসি হায়রম্লগা ফোরগ্রেদনা প্রিন্সিপালদা পাউ পীরুবদগী

প্রিন্সিপাল থোক্লক্তুনা মরুপকা নমস্কার তৌনৈ। মরুপ্না প্রিন্সিপালদা ঐবু শক তাকই, প্রিন্সিপালনা ঐঙোন্দসু নমস্কার তৌই। ঐসু খুৎ লোন্নদুনা নমস্কার হায়দুনা ওকই। মরুপ্না প্রিন্সিপালদা ঐখোয়গী মরুপ অসি সৌরজগত অসিদা ষ্টদি টুরগীদমক্তা লেংঙকপনি। ঙসি অসিনা স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটিশিং য়েংবগী প্রোগ্রামনি। অদুবু ছাত্রশিংদি উনবা মতম চাদ্রে, প্রিন্সিপালনা লমজিংবিরগা অঙাংশিংনা শাজবা পোৎশিং অদুদং য়েংহনবিগদরা ? য়ানি মদুসু ঐগীদি লাইবক ফবনি, শোমদা ক্রাপকী রুমশিংসিদা চঙলগা অদুম য়েংখ্রসি হায়দুনা প্রিন্সিপালনা লমজিংলগা য়েংবা চংলে। অসুম্না চাওর-চাওরবা শঙজাও অহুমদু চঙ্-চঙদুনা লোইনা য়েংলে। মরুপ্না গাড়ী মনুংদা ঐঙোন্দা হায়খিবশিং অদুমক লোয়না তৌরম্লে। উপু কাংথোল টেবল লৈরম্লিবশিং অদু তম্বগীনি হায়বমক্তি ঐদি হায়বা ঙম্লোই ওন্থোক্লা ফজনা চ্যেকশিন্না চল্লমখ্রে। অসিমক্লা ওইরে মরুপ্না ছাত্রশিংনা শারিবা পোৎ পুম্নমক য়ুনিভর্সিটিগী ওঝা প্রোফেসার দিজাইন্নর অমনা পীবা দিজাইন ঙাক্তনি, পোৎশিং অসিসু মখোয়না লোয়না য়োল্লি হায়খিবদো। অসুম্না কোয়না চত্তুনা পুম্নমক য়েংলগা প্রিন্সিপালগা বিদায় তৌনরগা মথংগী খোঙচৎকীদমক মরুপ ঐখোয় অনী গাড়ী থৌদুনা খোঙ্‌শাল্লক্লে।

- ঐনা হংই - মরুপ স্কুল কোলেজ পুম্নমক অসুম্না লোয়না তৌইকো ?

- তৌই মরুপ অদুনদি ঐনা মরুপ্তা লিজরিবদো। খুদক-খুদক্তা মীৎনা উরগদৌবা অদুদা ঐনা অমুক ওইদবা মরুপ্তা করম্না লিগনি।

- মরুপ্না ওইদবা হায় হায়জবগী ৱা নৎচদে, তৌরম্লিবশিং অদু ওন্থোক্লা মওং তানা-তানা ফজনা শারমখ্রবা, অদুদা হায়জবনিদা। (ঐগী ৱাঙাং খরা শোয়খ্রবরা মরুপকী পাউখুমদা ঐ খরা ইকাই। মখা তানা হংগদৌবা ঐ য়াম্না ইকাইরে। হংদ্রে, মরুপ্না করি খনখিনি ? ৱাঙাং হায়বসি কয়াদা লুখ্রবনো ? খন্থৌদবা মীৎকুপ্না ঐবু কয়াদা ৱাহল্লে। খল্লু-খল্লুরগা ঐ য়াম্না নিঙমলক্রে।) ঐনা মরুপ্তা হায়- মরুপ অসিদা সাইনবোর্ড চাওনা 'সৌরজগত মশরুম প্রদর্শন সেন্টর' হায়না থাদুনা থেৎলিবসিবু নোংমদা কিলো কয়াকা পুথোকপা ঙম্বগে ?

- য়ামদ্রবদা নোংমদা কিলো লিশিং অমফাওবদি ফজনা পুথোকপা ঙম্মী। মী অয়াম্বনা য়ুম-য়ুমদা নোংমগী ৱাত্তনবা থানবনিনা য়াম্না হেন্না পুথোক্লবগীসু থোইনা কান্নবা লৈতে। মশরুম অসিদি য়ুমদা য়াম্না নান্না ফজনা থাবা য়াবা পোৎ অম্মা ওইনা তৌবনা মসিদি কিচনরুমদা মিংশেল চল্লফাওবা থানৈ। মরুপ্না

উরমগদরা-উরম্লোইদরা অদুদি খণ্ডদ্রে ঐখোয়গী য়েনশাং থোংলিবা মশরুমদো ঐগী কিচনরুমদা মিংশেল চল্লগা থাজবা ঙাক্তনি।

- মশরুম্মু মিংশেল চল্লগা থারবদি নুংশিৎ-নুংশাদি অমত্তা চংদ্রে ?

- নুংশিৎ-নুংশা চংফম লৈ। মপানগী নুংশিৎ-নুংশাদা য়াওবা ভাইরস চংদনবা ঐখোয়না খরা অদুক চেকশিনজবগী ৱানিদা।

ঐখোয়গী অসিদা শা-ঙা, য়েরুম্মচিংবা অমত্তা চানদবনিনা চেংগুম (মশরুম) অসি য়াম্না মরাং কায়না থানৈ,অদুগা চাসু চানৈ। শা-ঙা চাবদগী ফংলিবা প্রোটিন অমসুং ফেট অদু শা-ঙা চাদবা ঐখোয়না শঙ্গোম অমসুং মশরুমদগী মরাং কায়না অদুম ফংবা ঙম্মী। সৌরজগত অসিদা কোওপরেটিভকী ঈহৌ অসি য়াম্না কল্লি। স্কুল কোলেজদগী নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরব্রুবনিনা স্কুল কোলেজ তম্বা হেক লোইরকপগা তঙাইফদনা কোওপরেটিভ সোসাইটি অমা শেম্লগা রেজিষ্টাত তৌবা হায়বসিমদি অদুম তৌরে। সৌরজগতকী রাজ্যশিংসিদা কোওপরেটিভ সোসাইটি অসি লিশিং মরি-মঙাদগী তাদনা লোয়না লৈ। ধন (লুপা)সু সৌরজগত কোওপরেটিভ বেঙ্কনা ষ্টেট বেঙ্কশিংদগী য়াম্না হেল্লি। মেম্বরশিংগী সিয়ার কেপিটেলনা অরব/খরব হেনবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী কেপিটেল অসিমক্তদা মশরুম প্রদক্সন কোওপরেটিভ সোসাইটি চহুমগী মথক্তা লৈ। অদুগা সরকারগী নত্তবা কোওপরেটিভ সোসাইটিগী দাইরি ফার্মিং সোসাইটি চামরি লৈ। হায়রিবা সোসাইটিশিং অসি হৌজিক হৌজিক সৌরজগত অসিগী থৱায় ওইবিবা ঙাক্তনি। মখোয় অসি মুৎপা নাইররোইদবা সোসাইটি ঙাক্তনি। মরুপ য়েংবিয়ু! সোরোক্কী ওইথংবা মাইকৈদা য়াম্না মরুওইরবা মফম অমসু লৈরে। ওল সৌরজগত মশরুম সিদ প্রদক্সন সেন্টর হায়দুনা সাইনবোর্দ চাওনা থেত্তুনা লৈরিবসে। চেঙ্গুম মরুশিং অসি সেন্টর অসিনা ৱাত্তনা সপ্লাই তৌরিবনি। মমিং মথাদি খণ্ড্রে চেঙ্গুম মরুশিং অসিসু মখল তরামরি-মঙা শুই হায়নৈ। কোওপরেটিভশিং অদুনা ঐখোয়গীদি মরু অদু পীয়ু অদু পীয়ু হায়দুনা দিমান্দ তৌরম্বশিং অদু সিদা প্রদক্সন সেন্টর অসিনা ৱাত্তনবা সপ্লাই তৌই। সোসাইটিশিংনা পুথোকচবা মশরুমসিদ অদুতনসু অদুম শিজিন্নবসু কয়ানি।

চেঙ্গুমশিং হেকপা লোয়খ্রবগা মদুদা শিজিন্নরুবা চরু অকক্পা-গেহু মখোক অকক্পশিং অদুসু লেম্না মাঙ্বা নত্তে। মথক্কী পোৎচাকশিং অসিনা ভর্মিকম্পোজ অমুক শেম্লে। অদুগুম্বা কম্পোজশিং অসি শিজিন্নদুনা মনা-মশিং

থাবদদি কয়া য়াম্না ফখরে। অসিগুম্বা পোৎচাক কয়াসি শিজিন্নরগনি ঐনা ঐখোয়গী অসিদা লৈবাক লৈহাও মাঙ্বা লৈতে, মাঙগনি হায়বগীসু করিসু অৱাবা লৈতে হায়জখিবদু।

- ঙরাং-নহানগী খোঙচত্তগী উদি অদুম উদুনা লাক্লবনি, অচৌ-অচৌবা শঙজাও অনী-অহুম, অনী-অহুম, ইলেক্ট্রিক ট্রান্সফোর্মর কিলোৱাট লিশিং অমমম্গীসু লোয়ননা লৈবা, খঙদ্রবদি খঙদেনে মীৎনা উরবসু। ঙসিদি মরুপ্না তাকপীবদগী লোয়না খঙলে, কয়াদা নুংঙাইরবা ।

- মরুপ্না - মরুপ সৌরজগতকী খ্বাইদগী শেম্ফোক লৈবা কোলেজ অমা মাঙ্দা লৈরে।

- শেম্ফোক লৈবা কোলেজ হায়বদি করম্বা মখলগী কোলেজনো মরুপ ?

- ঐনা শেম্ফোক লৈবা কোলেজ হায়রিবসি ইঞ্জিনিয়ারিং কোলেজবুনিদা। ইঞ্জিনিয়ারিং কোলেজ অসিনা খ্বাইদগী শেম্ফোক লৈ। কোলেজ অসিগী ছাত্রশিংনা তম্ন-তম্না শাখিবা বিল্ডিং, থোং, ওভরব্রিজ সোরোক ঙাক্তনি হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না শিজিন্নরিবা উরিবশিংসে। ঐনা মথক্তা হায়জখরে সৌরজগত্তা থিকা সিষ্টেম লৈতে হায়দুনা। অদুবু তঙাইফদনা ইঞ্জিনিয়ারিং কোলেজ ছাত্রশিংগী তাকপী-তম্বীনবগী মতাং লাক্লবদি ইঞ্জিনিয়ারিং কোলেজদা থবকসি শিন্নে, হায়বদি থিকা পী মসিদা ঐনা শেম্ফোক লৈ হায়জরুবগী মরমদি ছাত্র ওইরিবশিং অদুনা লেবর ওইরবনিনা লেবরদা চৎখিগদৌবা শেল অদু লেমজরে, অরেম্বা শেনফমশিংদুনা ইদুকেসন ডিপার্টমেন্টতা কাবে। ডিপার্টমেন্টনা স্কুলশিংগী অৱাৎ-অপা অদুনা শিজিন্নরে। কনাগুম্বা মীওইনা বিল্ডিং অমা শানিংবা লৈরবসু কোলেজ অসিদা উরনগা ড্রোইংনচিংবা যেক-খোৎলগা চংগদৌবা শেলগী ষ্টিমেৎ শারগা ইঞ্জিনিয়াররিং কোলেজ অসিনা শাই। অসিদগীসু আয় য়াম্না লাকই। তম্বগা লোয়ননা শাবা অসিনা থবক পুম্নমক নিয়মগী মতুংইন্না তৌরকপনা মতম য়াম্না । লম্বীথোং শাবদা ছাত্রশিংনা তম্বগী ওইনা তৌবা থবক অদুদি প্রজা কনানসু মখোয়দা অয়েৎপা পীদ্রে। অসিগুম্বা কোওপরেসন পীনবা অসিনা মরম ওইদুনা সৌরজগত পুম্বদা ফ্রি ইদুকেসন পীবা ঙম্লিবনি। বিভাগ, ডিপার্টমেন্ট পুম্নমক্তগী চাওবসি ইদুকেসন ডিপার্টমেন্টনি। সিগী মথক্তা খ্বাইদগী চাওবা ডিপার্টমেন্টনা ঙাকশেনগী ডিপার্টমেন্টনি। ইদুকেসন ডিপার্টমেন্টকী মশাগী ওইবা বেঙ্ক লৈজে। ষ্টেট খুদিংমক্তা ব্রাঞ্চ অমমম লোয়না লৈ। অদু মরুপ চংদুনা ঙাইহাক য়েংখিসি হায়বরা ?

- হোয় য়েংববুদি য়েংনিংই, ঐনা করি খঙদুনা হং-খোত্নুনা তৌবদি য়াদ্রে। মখোয়গী লৈরিবা খুৎশু-খুৎলাই মচাক-মথুম য়েংগদৌবা মঙাইরে। ঐগীদি মরুপ্পা তাকপীরকপা অদুনা অদুম য়াজরে।

- হায়রিবা ব্রাফমসিদি তরাইবা নত্তে, মরমদি ঐসু ইঞ্জিনিয়ার অমা নত্তবনা। মতাং অসিদা নিংশিংলক্লে মরুপকী ব্রাফম।

- ঐগী করি ব্রাফম্লো মরুপ নিংশিংলকইববো ?

- হংবদা কল্লু পাউখুম ফংদ্রবসু মহুত্তি মাঙ্দে হায়বা ব্রাফমদুনিদা।

- হোয় ! মতাংসি য়ৌরক্লবদি মদুনা কান্নগদৌবা মাল্লক্লে। (মরুপসু নোক্লে ঐসু নোক্লে)

- অদুদি গাড়ী থৌজিল্লগে মরুপ।

- য়ারে থৌজিল্লসি। গেৎপু শো লোল্লিনে মরুপ।

- অদুবুদি চৌকিদার কৌথোক্লগা হাংদোকহনবা তাইদনা। (মরুপ্পা গেৎ মমাঙদা গাড়ী থৌজিল্লগা হোরোন শাংন-শাংনা খোংবদগী চৌকিদার থোক্লক্লগা কনা উনবিগদৌবনো হংলে। মরুপ্পা প্রিন্সিপাল অমুক্তা উনজগে, চঙলকপা য়াগদরা য়ারোইদরা অমুক্তা হংবিরকউ; ঐহাক রাষ্ট্রপতিগী কন্সল্টেন্ট ওফিসারনি হায়বিয়ু। মরুপ্পা শক হেক তাকপদুদদি চৌকিদার অদু মখুৎ লোন্নরগা নমস্কার তৌরম্লগা ঐ অমুক্তা চংজরুখিগে হায়রম্লগা চৎখি। চৌকিদারগা প্রিন্সিপালগা থোক্লকই, প্রিন্সিপাললনা মরুপ্তা নমস্কার তৌই, মরুপ্লসু নমস্কার হায়দুনা ওকই। মরুপ্পা ঐবুসু শক তাকই, প্রিন্সিপাললনা ঐঙোন্দসু নমস্কার তৌদুনা ঐগা খুৎ শোক্লে। প্রিন্সিপাললনা লেঙশিল্লসি হায়বদগী গাড়ীদু গেত্তুদা থম্লম্লগা মরুপ ঐখোয় অনীসু প্রিন্সিপালগী কাদা চংলে।

- ঐগী মরুপসি ভারত্তগীনি। সরকারগী থবক্তগী রিতায়ার তৌরবা মতুংদা মতম লেনবা ওইনা সৌরজগতসিদা ষ্টদি টুর ওইনা লেঙকপনি। ঙরাং নহান্দগী ঐখোয় টুর তৌদুনা লাকপনি। ঙসিদি প্রিন্সিপালগীসিদা য়েংলুসি লোয়ননা স্কুল কোলেজ খরসু য়েংলুসি হায়দুনা লাকপনি।

- প্রিন্সিপাললনা - য়াম্না নুঙাইজরে - ঙসি সারখোয় লেংশিনবিরক্নুনা অতিথি সেবা ফংহনবিবসি (প্রিন্সিপাললনা অসিদা হায়রিঙেদা কয়াদা থুনা থৌরাং তৌরকখ্রবনো চৌকিদারনা ট্রে অমা ঐখোয় অহুম্নগী চাওর-চাওরবা প্লেট অহুমদা

পরোথা মরি-মরি, শাক-সবজী, দহী গিলাস অচৌ-অচৌবা অহুমগা মিনরেল ৱাটর বোটল অহুমগা পুথোক্লক্তুনা টেবল মথক্তা থম্লরে।) প্রিন্সিপালনা সার হাওব-হাওতবা থিবিদনা অতিথি সেবানি খনবিদুনা অমুক্তা লৌখৎপিয়ু হায়দুনা মখুৎ লোন্নরগা মরুপ ঐখোয় অনীদা হায়জরক্লে।

মরুপ্না - ঐখোয়দিঙসিগী ওইনা ঙসাই পুং তরেৎমখাই অদুৱাইদা চাক চারগা লাক্লবনি। ঐখোয় চাজররোই প্রিন্সিপালদি চারমহৈরোই প্রিন্সিপাল ওইনা হাবিরো ঐখোয় ঙাইজগে।

- এ! অদুদি তৌবিগনু অতিথি সেবানি ঐনা তৌজরিবসে, লৎনবিগনু ঙসাই পুং তরেৎমখাইগীদুনা ব্রেক ফাষ্টনি হায়না খনবিরো, অদুগা হৌজিক্কীসিনা লন্সনি হায়না খনবিরো। হৌজিক পুং তরা মখাই তারে লন্সকী মতমসু ওইরবনি।

- (মরুপ্না ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা) মরুপ কমদৌবা ?

- (ঐনা খুম্মী) অতিথি সেবানি প্রেম দণ্ডনি,, সিবু থাদোক্তুনা চৎপা য়ারিবরা?

- ফরে অদুদি লন্সনি হায়না খল্লগা লৌখৎপা তারেনে।

- প্রিন্সিপালনা সার লৌখৎলসি অদুদি।

- মরুপ্না য়ারে লৌখৎলসি - মরুপ লৌখৎলসি প্রেম দণ্ডি ওইরবনিনা। মশুন্না ঐখোয় অহুম ৱারী শান-শানা চাবা হৌরে।

- ঐখোয চাবা হেক হৌবগা কোলেজগী পুং তাবগী কাংসি যৈরকপগা চপ মান্নখরে! চানা-চানা মরুপ্না প্রিন্সিপালদা হংই - কোলেজসিদা বিভাগ কয়া লৈবগে, বিভাগশিংদুনা করি করিনো ?

- প্রিন্সিপালনা -বিভাগ অনীখক্তনি। অমনা পব্লিক ৱাক্স অনীশুবনা ইলেক্ট্রিসিতি। ছাত্রদি কয়া কয়া ওইরবনো ? ছাত্রদি লিশিং অমমম্নি। চহি কয়া কয়ানো কোর্স অমমম্দা? চহি মরি-মরিনি।

- ছাত্র নুপা-নুপী মশিংদি ? পব্লিক ৱাক্সতনা নুপীনা মশিং হেল্লি ইলেক্ট্রিসিতিদনা নুপানা। হেন্দোক-হেঞ্জিন নাইরিবসিগী মরম করিনি হায়না খনবীবগে ? মসিগী মরমসি ইলেক্ট্রিসিতিদনা পোষ্টনুং অৱাংবা কাবা খোৎপসিদা চিংনবা লৈরমগদ্রা, অদুবু ইলেক্ট্রিসিতিদা নুপী সুকয়াও য়াওদবগী ৱাফমদি নত্তে, মশিং খরা তাই

হায়বগী ৱানি। বোর্ডিংদি - নুপী-নুপা তোঙান-তোঙানলি। হোয় মখোয়-মখোয়গী অপাম্বা হায়বতাই অৱাংবা কাবগীদি মমাঙঙৈগীগুম্না কৈরাক কাবদি হৌজিক্কী মতমদদি লৈরম্লরোই। মেছিন্না অদুম শিজিন্নখ্রবনিনা। সাব চাবা থকপা লোইরগা অসুম ঙাইহাক পোথাবা ওইনা চত্তুনা অমুক্তা য়েংউসি হায়বরা ? মরুপ্না ঐঙোন্দা য়েংলকই - ঐনা চত্ত্রবসু য়ারে খঙনিংবমখৈ প্রিন্সিপালনা লোয়না তাকপিখ্রবনিনা। মরুপ্না য়ারে চঙদুনা য়েংদ্রবসু, হৌজিক্তি চাবসু লোইরবনিনা ঐখোয় অমুক চৎখিবা তারে। অসুম্না চরা অমা চারবা মতুংদা প্রিন্সিপালনা গেট ফাওবা থিন্দোক্লক্লগা বিদায় তৌনরগা ঐখোয় মথং ষ্টদিগীদমক্তামফম অদু থাদোক্লম্লে।

----

# তরানিথোইশুবা তাঙ্কক

অঙকপনি সৌবজগত, মরুপ্পা থৌরিবা কারসি স্পিড হুম্ফুদগী মরিফু ফাওবা ওইরমগনি। লম্বী অদু হান্না চৎখ্রবা লম্বী ওইরবোই নিংই ওইরমদে। লৈরকসু সোরোকসু ইমান-মান্নে। থৌই মাসু পংথৌদা, খল্লি ঐসু পংখন্দা। লম্বী সোরোক্তা অঙাং অমা চৎলম্বা, ষণ অমা চৎলম্বা শুকথেং-থেংনদে। খোঙনা চৎপা মীসু থেংনদে। হৌরিবা উপাল-ৱাপাল, হৈপাল-লৈপাল পুম্ন মক্কুনা সৌরজগত তশেংনা জঙ্গল ওইনা উহল্লি। অসুম চংশিল-চংশিল্লক্লগনা লৈবাক অমফাওবা উবা ফংদে। ফুট চামা য়াঙ্খ্রে পাকপা সোরোক নাক-য়েংকী ফুটপাথ অদুগা থংনবদা মিটর তরারোম পাকপা মফম উহে পানবা উপাল, মনা পুংবা মচু মমেলগী লৈতনা জুম-জুম শাৎলবা নেমতক-নেমতক তৌরবা উপালশিং অদুগী মরক ফাওবা কোইলাসনা শৃৎ-শৃৎ নাল্লি। রোদ ক্রোশিংগী মিনট খরা লেপ্পদুদা কার বস চাতরেৎ চানিপাললোম ওইগনি, মিনিট মরি-মঙাদুদা লেপলিবা গাডীশিং। অসিননি ঐনা খোঙনা চৎপা মী অমা ফাওবা উদে হায়রিবসি। ঐখোয়গী ভারত্তা তৌদবদি নত্তে তৌই দিল্লি, মুম্বাই, কোলকতা, চেন্নাইনচিংবশিংদা। খেন্নরিবদি লম্বীগী পাকপা-চাওবদনি। নোংমগী লম্বী, গাড়ী থৌদুনা লাকপদা স্পিড বেকর অমফাওবা থেংনদে। মরুপ্পা খুদাং হাইফেৎ থাঙ্গৎলগা ঘড়ী য়েংলগা হায়রকই।

- মরুপ হায়স্কুল অমা লৈরে চংখিসিরা ?

- অদুদি য়াম্না ফৈনা চঙ্ড্রিবা উদ্রিবশিংদি ঐদি অমত্তা নাম্থোকহন্নিংদ্রবনি।

- অদুদি গাড়ী থৌজিল্লসিকো।

- ফরে থৌজিনবিরো।

অসুম্না মরুপ্না গাড়ী গেট মমাংদা খান্নগা হোর্ন শাংন-শাংনা অনীরক খোংলগা গাড়ীদগী কুমথদুনা গেট পায়দুনা কোইয়েং য়েংই- চৌকিদার উনরমান্নে - খুৎ খত্তুনা কৌই। চৌকিদার লাক্লগা গেট শো হাংলে। চৌকিদারনা গেট হাংবগা মরুপ্না গাড়ী থৌজিল্লগা প্রিন্সিপালগী কার থাদুনা লৈরিবা মনাক অদুদা কার থৌজিল্লগা খান্নে। মরুপ গাড়ীদগী কুমথরগা প্রিন্সিপালগী কাদা চংখি। মিনিট অনীরোমগী মতুংদা প্রিন্সিপালগা মরুপকা থোক্লকই। ঐসু গাড়ীদগী কুমথৈ। প্রিন্সিপালগা ঐগা হেন্দ-শেক তৌনৈ। প্রিন্সিপালনা কাদা লেংশিনসি হায়দুনা ঐখোয় অহুম কাদা চংলে। প্রিন্সিপালগী কা য়াম্না চাওই। লৈমাই অদু গালিচা ফিদানা থুংনা কুপ্লি। সোফা সেদ মঙা, অতোপ্পা চৌক্রি তরামুক, সোফা সেদ মঙাদুগী চান্নবা সাইদ টেবল মচা শুনা লৈ। মহাক্কী টেবল অচৌবা অদুগী মথক্তা কল্লব টি.ভি. অচৌবা সাইজগী অমা, রেডিও তেপ য়াওবা অমা, টেলিফোন অমা অতৈ ওফিসার অমগী টেবলদা লৈফম থোকপা পোৎ পুম্নমক অমত্তা ব্রাত্তনা লৈ। মাগী চৌক্রি অদুনা কোইরৈ লৈবীগী জাত অদুনি। মরুপ ঐখোয় অনীসু মানা ফম্লিবা পরেং অদুদা সোফা অমমম্দা ফম্মি। ঐনা টি.ভি. অচৌবা হায়রিবা অদুদা ওঝাশিংনা কা মনুংদা লাইরিক তম্বীবা অদু য়েংদুনা লৈবা ওইরম্লে। মরুপ্না হংই - টি.ভি.দা উরিবসিবু করি ক্লাসকী ওইরবনো ?

- প্রিন্সিপালনা ক্লাস তেনগীনি সার।

- ক্লাস তেনখত্তগীরা সিদা উরিবসিবু ?

- নত্তে, ক্লাস লোইনমক্কীনি। ক্রাপকী য়াওদনা বিল্ডিং অসিদা কা কুনমঙা লৈ হায়বদি ক্লাস তৌবা রুম কুনমঙানি। রুম কুনমঙা অসিগী চেনেল কুনমঙা লৈ। চেনেলশিংসি হোংল-হোংলগা ক্লাসতা ওঝানা তম্বীরিরা, ছাত্রনা করি তৌরি পুম্নমক্কু ঐনা সিদা য়েংজবনি, তাজবনি। মথোল মরি-মঙা অসি ঐনা লোয়না চৎ-চত্তুনা য়েংলুবা ওমদবনিনা। মরুপ্না ঐ লাকপগী মরমদা ব্রারী লোইনা শাখরে। হেদ ক্লার্কনা কম্পুটরদা তাইপ তৌরগা প্রিন্সিপালদা পীররে। প্রিন্সিপালনা মাগী কাদগী মাইক্রফোন্দা কা কুনমঙামক্তা নোটিশ অদু লাওথোকখি। প্রিন্সিপালগী টি.ভি. লৈরিবা মনাক অদুদা অচৌবা মেছিন অমা লৈ।মদু চেনেল হোংদোক-হোংজিনগী ওইরমান্নে। প্রিন্সিপালনা হান্নগীদু ওফ তৌরগা ক্লাস সিক্সকী ওন হেক হৌবদা ছাত্রশিং মপান থোক্লবা উই। প্রিন্সিপালনা ওঝদুদা মাইক্রফোন পায়রগা হংই - করিগীনো অঙাংশিং মপান থোক্লিবদো ? ওঝানা খুন্নকই -

মপান্দা প্রাক্টিকেল অমা তৌনবনি। করিগী মতাংনো? ফিলোসোফিগীনি। প্রিন্সিপালনা ঐখোয়দা ওনশিল্লক্লগা সার মপান্দা ক্লাস সিক্সকী ফিলোসোফিগী ওইনা প্রাক্টিকেল অমা তৌগদৌরি। মসি য়েংবিনবা অদুগা হেদ ক্লার্কনা গাইদ ওইরগনি অতে পুন্নমক য়েংবিবা য়ারগনি। প্রিন্সিপালদা ঐখোয় অমুক্তা য়েংজরুখিগে হায়রল্লগা হেদ ক্লার্কনা ঐখোয় অহুম প্রিন্সিপালগী কাদগী থোক্লক্লে। ক্লাস সিক্সকী কা গ্রাউন্দ ফ্লোরদা ওইরম্মী। ছাত্র লোয়নমক মপানদা পরেং অমত্তদা কোইনা লেপ্লম্মী। মখোয়গী মমাং-মমাংদা চফুমচা, অচৌবা শা-উচেক্কী শক্তম শাবা অমমম্ লৈরম্মী। ফোর গ্রেদ মরিনা চফুশিং অদুদা চফুদুগী তম্খাই-তম্খাইফাওবা ঈশিং হৈরি। অঙাংশিং অদুগী মখুৎ অমদা মা-মাগী মমাংদা লৈরিবা চফু অদুগী মমায় কুপ্পা থুংগদৌবা চে মচেৎ অমমম্ অদুগা থগাই অমুক শাংবা চৈ, চাউবনা চৈদুনা অমুক থাবদা চফুদু কায়গদৌবা সেন্টিমিটর কুনগুম্বনা কোনবা ওইগনি। অদুগুম্বা চৈ অমমম্ পায়দুনা লেপ্লি।

ওঝানা অঙাংশিংদা হায় - অঙাংশা নখোয়না অতিয়াদা অমুক্তং নুমিৎ কয়া লৈবগে (থোকপগে) য়েংউ। অঙাংশিংনা ওঝা নুমিৎ অমখক্তমক থোকই/ লৈ। ওঝানা হায় - ফরে অঙাংশা নখোয়-নখোয়না পায়রিবা চে অদুনা নমাঙ্-নমাঙ্দা লৈরিবা চফু অদুগী মমায় অদু কুপশিল্লো। ছাত্রশিংনা - ওঝ কুপশিঞ্জরে। ওঝানা - নখোয় লোয়নমক্লা চে অদুগী মচি অমদা নখুৎশিংনা পায়রগা ফম্মো, ঐনা অমা অনী অহুম হেক হায়রকপদা চে অদু তপ্না চফু মমায়দগী চিংথোকউ - নখোয়না চে অদু তপ্না চিংথোকপা মতমদা চফু মনুংদা করি চঙখিবা উহৌবগে য়েংউ। ফরে হৌজিক নখোয় লোয়না থৌরাং তৌদুনা লৈরো। ঐ মশিং থিরক্লগে। ছাত্র ময়াম্না- ওঝা থৌরাং তৌজরে মশিং থিবিরক্লো। ওঝানা ফরে ঐ মশিং থিবা হৌরে - অমা, অনী, অহুম। ছাত্রশিংনা চে অদু তপ্ন-তপ্না য়াম্না মুন্না য়েংলগা চিংথোক্লে। ওঝানা হংই - অঙাংশা, নখোয়গী চফু মনুংদা করি লৈবগে মুন্না য়েংউ, ছাত্রশিংনা চফু মনুংদা মুন্না য়েংলগা হায়নরকই - ওঝা চফু মনুংদা নুমিৎ অমমম লৈ, ছাত্র পুন্নমক্লা হায়নরকই। ওঝানা ঙসাই নখোয়না চে অদু তপ্না চিংথোকপা মতমদা নুমিৎনা চফু মনুংদা চংখিবা নখোয় কনা-কনা উহৌই ? উহৌবা ছাত্রশিং নখুৎ থাঙ্গৎলু। ছাত্র অমফাওবা খুৎ থাঙ্গৎলক্লে। ওঝানা হায়রকই - অঙাংশা নখোয়গী মাং-মাংদা লৈরিবা চফুশিংদো নখোয়-নখোয়গী হকচাংনি হায়না খল্লো। ছাত্রশিংনা খঞ্জরে ওঝা হায়রকই। ওঝানা অতিয়াদা নুমিৎ অমখক্তা লৈ (থোকই) অদুগুম্বা নুমিৎ অদুগী মমি নখোয় ছাত্র

মরিফুগী চফু মনুংদা অমমম্ লোইনা লৈ। মতৌ অদুগুম্না ঈশ্বরদি অমখক্তনি অদুবু মী খুদিংমক্তা মহাক্কী শক্তম ওইবা আত্মা (থৱায়) অমমম্ লৈ হায়বসি নখোয় লোইনা থাজরবরা ? ছাত্র পুম্নমক্না খোঞ্জেল অমত্তদা - ওঝা ঐখোয় লোইনা থাজরে। ওঝানা - ঈশ্বর অমত্তনি, মহাক্তি মফম খুদিং শিন-থুংনা লৈ হায়বসি নখোয় লোইনা য়ারেকো। ছাত্র পুম্নমক্না - ওঝা ঐখোয় লোইনা য়াজরে। অদুদি ফরে হৌজিক নখোয় লোইনা হৌগৎলো। ছাত্র- ওঝা ঐখোয় লোইনা হৌগৎচরে। ওঝা- নখোয়-নখোয়গী নখুত্তা পায়রিবা চৈ অদুনা চফু মমায় অদুদা অমুক থাবদা কায়ননবা মওংদা থাগদৌবনি। অদুগা মুন্না ঙসাইগীদৌনা য়েংগদৌবনি, চফু মনুংদা য়াওরিবা নুমিৎ অদুনা চফু মনুংদগী থোকখিবা উহৌনবা। অদুদি হৌজিক ঐনা মশিং অহুম ফাওবা থিরগে - অহুম হেক হায়রকপগা চফু মমায় অদুদা চুম্না ফুথগদৌবনি। ঐ হৌরগে - অমা, অনী, অহুম। অঙাংশিংদুনা চফু অদু পোপ-পোপ লাওনা লোইনা থুগাইরে। ওঝানা - নখোয় খুদিংমক্না থুগাইখিবা চফু অদুদা ঙসাই লৈরম্বা নুমিৎশিংদো হৌজিক লৈরিবরা য়েংউ অঙাংশা। ছাত্রশিংনা ওঝা হৌজিক্তি অমত্তা লৈত্রে। ওঝানা - নখোয়না চফুদু থুগাইবা মতমদা চফু মনুংদগী নুমিৎনা থোকখিবা কনানসু উহৌবা লৈতে। ঙসাই চফু মনুংদা নুমিৎনা চংখিবসু নখোয় কনামত্তনা উবা ফংহৌদে। মতৌ অসিগুম্না পোক্লকপদা অমদি শিবদা আত্মা (থৱায়)না চংলকপা থোকখিবা ঐখোয কনানা উবা ফংদে হায়রিবা ৱাফম অসি নখোয় পুম্নমক য়ারেকো অঙাংশা? ওঝা য়াজরে, ঐখোয় লোইনা য়াজরে। ওঝানা - ফরে অদুদি চৈশিংদু থম্লম্লগা নখোয়গী ক্লাসতা চংখ্রো। অঙাংশিংনা মচিন্দা ৱা অমত্তা ঙাংদনা তুমিন-তুমিন ক্লাসতা চংদুনা মা-মাগী মফমদা ফম্লখি। হেদ ক্লার্কনা ঐঙোন্দা, সার হংবিনিংবা ৱাহং ওঝাদা হংবিম্না য়াগনি হায়রকই। ঐনা ওঝাদা হংই - ওঝা করিগী মতাংদনো প্রাক্টিকেল ওইনা হৌজিক অঙাং ময়াম্না চফুকা থুগায়দুনা তৌখিবদুবু ?

ওঝা - ক্লাসতা তেক্সকী মতুংইন্না পারা অমা তশ্বী পারা অদুদি অসিনি।

নশাদা য়োমশিল্লিবা মায়া লাংদো লৌথোকউ।
মতম অদুদতা নঙনা ঈশ্বরবু ফংগনি॥
মী খুদিংমক্কী হৃকচাংদা, লৈবনি লেঙ্দনা ঈশ্বরনা।
হায়রুনু, ঙাঙ্লুনু অকনবা ৱাহৈ ৱাতা॥

ঈশ্বরদি অমত্তনি, ময়াম নত্তে।
ফংলোই উবসু মায়াগী মিত্তুনা, খনজরগা উগনি
থম্মোয়গী মিত্তুনা।।

অসি তম্বীরকপগী মতাংদা ছাত্র অমনা, মীপুম খুদিংমক্কী মফমদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজজদে, ওঝানা অদুগী প্রমান পীদুনা তাকপীয়ু। 'ঈশ্বরদি অমত্তনি ময়াম নত্তে', ব্রাফম অসি খুদম পিদুনা তাকপীয়ু। 'ঈশ্বর লৈ, উবা ফংলোই মায়াগী মিত্তুনা, ব্রাখলনা উবা করম্না ফংগনি তাকপীয়ু। অসিগী মতাংদনি ঐনা অঙাংশিংগী খঙনিংবা চিংনবা পুম্নমক কোক্লবা হোৎনজরম্বনি। য়াম্না নুংঙাইজরে ওঝা ওইবশিংনা অঙাংশিংগী চিংর্বশিং কোকহনবিদুনা ফজনা, নিংথিনা তাকপীবগীদমক্তা ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইসনু নমস্কার। ওঝাদুনসু যাম্না নুংঙাইজরে নমস্কার তৌরম্লগা ক্লসতা চংখরে। মরুপ্পা কদোমদা চৎশিগে মরুপ হংলকই। ঐনা মথং-মথং হায়বদগী হেদ ক্লার্কনা অদুদি শোমদা লেংবীবক্লো হায়দুনা মানা লমজিংলগা চৎলে। হংই মরুপ্পা - ইবুংঙো স্কুল অসি হৌজিক ছাত্র কয়া লৈ ? হেদ ক্লার্কনা- হৌজিক-হৌজিক ঐখোয়গী অসিদা লৈফম থোকপা ছাত্র মশিং শুনা অদুম লৈ। লৈফম থোকপা হার্য়াববসি ছাত্র লিশিং অমগা চামঙানি লোয়নমক বোর্ডিংদা লৈবা ঙাক্কনি। ফাষ্ট ফ্লোরদগী সেকেন্দ ফ্লোরদা লিপ্তা কারে। য়েংই কা অমদগী কা অমদা। হেদনা কা মনুং চংবীগদ্রা হংই, ঐনা চংদ্রবসু য়াগনি মপান্দা অসুম য়েংগে ইবুংঙো, ঐনা খুম্মী। কা-কা লোয়না চৎলুরে। কা পুম্নমক চপ হেক মান্নে। কা অমদা নাক-য়েং অনীদগী ইয়ার কুল্লর অমমম্ শিলিং ফেন মরি-মরি ছাত্রগী ফম্ফর্মশিংদি উপু য়াওবা টেবল অমা ঙাথফম য়াওদবা ফাল অমমম্। ব্রাংবা চাওবদি ছাত্রশিংগা চপ-চপ চানবা ওইনা লোয়না তৌই। ব্লেক বোর্ড লোয়নমক ব্রালদা ফিক্স তৌবা ঙাক্তা ওই। ফ্লোর খুদিংমক্কী তোইলেট অহুম-অহুম লোয়না লৈ। ওঝা খুদিংমক লোয়না লেসন প্লান তৌই। টিচিং এদ লোয়না শিজিন্নে। কা পুম্নমক্তা লাউড স্পিকর অমমম্ লোয়না লৈ। কা পুম্নমক সাউণ্ড প্রুফনি। ব্রা লাওনা ঙাংবা ওঝানা পারা তাকপদা কা অমগা কা অমগা অমত্তা তানদে। হেদ ক্লার্কতা ঐনা হংই - ইবুংঙো ক্লাসতি কয়া লৈ ? হেদ ক্লার্কনা - সিক্সতগী তুয়েল্ভ ফাওবা লৈ। লৈরিবা কম্পুটরশিংসি মখল কয়া শুই ? হেদ- হৌজিক্কী মতমগী শিজিন্নরিবা কম্পুটরশিংসি মখল শুনা লৈ। ক্লাস সিক্সতগী তুয়েল্ভ ফাওবা কম্পলসরিনি। রেডিও, টি.ভি. শেম-শাবা অসিসু কম্পলসরিনি। অতৈ ভোকেস্নেলগী কাদি

মখাদা অচৌ-অচৌবা শঙ্ মরি লৈরিবা অসিদা তম্মী। মরুপ্না হংলকই - মরুপ য়ারদরা ? য়ারে মরুপ কুমথরসি। ঐনা হেদ ক্লার্কতা হংই - ইবুংঙো আদা মখাদা লৈরিবা হোসপিটাল অসিবু পব্লিকীরা স্কুলগীরা ? হেদনা স্কুলগীনি। ফমুং কুনমঙা লৈ। মেদিসিনগী ডাক্তর অনী লৈ। নর্স তরুক লৈ এটেন্দেন্ট অনী পুন্না ষ্টাফ তরা লৈ। অদুগা ইবুংঙো ফয়ার ব্রিগেদ অসিদি ? হেদ ক্লার্ক- ফয়ার ব্রিগেদকী অচৌবা গাড়ী অমা মচা অমগা অনীখক্তনি। অদুদি য়ারে কুমথরসি। অসুম্না ঐখোয় অহুম লিপ্তা কুমথরক্লে। মরুপ্না হংলকই -

- মরুপ অতৈ কশি য়েংসিগে ?

- য়ারে মরুপ লেংলসি অদুগা কোলেজ অমমুক য়েংউখিসি। অসুম্না ঐখোয় অহুম প্রিন্সিপালগী কাদা চংলে। প্রিন্সিপালনা অতৈ করি হংবিনিংবা, য়েংবিনিংবা লৈরিবা সার ? মরুপ্না য়ারে। অতৈ কোলেজ খরগা য়েংউখিগে, অদুদি ঐখোয় অমুক চৎচবগে হায়দুনা মরুপকা ঐখোয় অনী হৌগৎলি। ঐখোয়না হেক হৌগৎপগা ফোরগ্রেদ অমনা করি কবিনো ত্রে অমদা হাপ্লগা পুশিল্লকই - প্রিন্সিপালনা সাব শুপসি অনমমতা থকমিন্নখিসি অমুক্তা ফম্বীখো হায়বদগী মরুপ ঐখোয় অনী ফমথরে। প্রিন্সিপালনা বনানা শুপ গিলাস অমমমগা হৈনৌ অমুনবা অখায়বা প্লেট অমমমগা ঐখোয়গী মাংদা থম্লগা সার অমুক্তা লৌখৎপিয়ু হায়রকপদগী মরুপ্না - ঐঙোন্দা মরুপ ঙাইহাক ফমখিবা তারে। ঐখোয় ফম্লগা চামিন্নরে।

চানা-চানা ঐনা হংই - ঐখোয়গী প্রিন্সিপালদি য়াম্না ৱারমগনি। ওঝাদি সিদা অসুম লৈরে ? লৈরে হায়বতাই অঙাং লিশিং অমা চামঙা হোৎনবসিদি তরাইবা থবক্তি নত্তে।

- ষ্টাফশিংসু হোষ্টেলদা লোয়না লৈবরা ?

- লোয়না লৈতে, হোষ্টেলগী সুপরিন্টেন্দেন্ট অমা এসিষ্টেন্ট সুপরিন্টেন্দেন্ট অনী পুন্না মখোয় অহুম লৈ। মখোয় অমমমগা অঙাং চামঙা-চামঙাগা পান্নরি। পি.টি. গেমস এণ্ড স্পোর্টসকী ওঝা তবানিথোই অসিনা অঙাংশিংগা পুন্না চামিন্নরে। ডাক্তর, ইলেক্ট্রিক, ফয়ার ব্রিগেটশিং ষ্টাফশিংদি ক্বার্টরদা লৈ। মশা-মশাগী মরনাই থোংদুনা চানবা ঙাক্তনি। হাউস রেন্ট পীবনিনা ওঝাশিংসু অনকপদা লোয়না লৈনৈ। হৌজিক হৌজিক ফাওবদি সরকারনা ওঝা পুন্নমক্কী

ক্বার্টর শুনা পিবা ঙমদ্রি, সোমদা নোংপোকলোমদা শাগৎলকইবশিংসি ওঝাশিংগী ক্বার্টর ঙাক্তনি। অসি শাবা হেক লোইবদদি ওঝাশিংসু ক্বার্টরদা লোয়না লৈরগনি। মতম অদুদদি অব্রাবা খরা কোক্লনি হায়না খল্লি।

- কম্পাউণ্ডগী অব্রাংথংবদা লৈরিবা আইরন পোষ্টনা খাজিল্লগা --

- ও! মসি ব্লাটর সেতনি। বিল্ডিং ময়াম অসিগী য়ুম্ফম থোন্নবগী লৈবাক লৌথোকখিবা মফম্নি। মসি শাংবনা মিটর চামনি,অদুগা পাকপনা মিটর কুন পাকই। মনুংগী মপান অমসুং লৈমায় লোয়না পাকানি। মথক্তা মিটর অমা হৌগৎলগা সাত হৈরগা মথক কুপশিনবনি।

- মসিগী ঈশিংদি ?

- মসিগী ঈশিং অসি টোটি পাইপ অহুম্না অহিং-নুংথিল নাইদনা পীরি। নাক-য়েৎ অনীমক্তা হেন্দ পম্প নিফু-নিফুনি লৈরিবসি। ছাত্র লিশিং অমা চামঙানা ঈরুজবা মফি-মরোল শুবা অসিদা লোয়না তৌই।

- চাক থোং-থাকপগীদি ?

- চাক থোং-থাকপগীদি কিচন রুমদা টোটি নিপাল লৈ অদুদগী শিজিন্নৈ। (মরুপ্পা - মরুপ চৎপা য়ারব্দরা অতৈ হংগদৌবা ?

- ঐনা য়ারে মরুপ লেংলসি হায়বদগী ঐখোয় অনী হৌগৎলে। প্রিন্সিপালসু গেট ফাওবা থিন্দোকচগে হায়দুনা ঐখোয়বু গেট ফাওবা থিন্দোক্লে। প্রিন্সিপালগা বিদায় তৌনরগা ঐখোয় মথং খোঙচৎকীদমক অমুক খোঙশাল্লক্লে।

------

# তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক

- মরুপ, ক্লাস নাইনগী কাদা ওঝাদুনা গিলাস অনীদা ঈশিং তঙ্খাই-তঙ্খাই হাপ্লগা অঙাংশিংদা তাকহৌরিবা অদুবু করি মতাংনো ?

- মদুগী মতাংদো - 'ঈশ্বর লৈ, মিৎনা উবা ফংদে, থবক অমসুং ব্রাখলতনা খঙ্বা ঙম্মী' হায়বগী মতাংদা তম্বীবনি। চপ মান্নবা গিলাসতুদা ঈশিং চপ মান্ননা হাপ্লে। অদুগা গিলাস অমদা থুম হাপ্লে। অদুগা গিলাস অমদনা চিনি অঙৌবা হাপ্লে। অদুগা ওঝানা থুম অমসুং চিনি অঙৌবা অদুনা তুমখ্রবা মতুংনা ছাত্রশিংদা হংলি - ঐনা পায়রিবা গিলাস অনীসিদা করি করি য়াওরি ? য়েংউ, অদুগা মসিদা য়াওরিবা পোৎ অদু নখোয়না তাক্লকউ হায়দুনা ওঝানা হংবনি। অসুম্না ছাত্র পুম্নমক্তা হংবদা ওঝা গিলাস্তা ঈশিং নত্তনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা য়াওদে হায়দুনা ছাত্র পুম্নমক্না হায়রক্লবদা ওঝানা অঙাংশিং অদুদা চৈতেক অমনা লুপ্লগা অহানবদা থুম য়াওবা ঈশিং অদু মখুবাক্তা দ্রোপ অমমম্ তাহল্লগা মহাও তংহল্লি। অদুগা অমুক ওঝানা হংই- অঙাংশা মহাও কমদৌই ? ছাত্রশিংনা - ওঝা য়াকই। থুমগী মহাওনি, হায়না খুম্নরক্লে। মতমদুদা ওঝানা অমুক চিনি অঙৌবা হাপ্পা গিলাসতু পায়রবা দ্রোপ অমমম্ মখুবাক্তা তাহল্লগা থুমগী অদুগুম্না মহাও তংহল্লে। ওঝানা হংবদা ছাত্র পুম্নমক্না হন্দক্কীসিদি থুম্মী ওঝা, চিনিগী মহাওনি। অসুম্না তৌরবা মতুংদা ওঝানা অঙাংশিংদা তাক্লি - অঙাংশা হৌজিক নখোয়না য়েংখিবা গিলাস অনীসিদা নখোয়না উখিবদি শুপ্নতগী ঈশিংদমক উখিবনি। ঈশিংদা য়াওরিবা চিনি অমসুং থুমদি নখোয়না উবা ফংদে। মতৌ অসিগুম্না মীওইবা ঐখোয়না জগত শিনবা থুংনা লৈরিবা ঈশ্বরবু মশক উবা ফংদে। অদুগা নখোয়না ঈশিং গিলাস অনীদুদা য়াওরিবা ঈশিংগী তোঙান-তোঙানবা মহাও তংলবা মতমদনা অমদনা চিনি য়াওরে অদুগা অমদনা থুম য়াওরম্লে। মীৎনা

য়েংবা মতমদনা করিসু য়াওবা উদে ঈশিং নত্তনা। অদুগা মহাও তংদুনা য়েংলবা মতমদদি অমদনা থুম, অমদনা চিনি। হৌজিক নখোয় য়ানিংলবরা - ঈশ্বর লৈ, অদুবু মিৎনদি উবা ঙমদে থবক অমসুং ব্রাখল খস্তুরগা খঙ্‌বা ঙম্মী হায়বসে, অসিগী মতাংদনি ওঝাদুনা তম্বীহৌরিবদো মরুপ।

- য়াম্না নুংঙাইজরে, ঐসু উনা-উনা, তানা-তানা ভাব তাবা ঙমদনা অদুম লাক্লবনি। হোরেন মরুপ্তা হংলগে হায়দুনা। হৌজিক্তি মরুপ্না লোয়না তাকপিরবনিনা ভাব তারে য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐদি ঙক্তবা ঙমদে মরুপ সৌরজকতকী ইজুকেসন্দা থাদরিবা শেনফম ময়ামসে। হৌজিক্কী হায়স্কুল অদুমক্তদা খন্নসি -ওন্থোক্লা য়াম্না চঙলমগনি। মরুপ্না খঙ্‌বদা প্রাইমারী, হায়স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটিসি কয়ামরুম শুরমগনি মরুপ ?

- মদুগী লিষ্টতি ঐগী ওফিস্তা লোয়না লৈবনি। অদুবু ঐ খরা হায়জগে মসিমক্লা চপ-চাবা ফিগরমক্তি ওইরোই। ঐনা হাযজগদৌরিবা অসিনদি হেন্নগদৌবদি নত্তে। প্রি-প্রাইমারী অসি ষ্টাফ পুন্দবগী ব্রাখক্তনি কম্পাউন্দি হাযস্কুল/হায়র সেকেন্দরিগা লোয়না পুল্লি। মশিংসি হায় এণ্ড হায়র সেকেন্দরি মশিং পুন্না প্রাইমারীগা লোয়না ষ্টেট কুনমঙা অসিদা লিশিং হুম্ফু তরুক চানী য়াঙ্খে লৈ। কোলেজনা পুন্না চামঙা য়াঙ্খেনি। য়ুনিভর্সিটিনা চনী য়াঙ্খেনি।

- সৌরজগতনা ইদুকেসন্দা অসুক য়াম্না ইম্ফেসিস পীরিবসিবু করিগীনো মরুপ?

- মরুপ ঐখোয়গী শিক্ষা অসিদা শুপ্নতগী লাইবিক তম্বদা নত্তে। পুন্সি অসি নুংঙাই য়াইফনা ইংনা চিক্লা হিংনবগী মচাক পুন্বা য়াওরবনি। শিক্ষা অসিনা মরম ওইদুনা সৌরজগতপু লংলা অমত্তনা চেৎনা পুনশিল্লিবনি। বিদ্যা হায়বসিদি থোইদোক্লা মগুণ লৈখ্রবা বিষয় অমনি। সংসার অসিদা বিদ্যাগা মান্নবা করিগুম্বা পোৎশক অমফাওবা লৈতে হায়বা য়াই মরুপ। সংসারদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কী মতিক-ময়ায় পুন্বা বিদ্যাতনা খঙ্‌বা ঙম্মী। বিদ্যা পিথোক- পিথোকখ্রগা হেনগৎপা লল অমনি। মীয়াম্না ইকাই খুম্নবরিবা পুন্বা বিদ্যাদগী লোয়না ফংবা ঙম্মী। অফ-ফত্তা মীরমচৎ, লাইরমচৎ, শারমচৎ পুম্নমক বিদ্যাদগী লোযনা খঙ্‌বা ঙম্মী। বিদ্যা মহৈ হৈবা মীনা তৌগে খনখ্রবা থবক মায় পাক্লা তৌবা ঙম্মী। বিদ্যা মীওইবগী থোইদোক্লা মতিক মগুণ লৈরবা অথুপ্পা ললনি। শিজিন্নবগী মতুংইন্না বিদ্যা মহৈ লল্ হায়বসিদি অমাঙ্‌-অতা লৈত্রবা কামধেনু অমসুং কল্পবৃক্ষগী মতৌগুম মহৈ পীনহৈবা ললনি। বিদ্যাগী মতিক ময়ায় শিংথাবগী লোইবা

নাইরোই। বিদ্যা অসিনা সংসার ঈপাক ফাওবা লায়না লানবা ঙমহল্লি। জ্ঞান বিজ্ঞান হায়রিবা অমসিসু বিদ্যাগী মমিংনি। বিদ্যা য়াওদনা মুক্তিসু ফংবা ঙম্লোই। মরম অসিনা বিদ্যাবু মুক্তিদায়িনি মুক্তি পীনহৈবী হায়না কৌনরিবনি। মতাং অসিদা ভর্তৃহরিনীতিশতকী মতাং অমা নিংশিলকই। মসি শ্লোক কুনমাথোই শুবদা ওইরমাল্লে।

বিদ্যা নামনরস্য রুপমধিকং প্রচছন্নগুপ্তং ধনং
বিদ্যাভোগকরী যশঃসুখকরী বিদ্যা গুরুনাং গুরুঃ।
বিদ্যা যন্ধুজনো বিদেশগমনে বিদ্যাপরা দেবতা
বিদ্যা রাজসু পুজতে ন হি ধনং বিদ্যাবিহীনঃপশুঃ ।।

- মদুগী অর্থদি করি হায়রিবনো মরুপ ?

- হায়জরক্কে মরুপ - বিদ্যা-মহৈ হায়বা অসিমক্তা মীওইবগী থোইদোকপা শক্তম অদুগা কুপশিন্দুনা থম্বা অরোনবা লল অমনি। মহৈ হায়বা অসিমক্তা চাবা-থকপা মিংচং অমসুং নুংঙাইববু পীনৈ অদুগা বিদ্যা হায়বসি গুরুশিংগীসু গুরুনি। লংফৈ চংলকপা মতমদা বিদ্যা হায়বা অসিমক্তা মরুপকী মতৌগুম তেংবাংই। বিদ্যা ব্রহ্মবিদাগী মশক ওইবা লাইনি। নিংথৌশিংগী মফমদসু বিদ্যা মহৈ হৈবা মীওইবু পুজা তৌনৈ ইকাই খুম্নে, তৌইগুম্বসুং ললবুদি তৌবিদে। মরম অদুনা বিদ্যা মহৈ হৈত্রবা মী অদুদি শাগা মান্নে। বিদ্যাগী মতাংদা চানক্যগী শ্লোকসু অসুম্না থেংনখিবা লৈ -

কামধেনুগুনা বিদ্যা হ্যকালে ফলদায়িনী।
প্রবাসে মাতৃসদৃশী বিদ্যা গুপ্তং ধনং স্মৃতম্।।

বিদ্যা হায়বা অসিদা কামধেনুগা মান্নবা গুণ লৈ। মসিদি অকালগী (প্রকৃতিগী ওইবা অৱা-অনং লাক্লবা মতমদা) মতমদসু মহৈ-ফল পীনবী। অদুনা বিদ্যা হায়বসি মীওইবগী অথুপ্পা ললনি। লংফৈ, মীরৈবাক চংলকপা মতমদা অপোকপী ইমাগা চপ মান্নে। মতেং ফংই।

পুম্নমকশিংসি য়েংলুরগা সৌরজগত সরকারনা বিদ্যা মহৈ তম্বদা জাত-বিজাত থিদনা সৌরজগত্তা পোকপা মীদি সৌরজগতকীনি হায়বা ৱাখল্লোনসিদা হেক ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা সৌরজগত ইদুকেসন পোলিসিসি শেমদুনা খুঙ্গং-সহর খায়দনা পুম্নমক চপ মান্ননা থাক অমদা পুরক্লবা হোৎনবনি। ইদুকেসন পোলিসি

অসিনা সৌরজগত অসিদা খুঙ্গং-সহর অনীগী খেন্নবা করিমত্তা লৈতবনা সৌরজগত্তা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক লোয়না নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নবা ঙম্লিবনি। মচা পোকথোক্লগা মচাবু মহৈ-মশিন নিংথিনা তমহনবা ঙমদবা মমা-মপাদি মচাদুগী য়েক্লবনি হায়বদুদ্দি সৌরজগত্তদি লৈররোই মরুপ। ঈশ্বরগা মরি লৈননা অধ্যাত্মিকী তত্বগা লোয়ননা তন্নকপা লাইরিকনিনা অদুগীসু মথক্তা মমাঙঙৈগী বর্নাশ্রমদা লৈরগা লাইরিক তন্নকপদুগা চপ মান্ননা চহি কুনমরি-মঙা লৈরক্লবনিনা লমচৎ ব্যবহার, থকসি-খাসি ব্রহ্মচার্য্য চত্তুনা পুম্নমক খঙ্দুনা লাক্লবনিনা ঐখোয়গী ছাত্র নহারোল জ্ঞান য়াম্না তাই। মসিসু অহল ওইশিল্লক্লপা ঐখোয়গীদি য়াম্না লাইবক ফবনি। মহৈ-মশিন বিদ্যা.তন্বা হায়বসিদি নহা ওইরিঙৈদা খঙহন-হৈহলহৌবা হায়বসি য়াম্না তঙাই ফদবনি।

- মরুপ ঐখোয়না লাক্লিবসি কিলোমিটর কয়ামরুম ওইরম্লগনি ?

- ঙসিদি মফম অনী অহুম য়েংবসিদা মতম খরা লৌখরে। অদুনা হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না লাকইবসি কিলোমিটর য়াঙ্খ্রে মরিরোম লাকএ। অদুবু চৎখিদৌবা, য়েংখিদৌবা য়াম্না ব্রাৎলি। হৌজিক পুং অমরোমদমক তারি। মরুপ হায়রিঙৈদা এগ্রিকলচর কোলেগ অমমুক থেংনররে। অসিবু চংখিসিরা মরুপ ?

- চংখিসি মরুপ।

- ফরে অদুদি গাড়ী থৌজিল্লগে। অসুম্না মরুপ্না এগ্রিকলচর কোলেজদা গাড়ী থৌজিল্লি। বস গাড়ীদা ছাত্র চামরোম তোংখত্তুনা গাড়ী ষ্টার্ট তৌদুনা লৈরম্মী। মরুপ গাড়ীদগী কুমথরগা প্রিন্সিপাল উন্নরুই। প্রিন্সিপালগা মরুপকা থোক্লক্লে। ঐ গাড়ীদগী কুমথৈ, প্রিন্সিপালগা হেন্দ-সেক তৌনৈ। প্রিন্সিপালনা কাদা ঙাইহাক ব্রাবী-ব্রাতাই তৌরুখিসি হায়বদগী ঐখোয় চংলক্লে। প্রিন্সিপালনা ফোবগ্রেদ অমদা কোফী পুরক্লবা হায়খি। মরুপ্না কোফীকা শেমহল্লুরনুদা ঐখোয় ঙসিদি চা-চাদুনা লাক্লবনি হায়রি। প্রিন্সিপালনা ঐগীসু অতিথি সেবানি অদুনা গিলাস অমমমদি থকমিন্নদবা য়াদে হায়বদগী মরুপসু তুমিন্না লৈরে। ঐনা হংই - বস্‌সু ষ্টার্ট তৌদুনা লৈরে প্রিন্সিপালসু লেংবীগদৌরিবরা ? প্রিন্সিপালনা - ঐ চৎচরোই ভি.পিগা চৎখিগদৌবনি। কদায়দনো চৎনগদৌরিবসিবো? লবুক্তনি - মফম নিপালখক্তা মখোয়গী প্রাক্টিকেল তৌরুগদৌবনি। ঐখোয়না ব্রাবী শানরিঙৈদা বসশিং চৎখরে সোমদনা কোফীবুদি দহীসিনা নুংঙাইগদরা খনবদগী দহী ওইনা পুজরক্লে হায়না চাওরবা গিলাস জগকুম্বা অহুমদা পিক-পিক থন্না হাপ্লগা চিনি চামচ, থুমগা

লোয়ননা টেবল মথক্তা থম্লরে। মাগী দহীসি বরপ উন হাপমাল্লে য়াম্না ইংই গিলাসতু হেক পায়বদা। প্রিন্সিপালনা লৌখৎলসি সার হায়রকপদগী মরুপ্না - মরুপ পায়খৎপিরো চিনিরা-থুম্ল অপাম-অপাম্বা, হায়রকপদগী ঐখোয় দহী থকপা হৌনরে। দহী-লসি থক্ল-থক্লা ঐনা এগ্রিকলচরগী প্রিন্সিপালদা হংই - প্রিন্সিপালগী অসিদা লৈরিবা মেছিন অহনবশিং অসিবু মফমসিদা শিজিন্নববা? অহনবা মেছিনশিংসি কোওপরেটিভ সোসাইটিশিংদা পীনবনি। কোওপরেটিভ ডিপার্টমেন্টনা মেছিনশিংসি ফংবা য়াবগী অয়াবা পীরক্লবা সোসাইটিশিং অদুদা ঐখোয়না পীথোকই। সোসাইটি অমমমদা মেছিন কয়া কয়া ফাওবা পীবগে? সোসাইটি হায়রিবসি কোওপরেটিভ কলেক্টিভ ফার্মিং সোসাইটি/জোইন্ট ভার্মিং সোসাইটি কোওপরেটিভ অনীসিনা খরা হেন্না চাওই। সৌরজগতসিদদি অনী অাস সেমী গোভর্নমেন্ট ডিপার্টমেন্ট ওইনা লৌই মখোয়দা থাদরিবা শেনফম অসি য়াম্না চাওই। কলেক্টিভ ফার্মিং সোসাইটি অমমমদা ত্রেক্তর (ফোর্গুসন) নিপাল-নিপাল/কবোতা, পাব্রারতিলর নিপাল-নিপাল লৌ খাওনবা য়েনবা মেছিন অহুম/অহুম ঈশিং চিংনবা মেছিন মচা-অচৌবা মরি-মরি অসি পী। সৌরজগতকী লৌফল পুম্নমক ঈথৈ কেনেলগী ঈশিং লোইনা ফংই। ঈশিং চিংনবা মেছিন খরা পীরিবা অসিদি থবক খবা থুনা পাঙথোকপা ঙম্নবা শিজিন্নবনি। অসুম্না ঐখোয়গী অসিদা রেজিষ্টার তৌরবা কলেক্টিভ ফার্মিং লিশিং তরুক্কী মথক্তা লৈ। জোইন্ট ফার্মিং লিশিং নিপাললোমনি। ঐনা হংই - হোর্টিকলচরদি? ডিপার্টমেন্টতি অমত্তনি অদুবু বিভাগ-বিভাগ খায়দোক্লে। মরুপ্না মরুপ চাবা থকপা লোয়রবনিনা অমুক হৌগৎলসিরা হায়রকপদগী ঐসু হৌগৎলে মরুপসু হৌগৎলে। প্রিন্সিপালসু ঐসু গেটফাওবা থিন্দোকচগে হায়দুনা ঐখোয় অহুমমক পূন্না গেট ফাওবা থোকমিন্নরক্লে। প্রিন্সিপালগা বাই তৌনরম্লগা মথংগী খোঙ্চৎকীদমক ঐখোয় মফম অদু থাদোক্লম্লে।

**ঐগী ব্রাখল পোখাবা লৈতে। মতাং অসিদদি পুমখেৎ খেন্নখরে, ঐগী ব্রাখল গীতাগী পাউতাক্নদি। পোক্লক্লে ঐগী পুক্লিং ব্রাখলদা কল্লকপা, মীহৌবা, হায়বা ব্রাফম অদো। হংনিংলকই মরুপ্তা - হংই হংদুম হংগে খন্দুনা -**

**- মরুপ ঙসাই হায়স্কুল অমদা পিক্লিবা ক্লাস সিক্সকী ছাত্রশিংদু দর্শন সাস্ত্রগী মতাং অমা প্রক্টিকেলগা লোয়ননা তম্বীহৌবদো ...**

**- অদু কৈদৌরবা মরুপ ?**

- ছাত্রশিংদুবু য়াম্না পিক্লী হায়বনি মরুপ।

- চুম্মী মরুপ্না তাকপিরিবদু, অদুবু মখোয় অসি অহনবা ফিগুম্বনি। অসিগুম্বা অহনবা ফিসিদা শঙ্‌নিংবা মচু শঙহৌবা অসি তঙাইফদবনি। হৌজিক্কী মতমসিদা পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংমক্তা ঈশ্বরবু থাজদবনা মশিং অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদা ছাত্রশিংদা ধর্মগী ঈশ্বরগী মরমদা মনুঙ-থিংনা খঙহলহৌবা হায়বসি ঐখোয়গী ইদুকেসন পোলিসিনি। ধর্মগী মতাংদা পনজখরে, মানবধর্ম (মীওইবগী ধর্ম) হায়দুনা। অসিগুম্বা মীওইবগী ধর্ম অসি ঙাক্না চৎপা ঙম্নবা তঙাইফদনা পীদবা য়াদবা ফিলোসোফিগী ওইবা পারা খরদনিদা। ছাত্র খুদিংমক ধর্মদা লোয়না লুপশিনহনবগী পোলিসিদি নত্তে। ঙসি মরুপকা ৱারী শানরিবা ইশামক সৌরজগতকী ইদুকেসন সিস্টেম অসিদা লাইরিক তম্লকপনি। ঐখোয়গী বেঙ্গী ছাত্র পুম্নমক ধর্মগী ওইবা লাইরিক তম্লকই হায়দুনা ঋষি-মুনি লোয়না ওইখিবদি নত্তেদনা। মরুপ্না ঙসাই উবিরকখিবদুনি ছাত্র ময়াম অদু জাতি অমখক্তগীদি নত্তেদনা। তম্বীরিবা অদুসু জাতি পুম্নমক্না খঙ্‌জিনদবা য়াদবা হিরমনি। ছাত্রশিংগী মা-মাগী জাতিগী ওইবা ধর্মগী লাইরিকশিং ঐনা মথক্তসু পনজখ্রবরা খল্লি। ক্লাস নাইনদগী তম্বা হৌগনি।

- মরুপ্নদি মানবধর্মগী মনূংদা 'অহিংসা' হায়বা অমা য়াওরি। মসিবু ইস্লাম ধর্ম চৎপা মীশিংনা য়ানিংলমগদরনে ?

- মরুপ্না হংলক্লিবা ৱাহং হংবা য়াবা ৱাহংনি। মরুপখোয়গী সতিদাহ, নরমেধযজ্ঞ, অশ্বমেধযজ্ঞ কয়া তোক্লরকখ্রিবা অসিসু ধর্মদা অহোংবা লাকপদগীনি। বেদদা হায়রমই, ইরম্মী হায়দুনা হৌজিকপু নরমেধ যজ্ঞকা তৌরবদি লোয়রেনে মরুপ। ধর্মনি হায়দুনা হাৎপা তুপ্পকুম্বদা অসুম চঙ্‌শিল্লবদি ধর্ম অদুনা মীওইবদা পীগদৌরিবা কান্নবা অসিবু করিনো ? অদুগুম্বা ধর্ম অদুনা পীগদৌরিবা অসি হাৎপা, তুপ্পকুম্বা থবক খুদিংমক্তা হিংসাগী পাম্বে শিজিন্নবনা অথোইবা ওইনা লৌনখ্রনি, অদুনদি সমাজদা করি কান্নবা পীগদৌরিবা ?

(ঐসি ৱা ঙাঙ্‌বা য়াদরে, মরুপকী মফমদগী ইকাইবদি তোয়না ফংগদৌরি খল্লে।)

- মরুপ ধর্মগী ৱাফম অসিদি ওহ্নোক্না পাক-চাওখ্রবা হিরম্নি ঐখোয় অনীনা নৈনবদা লোয়বা ঙমগদৌবা হিরম নত্তে। অদুগীসু মথক্তা ঐহাকসু ধর্মগী অখঙ্‌-অহৈ পণ্ডিত অমসু নত্তে। ধর্মবু থাজবা মীনা ধর্ম চৎলে। অদুগা থাজদবা মীদি

ঐখোয়গী সৌরজগত অসিদদি লৈতরে। ইচা-ইশু, ইমা-ইপা, ইচিন-ইনাও পুম্নমক্তি নুংশিবা ঙম্লগা জগতকী মপু ঈশ্বরবু নুংশিবা ঙমদবা হায়বসিদি শাগী থম্মোয় পানবা শাগী ৱাখল-পুকচেল চেনবা ৱাখল খন্থবা ঙমদবা মীখক্তনা ঈশ্বরবু নুংশিবা-থাজবা ঙমলোয়দৌবগী ৱাখক্তনি। খন্দুনা অমুক্তা য়েংলিয়ু - ভারত্তা 'মোহনদাস কর্মচান্দ গান্ধী' হায়বা নুপা অমা পোকখি। মহাকপু 'মহাত্মা' মিংথোল পীখি। মঙোন্দগী হেনবা মীওই কয়া কয়াসু পোকখি, অদুবু অতৈবুদি কবিগী 'মহাত্মা' মিংথোল পীখিদে ? অতৈগা গান্ধীজীগা খেন্নরিবসি করিনো মরুপ খঙ্বিবরা ? গান্ধীজী সাইন্টিষ্টসু নত্তে, ইঞ্জিনিয়ারসু নত্তে। মঙোন্দা করি করম্বা থোইদোকপা লৈবনা ভারতবাসি পুম্নমক্না মহাকপু কাওবা লৈতনা নিংশিংনরিবনো ? মহাক অচুম্বা ঙাঙ্ই, অচুম্বা থবক তৌই। মঙোন্দা জাতি ভেদ লৈতে মহাক শ্রীগীতাবু থাজজবা মীনি। মহাক্কী ধর্ম মানব ধর্মনি। তোল্ল-তারবশিংগী মরুপ্নি। অমদি মরুওইবা খুৎলাইনা অহিংসানি। মহাত্মা গান্ধীগী মতাংদদি মরুপ্না থোইনা হেন্না খঙ্লিবনি। পন্দবা য়াদবা মতাং অমদগী ঐনা পনজরুবনি।

- য়াম্না নুংঙাইজরে, চিংনবা খুদিংমক মরুপ্না লোয়না ময়েক শেংনা তাকপীবগীদমক।

- তশেংনা হায়রবদা সৌরজগতকী ইদুকেসন অসিনা হৌরকইবা ছাত্র নহারোলশিংসি লাইরিক হেক তম্বা লোরকপদা মশা-মশাগী মখোঙনা মরোমদোম লেপচবা ঙম্লনবা হোৎনবনি। মখোয়দা লমচৎ ফজবা হায়বসি য়াম্না দরকার ওই। মহৈ-লাইরিকসিমদি অৱাংবা থাকফাওবা শোয়দনা মখোয় পুম্নমক লোয়না তম্বা ফংলগনি। লাইরিক হৈরগা, লাইশু খঙদ্রবা লমচৎ মাঙ্লবা অদু ওইরবদি ছাত্র অদুনা এম.এ., বি.এ. ফাওবা তম্লুবগী করিদি কান্নবা ফংগনি। হায়নবা লৈ হকচাং মাঙ্লবদি হায়বদি হকচাং ফৎলক্লুবদি খরদি মাঙ্লে। শেল (ধন) মাঙ্বদি করিসু মাঙ্দে, লমচৎ মাঙ্লবদি মাগীদমক্তদি পুমমাঙ্ মাঙলে। ৱাফমশিং অসি ছাত্র পুম্নমক্না খঙহনবা অসিগা লোয়ননা ছাত্র খুদিংমকপু লিদরশিপ ট্রেনিং পীবা অসি তঙাই ফদবা হিরম অমসু ওইরিবনি। হৌজিক সৌরজগতকী ছাত্র পুম্নমক হোষ্টেলদা লোয়না লৈরি। মখোয়না হোষ্টেলদা লৈরিবা অসি মমাঙঙৈগী মতমদা বর্ণাশ্রমদা লৈবা অদুগা চপ-মান্নরিবনি। নুপীসু-নুপাসু চহি কুন-কুনমঙাদি ব্রহ্মচার্য্য চত্তুনা লৈরবনি। মতম অসিগী মনুংদা ছাত্র

পুম্নমক নুপা-নুপী লোয়নমক যোগাসন, কেরেট-করাটি, ফিজিকেল ইদুকেসন পুম্নমক লোয়না মাষ্টরগী দিগ্রীগা লোয়ননা তম্নকপনা মখোয় মশা-মউ ফৈ, লোয়না লমচৎ-শাজৎ ফজে। পুম্নমক অসিমখোয়গী শিক্ষাগী কেরিকুলমশিং অসিনা ওইহনবা ঙম্বনি।

- মরুপ, ঐ করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে ?

- তাকপীয়ু মরুপ করি ওইরবনো ?

- মরমবুদি থোইদোকপা নত্তেদা হৌজিক ঐখোয়না খন্ন-নৈনরক্লিবসি সৌরজগতকী লৈঙাকলোনগী মতাংদনি, অদুবু মরুপ ঐখোয়'নিনা ইদুকেসন্দা অদুম নৈনদুনা লৈরে।

- ঐ ভাব তাজরে মরুপ, খোঙচৎ অসিনা তঙাই ফদদুনা ইদুকেসন্দা হেক তাবননি। হোয় হন্দক্তগীদি স্কুল কোলেজ য়েংবা মতম নত্তনদি ইদুকেসনগী মতাং খন্ন-নৈনবসি তোক্লসি।

- ঐদি অতৈ পুম্নমক তোক্লগা ভক্তিগী লমদা ওইনা খন্ন-নৈনবনা হেন্না পাম্লবনি।

- হুম ! মদু য়াদ্রি, হয়েং'সিদগী হনখ্রগা য়ুমদা বৈরাগ্য-লম্বোইবকা ওইথোকখ্রবদি য়ুমগী মীনা ঐবু ওম্থোক্লা থীনা ঙাঙ্নখ্রনি ইবুংঙো।

- য়াবু য়াদুনা, ঙম্বু-ঙমদুনা ওইখ্রবদি ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি মরুপ, অদুগী করিসু ব্রাবিরুগনু। অদুদি ফরেনে লৈশেমলোন্দা হেক্তা তকথবিরকও য়ারে।

মরুপ্না অয়াবা পীরবনিনা য়ারে। ইদুকেসনসু লৈঙাকলোলনি, খোঙচৎসু ইদুকেসনগীনি হায়দুনা ইদুকেসন্দা অদুমক তকথখ্রবদি অতৈগী মতম অমুক ফংলোইদরা খন্দুনা হায়জবনি। মতাং মতম লাক্লবদি ইদুকেসনগী ব্রাফম হেক্তা হংবিরকপা য়াই। সৌরজগতকী লৈঙাকলোল অতৈ লৈবাকশিংগী লৈঙাকলোনগা খরা খেন্নবা লৈ। ঐখোয়গী লৈশেম্বা অসিনা আ মতোনলোমদগী হৌরক্লগা মকোক্তা লোইশিনবা, অসিননি মরুপ্না খুঙ্গংশিংসি ফজনা শেমগৎলি হায়দুনা থাগৎপীরিবদু। অসুম্না খুঙ্গংলোমদগী হৌবসিনা প্রজা মীয়াম্না সরকারবু হেন্না থাজে। অদুগা সরকারনা তৌগে খন্দুনা প্রজা মীয়ামদা লাওথোকখিবা থবক পুম্নমক মপুং ফানা মায় পাক্লা প্রজাগী সহযোগকা লোয়ননা পাংথোকপা ঙম্মী। সৌরজগতকী তুরেল অচৌবা মচা লোয়না শম্নহনখিবা অসিনা লম্বী থোংদা

ষ্টেট পুম্নমক লোয়না শম্নহনবগী খুদোংচাবা অমসু ফংবা ঙম্মী। হায়রিবা তুরেল শম্নহনবগী প্রোজেক অসিনা ঈচাও অমসুং ইকং অনীমক্তগী ফনা ফজনা ঙাকথোকচবতা নত্তনা সৌরজগত পুম্বা লৌ-ইংখোল কোইবগী ঈথৈ-লৌখোংসু লোয়না শেম্বা ঙমহৌরে। অদুনা মরুওইদুনা গ্রিন রিভোলুসন মপুং ফারে। মরুপ ঐগীসিবু হনজিন্না ঙাঙ্বা থোক্লগদরা ?

- হোয়! নহাল্লা করিনো ঈথৈ-লৌখোং, তুরেল মচা অচৌবা শম্নবগী মতাং অমদি য়াওখরে। য়াওখ্রবসু করিসু কায়দে। সিনা মপুংনিনা।

- নুংঙাইরে মরুপকী অয়াবা ফংলবনিনা মখা অমুক চখজরক্লগে। ঐখোয়গী পার্লিয়ামেন্টনা লৈবাক অসিদা শেমগৎ-শাগৎপদা চঙ্গদৌবা শেনফমশিং বিল পাস হেক তৌদুনা ডিপার্টমেন্টশিংগী শেনফম হেক খায়দোকখিবদগী ডিপার্টমেন্ট খুদিংমক্না মা-মাগী ডিপার্টমেন্টশিংগী মন্ত্রীশিংনা লুচিংদুনা থবক তৌবা হৌগনি। ডিপার্টমেন্ট পুম্নমক থবক ফজনা তৌবা অথুবা মতমদা থবক লোইশিনবা হানবা তান্নখ্রদৌবনি। অদুগীসু মথক্তা থা অহুম-অহুম খুদিংগী জাংচআয়োগকী কাংবুনা শেল মতাং চানা লৌথোকপরা মফম চানা শিজিন্নবরা হায়দুনা য়েংশিন্নগনি। থিকাগী চৎনবী লৈতবনা ইঞ্জিনিয়ার, এস.ও. থবক য়াম্না চিল্লি। ডিপার্টমেন্টশিংগী ওফিসার মন্ত্রী থবক য়াম্না চিল্লি। পুম্নমকশিংসিনা চেকশিন্না য়েংশিনবনা থবক পুম্নমক লোয়না ফজে চেকশিল্লি। কাইথোকখিবা শেনফমদগী ধন অমফাওবা চেন্নদনা শিজিন্নে।

ঐখোয়গীদা থিকা অসি, ঐখোয়গী লৈবাক্কী সরকারনা শেম্বা শাবা ঙম্লোইদৌবা করিগুম্বা থবক লাক্লবা মতমদা মীরৈবাক্তগী টেন্দর কৌরগা শুহনবা শাহনবা নত্তনা অতৈদদি থিকা সিষ্টেম শুকলৈ-লৈতরে। থিকা সিষ্টেম লৈরিঙৈদদি ধন করোর চঙ্গদৌবা অদুদা শুপ্নতগী ধন লাখ য়াঙ্খে চঙহল্লগা হেক-হেক লোয়শিল্লম্বনি। লাখ য়াঙ্খে অমনা মন্ত্রী, ইঞ্জিনিয়ার থিকাদার মখোয় অহুমগী ওইখ্রদৌবনি। অনৌবা সংবিধান অসি চৎনরকপদগীদি থবক্তা থাদরিবা ধন অমফাওবা ব্রাত্তনা থবক অদুদা লোয়না শিজিন্নবা ঙম্লবনি।

- অদুগী হায়রবদি ঐখোয়গী ভারত, ঐখোয়গী মনিপুরদদি নেম্নেল হায়ব্রে নম্বর ৩৯গী তুরেল মথক্তা শাবা থোং ফাওবা মথক্তা উবাক ময়াম্মা থারগা হৌজিক ফাওবা চৎনহৌরিবনি। অদুসু চহি তরা-কুন শিজিন্নরবা মতুংদা য়ারক্তবা ওইরবসু খরা ফৈ। লোইবা চহি মরি-মঙাগী মনুংদা তৌরিবনি। অসিবু ঙক্তরা হায়বা ?

লম্বী শেল্লে নুংনা চহি অমগী মমাংদা সোরোক্তা হৈদোক্নুনা লৈবাক খরা চায়শিল্লগা চহি অমগী মতুংদা মিলিমিটর মখায় অম্না থানা কোয়লা থাগদৌরিবনি। মসিগী খুৎশেম অসিনি মনিপুরদা তৌরিবা।

- অদুদি মরুপ হেলমল্লিহে। অদুনদি লম্বীদুদি করম তৌরমগনি ?

- ( হৌখ্রকালদা খল্লকই ওন্থোকপনি ঐগী পুক্নিং ব্রাখল, অঙাংদা অঙাংগুমখরে। ঐগী লৈবাক্কী অশোয়বা ফাওবা হায়দোক্লুরিবসিবো। হায়দোক্লুগা মখোয়না শেম্বী-শারগদৌবসু নত্তবদা, পঙ্ইদা ঐসে হায়না।) মরুপ্না করি খল্লমগনি। অমুক খল্লকই - হোয়দা মরুপ-মপাং ওইবগী ইচম-চম্না হায়দোকখিববু কৈদৌই হায়বগে, হায়সনু। মরুপ্না হায়রকই -

- কৈদৌরে মরুপ তুমিন্না লৈখ্রবদি ?

- (খুমখি ঐনা) মথংসিবু করি হংগদগে অসুম খনবনিদা। স্কুল, কোলেজ লিংখৎপসু লৈশেমলোন। মথক্তা নৈনখিবা পুন্নমক লোয়না লৈঙাকলোনগী লৈঙাকলোন ঙাক্তনি। সিদবু করি ব্রাৎলি হায়গনি মরুপ ?

- চুম্মীনে ঙরাং-নহান্দগী ঐখোয় অনীনা ঙাংন-শরুখিবা পুন্নমক অমরোমদা হায়রবদি লোইনা লৈঙাকলোনগী মনুং চল্লবা ঙাক্তনি।

- মরুপ অমুক্তা লেপখিসি।

- করি তৌরে মরুপ ?

- ইয়ার ওফিস লৈরিসে, টিকেৎ অমুক্তা কক্হৌখিসে।

- হোয়নে চুম্মীনে। পৈশাদি ... ।

- য়াওরকই মরুপ।

- ধন লিশিং মঙা ঐঙোন্দা য়াওরি করিগুম্না অব্রাৎপা লৈরবসু।

- য়ানি মরুপ। হন্দক ঐনা তাঞ্জাসিদা লাকপা ফংইবসি ঐনা য়াম্না চৎনিংবা অদুমক্না ঈশ্বরনা থৌজালবিরকপনি। মরুপকী চিঠিদা অসুম ঙাইদুনা লৈরম্নবদি ঐ লাকপা ফংলমদৌবা মান্দে।

- ব্রাফমদু ঐ ভাব তাবা ঙমদে মরুপ, ভাব অমুক্তা তাহনবিয়ু।

- মরুপ্না শোয়দনা ইলেক্ট্রনগী মতম য়ৌরকপদা চিঠি থারক্কনি হায়বদুনা ঐনা নুমিৎ তরা-কুন্নিগী মমাংদা 'বিসা' হান্না লৌদুনা খুত্তা পায়দুনা লৈজহৌবনা চিঠি হেক ফংবগা ঐ লাকপা ফংখিবনি হায়জবনিদা।

- চুম্মীনে ! হান্না লৌহৌদ্রবদি নোংমদা হেক ফংবা য়াবা পোৎসু নত্তবনা। ঐসু ঐনা হায়জখিবদু শোয়দনা পাংথোকচখিবনি।

- অদুনবু ঐসু হৌজি মরুপকা মরুপকী গাড়ীদা ফম্মিন্নবা ফংলিবসিদি। (অসুম্না মরুপকা ঙাইহাক নোকমিন্নরে।) মরুপ্না ঐ হেক চংলগা লৌরক্লগে হায়বদগী লুপা লিশিং কুননিপাল মরুপ্তা পীরগা টিকেট কক্লক্লে। মরুপ্না গাড়ী ষ্টার্ট তৌবদা মৈ ফংবা ইঙম ঙমদবদগী ব্রার্কশোপ অমদা চঙ্দুনা হায়রুবদগী ব্রার্কশোপকী নহামঙা লাক্লরবা গাড়ী অদু মখোয়গী ব্রার্কশোপ্তা ইনশিল্লক্লগা শেন্দ্বা হৌখরে। গেট অমা হাংদোক্লগা ট্রেন ষ্টেসনসু লৈরম্লে। য়েংবদা ঐখোয়গী ট্রেন রাজধানীদগী খরা ব্রাংবা হেন্না উই। অদুদগীদি ঐ য়েংনিংবা হৌরে। খনজিল্লুরগদি ওন্থোক্লা ইকাইনিংঙাইনি। মরুপ্তা করিগুম্বা অমা হায়রমদনা হেক্তা চৎপা হায়বসিসু চৎনরোল ব্যাবহারদা য়েংউরবদি অঙাওবা হায়বা অদুমক তাগদৌরিবনি। অঙাং মচা অমগুম্না মরুপ ট্রেন য়েংনিংই হায়গদরা ঐ, ঙাইহাক ব্রাখল খল্লি। ঐনা মরুপ্তা হংই -

- মরুপ ট্রেন অসিবু ঐখোগী ভারতকী ট্রেনদগী ব্রাংবা হেনবরনে ? ব্রাংনা উই।

- উম, চুম্মী মরুপ্না খরা ব্রাংবোই নিংই হায়রিবদু।

- কদায়দা করি করমতৌনা ব্রাংলিবনো হায়বদো অমুক খঙনিংলক্লেনে ঐগী হৌনবী।

- খঙনিংলক্লবদি হেক য়েংলগা খঙগদৌবনি। শেল তিংগদৌবসু নত্তবা- পার্মিসন লৌগদৌবসু নত্তবসিবু লেঙশিনশি য়েংলুসি। (অসুম্না মরুপ ঐখোয় অনী রেল গাড়ী য়েংবা চঙলে)।

- মরুপ মসিগী ট্রেনসি হৌজিক্তা থুংলবনি হৌজিক চৎলোই। নুমিদাং পুং তরেত্তা চৎকদৌবনি। কাখৎলগা য়েংনিংবা য়েংবা য়াগনি।

- (ঐ মখোয়গী চাকা অমসুং তালী য়েংদুনা লৈ। মরুপ্না কৌখৎলকপদুদা ঐ কাখৎলগা মখোয়গী ভোগীগী মওংশিং য়েংই।) ঐনা মরুপ্তা হংই - মরুপ সিটশিং অসিদি ঐখোয়গীদি চেন্না কোৎলগা হাইগৎ-হাইথা য়াই। অসিদি সিটকী মখোঙ্ অসিদি ফিক্স ওইনা তৌইনে।

অদুননি মরুপ'সিনা ব্রাংলিবসে। চেন্না য়াল্লগা ভারতকীদা তৌরিবা অদুগুম্না তৌরম্মী। অদু করিগুম্বা এক্সিদেন্ট থোকপা মতমদা থোক-থ্রাক লোয়না

হৈদোক্কুনা মী য়াম্না শিবা-শোকপা তৌই। মদুদগী খরমখৈ শাফনবা চেনগী মহুত্তা আইরন পোষ্ট অসিনা শিল্লগা সিটশিংসি ফিক্স লোয়না তৌরিবনি। সিট অহুম-অহুম লৈবসিদা অব্রাংবা মী অমনা ফম্বদা কোক্তা থেংদনবা খরা ব্রাংখৎহনবগী ব্রাদনি। মসিনা ব্রাংলবদা ভারতকীদগী ফুট অমমখায়গুম্বা ওইরমগনি।

- খঙ্‌ঙে মরুপ, মসিগী সিষ্টেম অসিনা এক্সিদেন্টতা অশোক-অপন থোইদোক্না য়াওগদৌবা মান্দে। মসিদি য়াম্না ফখরে। অদুগী তালী অসিসু তালীদগী চাকানা নাম্থোক্তনবা তালীগী নাক-য়েৎ অনীমক ইঞ্চি অনীমুক থাবা য়োৎ মপাক ইঞ্চি মঙারোম ব্রাংবা অমনা চপশিনবোই, উম্বোই অমসু তৌরিনে (মরুপকা ঐখোয় অনী রেল মনুংদগী কুমথরক্লগা তালী, চাকা অদু অমুক য়েংদুনা লৈরে)।

- মরুপ্না হায়রকই - মরুপ রেলগী চাকাগী ময়ায় কুৎশিল্লিবা অসিনা তালীগী তোংখৎলিবা অসিদা উমশিল্লগা চেনবনি। তালীগী অতোংবা অদু চাকাগী অকুৎপা অদুনা উমশিলখ্রবা মতমদা তালীগী নাক-য়েৎ অনীমক্তা ইঞ্চি অহুম-অহুমলোম পাক্লা হেন্দোক্লিবা অসিদা ইঞ্চি অহুমলোম থাবা ইঞ্চি তরুকলোম ব্রাংনা তালীগী নাক য়েৎ অনীমক্তা হেনগত্তুনা লৈরিবা অসিনা রেল গাড়ীগী চাকানা তালীদগী নাম্থোক্তুনা এক্সিদেন্ট ওইবা হায়বদুমদি লৈতরে। খুঙ্গংশিংগী লম্বীগা ক্রোসিং তৌনবা মফম অদুখক্তদি হৌজিক্কী তালীগী নাক-য়েৎকী ব্রাংখৎলিবা অসিদি য়াওদে।

- য়ারে লেংথোক্লসি মরুপ। য়েংবা খঙ্‌বা ফংলরোইদৌবা পোৎ অমদি ঙাইহাক গাড়ী য়াদদুনা লৈরিঙৈদা উবা খঙ্‌বা ফংজরে। (অসুম্না মরুপকা ঐখোয় অনী গাড়ী শেন্নিবা মফম অদুদা লাক্লগা গাড়ী অশেম্মন পীনবা মরুপ্না হংবদা ধন তরাখক্তং অঙাংশিং চা থক্লবা থম্বীরম্মু। অতৈ করিসু শোকপা শোয়বা য়াওদে। ষ্টার্ট য়াদ্রিবসিদি পেট্রোল য়াওদদুনা তৌবনি। অতৈ নত অকোম্বা খরা য়াওরম্মী। লোয়না ফিট তৌজরবনি। পেট্রোলদি কয়া য়াম্না লৌবীগদবনো অঙাং অমা থারগা লৌহল্লুবা য়াগনি। মরুপ্না পেট্রোলগী পৈশাগা লোয়ননা ধন কুল্লু পীরে অদুগা পেট্রোল লিটর অমা লৌহল্লুরগা ঐখোয় অমুক খোঙশাল্লক্লে।)

- ঙাইহাক গাড়ী য়াদমসিসু কান্নবা অমদি ফংই। মসি ঐনা পুকচেল শেংনা খঙ্‌নিংবা অদুমক্লা ঈশ্বরনা পীবিবা তাঞ্জানি খল্লি মরুপ।

- ইন্দিয়ান ইয়ার লাইন্সকী ওফিসসি থেংনরমদ্রবদি গাড়ীসু য়াদবা তৌরম্লোই অদুগা রেলগী মরমদা হায়বদা খরা খঙলকইবসিসু খঙলম্লোই। অদুনদি ঈশ্বরনা পীবিবা তাঞ্জানি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই।

- মরুপখোয়গী ট্রেনশিংসিদি এক্সিদেন্টতি থোক্লিনা থোক্লমদৌবা মাদ্রে।

- ট্রেন এক্সিদেন্ট থোকপসি থোক্তবদি নত্তে থোকই। রেলৱেগী লম্বী তাসী শেমদোম শেমজিন তৌরিবশিং অদুনা করিগুম্বদা শোয়খিবদগী রেল অনীমক লাইন অমখক্তদা থৌজিন্নরকপদগী ইঞ্জিন অনী থেংজিন্নবদগী করিগুম্বা থোকখিবা য়াওখরে। অদুবু অদুমক্তাইনা এক্সিদেন্ট থোকপা মতমদা অতৈ ভোগীশিং তালীদগী নাক্লোক্লুনা অশোয়-অঙাম য়াওহিবদি থোকখিদ্রি। ভারতদি য়াম্না তোয়না এক্সিদেন্ট অসি থোকইনে, এক্সিদেন্ট থোকপা ভোগী অদু তালীদগী নাক্লোক্লুনা মী অদক শিরে, অদক শোক্লে, হায়না ন্যুজপেপরদা হেক হেক থেংনৈ। করিগুম্বা ভারত সৰকারনা এখোয়গী তালী অসিগুম্বা শিজিন্নরবদি শুকথোক থোক্লোই ট্রেন এক্সিদেন্ট। মসিনা ঐগী আশানি। মথংগী লৈঙাকলোনদি করি মতাংদা চংশিসগে মরুপ ?

- নপা-নুপী অনীগী হক্কী মতাংদা ওইনা ...।

- য়াবে, সৌরজগত অসিদা নুপা-নুপী লাইনিক হৈবা, খুৎ-শাগী মরোল হৈবা খংবা চপ মান্নে। নুপানা নুপীদগী, নুপীনা নপাদগী হৈবা খঙবা অমত্তা হেন্নদে। মরমশিং অসিনা হক্কী মতাংদসু চপ মান্নে। পঞ্চায়ত ইলেক্সন্দগীনা লোক সভা, রাজ্য সভা ফাওবদা মেম্বরশিং তম্বাই-তম্বাইনি। মন্ত্রী মশিং চাদা তরানি। নুপী অমনা সৰকারগী অয়াবা চে অমা পায়রগা মতোমতা সৌরজগত কোয়বা য়াই। কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা মঙোন্দা অয়েৎপা, অপনবা অমত্তা পীবা লৈতে।

- অদুদি য়াম্না ফৈ। অদুবু ঐদি থাজবা খরা ৱাৎলিবো মরুপ।

- করিদানো মরুপ্না থাজবা ৱাৎলি হায়রিবা মতাংসে ?

- নুপী অমনা মতোমদা অযুক, নুংথিল, নুমিদাং কোয়না চৎপদা মঙোন্দা কনাগুম্বনা অয়েৎপা-অপনবা পীবা লৈতে হায়রিবা মতাং অসিদনি মরুপ।

- চুম্মী মরুপ্না তাকপীবা, জগতকী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা শারমচৎকী মতম অসিদা। ঐনা হায়জরিবা অসি জগতকী ৱাফমদি নৎচদে শুপ্নতগী সৌরজগতকী ৱাফমনি। সৌরজগতকী শিক্ষানা সৌরজগত্তা শারমচৎ লৈতে মীরমচৎ ঙাক্তনি, অদুননি ঐনা নুপী মচা মতোমতনা সৌরজগত কোয়বা ঙম্মী হায়জখিবদো। মীওইবদা প্রকৃতিনা পীনবা গুণ অহুম লৈ। হায়রিবা গুণ অহুম অদুদি সত্ত্ব, রজ, তম অসিনি। অহুম অসিগী মনুংদা সত্ত্বগুণ অসিবুনি সৌরজগতকী মীপুম খুদিংমক্না ফংনবা তান্নরিবসি।

- গুণসিবু ফংগে তান্নরগা হেক্তা ফংবা জাৎলনে মরুপ ?

- (মরুপ মোমোন তৌনা হাইফেৎ ঐঙোন্দা য়েংলগা) মরুপসু তানগে হায়রিবনে মরুপ ? (হংলকই)

- অহানবদা গুণ অহুমগী মগুণ অদুনি ঐনা খঙ্‌নিংলিবসি। ঐখোয়না তাখিবা লৈ, মীনা হায়নবদা - 'নুপা অসি চাউদম-শাংদম্লদনা মগুণ য়াম্না লৈনে' অসুম্না।

- ঐনা হায়জরিবা গুণ অসিদি চাউদম-শাংদম্বগী গুণ অদুদি নত্রে।

- গুণ অহুমগী গুণ মরুপ্না খঙ্‌নিংই হায়রিবদু হায়জরক্কে। ঐনা হায়জগদৌরিবশিং অসি ঐনা য়াম্না খঙ্‌উ-হৈরুবদগী মরুপ্তা হেক্তা তাকচগদৌবা নত্তে। শ্রীমদ্ভাগবতগীতাগী তরাহুমদোই শুবা অধ্যায়দগী নিংশিংবা খরখক্তনি ঐনা মরুপ্তা নিংশিংগদৌরিবসি।

গুণ প্রকৃতিদগী পোকপা শকউদবা ইলিমেন্ট অমনি। মীওইবসু প্রকৃতিদা হিংদুনা লৈবা মরম্না মতম পুম্নমক্তা মীওইবগী আত্মাবু গুণশিংসিনা পুনশিন্দুনা থম্মী। সত্ত্বগুণ চেনবা মীনা অফ-ফত্তা অচুম-অরান খঙ্‌না পুকচেল শেংনা মীনুংশি খঙ্‌না নুংঙাইনা লৈ, রজগুণ চেনবা মীনা অপাম্বা-লৌনিংবা-চানিংবা অরাম-খৌরাংবা য়াম্না পোকই। তমগুণ চেনবা মীদি ৱাখল লৌশিং ফকচিল্লি। গুণ অসি চেনবা মীদি পঙশিল্লি, শুন্দ্ৰৎলি, খঙদবনে, তনবনে অসিনা মানা তৌনিংবা থবক অফ-ফত্ত খঙ্‌দনা হেক্তা তৌই। মঙোন্দা মীরমচৎ খঙ্‌দে। শারমচৎ চৎপদা য়াম্না পামজবা মীওই ওইনা তৌই।

অসিগুম্বা ফত্তবা গুণ হায়বদি রজগুণ অচাওরম ঐ মঙাইরে হায়বগী ৱাখল, 'তমগুণ' হায়রিবা গুণ অসি নমথরগা সত্ত্বগুণবু চাওখৎহনবা ঙমনি। ঐখোয়গী ছাত্রশিংনা কন্না হোৎনরিবসি অসিগুম্বা ফত্ত-ফত্তবা ৱাখল্লোন পোকহনবা অচাওরম পোকহনবা রজগুণ তমগুণ অসিনা আত্মাবু ফা-পুনশিন্দুনা থম্বা অসি কোক্লবা সত্ত্বগুণবু মপুং ফানা ঙাকচবা ঙম্নবা মদুদা ঙাক্লা চৎচবা ঙাক্তনি। মরম অদুননি ঐনা ঐখোয়গী সৌরজগত্তা শারমচৎ চৎপা মী নুপা অমফাওবা লৈতে। অদুননি সৌরজগত্তা নুপী অমনা করিসু চিংনবা লৈতনা লৈবাক অসি কোয়বা য়াই হায়রিবসে।

- নুংঙাইরে মরুপ ভাব তারমদবা কয়া মরুপ্না ময়েক শেংনা ভাব তাহনবিরে মসিগীদমক্তা মরুপ্লু হন্ন-হন্না থাগৎচরি।

- নুংঙারে মরুপ্পা থাগৎপিবা (মরুপ নোক্লে ঐসু নোক্লে)।

- মরুপ হংবদদি য়াম্না ইকাইনিঙাই ওইবা ব্রাহং অমত্তা হংজগে ব্রারৌবিদি য়াদে। মরুপ্পা হায়ফেৎ চিংনবা পোকপদা ঐদি শিবনা হেন্না ফরে হায়বা ফিভমদা ...।

-করিনোনে ঐঙোন্দা হংবদা য়াম্না ইকাইনিঙাই ওইগদৌরিবা ব্রাফমদুবু ? ময়েক শেংনা অমুক্তা হায়রকউ হংলকও।

- ব্রাফম্নুদি .. হুম! ঐ হংলরোই মরুপ। ঐবু ঙাকপীয়ু মরুপ।

- হুম ! অদুদি য়ারোই, ঐসু খন্দুনা অদুম লৈরগদৌবা ব্রাফমনি। হায়দবা-হংদবা য়ারোই মরুপ।

- মরুপ্পা অদু য়ৌখ্রবদি ঐ হংজরগে মরুপ। সৌরজগত অসিদদি ওক্তবী ... ?

- এ! অদুগী ওইরে য়াম্না লুথহল্লুরিবদি ? লৈতে মরুপ সৌরজগত অসিদদি - মরমদি লায়রবা ইনাকখুনবা, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা লোয়নমক অব্রাংবা থাক্কী মহৈ-মশিন লোয়না তম্নরক্লবা মীওই ঙাক্তনি। ঐখোয়গী অসিদা লুখ্রা-পখ্রা লৈতবা নতে। লুখ্রানি হায়দুনা মানা চৎনিংই হায়দুনসু লৈবাক অসিগী মনুংদা বেশ্যা বৃতি চৎপা মীওইদি অমতা লৈতবনিনা করম্না চৎকনি। অদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়সিদদি অমত্তা লৈত্রে। লুখ্রাবী য়াম্না লৈ, অদুবু শামুলোয়বী ঙাক্তা। মরমদি চহি তরামাথোই-নিথোই ভোকেস্নেল ট্রেনিং ফংদুনা লাক্লবনিনা হিংবগী করিসু ব্রানিংঙাই লৈতে। মীয়াম্না চাওখৎলে-চাওখৎলে হায়নরিবা আমেরিকা, ফ্রান্স, ব্রীটেন, ইভন রুসিয়া ফাওবদা মখোয়গী লমদা করিগুম্বা ওলিমপিক গেমসকা তৌরবদি, ওক্তবী লিশিং য়াঙ্খে-হুম্ফুগী মফম পীদুনাকা থন্নীবনি। তশেংনা মখোয়গীদি মসি লৈবসিনা চাওখৎপা ওইরিবরা খঙদ্রে। ঐখোয়গীদা অসিগুম্বা শারমচৎশিংসি লৈতবনা, এদস, আরেকে, এসকে লায়নাশিংসি অমতা লৈতে। অদুগা তেক্সবুকশিংদা হাপ্তুনা ছাত্র নুপা-নুপী পুম্নমক্তা লোয়না তাকপী তম্বীরকখিবনিনা মসিদা য়াম্না চেকশিল্লি। ঐখোয়গী কলচর, ব্যবহার, লমচৎ-শাজৎ নুপা ওইবনা মঙোন্দগী পিকথবা, মানা হনবা নুপী মচাশিংবু মচন-মচাগুম্না খনবা অদুগা মঙোন্দগী অহন ওইবীশিংবুনা মচে-মনেম মতৈমগুমনা খন্দুনা চৎনৈ। অসিগুম্বা চৎনবী অসিনা চহি হুম্ফু-হুম্ফুতরা চৎনরক্লবনিনা চৎনবী অসিদগী কনাগুম্বনা লীক অসি কায়না চৎনদে। লমচৎ অসি চৎশি হায়না হৌদোকপা ঙম্বা নুপা অমফাওবা সৌরজগত্তা লৈরমগনি হায়বা ঐখোয় থাজজদে।

- ঐখোয়গী মনিপুরদা নুপীগী হক ফেমিনিজম হায়দুনা কন্না মিটিংনচিংবা তৌদুনা হোৎনহৌরি। নুপীশিংনা ঐখোয় নুপানা মখোয়গী হক মৎপীরেকা হায়দুনা কন্না লাওরি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইতু-ইচাবু চেকশিন্না থম্লীবসি মীওইবগী শারচৎ শা ফোংলকপদা মখোয়গা থেংনরুগনি হায়বদগী ঐখোয়না মখোয়সু থাদোক্তবনি হায়বসি মখোয়না খনজবা ঙমদ্রিএ। সৌরজগতকী লিচৎ শাজ্বৎ অসুম্মা তৌরবদবু ঐখোয়না করিগী ঐখোয়গী নুপীবু করিগী দণ্ডিদৌনা য়ুমগী হকোয়বদগী হেলহন্দনা থমগনি ? ঐখোয়গীদদি ঙাকপী শেনলিং দৌবা সিপাহী পুলিস্তা নত্তনা নুপা খুদিংমক শারমচৎ চৎলে, সিদবু নুপীগী হক পীরবনি হায়দুনা নুপা কন্না মাগী নুপীবু করম্না হেক্তা থাদোকদৌবিবনো ? মসিগী ব্রাখল অসিমতি ঐখোয়গী নুপীনা ইথন-খন্দবগুম তৌই। ভোৎ লেপ্লে মতিক চানা বি.এ এম.এ. ওইরগা লেপ্পদু নত্তবনিনা ভোৎ কারগা য়ুমগী নুপাগা অদুম ওফিস চাওবা কাবি নবে। নুপাদুনা মেম্বর ওইরিবরা নুপীদুনা ওইরিবরা মথোং খঙদে। অদুগা হক তাল্লিবনি হায়দুনা রেডিও, টি.ভি.দা নুপী মখৈনা ব্রা ঙাংবা তান্নবি।

- হোয় ! মসি লৈবাক লৈবাক্কী হায়বদু তারে। হক্কী মতাংদা নুপী ওইবীশিংনা মপামগী মায়কৈদগী মবুং মৌপ্পাশিংনা ফংনরিবা সম্পত্তি পুন্নমক মখোয়সু চপ-চানা, চপ-মান্ননা অদুম ফংনৈ অদুবু য়ুন্বাল মওং তারবা মতমদা য়োম্লোক-য়োনশিন তৌবা য়াই।

- মথংদি করি মরুপ ?

- মথংসিদি হেল্থকী মতাং ...।

- হেল্থকী মতাং অসিদি য়াম্না ফৈ, মওং তাই হায়বা তাই। মসিসু কল্যাণ কেন্দ্রদগী য়ুনিভর্সিটি ফাওবদা ডাক্তরশিং লোয়না লৈখরে। মদুনা ছাত্রশিংগী ওইরসনু। প্রজা মীয়ামগীদমক্তদি য়ুম লিশিং য়াঙ্খ্রেগী ওইনা ফমুং চামা লৈবা ডাক্তর অমসুং খুৎশু-খুৎলাই শুনা লৈবা হোসপিটাল অমমম লৈ।, মসি নত্তবা দিষ্ট্রিক্ট অমমমগী দিষ্ট্রিক্ট হোসপিটাল অমমম অথাপ্পা-অরাপ্পদা লৈবা মী, য়ুম লিশিং কুন-কুনমঙাগী ফমুং কুনমঙা-য়াঙ্খ্রে লৈবা সব হোসপিটাল অমমম লৈ। অদুবু অয়াম্বনা স্কুল কোলেজদগী হকচাং ফনা লাকপনা হায়রিবা হোসপিটালশিং অসিনা হৌজিক ফাওবগীদি মতিক চারি হায়না হায়বা তাই।

- প্রাইভেট হোসপিটালশিংদি লৈতবরা মরুপ ?

- প্রাইভেট হোসপিটাল লৈ অদুবু ঐগী মত্তদি লৈতে হায়বনা চুমগদরা হায়নবু খল্লি। মরমদি মখোয় অসি সেবা তৌবা নত্তে, শেল তানবনি। অসিগুম্বা শেল তান্নবগী ওইনা প্রাইভেট হোসপিটাল অসি সরকারনা থিংউবা নত্তে। মখোয়না সরকারগী লৈরিবা হোসপিটাল অসিদগী শেল তানা লায়েংবা ফংলবদি হিংবা ঙমগদৌবা, অদু নত্তবনিনা মখোয় হিংবা ৱাই। নোংমা হকচাং নুঙাইতবা অমা য়েংলুবদা ধন মঙা তিংলগা সরকারগীদদি য়েংবা য়াই। প্রাইভেত্তদি য়েংবখক্তদা ধন চামা চংই। সরকারগীনা অনাবা অদুগী চপ-চাবা হিদাকসু পীরক্কদৌরিবনি। মরুপ্তা ঐনা হান্না হায়জখিবদুনি, ঐখোয়গী অসিদা প্রাইভেট স্কুল লৈতে হিংবা ঙমদে হায়জখিবদুনি। সরকারগী হোসপিটালদা লৈদুনা লায়য়েংবা তারবদি সুপ্ন ত্নগী ধন চামখক ফি থিরগা লায়য়েংই। মসিমক্তি প্রাইভেটনা ঙল্লোই। অদুনা মখোয়না চাউখৎপা ঙমদে। লায়েংবদা চঙ্বা হিদাকসু সরকারানা পিরিবনি।

- মরুপ ঐখোয়না লাক্লিবসি চীংখোং য়ৌরেনা। করিনো চীংমাইসিদা শেমগৎ-শাগৎলিবশিংসিদি ?

- মরুপ, চীংমাইসিদা শেমগৎ-শাগৎলিবশিংসি অতৈ করিগী নত্তে ইয়ার ৱিনগীনি।

- ইয়ার ৱিন হায়বদি নুংশিত্তগী পাৱার লৌবদুনিনে।

- মান্নি মরুপ।

- অসিদগীদি পাৱার কয়া য়াম্না ফংবা ঙম্মী ?

- অসিদা লৈরিবসি ৱিন পাৱার ইঞ্জিন অহুমনি। ইঞ্জিন অমমম্না পাৱার কিলোৱাট চামঙা-চামঙা ফংবা ঙম্মী। পূন্না অহুম অসিনা লিশিং অমা চামঙা ফংবা ঙম্মী। হাইদ্রোগীদি য়াম্মী মফম কুন্থ্রানিপাল লৈ। মসিনা ইন্দষ্ট্রি পুম্নমক লোয়না চলাইবা ঙম্মী। ৱিন পাৱারগী চীং অসিদি ঈশ্বরনা পীবনি হায়না লৌনৈ। মিটর লিশিং অমা চামঙা শাংবা, মিটর হুম্ফুতরা ৱাংবা চীং অমা সৌরজগতকী ময়ায়মক্তা থম্বীরম্মসি।

- চীংশাং পরেং অমা লৈরিবা অসিবু জঙ্গল ওইনা অদুম থম্বা মরুপ ?

- চীংশাং পরেং অমা লৈরিবা অসিনা সৌরজগত অসি পুমকোয়-কোয়শিল্লি। মসি চীং অসিদা চীংখোংদগী চীং ময়ায় ফাওবসিনা হোর্টিকলচরগী ফার্ম ওইনা লৈখরে। মসিদা কিহোম, সেব, মৌশমী, কোমলা, চম্প্রা, শিতাফোল

কাজুনচিংবা মখল মখা কয়াগী উহে লোয়না থাখ্রে। রেল লম্বীসু ত্রক, বস লম্বীসু চীংখোঙ্ অসি কোয়না লৈ। চীংমায়দগী চীংথক ফাওবনা জঙ্গল উয়োক্লি। চীং অসিদসু ত্রক গাড়ীগী লম্বী চাওনা ফজনা লৈ। অদুগা চীংদোল পরেংসি লম্বী চাওনা গাড়ী অনী থৈনবা য়াবা মওংদা পুমকোয় কোয়না লৈ। মসিনা ঐখোয়গী সীম্না ঙাকপা লাম্মিশিংগী লৈফম্নি। মরুপ কোলেজ অমা লৈরে মসিমগা চংলগা য়েংখিসি পুংসু অনী মখায় তাশিল্লক্লে।

- অদুদি য়াম্না ফরে চংখিসি মরুপ। অসুম্না ঐখোয় অনী গেত্তা গাড়ী খাম্লগা লেপ্তুনা লৈরে। চৌকিদার থোক্লক্লগা হংলে কনা উনবিগদবনো হায়না। মরুপ্না প্রিন্সিপাল অমুক্তা উনজগে য়াগদরা অমুক্তা হংবিরকউ। ফনি ঐ হংজরুগে হায়দুনা চৌকিদার চংখি। চৌকিদারগা লোয়ননা প্রিন্সিপাল থোক্লক্লে। প্রিন্সিপালগা হেন্দসেক তৌনৈ। প্রিন্সিপালনা মরম হংই। মরুপ্না মরম পুম্বা লোয়না হায়রে। প্রিন্সিপালনা য়াগনি লেংশিল্লসি হায়দুনা ঐখোয় কোলেজলোমদা চংলে। ওস্থোক্লা থুখ্রে, প্রিন্সিপালগা ৱারী ঙাইহাক শান্নরিঙৈদা শঙ্গোম লসি গিলাস চাওখ্রবা অমমমগা পরোথা ফোং-ফোং শাবা অমমমগা পুশিল্লক্লে। প্রিন্সিপাল হৌগৎলগা ফোরগ্রেদ অদুদগী লৌর- লৌরগা ঐখোয়গী মাঙ্দা থম্লগা ৱারী শান-শাননা অসি অমুক্তা চামিন-থকমিন্নসি হায়দুনা মখুৎ লোন্নরগা হায়রকই। মরুপ্না ঙসিসি খেনফম ফবা হায়বদু ওইবতাই, ঙসাইদগী চাদুনতা লাক্লবনি ঐখোয়। প্রিন্সিপালনা হাওব-হাওতবা অতিথি সেবানি খনবীদুনা অমুক্তা লৌখৎপিয়ু হায়দুনা হায়রকপদগীদি মরুপ্না লৌখৎলসি মরুপ ঐখোয়গী প্রিন্সিপালসু লৌখৎমিন্নরসি হায়দুনা ঐখোয় অহুম্মক চাবা হৌরে। ঐখোয়না চাবা লোয়রকপগা হেদ ক্লার্কনা তাইপ তৌবা চেদু পুশিল্লক্লগা পীররে। লাম্লবা মতমদা চাবা অসিদি অদুম হাওবা জাৎনি। অইংবগা অশাবগা কুইদে শং লোয়শিনখি। প্রিন্সিপালনা মাইক্রফোন্দা ক্লাস পুম্নমক্তা নোটিশদু পাদুনা খংহনখি। প্রিন্সিপালনা সার ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নসি হায়দুনা হায়রকপদগী ঐখোয় অহুম প্রিন্সিপালগী কাদগী টিচর্স কমন-রূমলোমদা চংলক্লে। ভাইস প্রিন্সিপালগী রূম অদুসু প্রিন্সিপালগী রূমগা করিমত্তা খেন্নবা লৈতে। প্রিন্সিপালগীদা লৈবগুম চাওরবা কলর টি.ভি. অমা মাইক্রফোন অমা, টেপ রেকোর্ডর অমা চাওরবা লাইব্রেরিগী উপু অমা অচৌবা টেবল, চৌক্রি অমমম লৈ। টিচিং ষ্টাফ প্রোফেসার, লেকচরর কুন্থ্রা হুমদোই লৈবা কোলেজনি হায় ওফ লৈবা ওঝাশিংদু মা-মাগী টেবল চৌক্রিদা ফমদুনা লোয়না লাইরিক পাদুনা লৈনরম্মী।

- ঐনা হংই - সার কোলেজসিবু পুং কয়াদগী হৌরগা পুং কয়াদা লোয়বগে ? প্রিন্সিপালনা - পুং তরামখায়দগী হৌরগা পুং মরিমখায়দা লোই। ওঝাশিংগী এটেন্দেন্সতি মখোয় লোয়নমক এসেম্বলি নঙ্নবা এটেন্ট তৌই, পুং মরি মখায়গী মতুংদা হন্নে। ওঝাশিংদি বোর্দিংদা লোয়না লৈবরা ? লৈ, মখোয়গী ক্বার্টর লোয়না লৈ। চাবা থকপদি মরনাইনি। অসুম্না কমন-রূম য়েংবা লোয়রগা ক্লাস রূমলোমদা অমুক চংলে। প্রিন্সিপালনা মী য়েংবা লাকই হায়না লাওথোকখিবনা তৌরিবরা ছাত্র অমত্তা চেক লাওদে। অদুবু ওঝাশিংগদি য়াম্না কন্না মরে য়েংনবদি উই। থোংজিল খুদিংদা ইদুনা থেৎলিবা কা মনুংগী ফক্লাংদা ইদুনা থেৎলিবা ব্রাহৈশিং পারুবদা ছাত্র খুদিংমক্কী পুক্লিং হকচাং লোয়না ইংহল-তপহন্নবা ওইরম্লে। ওম্ভোক্লা কল্লকখ্রেদা হে সৌরজগত ইমা ইবেম্মা, কল্লকইদা কল্লকই। পুক্লিংদা শোল্লি ঐনা অসুম্না প্রিন্সিপালনা লমজিংদুনা কা খুদিংমক চংদ্রবসু থোঙনাওদা লেপ-লেপ্তুনা য়েংবা য়াবা য়েংলে। মথংদা সাইন্স ব্লোকলোমদা অমুক চত্তুনা য়েংলে, সাইন্স ব্লোক ঐখোয়গী মনিপুরদনা লিক্লিগী গিলাস খরগা ট্যুব খরগা সাইন্স ব্লোকনি, সাইন্স তন্নীবনিকা হায়দুনা তৌরি। মখোয়না করি সাইন্টিষ্টনো ওইরক্কদৌরিবসিবো। ওম্ভোক্লা শোখনা ওম্ভোক্লা লাইররনা তম্মীদকো হে মনিপুর। সাইন্স ব্লোক য়েংবা লোয়রগা হোষ্টেললোমদা অমুক চৎলি। হোষ্টেল সুপরিন্টেন্দেন্ট লৈরম্মী। সুপরিন্টেন্দেন্টসু য়াওনা ফমুং লিশিং অমা চামঙা লৈবা মফম অদু কোয়না চত্তুনা য়েংএ। ফমুংদি মথক-মখা অনী লোংবী ঙাক্তনি। ফমুংগী নাক-য়েত্তা টেবল চৌক্রি অদুগা লেক অমমম লৈ। অদুগা হেক থংনবা শঙ অমদা ফায়ার বিগ্রেদ গাড়ী অনী দ্রাইভরগা কোন্ননা মখোয়গী দ্রেস শেৎপা মী মরি-মরি রেদিদা লৈরম্মী। মদুগী মথংদা মিনি হোসপিটাল লৈরে। পুম্নমক য়েংলবা মতুংদা ঐখোয় হল্লক্লে, হল্লকপা মতমদা টিচর্স কমন-রূম চংলগা হল্লকই। পেরদ লোয়রকপগী বেল খিংখিবগা লোয়ননা ওঝা পুম্নমক কমন-রূমলোমদা লোয়না চংনরকই। টেবল মথক্তা টেলিফোল অমমম, থবাক্কী ফুরিৎখাওদা মোবাইল ফোন অমমম ওঝাশিং ঐখোয় চংলকপদুদা লোয়না লেপখত্তুনা ঐখোয়বু ইকাইখুম্নবা উৎলি। মথংগী ক্লাস লৈবা ওঝাশিংনা ঐখোয়দা নমস্কার তৌরম্লগা মাগী-মাগী টিচিং এদ পুরগা ক্লসতা চংনখি। ঐনা হংই - কোলেজগী ওইবা লাইব্রেরিদি লৈবা উদে, ওঝাগী ওইবা ইশা-ইশাগী লাইব্রেরিদি উবা ফংলে। ওঝাগী লাইব্রেরি বুকশিংসিবু সরকারনা পীবিবরা ? ইশাগী ওইনা লৈবিবরা ? প্রিন্সিপালনা খুম্নকই - কোলেজগী লাইব্রেরি লৈ। ঙসাই ঐখোয়না

য়েংবদা চিংখইরমালে। ঐগী ওফিসকা মায়য়োক্লনা লৈরে অদুননি। ওঝাশিংগী লাইব্রেরি বুকশিংসি তেক্সবুকমখৈনা সরকারনা পীবনি অতৈদি ওঝা মশানা লৈজবা ঙাক্তনি। মশানা লৈজবা হায়রিবসি সরকারগী গ্রান্ট অমসুং সবসিদি ঙাক্তনি। চহি খুদিংগী সরকারনা ওঝাশিংদগী মখোয়না লৈগদৌবা মখোয়না পাম্বা লাইরিকশিংগী লিষ্টকা কোন্ননা এপ্লিকেসন কোল তৌই। অদুগা লাইরিকশিং অসি পীবনি। অসুম্না ব্রারী শানা-শানা প্রিন্সিপালগী কা য়ৌরক্লে। মরুপ্না প্রিন্সিপালদগী বিদায় লৌরগা ঐখোয় কোলেজদগী থোক্লক্লে। মতম অদু পুং অহুমমথায় তারে।

- ঐনা মরুপ্তা হংই - সিদগী য়ুম হনবদা পুং কয়াদা থুংগনি ?

- ঐখোয়না ঙসাই লাকখিবা লম্বী অদুদা হল্লরোই মরুপ। হৌজিক কোলেজলোমদা লাকইবা লম্বী অসিদা অসুম চৎখ্রগনি। অসিদগী য়ুনিভর্সিটি অমা উবা ফংলগনি চংদুনা য়েংবদি পুং অসিনা ফরক তারগনি। ঐখোয় য়ুম য়ৌবদা পুং তরুক্কুম্বা অদুব্রাইদা থুংলরগনি।

- মনুং চংদ্রবসু গেস্তা অদুম য়েংলগা লোয়রেদনা।

- অদুসু য়াই, য়ুনিভর্সিটি করিনো হায়বদু খংদবা মীসু নত্তবা।

(পক্লিংদা খল্লকই- ফজে-ফজে সৌরজগত। অসিগুম্বা লৈশেমলোন অসিবু মালেমগী করম্বা মফমদা লৈরমগদগে ? লাকখ্রিবা লম্বী, হল্লকইবা লম্বী করিমত্তা খেন্নদে। লম্বীগী পাক চাওবা হৈপাল লৈপাল থারিবা ঈথৈ লৌখোং চেল্লিবা লম্বী খুদিংমক লৈখোম থোক্তে, উফুল থোক্তে। চেল্লিবা গাড়ী মৈখু অমত্তসু থোক্তে। অয়ুক লাকপদা মায়কৈ পুম্নমক পুমলং-লংনা লৈচিন নোংফাই থাংদবা তরু-তরু তঙাল-তঙাল উখিবা অদুগুম্না, নুমিৎ তারমদাই অসিদসু অসুম তরু-তরু লৈচিন নোংফাই অমত্তা থাংদে। তশেংনমক ইয়ার পোলুসন্দি শুকলৈ লৈতে হায়বা য়ারে। অঙকপনি সৌরজগত-ওঝাশিংদসু লাইরিক লৈনবা গ্রান্ট, সবসিদি পীদুনা লৈবা ঙমদ্রবা লাইরিক লাইশু হৈবা লৈবা ঙম্নবা খুদোংচাবা কয়া পীবিবা। লৌমীশিংবুনা পেন্সন পীদুনা ইকাই খুম্নবীব্রা নুংঙাইনা লৈনবা শিনবনি। মসিগী লৈঙাকলোন অসিবু ঐখোয়না মতৌ তমদুনা ঐখোয়গী লৈবাক শেমগৎপা ঙম্লোইদরনে। খল্লি পুক্লিংদা মঙল-মঙল। মরুপকী গাড়ী চেল্লি স্পীড মরিফু-মরিফুতরাদা। পুংদি মঙারোম তাগদৌরে লম্বী সোরোক য়ুম্লক খুল্লক মৈতনা পুমঙাল-ঙানখরে। অমম্বা হায়বদু অমত্তা উখিদরে। সোলর লেম্পতনা থা

থোকপদৌনা সৌরজগত পুম্বা পুমঙাল ঙানখরে। য়ুনিভর্সিটিগী গেট য়ৌরগা মরুপ্না গাড়ী খাম্মী গেট অদুমক্তদা সোলর লেম্প অমা পুমঙাল ঙাননা লৈরম্মী। হংনিংলকই, হংখ্রবরা হায়নসু খল্লি। খন্ন-খন্না অদুম হংলে। )

- মরুপ সোলর লেম্পকী ৱারী তানিংলে।

- (মরুপ্না নোক্লগা তানিঙলবদি লীবা তারেদনা) সোলর লেম্প অসি সৌরজগত শিনবা থুংনা মসিগী মৈ অসি থাল্লি। লেম্প অমগা লেম্প অমগগী অথাপ্পসি কিলোমিটর অহুম-অহুমনি। মসিগী আইরন টাৱার অসি মিটর চাহুম-চাহুম ৱাংই। টাৱার অমদা মিটর তরামঙা-তরামঙাগী ডাইমিটর পাকপা-শাংবা মওংদা কোইরপ কোইবা সোলর পেনেল (বোর্দ) নাক-য়েৎ অনীমক্তা ফোর্তি ফাইভ দিগ্রীদা ঙল্লপ্পা লৈ। টাৱার অমগী মৈনা কিলোমিটর অমা মখায় অমা মখায় ফাওবা ঙাল্লি অদুনা অনীনা ওনশিন্নরক্লবদি কিলোমিটর অহুম ফাওবদি ফজনা ঙানবা ঙল্লে। অসিগী সিস্টেমদা লোয়না প্লান তৌখিবনি মরুপ। সোলর বোর্দ অসিগা পাকপা চাওবা মান্নবা ষ্টিলগী জালী, কারগী বোনেৎ অমসুং বোদিগী মথক্তা য়াওরিবা অসিগুম্বা অমমমসু য়াওরি অদুনা লেন্নচিংবা তারকপদা পেনেলদা শোক্তনবা। অসি মঙাইরে সোলর লেম্পকী ৱারীসি।

- য়াম্না নুংঙাইরে মরুপ, উবদি অদুম উবা সিনি-সিনি হায়বদুদি খঙ্দবা অদুদা খঙনিংদুনা হেক্তা হংলিবনি।

- হংগদৌবনি মরুপ খঙ্নিংবা-চিংনবা অমা হেক লৈবদা হেক্তা হংবিরকউ। ঐনা খঙ্দ্রবদি খঙদ্রে, খঙলবদি ঐসু হেক্তা হায়রক্কনি, অসিনি অসিনি হায়দুনা। য়ুনিভর্সিটিলোমদা অমুক য়েংবীরকও। য়ুনিভশিতি অসিগী লম অসি একর চনি মুক ওইগনি। মসিদা দিপামেন্ত খুদিংমকসুনা লোয়না লৈখরে। মসিদদি স্কোপসি খরা চাওখরে। বিলদিং ঙাক্তগা ওইবগা ব্লোক-ব্লোক তোঙাল তোঙালনা খায়দোক্লুনা অসিদা ফায়ারব্রিগেট দিপার্টমেন্ট অহুম লৈ। চঙ্বসু য়াদ্রবনিনা চৎলশিরা থেংখ্রগনি।

- য়ারে মরুপ লেংখৎপীরো চৎলসি।(অসুম্না ঐখোয় য়ুম পাংলক্লে)

- মরুপ ঙসিগী খোঙচৎসিদা কোলেজ অমগা য়ুনিভর্সিটি অমগদা উবা ফংই ...।

- ঐ হায়জগে মরুপ, ঐখোয়না লাকইবা লম্বী অসি ষ্টেট হায়ৱেনি। ঐনা চীংশিং অসিদা তৌরিবা অসি য়েংহননিবদগী মসিগী লম্বী অসিদা লাকপনি। হৌজিক

অসোমদা লৈরিবসি চীংখোঙ পরেংসিদা লৈরিবা বস অমসুং রেল লম্বী অসিখক্তা মঙাইরে। সোমদা হায়ব্রে অহুম লৈরে। মসিদদি কোলেজ, য়ুনিভর্সিটি মরাং কাইনা লৈপ্রে। লাকইবা লম্বী অসি চুমদ্রিং লাকপা নত্তে। কোইরগা লাকপনি হৌজিক ঐখোয় য়ুম য়ৌগদৌবা য়াম্না ব্রাত্রে।

- য়াম্না নুংঙাইজরে হৌজিক্তি মরম লোয়না খঙ্লবনিনা। মসিদগী হেন্দোকপা লৈঙাকলোনগী মতাংদা করি খঙনিংঙাই লৈরিবগে ?

- হৌজিকপু করি ব্রাংলিবগে ? ঐসু খনজগে, মরুপসু খনবিয়ু। সৌরজগতকী মেপ অসি মিরাংগুম্না কোয়রপ কোয়। অদুনা লম্বী সোরোকসু কোয়রপ কোয়, রেল লম্বী সৌরজগত পুম্বা লোয়না থুংই, রেল য়ৌদবা, বস য়ৌদবা লম অমত্তা লৈতে। অদুগা মেত্রো রেলদি অনীখক্তনি, মসিগী লম্বীগী মওংদি ক্রোস মার্ক - তিনশিনবগী খুদমগুম্না লৈ। ক্রোসকী ময়াই অসিদা ষ্টেসন অমখক লৈ, মসিদা রেল ক্রোস তৌনৈ। মেত্রোগী লম্বীসি নোংপোক-নোংচুপনি। খা-ব্রাং ফাওনবা তনেল হৎপা শেম্বা শাবা লোয়রে, হৌজিক তালী থাবা হৌরে, থা তরুক ফাওবগী মনুংদা লোইরবা য়াই। মথংসিদি মরুপ করিগী মতাং ?

- লৈঙাকলোন অসিনা মতাং অসিব্রাইদা লোইশিল্লসি। করিগুম্বা খঙ্নিংবা, হংনিংবা লৈরগা হংজরক্কে। মখা অসিদি লৈবাক ঙাক শেনবগী মতাংদা খরা তাকপিয়ু।

----

# তরামরিশুবা তাঙ্কক

- লৈবাক ঙাকশেনবগী মতাংদা হায়রবদি ঐখোয়গী লৈঙাকলোনদা থোইদোকপা খুদোংথীবা থোকপা য়াবা অমত্তা লৈতে। হায়বগী অর্থদি লৈরোননবা লৈবাক অমত্তগা য়েক্নবা য়েংথিনবা অমত্তা লৈতে। অদু কনানা খঙগনি কনাগুম্বা লৈবাক্না পেন্দবা অমদগী হেক লান্দরক্লবদি, অসি তৌররোই হায়নিঙাই লৈতে। মরম অদুনা ঐখোয়গী ঙমখৈ ঙাকপা লালমীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না মীকুপ-নাহুম শিংনা ঙাকশেন্দুনা লৈরি।

- খুৎশু-খুৎলাইশিংদি মরূপ?

- খুৎশু-খুৎলাইগী মতাংদদি লৈবাক পূম্নমক্তা লৈনরিবা পূম্বা ঐখোয়গীসু মতিক চানা লৈ। মিশাইল তেক্নোলোজিগী মতাংদা 'গুমভির' হায়না মিংথোনবা মিশাইল অমা লৈরি। মসি পৃথিবীগী মিশাইল খুদিংমক উমশিল্লগা নোং থক্তা মাঙ্হনবা নত্রগা য়েক্নবগী মিশাইল কাপলকইবা মফম অদু ফাওবা উমশিন্দুনা পুখ্রগা মফমদুদা পোকখাইহনবা ঙম্বা মিশাইল লৈ। ইশাভেদি কৌবা মিশাইল অসিনা কিলোমিটর চামঙাদগী কিলোমিটর লিশিং মরি ফাওবগী মনুংদা লৈবা মফমদা শুকশোয়-শোয়দনা তারগেট তৌবা ঙম্মী পালহনবা ঙম্মী। ঐখোয়গী রাদর অসিগী মমিং 'দিব্যচক্ষু' কৌই। অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং মতম পূম্নমক্তা কিলোমিটর চাম মরিফুদগী চনিফাওবদি মী অমগী চাও-শাংবা অদুমক্কা চপ মান্নবা উবা ঙম্মী। 'দিব্য চক্ষু' রাদর অসিগী মতেংনা ঐখোয়না খুদোং চাবা য়াম্না ফংই। মায়কৈ মরিমক্তা রাদর অসি অমমম্ থম্মী। খরা পীকশিন্না কিলোমিটর চামরি ফাওবা উবা ঙম্মী।

স্পেস সেন্তর মরি শিমনাগী মায়কৈ মরিমক্তা লৈ। হায়রিবা সেন্তর অসিদা হায়রিবা রাদর মরি অসি থস্মী। লোয়ন-লোয়ননা লৈমায়দসু মায়কৈ মরিদা রাদরদি অমমম্ লৈ। অদুনা লোন্না-থুপ্না য়েক্লবনা ঐখোয়গী মাইকৈদা শীংনরক্লে হায়বসি ঐখোয়না মাঙজৌননা খঙবা ঙম্মী। এলোপ্লেন, এতোমগী ব্রাদি ময়ামগী লৈনরিবা অদুনি ঐখোয়গীদা লৈরিশিসু।

- মরুপ মরক থংনা করিগুম্বা অমত্তা হংজহৌগে।

- হংবিয়ু করি মতাংদনো?

- তেলিফোন্দা শক্তম উরিবশিগী মতাংদা খঙনিংবা।

- মসিগী তেক্নোলোজিসি ঐনা খঙবদি নত্রে, অদুবু মসিগী কান্নবদি য়াম্না লৈ। তেলিফোন্দা, তেলিফোন অসি কদায়দগী কনানা তৌরকইবনো হায়বসি, হান্না শকখং-মাইখংনরবা মীনা তৌরকপা ওইরবদি হেক খঙই। অদু নত্রবদি কনানা তৌরকইবনো হায়বসি খঙবা ঙমদে অদুনা মায়কৈ অনিমক্তা চিংনবা পোক্লে। মদু হৌজিক্তি লৈত্রে। ঐনা তেলিফোন নম্বর অমদা দাইল হেক তৌবদা রিং অসি চংলবদি ঐগী ইশক্কা দিষ্ট্রিক্কা ঐনা দাইল তৌখিবা তেলিফোন অদুগী দাইল তৌফমগী নম্বর, মথক্কী অহাংবা অদুদা থোক্লক্কনি-হায়বদি উগনি। অদুদগী ঐনা দাইল তৌখিবা রিং চংলবা তেলিফোন অদুগী রিসিভর অদু মী অদুনা তাপ হেক পায়খৎখিবা মতমদা মী অদুগী মশক অমসুং দিষ্ট্রিক্কা ঐনা ঐগী তেলিফোনগী দাইল মথক্তুদা উবা ফংলনি। ঐখোয় অনি নোক্না-নোক্না, নত্রে শাওনবু ওইরবসু ব্রারী শানবদুদা অদুম উনবা ফংই। মসিনা মরম ওইদুনা তেলিফোন্দা অরোল অথুপ, শক লোক্তুনা ঙাংবা, কিহনবা, থমকা তৌবা লোয়না ফানবা ঙল্লে। ঐঙোন্দা তেলিফোন তৌরকইবা মীশক অদু ঐনা মশক খঙ্দবা মীওইরবদি ব্রারী শান-শাননা নত্রে ঐখোয় অনি হেক উনবা মতম অদুদা ফোতো কাপহৌরবদি ঐনা পাম্বগী মতুং ইন্না মহাকপু কোম্না-লাইনা ফাবা ঙম্মী। ঐখোয়গী সি,আই,ডি শিং, নত্রে তেলিফোন থম্লরিবশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা কেমেরা অমদি তেলিফোন অনি অসিদি অদুম শাগোনরে। কেমেরাসু কল্লরগী অদুগা খুদক্তা নেগেতিপকা লোয়ননা ফোতো অদু থোক্লকপা মখলগী কেমেরানি পায়নরিবদু। ঐগীসু দ্রাব্বর মদুংদা য়াওরিবনি।

- অদুদি য়াম্না ফবা মখলগী খুৎলাই অমনি হায়বা য়াই। ঐখোয়গী মনিপুরদদি তেলিফোন হেক্তা তৌরকই, কদায়দগীনো হায়বসু খঙদে হয়েং হংচিৎ-মফম

অদুদা লুপা অদুক পুরকউ। অদুসু অওইবনি হায়বসু খঙদে।ওইদবনা তৌরকইবনি হায়বসু খঙদে। মরুপখোয়গী অসিগুম্বা মখলগী তেলিফোন ওইরবদি ঐখোয়গীদা মীওং-মীনৈ তৌরিমশিংসি তৌবা ঙম্লোইদৌবনিকো।

- করিনো মরুপ্না অশেংবা-শেংদবকা হায়দুনা মরুম-মরুম শোল্লিবদুবো?

- করিসু নত্তে মরুপ ঐগী হৌনবীনি।

- ঐখোয় অনিগী ৱারীসিদি অঙকপা মখলগী ৱারী হায়বদু তারে। ঙাকশেলগী ৱারী শানরিঙৈদা তেলিফোনগী মতাং অমসু য়াওশিল্লি। হৌজিক তেলিফোনগী লোইখ্রবনিনা ৱাংহৌবা খুৎলাই খরগী মরমদা অমুক হায়জগে। ঐগী-মীগী নাইদবা খুৎলাই অমগা লৈরি। মমিংনা শবদভেদী (শব্দভেদী) মিশাইল কৌই। মফম খঙদনা, মশক উদনা অতিয়াদা এলোপ্লেনবু ওইরবসু মিশাইলবু ওইরবসু হেক্তা কাপখাইবা ঙম্মী। এলোদ্রোমদা তাখিবা প্লেন খোঞ্জেল থোক্লা ঙংদুনা লৈরম্লবসু অদুম কাপখাইখ্রে। মতাং অসিদনি লুরিবসি পাইরকইবা প্লেন্দু ঐখোয়গীরা মীগীরা খঙদনা হেক্তা কাপলুপা য়াদে। প্লেন অদুনা ঐখোয়গী ওইরম্লবসু অদুম কাপখায়খ্রগনি। মীওইবা ঐখোয়গী নাদগী হেন্না খোঞ্জেন তাবা ঙম্বা মীটর অসিগী কাটানা নম্বর মঙাওবা হাইগৎলক্লবদি মিশাইল অসিনা করিগুম্বা খোঞ্জেল খরা অতিয়াগী মাইকৈদগী তারে হায়না খঙনগনি। করিগুম্বা মীটর অদুগী কাটানা নম্বর তরা য়ৌনা হাইগৎলক্লবদি হৌনবী মতুংইন্না সুইজ ওন হেক তৌবদা অদুম তান্নদুনা খোঞ্জেন পুরিবা (থোকলিবা) পোৎশক অদু অদুম লোইশিলখ্রনি। পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা লৈনরিবা খুৎলাইশিং অসিদগী খরা তোপ-তোপ্পা হায়রবদি মখোয় অসিখক ঙাইরে। য়াম্না ঙক্লিবা অমনা গুমভীর হায়রিবা মিশাইল অসিনি। মঙোন্দসু শাউনগী মীটর অসি পাল্লি। মিশাইলদগী চাওবসি গুমভীর অসিনা ইচাও চাওরে মওংসু গুমভীরগী গুমভীর অদুমঙাই। মহাক্লা এতোম বোম পুবা মিশাইল অমবু উমশিন্দুনা পাইখ্রগা য়েক্ল বগী লৈবাক অদুদা পোকখাইহনবা ঙম্বা অসিনি।

- মরুপ, ফেমিলি ৱেলফিয়ারগী মতাংদি?

- ফেমিলি ৱেলফিয়ারদি ৱেলফিয়ার ওইরি হায়বা তাই। মরমদি নুপীনা চহি কুন, নুপানা চহি কুনমঙা অসি য়ৌদ্রিঙৈদা যুম্বানবা য়াদে। অয়াম্বনা বোর্দিংদা লৈদুনা অৱাংবা থাক্কী মহে তম্নরকপনিনা নুপাসু নুপীসু অয়াম্বনা চহি কুনমঙাগী মমাংদদি য়ুম পানবগী থবকসি থোইনবু তৌনদ্রে। য়ুম পানবদগীদি মহৈ তম্বনা

হেন্না মরুওইনা লৌনৈ। মরম অদুনা য়ুম্বাল্লক্লবদসু নুপা-নুপী লোইনা মশা-মউ ফৈ। অদুগা অঙাং পোকপসু অঙাং অনী-অহুমদগী হেন্না পোক্তে, পোক্তনবসু মপা-মমা ওইরিবশিংনা হোৎনৈ। মপা-মমা ওইরিবশিংনা ব্রহ্মাচার্য চৎলকপা অদুগা লোয়ননা য়াইফ-য়ুম্বালগী মরমদা থোইনা হেন্না খঙ্-হৈবা মরম্না বার্দ কন্ট্রোল মপুং ফানা ঙাক্না চৎলি। অদুনা মসিগী মরমদা সরকারনসু অকনবা মিৎয়েং চঙ্ই। মরুপ, ঙাইহাক লেপখিসি, মফমসিদা।

- করি কনা উনগদৌবা লৈবগে মরুপ ?

- কনা উনবগী নত্তে, সিদা লৈরিবা লাইব্রেরিসি য়েংখিসি হায়বনিদা।

- অদুদি য়াম্না ফৈনা (অসুম্না গাড়ী খাল্লগা মরুপকা ঐখোয়নী কুমথরগা লাইব্রেরি হোল্লোমদা চঙ্লে। মরুপ্না তাক্লকই - মরুপ ঐখোয়না হোল অসিদা হেক চঙ্খিবদা ঐখোয়গী লোনথক্কী অহলশিং লৈরমগনি, মখোয়গী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা ঐখোয়না নমস্কার তৌরগনি। মদুদা মরুপসু য়াওবিয়ু। অতৈদি ঐগা লোয়ননা অদুম চত্তুনা য়েংবা য়ারগনি। মরুপ্না হায়বা মতুংইন্না ঐখোয়নী হোল মনুংদা চংলে। মরুপ্না হায়বগুম হেক চঙ্খিবগী অদুদা ঐখোয়গী লোন্থক অহলশিং লৈরম্মী। মরুপ ঐখোয়নীনা নমস্কার নমস্কার হায়দুনা চঙ্ই, মখোয়সু নমস্কার, নমস্কার হায়দুনা ওকই। হোলগী নাকল অমদা ফুট তরুকলোম পাকপা হোলদু থুংনা শাংলবা লম্বী, অদুগা হোলদু থুংনা ফুট নিপাল লোম ব্রাংবা উপু আল্মীরা লাইরিক থন্ন-থন্না য়াওবা পরেং অমা লৈ। লাইব্রেরিয়ান মঙানা দিমান তৌরিবা লাইরিকশিং কম্পুটরদা নল্ল-নল্লগা থিরগা পীরি, লাইরিক পাফম অদু চৌকি অমগা টেবল মচা অমমমগা লোয়না থাই। মায়-মায় ওনশিন্নবা রো মরি লৈ। মরক্তু মী চৎনবা লম্বীনি। মরুপ্তা ঐনা হংই- মরুপ লাইব্রেরি হোল অসিবু খুঙ্গংগীরা শহরগীরা ?

- খুঙ্গংগীনি।

- অসিদা সিট কয়া লৈবা ?

- অসিদা সিট চাহুমদগী চামরি ফাওবা ওইরমগনি।

- অদুদি য়ারে লেংলসি।

- ফনি চৎলসি। (অসুম্না লাইব্রেরি অদু য়েংলগা ঐখোয় অমুক লাক্লে)।

গাড়ী মনুংদা ঐনা হংই - মরুপ, মরুপখোয়গীসিবু দণ্ডি পানবা জাৎলা? সিট চাহুম-চামরিগী মনুংদা সিট তরা নিপালথক হাঙহৌই ?

- কদায়দগী দণ্ডি পানগবনো, হেবিৎনি। লৈবাক অমা চাওখৎহনবদা লাইব্রেরিগী থৌদাং অসি অসুক্কী মতিক চাওখ্রে হায়বসি ঐখোয়গী লাইব্রেরিশিং অসিনা তাকঅবনি। হায়স্কুল, কোলেজ, য়ুনিভর্সিটিদা থেংনরক্তবা, তম্নক্তবা বিষয় কয়া লাইব্রেরি অসিদগী খঙ্বা ঙম্লে। লৈহৌরিবা অহল্লোন কাংবু অদুসু রিটায়ার প্রোফেসার, ইঞ্জিনিয়ার স্কোলর ঙাক্তনি। হোরেল লোয়রকপদা মখোয় লোয়না পুনশিন্নরগা ৱাফম কয়া খন্ন-নৈনগনি। হোল মমাং অদুদা লৈহৌরিবা কার চহুম-চামরি অদু লৌমী-শিন্মীশিংগী ঙাক্তনি। অসুম্না খুঙ্গং খুদিংগী লাইব্রেরি অসি লোয়না লৈ, ঐখোয়না খুঙ্গং হায়রুবগী ৱাখক্তনি লোয়না শহর ঙাক্তনি। কেপিটেলদগী খরা থাপ্লী হায়বগীদমক খুঙ্গং হায়রগা খঙ্নবগী ৱানি। মরুপ লম্বীসি শমজিল্লগে।

- যারে য়ুম য়ৌনবা (অসুম্না মরুপ্না লম্বী অদু শমজিন্দুনা লাকপনা মরুপকী গেট হেক য়ৌরকপদা রাষ্ট্রপতিনা অমুক্তা লাক্তবা য়াদে হায়দুনা টেলিফোন তৌরক্লে। মরুপ্না ঐবুসু চৎলুসি হায়রকই, ঐনা অসুম লৈহৌরগে হায়বদগী য়ুম চংলমদনা ইন্দ্রানীদা ফোন তৌরম্লগা মরুপ চৎখ্রে। মরুপ য়াওদনা ঐসু য়ুমদুদা চংবদু নুংঙাইতরে। গেট হাংবা লাকপরা হায়দুনা ঙাইহাক লেপ্তুনা ঙাইদুনা লৈরে। মিনিট কুনমুক ঙাইদুনা লৈবদা ইন্দ্রানী থোক্লক্লে। ঈরুজনিংবগা থোঙ্গ্না তেকপগা চপ মান্নে হায়বদু থোক্তুনা ঐসু অহাঙবা মফম অমা য়েংলগা ফমগে তৌবনি, বজার ওইবনা অহাঙবা মফম নাতে চাবা লৈতে। হোটেল থিবদা পার্কিং অমসু থেংনরে। হোটেলদা চঙ্লগা কোফী অমা থক্লগা পার্কিং অদুদা লৈরিবা থা মচেৎ মান্না বিলামাতিনা হৈদুনা ফম্লনবা শাদুনা লৈরিবা ফম্ফম অদুদা ফমদুনা মঙ্ মঙ্দুনা লৈরে ঐহাক। ঙসাই মরুপকা চঙদুনা য়েংমিন্নরুবা হায়স্কুল, কোলেজশিংদুগী থোঙগী থোঙ্থক, কা মনুংগী ফক্লাংদা ইরন্নীবা শ্লোকশিং অদু হেক উরু-পারুবদা ছাত্রশিংগী পুক্লিং ইংলোইদৌবা, তপলোইদৌবা কনা য়াওরমগনি ? থোঙজিন মথক্তুদা -

> য়তো ধর্মস্ততো জয়ঃ
> ধর্ম লৈবা মফমদা জয় লৈবনি।

পারু-উরুবমক্তুদা পুক্লিং হেক ফাথবা ঙস্বা মহামন্ত্রনি। ফক্লাংদনা হেক চঙ্লকপগী মায়য়োক্লবদুদনা -

> ধর্ম চরত মাऽধর্ম সত্যং বদত মানৃতম্।
> দীর্ঘ পশ্যত মা হ্রস্বং পরং পশ্যত মাऽপরম্।।

ধর্ম চৎলু, ধর্ম নত্তবা তৌগনু, অচুম্বা ঙাঙউ, অরানবা ঙাঙগনু,
মীৎয়েং চাওথোকউ, অখুবা মীৎয়েং থাদোকউ, অৱাংবা
মীৎয়েংনা য়েংউ, অনেম্বা মীৎয়েংনা য়েংগনু পুকচেল চাওথোকউ।

ফম্লগা মায়য়োক্লবা ফক্লাংদনা -

সত্যং বদ ধর্ম চরা স্বাধ্যায়ান্মা প্রমদ।

অচুম্বা ঙাঙ্উ, ধর্ম চৎলু, নশাগী মহৈ হৈনবা হোৎনবদা
অপনবা থোকহনগনু।

অসুম্না মমল য়াম্লবা ৱাহৈশিংনা ছাত্রশিংনা ছাত্রশিংগী পুক্লিং ফাথনবা হোৎনবসিবু ভারতকী করম্বা স্কুলশিংদা য়াওমগনি। ভারতকী মুনি-ঋষি কয়ানা ইরম্বা ফজ-ফজরবা পাউতাক কয়া লৈ, লৈরিবশিংদু ঐখোয়গীনা লুবাক মনুংদা হাপচিন্দুনা থম্লবনিনা ছাত্র নহারোলশিংনা অমত্তা খণ্ড্রে। লৈ হায়বগী ৱাখক্তা মঙাইরে।

কল্লকইদা, হে সৌরজগত ইমা ইবেম্মা। ইমা নঙগী নচাশিং কল্লকই, কল্লকইদা। মচাশু মমাচানবী মচা ওইবা, মমাশু মচা চানবী মমা ওইবা, লৈতে ইমা নঙগুম্বী ইংনা-চিক্লা লৈবা মালেমদা। রেল তালী, লৈবাক খুদিংমক্কীসু রেল চেল্লি, চেল্লিবদু তালীদনি। তালী অদুফাওবা ময়ামদগী ইতোপ হেক তোপ্পা অনৌবা মওংদা খুদোংথীবা কয়াদগী ঙাকথোকচবা ঙম্লবা হোৎনরম্বা, ভোগী অদু ফাওবদা ময়ামগা খেন্ননা, ফজবগী ৱা থাদোক্লুনা মরৈবাক মচা প্রজা মীয়ামগী পুন্সিদা অশোয়-অঙাম য়াওদনবা কয়াদা ৱাখল লৈনা শেম্লমলিবা। ভারত্তদি নোংমা কাংদে রেল অদু তালীদগী নাম্থদুনা মী অসুক শিরে, অসুক শোক্লে খবরশিংদা য়াওরিবা। মীগীদনা তালীদগী নাম্থোক্তনবা শারগা ঐখোয়গীদি শাবদি লাইরদনা নোংমদবু রেলৱেগী অখণ্ড্ অহৈনি হায়দুনা লৈরিবশিংদুনা তালী অসি করম্বা মওংদা শারগা রেলগী চাকানা তালীদগী নাম্থরোইদগে হায়নকা করিগুম্বা মতমদা খনখিবকা লৈরমগদরা? লৈরম্লোই, খনবকাদি লৈরকখিগদরা? লৈরক্লোই, করিগী ? মখোয়সি মশাগী ইমুং মনুংগী নুংঙাই য়াইফনবদা খনবা মরম্না।

ভোগী মনুংগী সিট 'রাজধানী'দা তৌরিবশিং অদুক ফজবদি অদুদগী হেন্না ফজহনবা য়াররোই অরোইবিনি। অদুম ওইনমক করিগুম্বা এক্সিদেন্ট অমা থোকপা মতমদদি য়োৎহৌ-কোহৌনা কোত্তুনা য়াল্লিবা সিট অদুদা তুম্বা-হিপ্পা ফল্লিবা মীশিং অদুদি লাক-লাক্লুনা লংবগা চপ মান্নরে। সৌরজগতকীনা অদু

তৌদনবা হোৎনবা- অনী অসিদি কয়দা খেন্নখরে। খরদি খন্থবা মতম য়ৌরবনি-ঐখোয়গী লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংসে।

ঐনা শোমদা ব্রাখন্দা উংলি। মরুপ্না ঐবু থিরি। ঐনা উবা নত্তনদি মরুপ্না ঐবুদি শুকউ-উররোই খন্দুনা ঐনা মরুপ ঐ সিদা লৈএ, হায়দুনা ঐসু হৌগৎলে। মরুপ্না ঐগী নাক্তা চঙ্শিল্লক্লগা, মরুপ্তি অদুদা কৈদৌরিবা ? য়ুমদা লেঙশিল্লগা নুংঙাইনা পোত্থাবিদুনা লৈরমগদরা খল্লগা য়ুমদসু চঙলক্তে হায়, অদুদগী ঐ থিবা লাক্লমলিবনি। সিসু মরুপ্না কৌরক্লবদি ঐ অমরোমদা অমুক চৎখ্রদৌবনি।

- ঐসু মরুপ লাকপা ঙাইবা ওইনা অসুম হকচিক লাংদুনা লৈরম্বনিদা।

- ফরে অদুদি লেঙশিল্লসি।

- ফরে চঙলসি। (অসুম্না মরুপ ঐখোয় অনী য়ুমদা চংলক্লে। য়ুম য়ৌবগা ইন্দ্রানীনা তামোদি কদায় য়ৌরুরবা হংলকই। ঐ কদায় চত্তে, মরুপ লাকপা ঙাইদুনা অসুম লৈরুবনিদা ঐনা খুম্মী। ফিরোল হোংদোকপিরো চাক লোয়রে, হায়রকপদগী মরুপ ঐখোয়নী কাদা চংলগা ফিরোল হোংদোক্তুনা খোং-খুৎ, মায়-মিৎ তাথোক্লগা চাকশঙদা চংলগা চাক চারে।

চাক তোক্লকপগা মরুপ্না, মরুপ করি তৌসিগে ? ঐঙোন্দা হংলকই। নোংঙানবদগী গাড়ী মনুংদা অসুম ফমদুনা লাকপনা নুমিদাং পুং তরেৎ তারবনি, অসিদবু অমুক খঙনিংই হংনিংই হায়দুনবু করম্না ফমখিসি হায়না খুমগদগে, খল্লুবদা ঐনা ঙাইহাক অসুম হব্রা চারুবনা নুংঙাইগদরা মরুপ হায়না খুমখি। ঐগী পাউখুম তারবদা মরুপ্না অদুদি ফুরিৎ পাজমা অমমম হোংদোক্লগা চৎলসি হায়রকপদগী পাজমা কুর্টা হোংদোক্লগা ঐখোয় অনী থোক্লক্লে। মরুপকী য়ুম বজার মরক্কী গলী অমদা ফুট য়াঙ্খ্রেগুম্বা চংলগা লৈবনি। মীয়াম্না তিনবা মতম ওইবনা মরুপ্না পাজমা হোংদোকসি হায়বনি। য়ুমদা ফমদুনা ব্রারী শাদে হায়বগী ব্রাখক্তনি। লম্বী চৎন-চৎনা অতোপ্পা ব্রারী শানিংঙাইদি লৈতবনিনা ঐসু ঐগী খঙ্নিংবা হংনিংবদু অদুম মহংঙে।

- মরুপ্না মমাংদা ভারতপু য়াম্না থাগৎপীখিবগা লোয়ননা তাকপীখিবা ব্রাফম "ইনাক খুনবগী অরেমখাক্লা লাইরবগী চাকলেন ওইনৈ" হায়না তাকপীখিবদুবু করি করিগী মতাংদা লাইরবগী চাক্লেন ওইনরিবনো ? মতাংদু অমুক্তা তাকপীয়ুবা।

- ও! চুম্মী, অদুগী মতাংদু ওপোজিসন পার্টি লিংহনবগী মতাং অমদি পনখ্রবরা

খল্লি। অদুবু ঐ হায়জরক্কে। মসি ভক্ত কবীরদাসী ৱারীনি। মসি 'সাখী' হায়গদরা 'দোহা' হায়গদরা অদুদি খঙদরে। ঐখোয়না ফংবদি মাগী 'সাখী'দগী ফংবনি। ভাব, অর্থদি মান্নরগা শব্দদদি খরা খেন্নবসু য়াওই। মদুদি মখাগী অসিনি।

অহানবদা - নিন্দক নিয়রে রাখিএ, আঙ্গল কুটি সৱাই।
বিন পানী সাবুন বিন, নির্মল করে সুভায়।।

অনীশুবনা - নিন্দক নেড়া রাখিয়ে, আংগনী কুটী বংধাই।
বিন সাবন পাংনী বিনা, নিরমল করৈ সুভাই।।

ঐনা মথক্তা হায়জখরে - মদুদি অনী অসি অর্থ অমদি ভাব চপ মান্নে হায়না।

অর্থদি অসিনি - নহাক্কী অশোয়বদা ঙাঙ-চৈরিবা মীশক অদো নহাক্কী ননাক্তা, শুমাং-মাঙ্গোন্দা মথক কুপ্পগা থমগদৌবনি। হায়বগী অর্থদি নহাক্কা য়াম্না নক্লনা থমগদৌবনি। মহাক্লা হায়বদি নঙগী ওপোজিসন অদুনা নহাক্কী অশোয়বা অরানবশিংদু ঈশিং অমসুং সাবোন য়াওদনা শেংনা শেংদোকপা ঙম্মী।

ভাবর্থদা অসুম্না লৌবা য়াই - লমতু মোৎলবদি ষষ্থি লৈঙোইনা শেংনা ফজনা তৈথোক্লগা, লুহন-নালহনবা য়াই। হকচাং অমসুং ফিরোল মোৎলবসু ঈশিং অমদি সাবোন্না শেংনা শেংদোকপা য়াই। ঐ ইশানা চমোৎ-চমোৎপা থবক তৌবদা পুকচেল শেংনা তৌদবা অদুদি পার্টিদা ওইরগনা ওপোজিসন্না, রুলিং পার্টিগী অমোৎপা শেঞ্জা-থুমজা তৌবশিংদু হায়দোক্লবদি রুলিং পার্টি অদু মানা তৌরুবা অরানবশিং ওপোজিসন্না খঙখরে হায়দুনা মতুংদা অরানবা থবক অমুক হন্না তৌরক্লরোই হায়বগী থাজবা লৈ।

অদুনা 'সাখী' অসিদগী ঐখোয়গী সংবিধান্দা ওপোজিসন পার্টিদি, রুলিং পার্টিদগী হেন্না খঙ্-হৈবা মীওই খল্লিবনি।

অহুমশুবদা অমুক য়েংসি -

ন্যাংদক দূরিন কীজিয়ে, দীজৈ আদর মান।
নিরমল তন মন সব করৈ, বকি বকি আংনহি আংন।।

মসিগী অর্থনা - ঐবু নিন্দা তৌবা চৈ-থাংবা মীদো থাপ্না থমগনু। মহাক অদুদি য়াম্না ইকাই খুম্নন তৌগদৌবনি। মহাক্লা ঐগী ফত্তবা লমচৎ-শাজৎ অমদি থবক্তা

ঙাঙনিংবা কয়া ঙাঙলি। মহাক্না ঙাঙ্বা অদুদগী ঐনা ঐগী মনুং অমসুং মপাল অনীমক শেংননবগী থৌনা অদু ফংই।

মথক্কী 'সাখী' অহুম অসিনা সৌরজগতকী এম.এল.এ., মন্ত্রী ওফিস্তা থবক তৌরিবা ওফিসার কনামত্তনা নত্ত-ওইদবা, শেঙ্গা-থুমজা তৌদবনি। ঐখোয়গী সরকারদা য়াম্না লুরিবসি ওফিসকী থবক তৌবা চিফ সেক্রেটরিদগী পিয়োন ফাওবা দাগ লৈবা, বদনাম লৈবা শুকয়া য়াদে। মখোয়গী মরমদা করিগুম্বা অরানবা অমা তৌবগী পাউ হেক তাবদা জাংচ অয়োগনা থিজিল্লগা মরালবু হেক লৈরল্লবদি থবক্তগী দিস-মিস অদুম তৌরে। ঐখোয়গীদা সস্পেন হায়বদুমদি লৈত্রে। সস্পেন লৈতবা অসিমক্লসু থবক্তা য়াম্না চেকশিন্নে। সরকারনা ঙম্মী হায়দুনা হেক্তা দিস মিস তৌবা নত্তে। মশানা মরাল অদু য়াজবগা লোয়ননা তৌবা দিস মিসনি। ঐখোয়গী জাংচ আয়োগ অসিদা রাষ্ট্রাপতিদগী খ্বাইদগী পীকপা কর্মচারি ফাওবা থিজিন-হুমজিনবা ঙম্বগী শক্তি সংবিধান্না পী। মতাং অসিনা ওপোজিসনবু অৱাংবা থাক্তা থম্বগী ওইরে। অদুগা সমাজবাদগী ওইবা মতাং অমা অমুক হায়জরক্লগে মরুপ।

- ফনি তাকপীসি, ঐ য়াম্না মুন্না তাজরিবনি মরুপ।

- ভারত্তা শেল-থুম হেন্না মশাগী শেঙ্গোক্কা চানদনা পৈশিন্দুনা থম্লবদগী ফাদোক-ফাজিন তৌনবদু ঐখোয়গী সিদদি শুক্লৈমক লৈত্রে। মসিগী মতাংদসু কবীরগী 'সাখী'দগী য়াম্না মরুওইখ্রবা পাউতাক কয়া ঐখোয়না লৌদুনা সংবিধান শেম্বদা য়াওরি, মদুদি অসিনি -

সাংঈ ইতনা দীজিএ, জামেং কুতুম্ব সমায়।
মৈং ভী ভূখা ন রহূং, সাধু ন ভূখা জায়।।

মসিগী অর্থনা অসিনি - কবীরনা হায়- হে ঈশ্বর ! ঐঙোন্দা অসুক্তা পীবিয়ু, মদুদগী ঐগী ইমুং মনুং চাবথক কোন্নবা, অদুগা ঐগী য়ুমদা লাকপা অতিথিশিংবু সেবা তৌবা কোন্ননবা। অসিদগী হেনবা ননাই ঐনা করিমত্তা পামজদে। মসিনা ঐগীদি মতিক চারবনি।

মমিগী ভাবার্থদি অসুম্না লৌবা য়াই -

শান্তি অমসুং নুংঙাই য়াইফনা লৈননবগীদমক্ 'পেঙ্গোকপা' হায়বা অসি তঙাই ফদে। আধ্যাত্মাশিংগী, হায়বদি ঈশ্বরগী ভক্তিন্দা চংলবা মীওইশিংগীদমক্তদি

পেন্থোকপা হায়বসি ঙাক্লা চৎপা মথৌ তাই। হেন্না পামশিনবা পুম্নমক্তগী ঐনা হেনগে হায়বা অসিগুম্বা ব্রাখল্লোনশিং অসিনা অব্রাবা খুদোংথিবা নংনবগী মরম ওইহল্লি। তৌইগুম্বসুং ইরৈমক লৈতবা হায়বসিমসু থোইদোক্লা ব্রানবগী মরম ওই। লন-থুম হেন্না পৈশিনবদগী লাইনিং-লাইশোন্দসু পুক্লিং চঙদে। লন-থুম য়াম্না পৈশিন্দুনা থম্বা অদুগা শুকলৈমক লৈতবা অসিসু অব্রাবগী মশক্তি। হেন্না পৈশিন্দুনা থম্বা মীনা মদুগী ঙাকশেনবদা অহিং তুম্বা ঙমদে। মাগী মশাদা শান্তি শুক্লে লৈতে।

অসিনা মরম ওইদুনা সৌরজগতকী মীওই কনামত্তনা হেন্না পৈশিনবা, হেন্না তানশিনবদা থোইনা পুক্লিং চঙনদে। মসিগী ব্রাখল্লোন অসিনা সৌরজগতকী সমাজবাদ হায়বদু ওইরিবনি। অদুবু মীওইবনি, মরাইবক ফবদগী লন-থুম মরাং কাইনা ফংলকপসু য়াওদবা নত্তে। অসুম্না লন-থুম মরাং কাইনা ফংলকপা, চংলকপা কাংবু অদুননি সৌরজকত্তা শোইনাইরবা মীওই কয়া অমদি মীৎ উদ্রবা কয়াগী স্কুল শাদুনা ভ্রষ্ট শেমদুনা মখোয়বু য়োক-থাকপা তৌরিবসি। মসিগী মরমসিসু কবীরদাসকী 'সাখী'না মরম ওইরগনি। সাখীদু অসিনি -

পানী বাঢ়ে নাৱ মেং ঘরমেং বাঢ়ৈ দাম।
দোনোং হাথ উলীচিএ য়হী সজ্জনকা কাম।

মসিগী অর্থনা-

হিনুংদা ঈশিং চঙশিলক্লবা, য়ুমদা লন-থুম য়াম্না হেনগৎলক্লবা মতমদুদা খুৎ অনীগী খুজোক্লা শোক্তোকক্দবনি মসি অফবা মীগী থবক্তি।

অসি ভাবর্থনা -

লুরবা ঈশিং ঈয়াইদা হি হোন্দুনা চৎলি, মতমদুদা ঈথক-ঈপোম হৌরকপদগী হিনুংদা ঈশিং চঙশিল্লক্লে। মতমদুদা করি তৌগনি ? হি মনুংদগী ঈশিং অদু খুজোক্লা শোক্তুনা ঈশিং ঈপাক্তুদা হুন্দোকখিনি (হৈদোকখিগনি), হিনুংদগী ঈশিংদু ঈপাক্তুদা শোক্তুনা হৈদোকখিবদা পাম্মুবা করিসু লৈতে। ঈশিংদু শোক্তোকখিবদগী হি লুপকনি হায়না কিরম্বদুসু কিখিদরে। মতৌ অদুগুমদনা ঐগী ইমুংদা লন-থুম য়াম্না হেনগৎলক্লগদি সমাজগী কান্নবা থবক্তা খর্চ তৌথোকদৌবনি। অদু নৎত্রবদি হিনুংদা ঈশিং হেন্না চঙশিল্লকপদগী হি লুপ্পগী দশাগুম তাগনি। মহাক্কী লন-থুমদু মীহৌবা মীওই কয়া অমা লৈরক্কনি। লন

অদুনা মরম ওইদুনা শান্তি লৈরক্লোই, অপাম্বা হেনগৎলক্কনি। অরিকপা হায়বদু ওইরক্কনি। লন-থুমদুবু ঙাক শেনবদা অহিং তুম্বা ফংলক্লোই। অসিগুম্বা অৱাবা খুদোংথিবা কয়া লাক্লিঙৈদা ইশানা মুন্না খল্লগা ঐগী কোন্নবা খাকচহৌরগা অহেনবশিংদু দান তৌথোকখ্রবদি অৱাবা পুম্বা কোক্লগনি। মীয়াম্না অদুম হায়নরিবদুনি - 'মনবা পকপা ফত্তে' হায়দুনা। অসুম্না ভারতনা মৱা লৌবিদ্রবা মহাপুরুষশিংগী মহামন্ত্রশিং অসি লৌরগা সৌরজগতনা সংবিধান শেম্বদা শিজিন্নরনি; অসিবুনিদা ঐনা 'ইনাক খুনবগী অরেম খাক্লা লাইরবগী চাক্লেন ওইনৈ' হায়জখিবদি।

- চুম্মী মরুপ্পা তাকপীবা। ঐখোয়গীদি মায়কৈ অদোমদা থোইনা হেন্না খনজিনবীরুবা কনাসু য়াওদমান্নে। কনানা হায়নৈ - ভারতকী সংবিধানদি আমেরিকাদগী লৌবনি অদু অদা য়াম্না হায়নৈ। ঐখোয়নদি খঙলুবসু নত্রে।

- হোয় - কনাদগী লৌবা ওইরো, মদুনা সমাজগী লাইর-অনংশিংগী কান্নবা ওইরবদি করিসু কায়দেদা। ঙসাই স্কুল, কোলেজ য়েংবদা থোঙজিন্দা, ফক্লাংদা ইহৌবশিংদু মরুপ পাবিরক্লা ?

-খরদি পাজরকই। অদুগা খরদি পাজরক্লে। অঙাংশিং অদুনা ক্লাস চঙ্লকপদা ইরিবশিংদু পারুবদা করিগুম্বা অফবা ৱাখল খরদি শোয়দনা পোক্লমগনি খল্লি। ইরিবা পুম্নমক ছাত্রশিংদি মচিন্দা লোইনা পক্লবনি। মদুগী মতুংইন্না ছাত্রশিংনা ঙাক্লা চৎনবা কন্না হোৎনৈ।

- ছাত্রদি লাইরদনা অহল ওইবা ঐ ফাওবা পুক্লিংদা অওনবা অমা ফাওই। ওম্লোক্লা ফগ্রবা পোলিসিনি। ঐখোয়গীদদি অসিগুম্বা করিমত্তা লৈতে মরুপ।

- ঙসাই স্কুল, কোলেজদা ইহৌবা অদু ঐ খরা নিংশিজগে -

অহানবা- জহাং জ্ঞান তহং ধর্ম হৈ, জহাং ঝুঠ তহং পাপ।
জহাং লোভ তহং কালহৈ, জহাং খিমা তহং আপ।।

অসিগী অর্থনা -

জ্ঞান লৈবা মফমদা ধর্ম লৈ। ওইদবা ঙাংবা মফমদা পাপ লৈ। অপাম-মীহৌ লৈবা মফমদা অশিবা লৈ। ঙাকপীহৈবা (থৌজাল) লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ।

অনীশুবা - জো তো কো কাংটা বুৱৈ, তাহি বোৱ তু ফূল।
তোকো ফূল কে ফূল হৈ, ৱাকো হৈং তিরসূল।।

অর্থদি অসিনি -

কনাগুম্বনা নঙোন্দা তিঙ্খং য়ুহল্লক্লবা (নহাক্কী মাঙনবা-ফত্তনবা তৌরক্লবা) অদুগুম্বা মী অদুগী মফমদা নহাক্লা লৈ থাও (মহাক্কী মফমদা নহাক্লা অফবা তৌ), ফত্তবা অদুগী লমল অফবনা শিংউ। নহাক্লা তৌখিবা অফবদুদি অফবতা ওইদুনা লৈরগদৌবনি। ফত্তবা তৌরকইবা মহাক্তি ফত্তবা অদুম ওইরগদৌবনি।

অহুমশুবদা - মনকে হারে হারহৈ, মনকে জীত জীত।
কহে কবীর পিয়া পাইএ, মনহী কী পরতীত।।

অর্থদি অসিনি -

পুক্নিংনা মায়থীরবসি মায়থীরবনি (থৌনা লৈত্রবা নীংহন্নবা পোক্লবদি ঐনা তৌরিবা থবক অদু মহৈ য়াল্লরোই) পুক্নিংনা ঙম্লবা অদুদি অদুম ঙম্লবনি। (পুক্নিংনবু ঙমগনি খন্দুনা তৌখিবা থবক অদুদি শোয়দনা মায় পাক্কনি)। কবীর দাসনা হায় - মদুদি পুক্নিংসিনা থাজবদগী নুংশিথোইবা (ভগবান)/প্যান্দম (অনিংবা) শোয়দনা ফংগনি। হায়বদি থাজবা হায়বসিনা মায় পাক্লবগী মরুনি। থাজদব-চিংনবা হায়বসিনা মায়থীনবগী মরমনি।

মরিশুবদা - গুরু কুম্হার শিষ কুংভ হৈ, গঢ়ি-গঢ়ি কাঢ়ৈ খোট।
অংতর হাত সহার দে, বাহর বাহৈ চোট।।

মসিগী অর্থনা -

গুরুনা চফু শাবগী পাংখক্লি অদুগা শিষ্যনা লৈবাক্কী চোৎলিবা চফুনি। চফু শাবনা অদুগুম্বা চোৎলিবা, পেৎলিবা চফু অদুবু ফজনা মওং তানবা মখুৎ নামনা চফু মনুংদা থিনজিল্লগা নিংথিনা ঙাক্লি অদুগা মখুৎ নামনা মপান্দা পোপ-পোপ ফুদুনা চফু অদুবু মওং তানা ফজনা শেম্লবা হোৎনরি। মতৌ অদুগুম্লদনা ওঝানা ছাত্রশিংবু অফবা মী অমা ওইনবা ফু-চৈদুনা থেমদুনা, তাকপী তম্বীদুনা হোৎনরি। হায়নরিবনি অপোকপা মপাদি মচাদুদা পোকচবনি। অদুগা অনীশুবা মপা ওঝা গুরু অদুদি অদুগুম্বা মচা ছাত্র অদুবু অফবা মগুণ লৈবা, জ্ঞান লৈবা, লৌশিং শিংবা মতিক চাবা অমা ওইনবা হোৎনরিবা মপানি হায়না।

পুম্নমকসি কবীরদাসকী সাখীদগী লৌথোকপা ঙাক্তনি। অসিগুম্না নুংগী ওইবা ব্রাখল্লোনশিংসি হেক পারুবদা ঐখোয়গী ছাত্রশিংদা গুরু ভক্তি পোকই, ওঝা-গুরুবু নুংশিবা পোকই। মখোয়না তাকপা পুম্নমক ছাত্রশিংনা মকোক্লা থোঙনা লৌই। অসিগুম্না পাউতাক্কী মন্ত্রশিংসিনা ছাত্রশিংগী পুক্নিং হকচাং নুংঙাইহল্লি। মহে তম্বদা পুক্নিং চঙহল্লি।

- য়াম্না নুংঙাইজরে মরুপ। অতৈদি ঙসাই ঐনা ইশিনজহৌরে। য়ারে ঙসিগীদি, য়ুমদা অমুক হল্লসি।

- ফরে হল্লসি মরুপ।

(অসুম্না ঙাইহাক চৎলুরগা ঐখোয় য়ুমদা হল্লক্লগা তুল্লে)।

-----

# তরামঙাশুবা তাঙ্কক

খরা ঙন্না তুম্বনা য়াহৌ খরা ঙল্লি, ঐসু, মরুপসু। ঐখোয় অনী ঙসিদি খোঙ্ লৈবাক তাবা চপ মান্নে। বাথরুমদা চংলগা অয়ুক্কী হৌনবী লোইনা লোইশিল্লগা ঐখোয় অনীমক ফিরোল শেৎচিল্লগা মোর্নিং ব্রাকিং চৎপা থোক্লক্লে। বজারদগী কিলোমিটর মখায় অমরোম চৎলক্লবা মতমদুদা কার অমা থৌরক্লগা ঐখোয়গা য়াম্না নক্লনা তুংদা কারদু খাম্মী। নুপা পাখং মচা অনীনা হান্না কুমথরক্লগা পাবুং, হায়দুনা কৌরকই। মরুপকা ঐখোয় অনী চপ লেপ্লগা তুং ওস্থোকই পাখং অনীদুগী তুংদা লৈশাবী অমনা মখুৎ ওইনা মাগী লেংবান্দা য়াল্লিবা খাউ অদু পায়রগা মখুৎ য়েৎ অদুনা খাউ মনুংদা হুমলগা করিগুম্বা অমা থিগুম্লসু তৌই। মদু উবদা ঐ কোকচাওবী উং লাউনা কাই। লৌব্রাইগী শম চপ-চপ য়ুংই শ্বায় লাওই হুমাং অনপ্পী কায়-ঙসিদি শোয়দ্রেদনা ঐরা মরুপ্পা নত্রগা ঐখোয় অনিমক হায়না খল্লি। পাখং মচা অনিদুনা নাক্তা চঙশিল্লক্লগা নমস্কার তৌই। নিংশিংলকই নথুরামগেদসেনা মহাত্মা গান্ধী হাৎলমদাইদা খুরম্মী হায়বা ব্রাফম। পাখং মচা অমনা লৈশাবী মচাদুদা খর থুরকউ কদৌরবগে হায়বদুদনা হেন্না অমুক ব্রাবা হেল্লক্লে। নুপী মচাদুনা চংশিল্লক্লগা খাও মনুংদগী ইভেলপ অমা লৌথোক্লগা পাবুং ঐখোয় নহান নুমিদাং লাকচরম্বা পাবুংনসু চিফগ্বেষ্ট ওইবিনবা য়াবিখ্রবা লাইরিক ফোংবগী কাংবুদুনি করিগুম্বা পাবুংনদি থবক চিনবনিনা কাওরম্লবসু অমুক্তদি নিংশিংলমসি হায়দুনা ঐখোয় লাকপনি হায়দুনা পী। মরুপ্পা য়ারে য়ারে পাবুং কাওদে হায়দুনা ইনভেলপ অদু লৌরগা প্রোগ্রামশিংদু য়েংই। অঙাংশিং অদু অমুক নমস্কর তৌরম্লগা হনখরে। মতমদুদা ঐ নে-না হেক তাই।

- ঐদি হৌজিক মরুপকী মতৌদুদা নোকনিংলবনি। নোকপা য়াদবদগী ঐ তুমিন্না লৈজরবনি।

*- মরুপ্পদি নোকনিংই হায়রি। ঐদি কনাগী লৌব্রাইগী শমকা চপ-চপ য়ুংখ্রপোৎনি।* লৈশাবী মচাদুনা মখুৎ য়েৎনা খাউ মনুংদুদা কোইওৎ-ওৎলদুনা অদুম চঙশিল্লকপদুদদি ঙসি শোয়দ্রেদনা খল্লুবদগী ঐদি কৈনোমা তৌখ্রবনি।

- ঐনা হান্না মরুপ্তা হায়জখ্রবনি, সৌরজগত অসিদা করিগুম্বদা মীহাৎ-মীপুন খক তৌদে হায়না। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লৈরিবা য়ুমথোঙ খুদিংগী সরকারগী তলব চাবা থবক অমমম পীরে। মহে মশিং লোইনা হৈহল্লে। লাইরবা ইনাক খুনবা খায়দনা লোয়না নুঙাই য়াইফনা লৈনরে। সরকারনা লোন পী-পীদুনা মানা-মানা হৈনবা থবক সুহল্লে। লৌউহল্লে-ইংখোল কোয়হল্লে। য়ুমথোঙ খুদিংগী স্কুতর-কার অমমম লোয়না লৈনরে। অসিদবু কনানা হুরান-চিন্থি তৌনিংগদৌরিবনো মরুপ? অসিননি ঐনা ঐখোয়গীসিদা হুরান চিন্থি লৈতে, মীওৎ-মীপুন তৌবা কনামতা লৈতে হায়খিবদু।

- হোয়, মরুপ্পবুদি অদুম হায়না তাকপীখিবা। অদুবু ঐখোয়গী ভারত্তা-মনিপুরদা তৌনহৌবিবদুদি থম্মোয়দা মমি তাখ্রবনিনা অদুদা হেক নিংশিংদুনা লৈরবনিনা ওইরবোইদা হেক্তা নিংলুবা অদুনা তৌরিবনি। হায়নবা লৈ লম্মৈ চাকপা নঙ উরবা মীনা নোংজবীদা খঙই হায়দনা।

- অদুদনিনে-মরুপ্না হৌজিক খঙবীরিবদো।

- অদুমক্কি মরুপ ঐনা হৌজিক তৌরিবদো। (মরুপসু নোক্লে-ঐসু নোক্লে।)

- মরুপ ঐসু ওইদবা ঙাংখরে। তশেংনা ঐহাক ঙসিগী ফংসনসি নিংশিংলুদ্রবনি। অঙাংশিং লাক্লমদ্রবদি শোয়রবনি। ঐগী থাজবসু মাঙলম্নগদৌরিবনি। মখোয়না নহাল ইনভাইতেসন পীবা লাকপদনি মরুপ্না পাখৎখিবদো।

- চুম্মিনে-নুমিত্তুদা লাকখিবদু মখোয় ওইরে?

- মান্নি মখোয়নি। অদুদি মরুপ হল্লসি। ব্রেক ফাস্ত চারগা চৎপদা মতম চপ চারগনি। ফংসন লোইবগা চাকলেন অমসু শিল-লাঙলিবনি।

- ফরে অদুদি হল্লসি।

(অসুম্না মরুপ ঐখোয়নী য়ুমদা লাক্লগা ব্রেকফাস্ত চারগা ফিরোল হোংদোক্লগা ইন্দ্রানীদা ঐখোয়গী চাক হাপ্লুরগনু হায়রম্লগা ঐখোয় য়ুমদগী খোঙশাল্লক্লে।)

- মরুপ হৌজিক চৎকদৌরিবসি কদোমদনো?

- ঙসিগীশি মরুপ ওন্থোক্লা তান চাখরে নোংপোকলোমদনি খা-ৱাং-নোংচুপ ফাওবদি ঐখোয় চৎলুরবনি, নোংপোক চৎকদৌবা ৱাৎলিবনি।

- অদুদি য়াম্না নুঙাইরে। থাপপদি কয়াম থাপ্লী মরুপ?

- চাওরাক্লা কিলোমিটর চামাতরাগুম্বা ওইরমগনি মরুপ।

- অদুদি য়াম্না থাপলিবা মফমনি। ঐখোয় মতম চানা থুংবা ঙমগদরা মরুপ? ঙমগনি, খোঙজেন্দি খরা য়াঙবা তাই।

(হায়বগা তৌবগা চপ হেক মান্নে। স্পিড মরিফুগী মথক্তা নেৎলগা থৌগৎলক্নে)

- স্পিৎসি খরা হন্থবদি য়াররোইদরা মরুপ?

- কৈশু তৌরোই মরুপ আদা মিনত তরা কুন পোথারুবনা ফগনি। ঐখোগীসিদা চৎনবি অমা লৈ। করিগুম্বা ফংসন অমদা ভি.আই.পী. ওইগদৌবা মী অদুনা মিনট তরাদগী হেন্না লেৎ ওইরবদি ফংসন অদু তোকপা নত্রগা খুদক্কী ওইনা ময়াম্না য়ানবা ভি.আই.পী. অমা খল্লগা ফংসনগী থবক হৌখিননি। রাষ্ট্রপতি ওইরবসু গবনর, প্রাই মিনিষ্টর ওইগে ওইয়ু। কনাবু ঙাইবা তৌদনা থবক অদুম হৌখিনি মরুপ।

- করিগীনো মরুপ অদুদি?

- ঐখোয়গী অসিদা মতমগী মমলসি য়াম্না য়াম্নী অদুননি। ফংসন অমা পাঙথোকপা হায়বসি ধনসু চঙই, মতমসু চঙই। মীওই চাগী মথক্তা মতম অদু ঙাইদুনা চাদ-থক্তনা লৈনরমগদৌরিবনি। অদুগুম্বা মীয়ামগী ওইবা থবক্তা থৌওই-উশিত্তবগী মওংসু মাল্লি। খুত্তা ঘড়ী শিরিবসি ফজনবগী নত্তে, মতম খঙননবগী মরু ওইবা পোৎচঙ অমনি। মসিগী মতেংনা মীওইবনা মতম চানা চানা থবক তৌবা ঙম্ম বগীদমক্তা শিনবনি। শেল (ধন) মাঙখিবদি শুনোমদুনা তাল্লগা ফংই। মতমদি ধন লাখ অমা খর্চ তৌরগা হৌখিবা মতমগী মিনৎ অমা হল্লকহনবা সুকঙম ঙম্লরোইদৌবনি। ধনদি মতমগী মনুংদা শুজ-নোমজরগা ধন লাখ তানবা ঙল্লিবনি। অদুনা মতমগী মমল অসিদি মমল নাইদবনি।

- ঐখোয়গীদদি মন্ত্রী, ওফিসার কয়া য়াওগদৌরি হায়দুনা ফংসন অমা পাঙথোকপদা মীয়াম ঙাইদুনা লৈনরিবনি মিনৎ তরা-কুনগী নত্তে, পুং অমা মথায় অনী ফাওবকা ঙাইদুনা লৈনরিবনি। শাওদি শাওনৈ অদুবু মন্ত্রী লাক্লগা-

*তঙাইফদবা সরকারগী থবক অমা লৈবদগী মতম চানা লাকচবা ঙমজখিদরে মীয়াম্না ঙাকপিগনি হেক হায়বদা মীয়াম পূম্বা পূমতে তেথনরিবনি।*
**মরুপখোয়গীসিগদি ওন্থোক্লা খেন্নখরে। মতমগী মমল খঙ্দবনা ঐখোয় চাওখৎপা হায়বদু ওইবা ফংদনা ঙসি ফাওবা লেল্লিদনা। (ইক্তিইকাইবজাৎনি মরুপকি মমাংদা ঐনা হায়দোক্লুরিবা অসি)**

- হোয় লৈবাক লৈবাক্কী চৎনবী হায়গদরা ঐখোয়গীদি মতম চানা চৎপা মতম চানা থবক তৌবা, লেপ্নখিবা মতম শোয়দবা অসিনি ঙাক্লা চৎনরিব। ফংসন য়াওবনি হায়দুনা চৎসু-চৎলু, মতমসু অমুক শোয় ইকাইবা নঙদুনা হল্লক্লবদি কয়াদা চোপকনি মরুপ। অদুনা খোঙলৈ খরদি থুবা তাই। গাড়ী কন্না থৌই হায়দুনা করিমত্তা নুংশা-থীবা তৌবিগনু। ঐনা ব্রারীবা কিরিবসে চোপকনি হায়বসিনি। নংসু নংগনিদা পুং অমদা কিলোমিটর য়াঙ্খেদি অদুম থৌনবনি। ঐনা গাড়ী য়াঙ্না থৌরে হায়দুনা মপাল-ইপাল থোকনিংবকা খাঙ্দুনা লৈবিগনুকো মরুপ। অদুগুম্বা মতাং লাক্লবদি হেক্তা হায়বিরকউ।

(মতাং চাই; মরুপ্না তাকপিরকপা। ঐনা য়েংনিংলিবসি লম্বী সোরোক্তা লৈবা তোইলেট, য়ুরিনেলশিং করম্না তৌবগে, লু-নানবরা, মোৎপরা হায়বদুনি। অদুগুম্বা মফম অদুদা গাড়ী খাল্লগা অমুক্তা য়েংগে নিংলিবনি)।

- মরুপ্না নিংশিংবিরকপা য়াম্না নুংঙাইজে, ঐসু হায়নিংলম্বনি, করিগুম্বা তোইলেটকা লৈবা মফম অমদা অমুক্তা খাম্বীয়ু হায়গে হায়দুনা।

- লৈবু লৈরম্লবদি ঐ হেক্তা খামজগে। মতম হেন্দোক্লা নংলগনি মফম অসি য়ৌরবদি কিলোমিটর নিফুরোমদা ঙাইরে য়ৌগদৌবা। (অসুম্না মরুপকা ব্রারী শানদুনা লাকপনা বস ষ্টেন অমগী মনাক্তা য়ুরিনেল অমসুং তোইলেট লৈরম্লে। মরুপ্না গাড়ী খাল্লগা মরুপ সিদা লৈরে কুমথবীরো হায়রকপদগী ঐ গাড়ীদগী কুমথরগা তোইলেটতা চঙ্লে। মফম অদুদা শেলকা পীরগা চঙ্নবা অদু নৎলমদে, মী কনামত্তা ঙাক-শেন্নবগী লৈরমদে। মফম অদু অসুক্কী মতিক লু-নানলম্মী, ঙাক-শেননবা মী লৈদুনা শিৎ-শেংদুনা ঐখোয়গী মনিপুরদা লৈরিবা অসিগুম্না। মসি পুম্নমক ঈশিংনা ওইরম্লে। মিনিট অমমম কান্নরগা কুমুদকী নাক-য়েক্তগী ঈশিং ফ্রি-ফ্রি কামথোক্লক্লগা অমোৎপশিংদু ঈশিংদুনা লোইনা পুথখিরম্মী। লৈবাক অমা চাওখৎলি-চাওখত্তে হায়বসি লৈবাক অদুগী মৈ-ঈশিং, লম্বী-থোংনা তাকই হায়বদু সৌরজগত অসিমক্তদা হেক থোকই। মসিমক্তি চাদা চা

অচুম্বা ওইরম্লে। ঐ য়াম্না থুনা থোক্লকই, মরুপ্না ঙাইরম্লনি খন্দুনা। তশেংনা হায়রবদা ঐ মপাল ইপান থোকপা নত্তে। লৈবাক অসিদা তৌরিবা চাওখৎপগী মওং অদু য়েংনিংবদগী চঙ্লুবনি। ঐ, ঐ- ইশামক্না তৌরুরিবা থবক অসিদা খল্লুরগা অমুক নোক্লিংলকই, তশেংনা অঙাং মচাগুম্লে। ঐ থুনা গাড়ী কাখৎলে। ঐনা গাড়ী হেক তোংখৎপগা মরুপ্না গাড়ী থৌদুনা ফংসনগী মফম তানা চংলে। ময়াম ঙাইদুনা লৈনরম্মী। ঐখোয়সু মিনিট কুনমঙারোম ব্রাৎলিঙৈদা মফমদুদা থুংই। মরুপ্পু হোল অদুদা ফমদুনা লৈনরম্না অহল-নহা পুন্নমক্না থোক্লক্কুনা হরাউ-তয়াম্না ওকই। মরুপকা ঐগা প্রসিদেন্ট অমসুং প্লেস ওফ ওনর ওইগদৌরিবা অদুগা কা অমদা পুশিল্লগা শঙ্গোম, অহাও-অথুম কয়া পীজরে। হোললোমদা চিফ-প্লেস য়ৌরক্লে, মপান্দা লৈরিবা পুন্নমক হোল মনুংদা লেংশিনবিরক্লো হায়দুনা কৌশিল্লি। ঐখোয়না ঙাইহাক চাবা-থকপা তৌরিঙৈদা পুং তাগদৌবা মিনিট মঙারোমদমক ঙাইশিল্লক্লে। ঐখোয়সু হোললোমদা চঙ্লে। ঐখোয়না হোলদা চঙ্খিবদা মীয়াম্না হৌগত্তুনা ওকপী। ঐখোয়সু ঙাইহাক ফমদুনা লৈরে। পুং মাপল মখাই হেক তাবগা ফংসনগী থৌরম পাংথোকপা হৌরে। লাইবক থীবনি, দাইস্তা ফম্নবা মী অসুম কৌশিল্লকপদা প্লেস-ওফ-ওরনগী ফম্ফমলাংদা ফম্নবা ঐবুসু কৌশিল্লক্লে। ঐনা খুৎ লোন্নদুনা ঐহাকপু য়াওহনবীদনবা হায়জবদা মীয়াম্না য়াদবদগী ঐহাক প্রেম দণ্ডিগী মশক ওইনা তঙাই ফদনা ষ্টেজদা কাদুনা ফমখি। হৌনবী চৎনবীগী মতুংইন্না সভাগী থৌরম চৎথবা হৌনবা প্রধান অতিথিনা চিংবদা বেজ থেৎপা লোয়ননা খুদোলপোৎ শাল অমমম্ পীরে (কুপ্লে) অদুগী মথংদা মৈরা চুখৎলে। মথংদা শৈহৌ ঈশৈ শক্লে। তরাম্না ওকপগী থৌরম হেক লোয়বগা প্রধান অতিথিনা লাইরিক ফোঙলে। মথংদা লাইরিক মশক তাকপগী থৌরম চত্থরে। লাইরিক অদু ব্রারীগী ওইরম্মী। লাইরিক অদুগী মরমদা ব্রা ঙাঙ্লিবা মী অদুসু মফম অদুদা লৈবা কোলেজ অমগী সহিত্যগী ডোক্তরেট ফংলবা ওঝা অমা ওইরম্মী। মহাক্না মরিক চুম্না তাক্লকপা মরম্না মীপুম খুদিংমক লাইরিক্কুগী মরমদা লোয়ন্না ভাব তানরে হায়বা য়াই মরমদি ঐসু ভাব তারে। ঐনা ব্রারিবসি ঐবু অখন্নবা অতিথি ওইনা য়াওহল্লকইবসি ঐগী মরুপ ইন্দ্রনা শীনবনি, মসিসু ঐগীদি লাইবক ফবনি হায়নসু লৌবা য়াবনি, অদুবু ঐনা থোইনা হেন্না খঙ-হৈবদি নত্তবনিনা করিগুম্বা ব্রা খরা ঙাঙ্ননবা হায়রকপদা ঐনা ঙাঙগদৌরিবসি করিনো খল্লুবদা ঐ কোক ঙাওই। হায়সু শোয়দনা হায়রক্কদৌরিবনি। মশক নাইবা ফম্ফম অমদা ফম্লুরবনিনা। অখন্নবা অতিথিদা

অনী শুরবনিনা তোন্দা ফল্লিবা ঐঙোন্দা ওম্ভোক্লা লুরবা মতাং অমদা ব্রা ঙাঙ্নবা হায়রক্লে। তশেংবমক্লি - ঐ শ্বাই লাওই। ফোংথ্রিবা লাইরিক অদুগী মরমদা ব্রাহে মঙা-তরাদং ঐ ইশাগী মত ফোংদোক্লবা হায়বিরক্লবদি ঐসু ইচম-চম্না ব্রা খরদি অদুম্মক ঙাঙ্বা ঙমগদৌবনি। অদুদি নত্রদনা 'ভারত্তা চৎনরিবা ব্রারী মচাগী তত্বশিংগী মরমদা খরা মরিক চুম্না তাকপীরম্লবা কৌশিনজরি' হায়রকপদুদি তশেংনমক ঐ কোকচাওবী কায়। ঐ, অদুগী মরমদা হৈতে, খঙদে, ঐ ঙাঙজররোই হায়দুনা তোকপসু য়াবা নত্তবনিনা ঐগী হায়নিঙাই লৈতনা ব্রাবা হায়বদু ওইখি। নিংশিংলকই - ওঝা-গুরুশিংনা হায়নবা 'চিন্দা পকপা মহৈদি ঐগীনি, লাইরিক্তা লৈবদুদি ঐগী নত্তে'। ছাত্র ওইরিঙৈদা সহিত্যগী মরমদা তমখিবা নিংশিং-নিংশিংদুনা ঙাঙলগে, মসিনা ভারত অমদি মনিপুর ইমাগী ইজ্জত কনবা ওইরসনু খন্দুনা মহৈগী লাইরেম্বী ইমাবু খুরুমজরগা হৌনবী মতুংইন্না সভাবু ইকাই খুম্নবা উৎচরবা মতুংদা ঐ ব্রা ঙাঙ্বা হৌরে।

ব্রারী, ব্রারী মচা হায়বসি মীওইবগী পুন্সিবু মনুং থিৎনা থিজিন-হুমজিন্নবগী পাম্বৈ অমনি। মীওইবগী পুন্সিগী মহৌশাগী ওইবা খঙনিংবা পুন্বা ব্রারীনা মরম ওইদুনা ফজনা উৎথোকপা, ফোংদোকপা ঙম্মী। ব্রারী অমদি উপন্যাস নত্তনা অতোপ্পা উপায়,অমনদি পুন্সিবু ময়েক লানা উৎপসি ঙমদে হায়বা তাই। মরমদি 'মীওইবগী থুপ্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দা চঙ্দুনা ফম্বা ঙন্বা হায়বসি অইবা কবি নত্তনা অতোপ্পা কনা অমা লৈতে' হায়বা তাই। ঐখোয়গী থব্রায় পানবা-পান্দবা পুক্নিংগী কাচিন অমফাওবা অইবা অমদি কবিগী মফমদগী লোত্তুনা থম্বা খক ঙমদে। মীওইবগী পুক্নিংগী অরোন-অথুপ্পু ফোংদোকপা ঙম্বা অসিমক কবি অমদি অইবশিংগী মায়পাকপনি। কবি অমদি অইবশিং মীওইবা পুন্সিগী নুংগী ওইবা অথুপ্পা, অচুম্বা, ফিদমনিঙাই ওইরবা অব্রাংবা থাক্কী অনিংবা অপাম্বাশিং ব্রারীনা মরম ওইরগা ফোংদোকই। হায়রিবশিং অসি ওইদবা হায়জিনবা নত্তে, মরমদি মীপুম খুদিংমক্লা মদুবু পারগা নুংঙাইনরিবনি। ব্রারী, কল্পনানা মরুওইনা ইবনি অদুম ওইনমক মীওইবা পুন্সিগী অশেংবা অমসুং ওইরক্কদৌবা পুম্ববু য়েকপনি।

ঙসিদি ব্রারীগী সাহিত্য অসি অনৌবা মওংদা য়াম্না খুমাং চাউশিল্লক্লি। অদুবু সাহিত্যগী শরুক অমা ওইরিবা ব্রারী অসিনা অনৌবা মওং অমদা

চাউখৎলক্লিবা অসি মতম ইকুই কুইদ্রি অদুম ওইনমক অপিকপা মওং ওইরবসু কলা অমা ওইবগী থোইদোকপা পান্দমদি মপুং ফানা ফংলে অদুগা সাহিত্যগী শরুক অমা ওইনা মনিং তম্বা মওংদা অদুম্মক থম্লে। ৱারী পিকশিনবা চাউথোকপা অসিদি অইবগী তঙাই ফদবগী মতুং ইন্না, অপাবশিংবু পেনহন্নবগীদমক মতৌনৈ।

কথা-সাহিত্যগী মনুংচনবা মরম্না ৱারীশিংগী তঙাইফদবা কথাবস্তু (ৱারী ৱাখোঙ) চরিত্র-চিত্রন, (লমচৎ-য়েকপা) কথোপকথন,(ৱারী-ৱাতাই শাবা) ৱাতাবরন, (মফম-মতম) উদেদশ্য (পান্দম) শৈলী, (ৱাফোংদোক-ৱাহায়) মখোয় তরুক অসি উপন্যাসকী মতৌগুম্না চঙই। অদুবু ৱারেংগী থোইদোকপা মরম্না মখোয় অসি শীশিন্নবগী মওংদা খর-খর খেন্নবসু য়াওই। হকচাংগী শরুক অমগী মতৌগুম মখোয় পূন্নমক অমগা অমগা লোইনা মরী লৈনৈ।

কথাবস্তু - ৱারীগী কথাবস্তুদি য়াম্না পিকই। অখঙ-অহৈ কয়ানা হায়নৈ-ইমুংদগী ফম্লগা থোঙনাত্তদা য়েংথোকখিবদা মীৎনা উবা অদুখক্কী মনুংদা লৈবা মফম অদুখক্তগীনি হায়না। অনীশুবদা ৱারীগী কথাবস্তুদি অদুক্কী মতিক পিকই, মদুদি মতৈ-মনাও অনিনা লৈবা চনবা ভারাদা ৱায়বগা লৈবা কামচা অমগী পাংখক্লি মদুদা অতোপ্পা কনাগুম্বা মরুপ মপাং অতিথি লাক্লগা লৈফম লৈতবা। ৱারী অমা ইরকপা মতমদা ৱারী ইবিবা অদুবু হৌবদগী লোইবফাওবা করিগুম্বা মখলগী অপনবা অমফাওবা পীদনা, নাক--য়েত্তা হাইদোক্তনা পম্থুং য়ৌনবা পুই। মরম চাদনা কনামত্তা মনুংদা চঙবা যাহন্দে মসিমক অইবগী ফিদম্নি। অসিদা নত্তনা ৱারীদা য়াওরিবা থৌদোকশিং অমগা অমগা মরী লৈনহনবসু তঙাইফদে. (ঙাকপীগনি, ঐহাক খর-খর শমজিল্লগা ঙাঙজগে মথংদা মী অহুম- মরি ৱা ঙাঙ্গদৌবসু লৈবি) অসি হায়রম্লগা ঐ মখা চৎথৈ।

চরিত্র-চিত্রন-(লমচৎ য়েকপা) হৌজিক্কী মতমদদি কথাবস্তুদগী চরিত্র-চিত্রননা হেন্না মরুওইনা লৌনরে। চরিত্র-চিত্রনগা মরী লৈনরিবসি পাত্রশিংগনি। ৱারীগী পাত্রদি অনী অহুমদগীদি খোয়না হেন্নদ্রে। চরিত্র-চিত্রন অসি হৌজিক্কী মতমদদি ৱারীগী থৱায়নি হায়নরিবনি। চরিত্র-চিত্রন্দা পাত্রশিংগী মতুংইন্না লমচৎয়েক্কনি। ফজহন্নিংই হায়দুনা ফত্তবা-শারিবা মী অদুগী লমচত্তা হেন্না মীনুংশি লৈবগী মতৌ উত্তুনা ইকরবদি অপাবা মীশিংগী পুক্লিংদা করিনো তৌরিবশিদি হায়না খল্লক্কনি। মরমদি হৌজিক্কী মতমগী অপাবা মী পূন্নমক লাইরিক লাইশুসু লোইনা হৈনৈ অদুগা পারগা য়াম্না মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা খম্থে, অদুগা

অফ-ফত্তা অচুম-অরানশু য়াম্না লায়না মখোয়না খঙবা ওন্মী। মরমশিংশি লৈবনা অইবা পূম্বনা চরিত্র-চিত্রনগী মতাং লাকপদা য়াম্না চেকশিন্নে। চরিত্র-চিত্রন অসি অইবনা পাত্র অদুগী মরমদা ইবা অমা অদুগা পাত্র-অমনা পাত্র অমগী মরমদা ঙাংবনা মরম ওইদুনা চরিত্র-চিত্রন য়েক্লে।

কথোপকথন (ৱারী ৱাতাই) ৱারী-ৱাতাইনা মরম ওইদুনা পাত্রশিংনা পুক্নিংগী অথুপ্পা ৱাফম কয়া ফোংদোক্লদুনা পাত্র মশেল নুংঙাইনা অমত্তা ওইবগী ৱাখল্লোন অমগা'মগা ফাওদোক্লে। নুংশিনবদা নত্তে অশাওবসু ফোংদোক্লে। মসিদা অইবনা য়াম্না চেকশিন্নরিবদি লাইরিক লাইশু খঙ-হৈতবা পাত্র অমগা লাইরিক হৈবা পাত্র অমগা অনী অসি ৱারী শানরকপা মতমদা লাইরিক হৈবা অদুনা ঙাংবদি না পুতানা ঙাংই। অহৈবনা ঙাংবা অদুগুম্না লাইরিক হৈতবা অপর্ঙবা অদুসু য়াম্না খঙ্-হৈবগী মওংদা হেক ঙাংথোকহনখিদরা হায়বগী চিংনবা লৈ। অসিনা কথোপকথনদা তঙাইফদনা য়াম্না চেকশিন্নে। ৱারী হায়বশিংগী মনুংদা কথোপকথনসু থোইদোক্লা মরুওই। অসিনা মরম ওইদুনা পাত্রশিংগী লমচৎ য়েক্কদৌরিবনি। কদোপকথন য়াম্না ফজহনবা তঙাই ফদে। কথোপকথন নাত্তে চানহন্নবা, চঙ্-চঙ্ লাওহনবা মশক থোকহনবা, কথাবস্তুগা নাত্তে চানহন্নবা হোৎনৈ। অসুম্না চেকশিল্লবতদা ৱারী অদু মহৈ য়ানগদৌরিবনি। চেকশিনবা খরা ৱাৎহৌরগনা ৱানা হোৎনরুবা পূম্বা উত্ত ঘী হৈবা তাদুনা তোক্কদৌবনি। হায়নিঙাইদি য়াম্না লৈরি, অদুবু মতম য়েংলগা কথোপকথনগী মতাং অসিদা লোয়শিনজরে।

লৌরিবসি ৱাতাৱরন -

ৱাতাৱরন - (মফম-মতম) ৱাতাৱরনবু দেশ-কাল হায়নসু অদুম মহায়নৈ। মতাং মতম চাদনা কপ্পা, নোকপা, তুম্বা-হিপ্পা, চাবা-থকপা, পুন্নমকসি মতাং-মতম, মফম চাদ্রবদি ফাগী তাদুনা তোক্কনি। ৱাতাৱরন লৈবাক্কী হায়বদি দেশকী ওইবা য়াই। রাজ্যগী ওইবা য়াই। সহর নত্রে খুঙ্গংগী ওইবা য়াই। খুদম অমতং লৌখৎচগে। ৱারীগী মতুংইন্না ঐগী ইমা শিরে। খুঙ্গং লৈকাইগী মীপুম খুদিংমক ইমাদুবু নুংশিবদগী কপ্পা লাওনরি। লুপা নিফু-য়াঙ্খৈনা পোৎলোইবগী থবক তৌরি। ঐনা ঈরুজথোক্লগা মংগারক্লি। অৱাবা কোক্লবনি হায়দুনা খুৎকাপ্পী তেক-তেক কাপ্পুনা অন থারগা আজকী রাত পিয়া দিল ন তোরো, মনকী বাত পিয়া মান লো। ঘায়ল কিয়া হৈ - দিল তুনে মেরা তেরী নজর কী চোটসে। অসুম্না

ঈশৈ শক-শক্তুনা লাক্লবদি ব্বারী অদুনা ওইগদৌরিবা ফিবম করিনো? (মীয়াম পুম্বা নোকপদা মীত্তগী পি তাই। নুপীমখৈদি নোকপা লোইশিনবা য়ানদদুনা মপান্দা চেঙ্খোক্লখি। মীয়াম্না নোকপা লোইবা ঙাইদুনা ঐসু ঈশিং য়াউম অমা থক্তুনা ঙাইরে। মীয়াম্না তুমিন তুমিন লৈঙ্খবদা ঐ মখা চৎথৈ।) অইবনা ব্বাতাব্বরনগী ব্বাখল হেকতৌহৌদবদা মসিসু থোকপা য়ারিবনি। ব্বারীগী পরিঙদা মপামদগী হান্নদগীসু য়াম্না কেজ-মৌজবনি হায়দুনা নিপাময়ুম অদুদা নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চান-থক্লবা লোইনখ্রবা মতুংদা নুপী ওইবীগী হৌনশা কোললিক ফেংদোক্তুনা চাকখুম ব্বাই তৈথোক্লবা মতুংদা মখোঙ-মখুৎ হামদোকপা, মমায়-মমিৎ তাথোকপদি নুপী ওইবীশিংগী মহৌশানি। মদুদগী হেন্দোক্তুনা তুম্বা চঙ্লমদায়দুদা মচিন্দা লিপস্তিক, মমীত্তা কাজল মমায়দা পোন্স পাউদর থারগা শুমাং ময়াদা গমলাদা শাৎলিবা লৈ অমা অনী হেক্লগা অমনা নাপদা চীনশিন অমনা শমজিদা থেৎলগা তুম্বা চঙ্লবদি মদুবু করম্না মওং তাই ফজে হায়গদৌরিবনো ? (ঐনা অসুনা ঙাংলকপা অদুদদি হোল অদুদা ফল্লিবা নুপা-নুপী, অহল-লমন পুম্বা নোক্তবা অমত্তা য়াওখিদরে। দাইস্তা ফল্লিবা প্রধান অতিথি, সভাপতি, অখন্নবা অতিথি য়াওনা লোয়না খুবাক প্রোক-প্রোক খুদুনা নোক্লে। নুপীশিংদি লোইনা মপাল থোক্লগা নোক্লখরে। মিনিট মরি-মঙাদি অদুম লাংদুনা লৈখরে। মীয়াম্না নোকপা খরা নেমথরকপগা ঐ ব্বা ঙাঙ্বা অমুক হৌরে।) ঐনা হায়জবদি অসিগুম্বা নাতৈ চাদবসি থোক্তনবা ভারতকী অইবশিংনা ব্বাতাব্বরনগী মতাঙ্ অসি য়াম্না চেকশিন্নৈ হায়জবনি। তশেংবদি ব্বারী অদু ব্বাতাব্বনর অদুগী মনুংদা হৌরগা ব্বাতাব্বরন অদুগী মনুংদা লোয়শিন্নবা হোৎনৈ হায়বসি লোয়শিল্লি। ব্বাতাব্বরনগী মতাঙ অসিদা লোয়শিনজরগে। মথং উদ্দেশ্যগী মতাংদা খরদং পনজগে।

উদ্দেশ্য - পান্দম-পন্থুং - সাহিত্যদা ইরিবা পুম্বা পান্দম অমমম্ লোইনা য়াওই। অইবনা পুক্সিগা নক্লবা পান্দম অমদি অপাবা খুদিংদা পীনিংই। ব্বারী লাইরিক অমদা য়ামদ্রবদা ব্বারী মখল নিফু-য়াঙ্খে য়াওরি। ব্বারীশিং অসিগী থীম অমসুং পান্দম মান্নদনবা য়াম্না চেকশিন্নৈ। ব্বারীশিংদুগী মনুংদা মঙা-তরা থীম অমসুং পান্দম মান্নবা য়াওরম্লবদি অপাবা মীদু য়াম্না থুনা তম্থরকই। অদুনা মরম ওইদুনা লাইরিক্তুদা য়াওরিবা ব্বারীশিং অদু লোয়না পাদনা হেক-হেক তোক্লে। অদুনা ভারত্তা ইনরিবা ব্বারীগী লাইরিক্তা থীম অমসুং পান্দম মান্নদনবা য়াম্না চেকশিন্নৈ। 'ব্বারী' হায়বসি সাহিত্যাগী শরুক অমনি। ব্বারী ইবদা সাহিত্যগী

মচাক তঙাইফদনা চঙ্ই। শুপ্নতগী পুক্লিং ৱাখলতমক নুঙাইনবা ওইহল্লোইদবনি। 'পান্দম' হায়বসিমদি ৱারী পুন্নমক্তা লোইনা লৈগদৌবনি। মরমদি 'সাহিত্য' হায়বসি মীওইবগা য়াম্না নক্লে।

শৈলী - (ৱাফোংদোক-ৱাহৈ)

শৈলী হায়বসি অসুম তৌগদৌবনি হায়বগী অরেপ্পা নিয়ম-নীতিদি লৈতে হায়বা য়াই। শৈলী অইবশিংগী মশা-মশাগী ওইজবা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমনি। ৱারীগী তত্ত্ব পুন্নমক্কা শৈলীগা নক্লবা মরি লৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা ৱাহৈ পরেং য়াম্না শাংবা অমা। ৱাহৈ পরেং তেন্তক-তেন্তক তৌনা ইবা অসিনি। অইবগী ৱাফোংদোক্তা পাউরৌ-পান্থে মফম চানা-চানা শিজিন্নবা চঙ্ই। শৈলীগী মতাং লাকপদদি অইবগী মতিক মগুণ লক্ষনা অমসুং ব্যংজনা শিজিন্নরকপা তাই। মীয়াম্না ঙাকপীগনি, ঐনা মতম য়েংজরগা খর-খরা শন্নপ-শন্নপ ঙাঙ্জবনি। ঐনা খরা ঙাঙজখ্রিবা অসিনি হায়বা তাই, ভারত্তা ৱারী-ৱারীমচাশিংগী মরুওইবা তত্ত্বশিংসি। মতাং অসিদা ঐনা ৱা ঙাঙ্জবসি লোইশিনজরে। অশোয়-অঙাম পুন্নমক মীয়াম্না ঙাকপীনবা অমুক্তা হন্না খুরুমজরি- জয় সৌরজগত জয় ভারত। অসুম্না ঐ ৱা ঙাঙ্বা লোইশিল্লে। মীয়াম্না হরাউ তরাম্না খুবাক খুনখি। ঐনা ঙাঙলুরিবসি হিন্দীগী পাউরৌ অমখক নিংশিংলুবদগী ইকাই অকি খঙ্দনা ঙাঙ্জখিবনি। পাউরৌ অদুদি "নাচে তোড়ে কুদে তান, বাকো মিলে ইনাম" (তান কায়গে কায়য়ু খরা চোঙ-ফন্দুনা তৌরবদি মনা ফংই- ঐ করিমত্তো খঙজদে হায়দুনা তোক্লন্নবদি ঐখক্তগী নত্তনা ভারত ইমাগী ইজ্জত মাঙলমগনি। অসি খন্দুনা ঐনা অহৈবা শাদুনা ঙাঙ্খিবনি, তশেংনা ঐদি করিসু খঙ্জদবনি। ঐনা ঐগী ৱা ঙাঙ্বা লোইবদুদা নুংঙাইবদুদি, পুলিসকী গাড়ীদগী কুমথহৌবদা নুংঙাইবা অদুগা চপ হেক মান্নে।

অসুম্না মথং-মথং অখন্নবা অতিথি, প্রধান অতিথি, সভাপতি অমসুং থাগৎ ৱাহৈ পীবনচিংবা লোয়রদুনা চাকলেন লাঙ্লিবা মফম অদোমদা চৎলগা পুন্নমক চাক চানরে। খল্লি চাক চানা-চানা মরুপ ইন্দ্রগী ভাষণ্ডা 'সাহিত্য' হায়বসি সমাজগী মীংশেল ওইবতা নত্তে, সমাজ অদুগী মিতমনি' তশেংবা সমাজগী মীংশেলদি ইতিহাসনি হায়না হায়খিবসিগী মরম করিনো হায়দুনা ?

লাইরিক ফোঙ্বগী মতাংদসু লাইরিক অদু ফংহৌরোই হায়বগী মতৌগুম্না মফম অদুদা তিল্লিবা মীশিং অদুনা মমল পীদুনা লোইনা লৈনৈ। মতম

অদুদা এনাওক্সর অদুদা ঐনা হংই - ইবুংঙো মীয়াম্না লাইরিক অসিবু ফংহৌররোইগী মতাগুম ওমশিন্দুনা লৈনরিবসিবু করিগীনো ? নুপাদুনা খুম্মী - পাবুং ফোংলিবা লাইরিক অসি ঐখোয়গী অসিদা ফোংখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা লেতেষ্টনি। লাইরিক অসিদা অইবনা ঐখোয়গী সমাজদা করম্বা অহোংবা পুরকনিংবগে, করম্বা চৎনবীদা অরানবা য়াওবগে মদু করম্না হোংদোক্লিংবগে, সমাজদা শেমগৎ-শাগৎকদৌবা করি ব্রাৎলিবগে, অসিনা চিংবা কয়া য়াওরি। হায়রিবশিং অদু খঙনিংবা য়েংনিংবনা মরম ওইদুনা লৈনবনি। অদুগীসু মথক্তা অইবগী তেংবাং ওইনা লাকইবা মীশিংসিনা মমল পীদুনা লাইরিক অমসি অদুম লৈনৈ। হৌজিক লাইরিক ফোংবদা লাওথোকখিবদুনি 'ঙসিগী ওইনা লাইরিক অসি চাদা য়াঙ্খে তারগা লৈবিবা য়াগনি' হায়না।

ঐ ভাব তাই, ঙসাইমখৈ ভাব তারমদবদু। খল্লি - ঐখোয়গী মনিপুর অমদি ভারত্তা ইনরিবসিগদি কয়াম খেন্নৈ ?

মরুপ্না হায়খিবা ব্রাফম - 'লাইরিক য়াম্না হৈরবসু সাহিত্যগী ব্রাহস্থোক খঙদবা মীশিংনা হেক-হেক হায়নৈ মসিদি কবিগী কল্পনানি, অসিনা ওইথোকপা য়াবা নত্তে'কা হায়না। কবি ওইয়ু, সাইন্টিষ্ট ওইয়ু, খুৎনাইবা ওইয়ু মখোয়-মখোয়না ইরকইবা, পুথোক্লকইবা শেন্নক-শারকইবা পোৎ পুম্নমক কল্পনাদগী লোইনা পুথোক্লকপা ঙাক্তনি। কল্পনা করিনো ? পুক্লিং-ব্রাখলনা পোৎ অমা শেমগৎ-শাগৎলকপা মতমদা 'অসি তৌরবদি, অসিদা অসি হাপচিল্লবদি ফিবম অসি ওইরক্কনি অদু ওইরবসি ফজরনি, কল্পনি' হায়দুনা পুক্লিংদা খল্লিবা অদুবুনি ঐখোয়না 'কল্পনা' হায়দুনা খঙনরিবসি। 'কল্পনা' য়াওদবা সাহিত্যদি মহাও য়াওদ্রবা অচাপোৎকুম্বনি কয়াদা ফজদ্রবা।

------

# তরাতরুকশুবা তাঙ্কক

খল্লি মরুপকী ব্রাফম য়াম্না মুন্না খন্থনিঙাই ওইবা ব্রাফম্নি। ময়াম চাক চাবা তোল্লদুনা মহে-মহে বিদায় পীনদুনা কায়নরে। মরুপ ঐখোয় অনীসু হল্লক্লে। হল্লকপগী লম্বী মী য়াম্না কুংই। ঐনা হংবদা মরুপ্না ষ্টেট হায়ব্রেনি হায়। কিলোমিটর অমমম্দা বস ষ্টেন অমমম্ লৈ, তোইলেৎ অমমম্সু লৈ। দষ্টবিন য়াম্না কুংনা লৈ। ব্রান ব্রেগী লম্বীনি। য়াম্না নাল্লি। উফুল-ব্রাইফুল উনা-শিংনা অমত্তা তাদে। অতৈ লম্বীগুম্না ময়াইগী রিংদনা লৈ, মতাই অনীদনা উপাল-হৈপাল লোইনা থাই। পাকপসু অদুম মান্নে। গাড়ীদি হান্নগী নেস্নেল হায় ব্রেদা থৌবগুম য়াম্না য়াঙনা থৌবদি য়াদ্রে। ঐনা পামজবা অদুমক থোকএ। তশেংবমক গাড়ী য়াঙ্না থৌবসি ঐদি কিজে।

ফজে-ফজে ওন্থোক্লা ফজে। নেমনেম-নেমনেম মচু কয়াগী লৈ শাৎলগা উপালশিংদুনা বসকী নুংশিৎনা হুম্বদা নোমনোম-নোমনোম হায়-হুম্বদুনা য়েংবদা কয়াদি নিংথিজরিবা। প্রকৃতিবু অসুক লুনা তৌবা লৈবাক্তী অমুক্তা উরক্ত্রি। য়েংখি-য়েংখিবা মায়কৈ পুম্বদা হৈপাল-লৈপালগী, উপাল-ব্রাপালগী অশংবশিংতনা পুক্লিং হকচাং পুম্বা ইংহল্লি, তনৌ-তনৌহল্লি। মীনা শেল্লগা লাই ওই হায়বদুমক্লি সৌরজগত্তা তৌরম্লীবসি। মফম অসিগী মীনবুদি করিগী পুন্সিরোই? করম্না লায়না-তিন্না চেনগনি? লম্বী সোরোক্তা চৎলম্বা, উরুবা মীপুম খুদিংমক চাউদম-শাংদম্মি। কুচু-কুমেন লোইনা পাল্লি। হরাউ-তয়াম্বগী শকফমদা লোইনা উই। ভারতকী অমোৎ-অকায়গী সহরদা হৈনরকপনা মীগী ফজবা অরুবশিংসি উরুরগা মীত্তা করিগুম্বা মখলগী নুংঙাইতবা অমা তৌবগুম্মী। নুমিৎ মরি-মঙানি কিলোমিটর লিশিং অমরোম চৎলকপসিদা চাকনি-ফিনিবা, শোইনাই-খোৎনাইবা মী অমত্তসু উদে। ঐখোয়গী ভারত্তনা কৈথেল লৈবা, মী

খরা কুঙ্না চথোক-চৎশিন তৌবা মফমদা চাকনি-ফিনিবনা খুরক হাঙদে। হংনিংলকই পুক্লিংদা, নিঙ্ঙকপগা হঙ্বনবু হানখি - মরুপ সৌরজগতসিদবু শোইনাইবা, চাকনি-ফিনিবা অমত্তা লৈতবরা ?

- লৈ শোইনাইবদি। চাকনি-ফিনিবদি লৈতে। ঐখোয়গীসু মীনিনে লৈরিবসে মরুপ। চেকশিলহৌদবা মীৎকুপ্তা শোইনাইবা কয়া য়াওরিবনি। এক্সিদেন্ট হায়বসিদি এক্সিদেন্টনি।

- শোইনাইবদি লৈ, চাকনি-ফিনিবদি লৈতে। মসিগী অর্থনা করি ?

- শোইনাইবা হায়বসি মখল খরদি য়াম্মী। পোক্লকপদগী ওইরকপা, মীৎকী, নাগী, খোঙগী, খুৎকী, হকচাংগী ওইবা। পোক্লকপদগী ওইরকপা শোইনাইরবশিংগীদি সরকারগী ওইবা স্কুল-কোলেজ লৈ। হোস্টেল লৈ। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা মীৎ উদ্রবশিংগীদি স্কুল তোঙাল্লি। মখোয়শিং অসিগীদি মমা-মপাদগী ধন অমফাওবা তিংদ্রে, য়োকপা-থাকপা মহৈ মশিন তম্বা লোইরগা হিংজবা ঙম্নবা সরকারগী প্লান অদুম লৈজখরে। য়াওদবা য়াদবগী সরকার য়াওবনি মরুওইনা সৌরজগতকী লৈরিবা ইনাক খুনবশিংগী মী য়াঙ্খে-য়াঙ্খেনা শাবা কমিতি অমমম লৈ। হায়রিবা কমিতি অসিনা শোইনাইরবা মীশিং অসিগী চঙ্গদৌবা অপুনবা খর্চাগী চাদা মরিফু অদুগা সরকারনা কুন পুথোকই। অশিন-অরাংনা সরকারনা তৌই।

শোইনাইরবশিংগী স্কুল, কোলেজ কমিতি অসিনা শাই। মফম-লমনা সরকারনা পী। মখোয়গী করিগুম্বা অৱাৎপা অমত্তা লৈহন্দে। রেডিও, টি.ভি., টেপ রেকোর্ডর কা খুদিংগী লৈ। মখোয়না কোয়নিংবা লময়েংবা চৎনিংবা খুদিংমক সরকারগী বসনা পুদুনা য়েংহল্লি।

- সৌরজগতকী ইনাক খুনবশিং অসিদি পুকচেল য়াম্না চাওইনা। মখোয়দি কথোকপদা হালেঙবা লৈতবা ঙাক্তা ওই।

- মসি থোইনা পুকচেল চাওরুবগী ৱা ঙাক্তসু নত্তে। লাইজ-ঈরেল লম্মখাংদা পুন্সি হিনাও লুপ্তনবা তৌবা দাননি।

- অদুগী অর্থদি মরুপ ?

- মরুপ্না 'অদুগী অর্থদি' হায়না হংবিরকইবা অসিগী পাউখুম পীবা ওইনা মরুপ্তা ঐ ৱাহং অমতা হংজগে, মুন্না খল্লগা পাউখুম্বীরকউকো।

- হংবিরকউ য়াই। ঐনা খুম্বা ঙমদ্রবসু খুম্বীবা ঙম্বা মী ইনাক্তা ফম্লী। (ঐগী ব্রাহৈদুদা মরুপসু নোকএ-ঐসু নোকএ)।

- মুন্না তাবিরো ব্রাহং হংজরগে - পাক্লবা ঈপাক, লুসু লুরবা ঈয়াই অদুদা মমল য়াম্লবা সনা মণি মুক্তা ঙাক্তনা পীক থল্লবা হি অমা হোন্দুনা লাকপনা হিথাঙ্ফমসু য়ৌশিল্লক্কদৌরবা মতমদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমদগী ঈথক ঈপোম হৌরক্তুনা মরুপকী হিনুংদা ঈশিং চঙ্খিবদগী হি অদু লুপফেৎ-লুপফেৎ তৌরক্নে। ঈশিং অদুসু য়াম্বনিনা মরুপ্না খুজোক্লা শোক্তোক্লবা হোৎনবদসু ঈশিংদু লোইনা শোক্তোকপসু ঙম্লোইদৌরি। ঙম্নবা হোৎনরিঙৈদা হি লুপখিবনা হানগদৌরি। হি লুপ্পদা থব্রায়সু মাঙ্বা য়ারিবনি। ফিবম অসিদা মরুপ্না করি করম তৌরগা হিথাঙফম য়ৌনা লাক্কদগে ?

- (ঐ থোইদোক্লা লুনা খল্লুবা লৈতনা শিবা-হিংবগী ব্রাহংনি খন্দুনা খুমখি) - মতাং অদু য়ৌরবদি মরুপ য়াম্না থুবা মতমদা নৌ অদু হিনুংদা হাপচিল্লগা ঈশিং অদু খুজোক্লা শোক্তুনা লোইনা শোক্তোকপদি ঙম্লরোইদৌবনিনা খুৎ অনীসিনা সনা, মণি মুক্তাশিংদু হিদগী শৎ-শৎ লৌথোক্লগা ঈশিংদা হুন্থখিগনি। অসিফাওবদদি হি লুপ্লরোই হায়না ইবুংক্লিংনা নিংলিবা অদুফাওবা। অদুদগীদি নৌ পায়দুনা হিথাঙফম য়ৌনবা হি অদু য়াঙ্না হোনগনি। অসুম্না তৌদুনা হিথাঙফম হেক য়ৌবগা সনা, মণি মুক্তাশিং খরা য়াওরকইবদু থুনা লৌথোক্লগা য়ুমদা থুনা লাক্কনি।

- ব্রানা পুন্সি তঙ্খায় চংনা তানজরকপা সনা, মণি মুক্তাশিংদু ঈশিংদা হুন্দোক্লম্লিবা অদুদি মরুপ করিমত্তা পামুদরেনে ?

- করিগী পামুগদৌরিবা, সনা, মণি মুক্তা তানবা ঙম্বা থব্রায় মাঙ্গদৌরিবসিদি।

- পাউখুম য়াম্না ফজখরে, নম্বর চামদা-চামা ফংই।

- পাউখুম ফজরিবসি ব্রাহং ফজবননি ব্রাহংবু ফজরবদি পাউখুম ফজবা মশানা তাবনি।

- অদুনি মরুপ সৌরজগতকী ইনাক খুনবা, শেঞ্জাও পায়বা, করোড়পতি মিলিনিয়রশিংনা দান তৌবদা হালেংদ্রিবসে।

-ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম্মু অসিরা মরুপ ?

- মান্নি মরুপ।

- ঐদি অসিনা হেন্না ভাব তাদ্রে মরুপ। ভাব তানবা অমুক্তা তাকপীয়ু।

- লন-থুম সনা-লুপা, মণি-মুক্তা য়াম্না হেন্না লৈবা হায়বসি মীনা য়াম্না কল্লকই। অদুগুম্বা মী অদুসু মহাক্কী মরল অদুনা মরম ওইদুনা নাপল কারকই। মহাক্কী নাপল অদুনা মীচম্বু উশিং-থৌওইরক্কে। অদুদগীসি লাইরবা কয়া মাগী য়েক্লবা ওইরকই। য়েক্লবা য়াম্লক্লবদি মহাক্কী পুন্সি হিনাও লুপ্পা য়াবগী অকিবা লৈরে। অদুবু শেঞ্জাও পায়বা অদুনা মাগী অহেনবা লন-থুম অদু লাইর-অনং, অৱা-অনাগী মতেং পাংবদা শিজিন্নখ্রবদি মাবু মীয়াম্না নুংশিগনি। মীয়াম্না মাবু থাগৎনগনি। মহাকপু কল্লক-য়েংথিবা অমত্তা লৈরোই। কল্লক য়েংথিবগী মহুত্তা মীয়ামগী থোইদোকপা সন্মান ফংগনি। মীওইবনা হৈরিবা মহে অদুবুদি থোইনা হেন্না হৈনবা হোৎনদে। অদুগা ধনবুদি অমদগী অনী; অনীদগী মরিদা হেনগৎনবা হোৎনৈ। পোলোইদা মানা পুম্নমক শুপ্পাই পায়নবা হোৎনরকই। মসিগী থাকসি য়ৌরক্লবদি হিদা ঈশিং চঙ্বা হৌরবনি। মসিগী ৱাখল্লোল অসিসু মরুপখোয়গী ভারত্তগী লৌবনি হায়ননৈ।

- ভারতকী কবি কনাগী ৱাখল্লোন্দগী লৌরকইবা মরুপ ?

- ঐনা হায়রক্লবদি মরুপসু শোইদনা নিংশিংলক্কনি। মদু ঐ হায়জরক্কে। মসি কবীরদাসগী সাখিদগীনি।

পানী বাঢ়ে নাৱমেং, ঘরমেং বাঢ়ে দাম
দোনোং হাথ উলিচিয়ে, যহী সজনকা কাম।।

সাখি অসিগী ইচম-চম্বা অর্থদি অসিনি -

ঈশিংনা হিনুংদা চঙশিল্লক্লবা, য়ুমদা লন-থুম য়াম্না হেনগৎলক্লবদি খুৎ অনী চঙ্দুনা কন্থোকপীয়ু মসি অফবা মীগী থবক্নি। মসিগী নুংগী ওইনা ৱাফমদি - মথক্তা মরুপ ঐখোয়নিনা নৈনখিবদুনি। অসিদা নত্তে ঐখোয়গী সংবিধান অসিদি ভারতকী কবি, মহাত্মাশিংগী ৱাখল্লোন কয়াদগী লৌরগা শেম্বনি হায়না ঐখোয়গী অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়নৈ। মসিগী ৱাফমসিবু ঐনা মথক্তা খরা পনজখ্রবরা খল্লি। অশোমদা চখখ্রবদি লোইবা নাইররোই অতৈ করি খন্নসিগে মরুপ ?

- ঐদি রাজনীতিগী লৈশেমলোনগী মতাংদি লোইবু লোইখ্রবরা খল্লি। অদুনা ঐদি অধ্যাত্মিককী ওইবা হিরমলোমদা খরদি খঙনিংলি, হংনিংলি।

- য়াম্না লুরিবদি ঐহাক হিরম অদুদা অখণ্ড-অহৈ অমদি নত্তে। ঐগুম্বনা আত্মা

অমসুং পরমাত্মাগী মরমদা ঙাঙ্বা হায়বসিমদি মরুপ তশেংনা ঐ ঙমজরোই। করিগুম্বা ঐনা ঙাঙ্বা-হায়বা তারবসু ভারতকী বেদ-পুরান, মহাভারত, রামায়ন, শ্রীমদ্ভাগবতগীতানচিংবদগী ঙাঙ্গদৌরিবনি। অসিদি মরুপ্না হেন্না খঙ্লগনি। অসিদবু ঐনা অখঙ্-অহৈ শাদুনা মরুপ্তা অমুক ঐনা তাকপা তারিবা?

- খঙ্বু-খঙ্দ্রবদি ভারতকী ওইরবসু, কনাগী ওইরবসু অদুম খঙ্দ্রে।

- ঐনা ঙরাং-নহাল খরা ঙাঙ্-শকখিবদুদি ঐনা গীতাবু বিষয় অমা ওইনা তম্লকখিবগী চিন্দা পকপা খরা অদুক মরুপ্নি খন্দুনা চিংনদনা খরা ঙাঙ্-শকখিবগী ৱানি।

- অদুবুদি অদুনি। ভক্তি, অমদি ধর্মগা মরি লৈনবা খরদি ঐসু খঙ্বা পাম্লিবা। চহিদি আ.. য়ৌরে। হন্দবদি য়ারোই লাক্লবনিনা। লাকপদদি ইমানা পুবিরকপনিনা লম্বীসু খঙ্হৌদে। হনখিবদদি ইদোম তরক হনখিনি। হন্দবসু য়াদা, লম্বীসু খঙ্হৌদা, অদুদনি ঐনা মরুপ্তা হায়জরিবসে।

- হোয় মরুপ্না খল্লিবদুবুদি চুল্লিবা, পুন্সি সন্ধ্যাদি য়ৌরক্লে, হৌজিকপু লম্বী উখিদরনে?

- তাকপু তাকপিরবদি খুত্তা চৈশু পায়রগা মমীৎ উদবশিংনা মা-মাদুনা কোক-কোক শুদুনা চৎপা অদুগুম্না হেক চৎলগা লোইরেদন।

- মরুপ্না অদু য়ৌনা চপ-য়ুংনা লেপ্লবদি মরুপকী ভক্তিদা ঈশ্বরনসু পেনবিরগনি। ভক্তি অমদি ধর্ম্মগী প্রভাবনা তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মতাংদা অহানবদা খরা হায়জগে।

- হৌজিক মরুপকী মফমদা ঐনা অখঙ-অহৈ শাদুনা খরা হায়জগদৌরিবা অসিসু মরুপখোয়গী ভারতকী মহাকাব্য ওইরিবা মহাভারততগী মতাং অমা খনগৎলগা শম্লপ্না হায়জগদৌরিবনি। অসিগী মমাঙ্দা মরুপকী মফমদা হান্না করিগুম্বা ৱাফম অমত্তং নিংশিংজগে - শ্রীভগবান রামচন্দ্র অমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পোক্লফম ওইরিবা ভারত ভুমি অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মুখকমলদগী থোক্লক্লবা শেংলবা ধর্ম্মগী ওইবা লাইরিক শ্রীমদ্ভাগবতগীতা লৈরম্বা ভারতকুম্বা লৈবাক অমনা লৈবাক শিনবা থুংনা অৱা-মৈশা লাংনা য়াম্না অশান্তি ওইবা মওংদা চাক-থুং ফি-থুংদনা পুন্সি লেনবা অসিমক্তি থোইদোক্লা ইকাইনিঙাইগী মশক্নি। গীতাদা তাক্লিবা ধর্ম্মসিদং মীপুম খুদিংমক্লা ঙাক্লা হেক চৎপদা ইংনা-চিক্লা য়াইফনা পানগদৌবা ভারতনি। গীতাগী অধ্যায় তরানিপালমক ঙাক্লা চৎপা হায়বগী ৱাফম নৎচদেকো মরুপ, ঐনা হায়জরিবসে। সুপ্নতগী তরাতরুকশুবা অধ্যায়দা তাক্লিবা দৈবীসম্পদারুপ (লাইরমচৎ)কী ধর্ম্মবু ঙাক্লা চৎপা অদুগা আসুরী সম্পদারুপ

(হিংচা-য়াইতম্বগী লমচৎ-শাজৎ) পু থাদোক্লবদি মীওইবনা মতম পুম্বদা শান্তি অমসুং নুংঙাইনা লৈগনি হায়না ঐগী থাজজবনি।

পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্তা চরাং-খোইরাংনরবা মতমসিদা সৌরজগতনা অসুক য়াম্না ইংনা-চিক্না পাল্লিবসিগী মরম মরুপ্না লোয়না খঙ্বিরম্লগনি। অদুবু ঐ খজিক্তং পনজগে। অমদা মরা চেৎপা রাজনীতি, অনীদা অনৌবা সংবিধান, অহুমদা ইদুকেসন পোলিসি, মরিদা লৈঙাকলোন, মঙাদা মানব ধর্ম। হায়রিবা মঙা অসিদা অহোবা অমত্তা লৈতে মীহূ চংফমগী লম্বী অদুননি। ঙাকপীগনি, ঐ ৱাকোই শুদুনা লৈখ্রমাল্লে।

- করি ৱাকোইনো, হৌজিক ফাওবদদি ৱাকোই য়াওখিদ্রি মখা চত্থবিরকউ।

- ঐনা হায়জরক্কদৌরিবা অসি ধর্ম অমসুং ভক্তিগী মতিক ময়াইদনি। মসি মহাভারতকী বিরাট-পর্বদগীনি মরুপ। দুর্যোধননা পাণ্ডব মঙাবু থিবা য়াবা থিরকপদা ফংবা লৈত্রে। মতম অদুদা দুর্যোধননা মবুধৌ ভীষ্মগী নাক্তা চঙ্দুনা পাণ্ডব মফম কদায়দা লৈরম্বা য়াবগে তাকপিয়ু হায়জরক্লবদা ভীষ্মনা দুর্যোধনদা অসুম্না হায়খি - দুর্যোধন নঙ মুন্না তাও, যুধিষ্ঠিরনা লৈবা খুঙ্গং অমসুং নগর অমদি লৈবাক অদুগী মীশিংদি দান তৌবা, পুকচেল চাওবা ইন্দ্রি খুদুম চনবা, ফত্তবা থবক তৌববু য়াম্না ইকাইনবা ওইগনি। নিংথৌ যুধিষ্ঠির মফম অদুদা লৈরমগনি, মফম অদুগী মীশিং নুংশিবা ৱাঙাং ঙাঙ্বা, নুংঙাই-য়াইফবা, অচুম্বা চৎপা, নোয়-পেনবা, পুকচেল শেংবা, হৈশিংবা। মফম অদুদা নিংথৌ যুধিষ্ঠির লৈরমগনি, মফম অদুগী মীশিং অমনা অমবু মরান শীনদবা অমগা-অমগা য়েংথিনদবা, নাপন তৌদবা, মশাগী মথৌ অমদি ধর্মবু কায়দনা চৎকনি। মফম অদুদা দান, ধর্ম, যজ্ঞ, বেদ-পাঠকী খোঞ্জেল্না নিল্লবা, অদুগুম্বা মফম অদুদি মতম চানা নোং চুগনি, মহে-মরোং মরাং কায়না লোক্নুনা পুক্কে-লনগৈ থন্ন-থন্না লৈগনি। অদুগুম্বা মফম অদুদা মহারাজ যুধিষ্ঠির লৈরমগনি।

- মরুপ ঐ খরা শমজিন্না হায়জরগে নত্রবদি বিরাট পর্বমুক পাক চাওখিদৌরে।

- মরুপ্না অপাম্বা মওংদা চত্থবিরকপদা করিসু কায়দে, অদুম চত্থবিরকউ।

- মরুপকী অয়াবা ফংলবনিনা ঐহাক মতাং অসি লোইশিন্নবা তৌজরগে। অসুম্না ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরগী ধর্ম অমসুং ভক্তিগী মতিক ময়াই কয়া তাক্লগা অসুম্না অরোয়বদা ভীষ্মনা দুর্যোধনদা হায়খি -

দুর্যোধন নহাক্লা খঙ্গদৌবদি যুধিষ্ঠিরনা লৈবা মফম দেশ অদুদি মীপুম খুদিংমক অমগা'মগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নে। মখোয় খুদিংমক লোয়না পেলহে, লোয়না মবুক শেংই, মীনুংশি চাওই, পুম্নমক মা-মাগী লমচৎ-শাজৎ ঙাক্লা চৎলি, মীরমচৎ চৎলি, শারমচৎ চত্তে।

- ব্রাফমশিংসি তারগা দুর্যোধনদুবু ইকাইরমলোইদরা মরুপ ?

- মপুঙ্গিগী ইকাইবা খঙ্দ্রবা মী অদুনা হৌজিকপু নৌনা অমুক ইকাইরকপা হৌনদে মরুপ। ধর্মগী ভক্তিগী মতিক ময়াই অসি কয়াদা চাওখ্রবনো মরুপ।

- অদুবু হৌজিক ঐবু করি তৌগদৌরিবনো ?

- করিগীনো মরুপ্পা অদুক য়াম্না ব্রারিবদুবু ? তঙাই ফদনা ঐখোয়সু ধর্ম চৎপা তাবনি। বেদ-শাস্ত্রশিংনা ঐখোয়বু খঙ্নবা কয়া-কয়া তাকপীখ্রবনি অদুবু ঐখোয়না মায়কৈ অদোমদা চংশিনবগী মহুত্তা অসুম অসুম থাপতোক্লক্কবোই নিংই।

- করি মতাংদনো মরুপ ?

- পুঙ্গিগী অরোইবা খোঙচৎকী মতাংদনি মরুপ। মীওইবা ঐখোয়না পুঙ্গিগী অরোইবা খোঙ্ থাঙ্দোকলমদাইদা ঐ-ঐনা হান্নদগী পামজনা চৎলকপা লিচৎ-শাজৎ অদুদা পুক্নিংসি লুপ্তুনা লৈ হায়নৈ। অদুম্না মায়কৈ অদোমদা চৎখি হায়। অদু ওইরবদি ঐখোয়সু ঐগী অপাম্বা-অনিংবা অমদি থম্বা তঙাই ফদে খল্লি।

- অদু ওইরবদি ঐখোয় করি তৌবা তাই ?

- করি তৌবা হায়বসু মমাঙ্দা ঐনা হায়জখিবা 'মানবা ধর্ম' কায়দনা চৎচবা, অদুগা লোয়ননা ঐ ইশাগী ওইজবা, ঐনা লায়না চৎচবা ঙমগদৌবা ধর্মগী ওইবা শাজৎ লোনচৎ অমদি তঙাই ফদনা থম্বা তাই।

- অদুদি করি-করিনো মরুপ ?

- মী-মী অদুগী হান্নদগী হৈনরক্লবা লমচৎ-শাজৎ অদুগী মতুংইন্না শিরমদাইগী মীৎকুপ্তা মীদুনা নিংশিংদুনা লৈ। হুরানবা মীনা হুরানবগী ব্রাখলদা, ঙা ফাবনা ঙা ফাবগী ব্রাখলদা, লাইনিংবনা মানা নিংজরিবা ঈশ্বর অদুগী নাম শোন্দুনা অদুম চৎখি।

- হৌজিকপু ঐনা ঈশ্বরবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা ঙমখিদরনে মরুপ ?

- ধর্মগী মতাংদা অদুক য়াম্না খঙ্নিংলিবা মরুপ্পা করিগী ঈশ্বরবু থম্মোয় শেংনা

নুংশিবা ঙম্লোইদৌরিবনো ? ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বসিসু হোৎনবা অমা চঙ্ই। সাধু সঙ্গ তৌবগী তঙাইফদবা লৈ। করিগুম্বা ঐনা থাজজবা, পামজবা সাধু লৈত্রবদি শ্রীমদ্ভাগবত পুরান, শ্রীমদ্ভাগবতগীতাগী পাউতাক মতুংইন্না চৎচবদা করিমত্তা অকায়বা লৈতে। তঙাইফদনা 'নবধাভক্তি'গী মনুংদগী ঐ-ঐনা চৎচবা ঙমগদৌবা ভক্তি খরদি ঐখোয় চৎপা তাই। হায়রিবা 'নবধাভক্তি' হায়রিবসিসু শ্রীমদ্ভাগবততগীনি। ভক্তিগী মতাংদা মহার্ষি শাণ্ডিল্যনা হায় - 'সা পরানুরক্তিরীশ্বরে' 'ঈশ্বরবু থোইদোক্লা নুংশিজববু ভক্তিনি'। দেবর্ষি নারদনসু মাগী ভক্তিসুত্রদসু অসুম্না হায়- 'সা ত্বস্মিনং পরমপ্রেমরুপা' 'অদুগুম্বা পরমেশ্বরদুদা থোইদোকপা মওংদা নুংশিজবগী মশক অদুমক ভক্তিনি'। 'অমৃতস্বরুপাচ' অদুগা 'অদুমক অমৃতগী মশকনি'। অসিগুম্বা ৱাফম কয়া লৈবনা ঐখায়না ঈশ্বরবু নিংজবা, নুংশিবা হায়বসি তঙাইফদে।

নবধাভক্তিগী মতাংদা শ্লোক অসিসু খঙজিনবদা কান্নগনি -

শ্রবনং কীর্তনং বিষ্ণো: স্মরনং পাদসেবনম্।
অর্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যামাত্মনিবেদনম্।।

শ্লোক অসিগী অর্থদি অসিনি - শ্রবনং - ভগবান বিষ্ণুগী নাম্ (মিং) রুপ (শক্তম) গুণ অমসুং মতিক ময়াইবু নাকোংনা তাজবা, কৃতনং - ইচিন্না শকচ-শোনজবা, স্মরনং - পুক্নিংদা অতৎপা লৈতনা নিংশিংজবা, পাদসেবনম্- ভগবানগী চরন সেবা তৌবা, অর্চনং - পুজা তৌজবা, বন্দনং - খুরুমজবা, দাস্যং- ভগবানগী মনাই অমা ওইবগী ৱাখলদা নিংজবা, সখ্যম - ভগবানবু মরুপ অমা ওনা নিংজবা, অত্মানিবেদনম - মশামকপু শ্রীভগবানগী মফমদা পুকৎ কখোকচবা অসিনি মরুপ 'নবধাভক্তি' হায়না খঙ্নরিবসি। মাপল অসিগী মনুংদগী অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা অসিদি ঐখোয়না শ্রীভগবানবু নুংশিজরবদি লায়না চৎচবা ঙমগনি। ঐ ইশামক্লা চৎচরিবসু অহুম অসিমক্লি। লৈকাইদা, খুঙ্গংদা চৎলগা নামতাবা, চখোক্লুরগা য়ুমদা হনজিল্লক্লবা মতমদা খোঙ্-খুৎ হামতোক্লগা ইতোমতা নাম শক-শোনজবা, য়াহৌরকপদগী চারে-চানা, শুরে-শুনা, চৎলে-চৎনা, থবক খুদিংমক তৌনা-তৌনা নিংশিংবা অসি স্মরনং ভক্তি নিংশিংবা ভক্তিনি। অসি ফাওবদি মরুপসু কায়দনা চৎপা ঙমগনিনা।

- মরুপ, মরুপ্না হায়বিখিবা অহুম অদুমক্লি ঐনা চৎচরিবসু। ঐনা ভক্তি অদুনি অদানি হায়বদি খঙ্জদবা।

- অদু মরুপ হৌজিক্তি খঙ্বিরেদনা। অসুম তৌরবদি মরুপ্না হনবগী মতাংদা লম্বী খঙ্দে চৎমিন্ননবা কনা লৈতে ৱারিবদু ৱাবিরুরগনু। শ্রীমদ্ভাগবতগীতাদসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তাকপীরম্মী -

অন্তকালে চ মামেব স্মরন্মুক্ত্বা কলেবরম্।

যঃ প্রয়াতি স মদ্ভাবং যাতি নাস্ত্যত্র সংশয়ঃ।। (গীতা ৮/৫দা)

শ্লোক অসিগী অর্থনা -

মী অদুনা শিরমদাই মতমদা ঐবু নিংশিংদুনা হকচাং থাদোকখ্রবা (শিখ্রবা) অদুম্বা ভক্ত অদো ঐঙোন্দা তিল্লে। ঐবু ফংজে- মসিদা করিমত্তা চিংননিঙাই লৈতে।

অসিগুম্বা নীতি-নিয়ম কয়া লৈরবনিনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু চেৎনা, থাজনা, নুংশিনা নিংজবা তাবনি। ঐনা খরদং ফোংদোকচরিবসি য়াম্না শম্না হায়জরবনি। মসিদগী হেন্না মরুপ্না খঙবিনিংলগনা সাধু সঙ্গ তৌবা তাই। নত্রে মরীলৈনবা লাইরিক খরা পাবা তাই, অসি মঙাইরে মরুপ। অদুবু কলিযুগ হায়বদু ওইরক্লবনিনা, হায়রিবা কলিযুগ অসিদদি শ্রীভগবানগী নামনা (নাম শোনবনা) খ্বাইদগী মরুওইরবনি।

বিষ্ণু পুরানদা অসুম্না ইরি -

ধ্যায়ন্ কৃতে যজন যজ্ঞৈস্ত্রেতায়াং দৱাপরেSচর্য়ন।
য়দাপ্রোতি তদাপ্রোতি কলৌ সঙ্কীর্ত্য কেশবম্।।
(বিষ্ণুপারান ৫/২/১৭)

সত্যযুগতা ধ্যান তৌবদগী ত্রেতদা যজ্ঞ তৌবদগী, দ্বাপরদা পুজা তৌবদগী ফংবা মহৈ পুম্নমক কলিযুগ অসিদা হরিনাম শোল্লগা, নামসংকীতন তৌরগা লোয়না ফংবা ঙম্মী হায়না তাকপীরম্লবনি।

শ্রীনারদ পুরানদদি অসি ফাওবা হায়রি -

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা।

কলিযুগ অসিদদি শুপ্নতগী শ্রীহরিগী নামতনা হরিগী নামমক্লা হরিগী নামমক্লা থোইদোক্লা য়াইফ-মঙ্গোল পীনহৈবনি। অসি নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমত্তা

লৈত্রবনি। ব্রাফমশিংসি লৈবনা মরুপ ঐখোয়না নাম শোনবা নত্তনা করিসু উপায় লৈত্রবনি।

- য়াম্না নুংঙাইজরে মরুপ, ঙসি মরুপ্না মমল নাইদ্রবা ভক্তিগী পাউতাক কয়া পীবিদুনা ঐগী পুক্লিংবু শ্রীহরিগী চরন্দা পুশিনবিরম্বগীদমক হন্ন-হন্না থাগৎচরি। লোয়ন-লোয়ননা ঙসিদগী মরুপ্পু ঐগী দিক্ষা গুরু ওইজরবনি। ঐ ভক্তি কৎচরি মরুপ। (ঐনা মরুপকী খোঙ্ শোক্লগা খুরুম্মী)।

- করিগীনো মরুপ্না তৌরিবদুবু - মদু তৌফম থোক্তে মরুপ।

- করিগী তৌফম থোক্লিবা কৃষ্ণ-অর্জুন্দি করম তৌখি ?

- এ! অদুদি ঐনা কৃষ্ণ ওইবা তারবা ?.

- উম ঐনা অর্জুন ওইরবনি। মরুপ্না শারথী ওইদুনা হৌজিক-হৌজিক রথসু থৌবিরি, পাউতাকসু পীবিরি, অসিদবু মরুপ্পু ঐগী কৃষ্ণ নত্তে করম্না হায়গনি ?

- মরুপ্না ঐবু শ্রীকৃষ্ণমক্কী উপাধি (মিংথোল) পীবফাওবদি পীহন্নিংদে। মরমদি ঐসু ইবুংঙো মাগী ভক্ত অমনি খনজরিবনি।

- ঐগী অরানবা পুন্না মরুপ্না ঙাকপীগনি। ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী মিংথোল খত্তনি পীজবা; মীদি শ্রীকৃষ্ণমক্কী শক্তম লাংদুনা ফিলম কুম্মী। ঙসিগী মরুপ ঐখোয়'নীগীসিনা নাটক্লি খন্দোকপীরো।

- নুংঙাই মরুপকী ব্রাখল্লোন, ঐনা কক্পা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। নুংঙাইরে ধর্ম অমদি ভক্তিগী মতাংসি লোইশিল্লসি হায়ববু মরুপকী করি মত ...।

- য়ারে মরুপ মতাং অসিদা লোইশিল্লসি। অদু করিগুম্বা অমত্তা হংজগে।

- করিনো মরুপ হংবীয়ু।

- সৌরজগতকী মফম কদায়-কদায়দা করি থৌদোক থোকপগীনো সিপাহীগী গাড়ী ময়াম চৎলিবসিবো ? মখোয় ময়াম চৎপসি উরগা ভারত, মনিপুর নিংশিংলকই। পুক্লিংদা নুংশা থীবা অমা পোক্লকই।

- মরুপ নুংশা থীবিরুনু। মরুপ্না শেল তিংনা মতম মাংনা য়েংগনি হায়দুনা লাকইবা সৌরজগতকী ভোৎ হংচিৎনি। ঙসি তাং তরাহুমদোইনি। হংচিৎ তাং তরামঙাদনি ভোৎ। হয়েং তাং তরামরিদি নহাল রাষ্ট্রপতিনা কৌবা অদুগী চৎপা তারি।

- ফৈ অদুসু ঐসু পোত্থাবা হায়বদুনি, করিসু কায়দে।

- মরুপ সেক্রেটরিয়েৎ য়েংখিসিরা ?

- অদুদি য়াম্না ফৈনে, য়েংখিসি মরুপ।

(মরুপ্না পার্মিসন লৌরুরগা ঐখোয় অনী চঙলে। সেক্রেটরিয়েট বিল্ডিং মথোন তরুক্কীনি। য়াম্না পাক-শাংই অহানবা ফ্লোর য়েংই। সেক্রেটরিশিংগী মনাক্তা অতোপ্পা মী ফম্নবা টুল-চৌক্রি অমত্তা লৈতে। মরুপ চঙলকপফাওবা মখোয় হন্না য়েংদে। অউবা মখৈদি হৌগত্তুনা নমস্কার তৌই। ফাইল মঙা-তরা শুনা টেবল মথক্ত অমত্তা লৈবা উদে। পুম্নমক মা-মানা ইফম থোকপা ইরগা ফাইল শৎ-শৎ থাদোকখি। ঐখোয়সু লিপ্তা কারগা মথোল তরুক্কুদা লৈরিবা পুম্নমক য়েংলগা কুমথরক্লে। ঐনা মরুপ্তা হংই - মরুপ সেক্রেটরিগী মনাক্তা টুল-চৌক্রি অমফাওবা থাদ্রিবসি করিগীনো?

- মরুপ, সেক্রেটরিগী মনাক্তা ফাইল পুথোক-পুশিন তৌরিবা ফোরগ্রেদ অদু নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তা চঙ্বা য়াদে। মথকথোংবা ওইরবসু, মখা থাববু ওইরবসু মখোয়গীদি টেলিফোন লোয়না লৈ। টেলিফোন্দা ঙাঙ্নরগা লোইরে। অদুদি মরুপ য়ুমদা হনজিনবা তারেনে। য়ারে হনজিল্লসি পোত্থারুরসি।

- ঙসাই অয়ুক পুং তরেৎমখায়দগীনি ঐখোয়না চৎলিবসি। মরুপ্তী য়াম্না ৱারন্নগনি। ঐদি খঙ্নিংবনা করিগুম্বা অৱাবা অমত্তা ইশাদা ফাওদে। হায়রুরগা ঐঙোন্দা হেক্তা অৱাবা তাহনবা, ঐ করিসু ৱাদে মরুপ। মরুপ্না হায়রকই। অসুম্ন া ঙাংন-শানরগা মরুপ ঐখোয়নী সেক্রেটরিয়েৎতগী য়ুমদা হল্লক্লে।

----

# তরাতরেৎশুবা তাঙ্কক

মরুপ ঐখোয'নী ফিরোল হোংদোক্লগা মায়-মিৎ তাথোক্লে। ইন্দ্রানীনা মেঙ্গো সুপ গিলাস অহুম পুথোক্লক্লগা ঐখোয অহুম থকমিন্নে। ইন্দ্রানীনা হায়বকই - হৌখিবা অহিংদি তামোগা মখোয় পাবুংগদি কুম্ভ কর্ণ ওনখরে। ঐ ফনা কুইনা হৌদোকই অদুবু তাবা কৌবা লৈখিদ্রে। মরুপ্না - মীনা নুংঙাইনা তুম্লিঙৈদা হৌদোকইবা নংবু ঙাওদবা? করি তৌবগী হৌদোকইবা নংনা ? ইন্দ্রানীনা - ঐনা বি.বি.সি.গী পাউ তাদুনা লৈরিঙৈদা ভারতকী বোম্বে সহরদা নুংথিল পুং অমমখাই-অনীবোম তাবা মতমদা মফম মবি-মঙাদা শক্তি যাম্না লৈববা বোম কয়া পোকখাইরকদগী মী চামা হুস্ফুমরিবোম শিরে, মী চামঙাবোম্না য়াম্না শাথীনা অশোক-অপন থোকখরে। অশোকপশিংদু মনাক নকপা হোসপিটালশিংদা লাইকন্নরি হায়য়ে। অদু তমগে তৌবনিদা। মরুপ্না - খঙ্দ্রেদা ভারত্তা তৌবিবা থোক্লিবা মীহাৎ অসি খবদি হেনমনখরে। মীচমশিংবু পংহাত্তা হাৎলগা কবি দাবীনো ফংগদৌরিবা ? খঙ্দবে মরুপ, ঐখোয়গীদা তৌবিবসি অঙকপগী মশক ওইবে। লাম্মৈ চাকপদা য়াওরুববা ষণশিংনা নোংজাবীদা খংই হাযবগুন্নদনা ঐনা ঙসাই সিপাহী ময়াম লাকপদা থক্কৎতুনা মরুপ্তা কবিগীনো হংলিবদুনি। হৌজিক-হৌজিক অৱাং-নোংপোক ভারত মনিপুর রাজ্যদা সিপাহীশিংনা হাৎলিবা মীহাৎ অঙকপগী মশক্লি।

- করিগীনো তামো অদুদি ?

- মনিপুরগী লালহৌবা নহারোল লাকশিন্নবনি হায়য়ে।

- মরুপখোয়গী ভারত্তা মরুওইনা মনিপুরদা নহারোল লালহৌবা ময়াম থোক্লক্লিবসে তশেং-তশেংনা হেক হায়রবদা মরুপখোয়গী সরকারনা

থোকহনবনি হায়না ঐদি হায়নিংঈ। ভারত সরকার অমদি রাজ্য সরকারনা সহ্রগী ময়োন-ময়োন্দা শেমগৎ-শাগৎপী। অদুগা খুঙ্গংশিংদনা করিসু শেমগৎ-শাগৎপীদবদগী অমদি নহারোল লাইরিক লাইশু হৈরবশিংবু মতিক চাবা মথৌ পীবিদবদগী ওইবসু য়াই। করিগুম্বা ভারত সরকারনা সৌরজগত্তা তৌরিবা অসিগুম্না শিক্ষাদা, রাজনীতিদা, লৈঙাকলোন্দা তৌবিরম্লবদি লালহৌবা থোক্লকনিঙাই লৈরোই খল্লি। থোক্লক্লিবশিং অদুবুসু ঐখোয়না লাল্লি হেক হায়বসু য়াদে। মদুগী চাওরবা মরম অমসু লৈরম্বা য়াই।

- অদুবুদি য়াম্না লৈখরে মরুপ। ঐসু খল্লিবনি সৌরজগত অসিদা খুঙ্গং সহ্র খায়দনা শেমগৎ-শাগৎলিবা অসিগুম্না শেমগৎ-শাগৎপিরম্লবা, য়ুমথোং খুদিংগী মী অমমম সরকারগী কর্মচারী ওইহনবিরম্লবা, স্কুল কোলেজশিংদা ভোকেস্নেল ইদুকেসন পীবিরম্লবা অদুগা মরুপখোয়গীদা তৌরিবা অসিগুম্না লৈবাক শিনবা থুংনা লৌউ-শিংউবগীদমক ঈথৈ-লৌখোং শেম্বী শাবিরম্লবদি ঐখোয়গী নহারোল নারক-মোংশোঙ তিল-কাং মরক্তা পুন্সি লেল্লম্লোই।

- তামো, তামোনা হায়খিবা সিপাহীশিংগী মীহাৎ হায়খিদুবু ?

- অসিনি ইবেম্মা - ঐখোয়গীদা লৈরিবা সিপাহীশিং ইরোল-মরোল তিন্নবসু নত্তে। মখোয়না ঐখোয় প্রজা মীচমশিংসিবুসু মখোয়গী য়েক্লবগুম্না উই। অদুনা মখোয়নবু মী হাৎনিংলক্লবদি কোম্বিং ওপরেসননি হায়দুনা তৌরগা মখোয়না নুংশিদবশিং অদুদি হেক্তা কাপলগা হাত্তোকই। মখোয়দগী খুৎলাই অমা অশিবদুগী মনাক্তা হেক হুনজিল্লগা কাপ্লবদা শিবনি লালহৌলুপ্নি হেক্তা হায়জিল্লি। ফারগা পুখি ফানিংবা কয়া ফাবিখ্রগা মফম মরাং খঙদনা হাত্তোক্লগা থিবা খঙহন্দে। মপুরোইবা লৈবী নুপী কয়াগী ইজ্জত মাঙহনবি।

- অদু হেক্তা য়াবরনে তামো ?

- য়াই মখোনা তৌবদি-তমথিখ্রবা আইন অমনা মখোয়না তৌনিংবদা তৌবা ঙম্বা শক্তি অমা পীরি অদুনা তৌবনি।

- অদুগী আইনদুদি করিনো তামো ?

- আইন অসিবু অমুবা আইনা হায়রগা খঙৈ।

(মরুপ্না চাক থোংউরো হায়বদগী ইন্দ্রানী থোকখরে।)

- মরুপ করি তানসিগে ?

- য়ারে মরুপ করিসু থোইদোকপা লৈত্রে। চাক ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক বজাররোমদা থোকউসিরা ?

- য়াই ঙাইহাক কোয়থোকউসি। (ইন্দ্রানীদা হায়রম্লগা ঐখোয় বাজাররোমদা লাক্লে। বাজারদগী মমা-মচা মখোয় অহুমগী মুগা ইন্নফি অহুমখক্তা লৈখিসি হায়দুনা মরুপ ঐখোয়নী ফিয়োনবা দুকান অমʼনিদা চঙ্-চঙ্দুনা য়েংলগা খরা ফবা অহুম খল্লগা লৈরে। অতৈ করি লৈখিনি মরুপ্ন হংলকই। অতৈ করিসু লৈররোই। লম চৎথোক্লুবগী ইচাশিংগী হরাউজনবা লৈবিবা হায়বদুনি। অদুদি ফবে চাকসু লোইরম্লগনি চৎলসি। হায়রকপদগী ঐখোয় য়ুমদা হল্লক্লগা চাক-ঈশিং চারগা মরুপ ঐখোয়ʼনী ঙসিদি খরা ঙন্না তুম্লসি হায়দুনা তুম্বা চঙনরে। ঐ ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। মরুপ্না হংলকই, কদৌরে মরুপ ফুক হৌগৎলক্লিবদুবো? হৌজিক ঐখোয়না লৈরকপা ফি অদু ইন্দ্রানীদা অমুক্তা য়েংহনগে তৌবনি। ঐনা ইন্দ্রানী কৌশিল্লগা য়েংহল্লি। সিদি য়াম্না ফজেনা। ফি লৈবা য়াম্না হে। সিবু কদৌঙৈ লৈরকইবনো তামো ? হৌজিক নঙ্না চাক থোংলিঙৈদা মরুপকা ঐখোয়ʼনী ঙাইহাক কোয়থোকউখিগে নঙোন্দা হায়রম্বদো, অদুদা হয়েংসু মরুপ রাষ্ট্রপতিগীদা চৎখ্রবদি অমুক কাওদুনা তোক্লগদরা হায়দুনা হৌজিক হেক্তা লৈরকপনি। ফিবুদি মরুপ্না খনবনিদা। মাদি ফি অফবা খনবসু য়াম্না হৈরম্মিনে। ঐসু হয়েং ইনম্মগা ইবেম্মা অনীগীগা ফি অহুমখক্তং লৈরুগে খল্লিম্লিবনি। ফরে সিনা তামোনা লৈজবনি। ঐগীসু হয়েং লৈগনি। ঐখোয়না লৈরক্লবসিদা নঙ্না অমুক নঙগী ওইনা অমুক লৈগদৌরিবা ? লৈরুবনু ইবেম্মা অরেম্বদা শেল তিংনবনি ঐনা হায়। মরুপ্না - নঙগীসু নঙনা পামজবা খল্লগা অদুম লৈরো। অসিদি মরুপ্না লৈফম থোকপগী লৈজবনি। ঐখোয়সু শক-চুগা চান্নগদৌবা য়েংলগা লৈজরকপনে। ও, অদো হয়েং খরা লৈমিন্নসে। ফি খনবা য়াম্না হৈরম্মীবা জাৎনিদনা। ইন্দ্রানীনা অসি হায়রম্লগা নোক্লগা মাগী কাদা ফিশিংদু নিংথিনা থুপচিল্লগা মাসু তুম্বা চঙ্খরে। ঐসু ফমুং কাখৎলে।

------

# তরানিপালশুবা তাঙ্কক

নুমিৎ অদু মার্চকী তাং তরামঙা ভোৎ নুমিৎনি। ঙরাং খরা ঙন্না তুমখিবনা পুং মরি তাবা মতমদা ঐখোয় হৌগৎলে। হৌগৎপগা অয়ুক্কী থবক লোয়শিল্লে। ঐখোয়না ফিরোল শেৎচিনবা লোয়বগা ইন্দ্রানীনা চান-থক্লবা শঙ্গোম, পরোথা, কোফীনচিংবা পুথোক্লক্তুনা ঐখোয় পুন্না চামিন-থকমিন্নরে। পুং তরুক মখাই তাবা মতমদা খোংশাল্লক্লে।

মরুপখোয়গী পোলিং ষ্টেসন য়ৌবা মতমদদি মী চামরোম পরেং-পরেং নুপা-নুপী কিয়ুদা লেপ্লরম্মী। মরুপসু নুপাগী কিয়ুদা চঙশিন্দুনা লেপখরে। পুলিস ওফিসার অমা চঙশিল্লক্লগা মরুপ্তা সলাম কৎলি। পুলিস ওফিসার অদুনা মীয়ামদা হায়জখি - ঐখোয়গী সার অসি ঙসি পাঙথোক্লিবা ভোৎ অসিগী ওবজার্ভর ওইরিবনি। সারবু হান্না ভোৎ থাদহনখিসি হায়ববু ময়ামগী করি মত লৈবগে হায়দুনা হংই। মীয়াম্না য়ারে-য়ারে হায়রকপদগী ওফিসার অদুনা মাঙ থাদুনা মরুপ ভোৎ থাদবা চঙখি। কুইদে মিনট অমগী মতম ওইরম্বা য়াই। মরুপ ভোৎ থাদরন্লগা থোক্লক্লে। মথং পোলিংগীদমক ঐখোয় লাক্লে।

- ঐনা হংই - মরুপ, মরুপ্না কিয়ুদা অমুক লেপ্লা য়াওরুরিবদুবু করিগীনো ?

- মরুপ, থবক অসি মীয়ামগীনি। মীয়াম্না কিয়ুদা লেপ্লগা ঐনা করম্না হেক্তা চঙ্লগা ভোৎ থাদরুগনি। মীয়ামগী ইকাই-খুম্নবা থম্বা অসিদি তঙাই ফদবনি। অদুনা ঐনা ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌ কিয়ুদা লেপলুবনি।

- য়াম্না ফজে মরুপকী ব্যবহার। ঐখোয়গীদা ওইরবদি মদুগুম্বা ব্যবহার অদুদি আদা থাপ্লা হুন্দোক্লম্লগা গপ তৌদুনা চঙখ্রদৌবনি পোলিং বুদ মনুংদা।

- মরুপ নোল্লুকপা, মীয়াম্সু ইকাই খুম্ননা চৎপা হায়বসি ঐদি মী অদুগী থোইদোকপা গুণনি নিঙই। করিগুম্বা ঐনা কিয়ুদা লেপ্তুনা হেক চঙশিন্দুনা ভোৎ

থাদরুবদা ঐবু খঙ্‌দবা ভোত্তর অমনা ঐখোয়না কিয়ুদা লেপ্পগা মানা হেক্তা ভোৎ থাদবা য়াবরা হায়না কনাগুম্বনা হেক হায়রকপা থোক্লবদি মরুপ ঐ চঙ্‌শি শিরোইদরা ? করিগুম্বদা ঐ ইশানা ইশাগী মোংফম খক থিরোইদৌবনি হায়বসি ঐগী ব্রাখলনি মরুপ।

-চুম্মী মরুপ্পা তাকপিরিবদু। (খল্লি হন্দক্কী ঐগী সৌরজগতকী খোঙচৎ অসি মরুপ ইন্দ্রদগী ইকাইবা নঙ্‌নবা খোঙ্‌চৎনি। ঐ খল্লু-খল্লুরগা অসুম-অসুম ইকাইরকই। মফম মতম চাদনা মরম খঙ্‌দনা হংলুবা ব্রাহংনা ঐবু হেক-হেক ইকাইবা নঙ্‌হল্লি। অসুম্না লাকপনা পোলিং ষ্টেসন অমা য়ৌরে। মরুপ পোলিংদা চঙখি। পরপ-পরপ হন্দোক্লগা ঐবু কৌররে। মরুপকীদু ঐ চঙ্‌বা য়াগদরা হংলুবা মাল্লি। পোলিংগী পার্সোনেলশিং অদুগী মথক্তা পোলিং এজেন্ট মঙাখক লৈরম্মী। ভোৎ পীবা লাকপা পুন্নমক্লা ওফিসার নম্বর ব্রানদা ইলেক্সন আই কার্ড পীশিল্লি। অদুগা পোকপা-শিবগী রেজিষ্টারদা য়েংলগা শিখিবা ওইরমদ্রবদি মুক নম্লগা ভোৎ অদুম থাদহনখরে। মরুপ্পা হংই - প্রেসাইদিং ওফিসারদা; পাউখুম খুদিংমক নোট তৌশিল্লি ভোৎ থাদবা পুং কয়াদগী হৌবগে ? পাউ: তরেত্তা, নুপী কয়া - মরিফুমরি। নুপা কয়া -চামা অনী। পুন্না কয়া - চামা মরিফুতরুক। এনি কমপ্লেন? নো সার। পোলিংসিদা ভোত্তর কয়া ? লিশিং অমা চনি। ই.ভি.এম. কয়া ? অনীদনি সার। য়াদবা য়াওদে ? - য়াওদে সার। অসুম্না হংন-খোৎনরবা তুংদা ঐখোয় অমুক অতোপ্পা পোলিং অমগীদমক লাক্লে।)

কেন্দ্র মঙাগী পোলিং ষ্টেসন পূম্বগী পাউ লৌরুরবা মতুংদা অরোইবা পোলিং ষ্টেসন্দগী খজিক চৎথোক্লক্লগা অতৈ ষ্টেসনগী ওবজার্ভরশিংগা মোবাইল ফোন্দা ব্রারী শানৈ। ঐখোয়গী মোবাইল ফোন্দদি ফোন নম্বর মফম খরা থোক্লকই। অদুবু সৌরজগতকী অসিদদি মোবাইল ফোন্দসু, মোবাইল নত্তবদসু টেলিফোন নম্বর, দিষ্ট্রিক্ট অমদি ফোনগী রিসিভর পায়রকইবা মী অদুগী শক্তম লোয়না উবা [illegible]ংই অসিনা ঐখোয়গীদগী করম্বা অহেনবা টেক্নোলোজিনো ? অসুম্না কেন্দ্র পুন্নদ্কী ওবজার্ভর পুন্নমক্তগী ঈ-পাউ লৌবা লোইরবা মতুংদা পুং মরিমথাই তাবা নতমদা ঐখোয় যুমলোমদা হল্লক্লে।

মরুপ্পা হায়খিবা অচুম্বমক ওইরল্লে। সৌরজগত থুংনা কোইরকপদা [illegible], খুল্লক্তা ইলেক্সনগা মরি লৈনবা ফিরাল, সিম্বোল, ফেস্টুননচিংবা [illegible] উরক্তে। ভোৎ থাদফমদসু কেন্দিদেটকী ওইবা ফিরাল,

সিম্বোলনচিংবা থেত্তুনা মপানগী এজেন্টকা ফমদুনা লৈবা অমত্তসু লৈতে। ভোত্তরদি চাদা-চা লোয়না ভোৎ থাদবা য়াওবসিদি ঐখোয়গী ভারত্তদি অমুক্তসু উরক্তি। খৎন-চৈনবসু থোক্তে। মী পুম্নমক হরাও-হরাও নুংশি চান্ননা কৌনৈ ঙাঙনৈ। মরুপ্তা হংলুবগা ইকাইবা হেক-হেক নঙই। হংলরোই খল্লুবা ঐনা হংনিংলক্লে অমুক, হংই মরুপ্তা -

- সৌরজগতনা ভোত্তা অসুক য়াম্না থৱায় য়াওরিবসি করিগীনো মরুপ ?

- মসিবু থৱায় য়াওবা হায়গদরা করি হায়গদৌবনো খঙ্দে। ভোৎ জেনরেল ইলেক্সন হায়বসিদি চহি মঙা-মঙাগী মনুংদা নোংমখক্তা থোকপনি। থৌদোক অসিমক্না সৌরজগত্তা লৈরিবা প্রজা ঐখোয়গী লাইবক লেপকদৌরিবনি। কেন্দিদেটনা লাইবক লেপ্লবগী ঐখোয় ভোৎ পীবা নত্তে। অদুনা তশেংনা অনা-অয়েক য়াওবদগী চৎপা ঙমখিদ্রবদি ঙমখিদরে অদু নত্ত্রবদি ভোত্তর পুম্নমক লোইনা ভোৎ থাদগনি। অনৌবা সংবিধান শেমদ্রিঙৈগী মমাঙ্দদি অসুম্না ভোৎ অমুক-অমুক থোক্লকপদা সৌরজগত পুম্বগী ওইনা মী লিশিং তরা-কুনদি অদুম শিনৈ হায়না ঐনা মথক্তা হায়জখিবদুনি। ঐগী ৱাফমসিদা করি চিংনবা লৈবগে মরুপকী?

- ঐহাক করিমত্তা চিংনবা লৈজদে মরুপ। ভোৎ পীবা থোক্লরক্লিবা মীয়াম অদু উবদা ঐদি পুমঙক-ঙক্লিবনি। তশেংবনি ভোত্তা অসুক নুংশি চান্ননা অমগা'মগা হরাও মীনোক তম্মীন্নদুনা ভোৎ পীবা হায়বসি সৌরজগতকী অনৌবা সংবিধান্না পীবনি। ৱাফম অসিদা করি চিংননিঙাই লৈবগে ? ঐহাক্ল পাল্লিবসু মরুপখোয়গী অসুম্না ভারত্তসু ওইহনবা পামজবনি। ভারত গনতন্ত্র চৎপা চাওরবা লৈবাক অমনি। অসিগুম্বা লৈবাক অসিনা সৌরজগতকী ইলেক্সন সিষ্টেম, শিক্ষা প্রনালী অসিগুম্না হেক চৎপা ঙমখিবদা ভারতনা চাওখৎকদৌবসিদি অঙকপা ফংনা চাওখৎকনি হায়বসি ঐগী থাজজবনি। ৱাফমসিমদি লৈবাক্তা খুদুম্না শুবা ফক্লাংদা তেন কাপ্পা হায়বদুমক ওইগদৌরিবনি মরুপ।

- হোয় মদুনা মরুপকী আশানি। মরুপ্না হায়বগুম ভারতনা ঐখোয়গী ইলেক্সন সিষ্টেম, ইদুকেসন সিষ্টেম অসিদং লৌদুনা থবক তৌথ্রবদি পৃথিবীগী মকোক ওইবা হায়বসিমদি শোয়দ্রবনি। মসি পুম্নমক মরুপকী হোৎনবগী অমদি ভারতকী রাজনীতিৱালাশিংগী মখুত্তা লৈরে হায়বা তাই। মসিগী মতাংদা থোইনা মাথা শাবিরুনু লৈবাক পুম্নমক মাগী মাগীনা হেক্লে হায়দুনা লৈনরিবনি।

- হোয় অদুবুদি অদুনি, শঙ্গোম য়োনবা মীনা মাগী শঙ্গোম ঈশিং য়াল্লি হায়বদি কনানসু হায়নদে। ঐখোয়গীদা এম.এল.এ. ওইনবা ভোৎ লেপ্পদা লুপা লাখ মরি-মঙা চংলে, চংলিবা অসিসু ভোত্তরদা য়েনবদা। হায়বদি কনানসু শেল য়েল্লি হায়নদে। ফোংনদবগী ৱানি। পুন্নমক্লা খঙ্নরবা ৱাফম্নি। ঐখোয়গীদা ভোৎ লেপ্নরিবা অসিদি তশেংনা শেল তান্নবনি। মমিংদি য়াম্না ফজে - সেবা তৌনবা। শেল অসিসু শেলনা শেল তানবনি। ভোত্তা লুপা লাখ মরি-মঙা খর্চ তৌখ্রবনিনা মানা ভোৎ কাদুনা এম.এল.এ. ওইখ্রগা কড়োর তানবা হায়বসিদি মশানা তাবনি। কড়োর তানবা ঙমদ্রবদি শেল মাঙলবনি। শেন্দোংনবা হোৎনবদা শেঞ্জা-থুমজাদা চিলহাও থিবা লৈত্রে। ঐখোয়না পেন্দবদগী ঐখোয়গী এম.এল.এ. মন্ত্রীশিংবু শেনজাবা শেলহাৎপা হায়দুনা পঙ্চৈ চৈনবগী ৱানি। মখোয়না ভোত্তা সৌরজগতকী অসিগুম্না লুপা লিশিং মরি-মঙা মরুপ-মপাং অমদি মাগী তিংদবা য়াদবা ডিপোজিৎনচিংবা তৌখিবা ওইরবদি মখোয়না এম.এল.এ., মন্ত্রী ওইখ্রগা শেঞ্জা-থুমজা তৌবা ওইরবদি মতিক চাবা চৈরাক পীবা য়াই। ভোৎকী লুপা লৌহৌবনা ভোথ থাদবা চৎলি। লুপা য়েনবা থুংলমদবশিংনা ভোৎ থাদবা লাক্তে। অসিনি মরুপ ঐখোয়গীদা তৌরিবসে।

- ঐবু হায়জৌ হায়রবদি মরুপখোয়গী সমাজ য়াম্না লৌনগনবা লায়না অমনা নারে হায়জনিংই। লায়না অসিদি মরুপখোয় ঐখোয়গী চহি মতাং অসিগী মীওইনদি লায়য়েংবা ঙম্লরোই। নহা-ছাত্র নহরোলশিংনা অচৌবা ইহৌ অমা হৌরবদি য়াম্না লায়না লায়য়েংবা ঙমগনি হায়জনিংই। অসিদগী চৎখ্রগা মরুপ্না নহারোল কয়াগা খুৎশম্নরগা সৌরজগতকী লৈঙাকলোন অসিগী অফ-ফত্তা কয়া নৈনরগা ভাব ফজনা তাহল্লগা পাক-শন্না ৱাখল্লোন অসি মীপুম তিংনা খঙ্মিন্নরবা মতমদা লায়য়েংবদা শোয়দনা অনাবা ফবা ঙমগনি। মসিদি মরুপকী হোৎনবগী মখা পোল্লে হায়না হায়জনিংই।

- খঙ্দ্রেদা মরুপ, ঐখোয়গী ভারত মাতাদা নারিবা লায়না অসিমক্তি ওক্তবী নুপীগী মশাদা পকপা লায়না-লাইথুংগুম মশা পুন্বা পথ-পুমথরকপগা চপ মান্নখরে। মসিবু করম্না লায়য়েংগদৌরিবনো খঙ্দ্রে।

- মরুপ্না ৱাখল অদোমদা পঙখন্দা খনজিল্লবদি পুক্লিং হকচাং পুন্বা লোয়না চোকথরক্লগনি। মদু থাদোকপিরো। বাজার অসিদা হোটেলদা করিনো খরা চাথোকখিসি ঙসিদি চাকসু চাদরে মরুপসু ৱারম্লগনি, ঐসু ৱারে। চাবা থকপা

লোইরগা সিনিমাদুম য়েংলগা ঙাইহাক নুংঙাইথোকখিসি। ঙসিনা লোইরে মরুপকা লৈমিন্নবা, চামিন-থকমিন্নবা

- য়াই মদুসু নোং-ফাদোকসু সিনিমা হোলদা সিনিমা য়েংবা। য়ুমদা টি.ভি.দা য়েংববুদি নুমিৎ খুদিংগী য়েংলিবনি।

মসুম্না মরুপ ঐখোয়'নী পরোথা অনী অনীগা চাওরবা গিলাস পীক-পীক থল্লগা দহী অমমম্ থক্লগা ঙাইহাক সিনিমা য়েংলে। পুং তরুক্কী সিনিমানি। পুং তরেৎ মখাইদা লোইবনি। ঐখোয়না য়ুম য়ৌরকপদা ইন্দ্রানী চাক থিদুনা লৈরম্মী। মরুপ ঐখোয় অনী ফিরোল হোংদোক্লগা খোঙ-খুৎ, মাই-মিৎ তাথোক্লগা চাকখুমলোমদা অদুম চঙ্লে।

চাক চান-চানা ইন্দ্রানীনাহংলকই - তামো হয়েং পুং কয়াদনো চৎকদৌরিববো ?

- ফাষ্ট ফ্লাইদ পুং মঙামখাইদনি।

- ইনম্বেম্মগা অঙাংশিংগীগদি ঙরাং লৈরকপা ফি অদুদগী হেন্না করিমত্তা লৈবিররোইদ্রা?

- মরুপ্না - ও! ইবেম্মা মরুপসে ফিরোল পোৎ-চৈ লল্লোনবা লকপা নত্তেএ।

- ঐসু ঙরাং লৈবা অদুদগী হেন্না করিসু লৈদে। পোৎ লৈবা লাকপা নত্তবনিনা।

- ইমাইপেম্মা, মখোয় অনীসিদি ওস্থোক্লা মান্নজৈদা - ইন্দ্রানীনা খুন্নকই।

- এ! এ! ঐখোয়'নী মান্নজৈ অমুক হায়জিল্লক্লেনে করম্নো।

- ও ইবেম্মা, মান্নবদুননি তিন্নরিবসে, মান্নদ্রগবু তিন্নবা য়াগদ্রো ? ঐনা খুম্মী।

- নুমিৎ মঙা-তরানী লৈবাক অমদা লাক্লগা করিগুম্বা মশক নাইবা পোৎ অমফাওবা লৈদনা, পুদনা হনগদ্রো ? নখোয় নুপাশিংসিদি অসুম্না শিং নাস্থোকপসে ওস্থোক্লা হৈখরে।

- ও ইবেম্মা, নংদদুনা তৌবনে ঙরাং লৈরিবা অদুফাওবা ঙাইহাক চাক ঙাইবা ওইনা থোক্লুবদা মরুপ্না নিংশিংলকপদগী অদুক লৈরকপনি। অতৈ মতমদদি নিংসু-নিংশিংলুদে। মতমদু শংদে, পোৎ লৈবগী।

- নুপী অঙাং হরাওজনবগী পোৎ খরা লৈবিদুদি শংদ্রে, মতম লৈত্রে হেক মহায়বা, সিনিমা য়েংবনা কনানা নিংশিংলকইবা, অদুগীনা মতম হেক শংবা।

(মোমোন নোক্লগা ইন্দ্রানীনা অসি হেক হায়রকপদা মরুপ্পা ঐঙোন্দা য়েংলকই), ঐনা ইন্দ্রানীদা - নোকপা নত্তনা করি উপায় লৈখিদে ঐখোয়। শকফম হুনজিল্লগা মরুপ্পা হংই - ঐখোয়না সিনিমা য়েংই হায়দুনা নঙোন্দা কনানা হায়জিল্লিবা ?

- করি ব্রাহংনো কনানা হায়জিল্লিবা হায়বসিবো ? হায়জিনবীগী ব্রাহং হংবগী মহুত্তা অৱাবা পোত্থাবা ওইনা তামোগা ঙাইহাক য়েংউরে হায়বিবনা হায়জিনবীগী ব্রাহংদগী হেন্না ফজবা পাউখুম ওইরোইদরো ? করি হায়গে তামো হায়দুনা ইন্দ্রানীনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হেক হায়রক্লে।

- ঐদি চাকসু হুপ্লি, খুম্ফম খঙ্দে তিংঙক-মায়ঙক্লদুনা লৈরে। মরুপ্পা খুমখি -

- অদো ফরে ঙসি ঐখোয়না সিনিমা য়েংই হায়দুনা নংহৌরোইদৌবগুম নঙোন্দা তম্লল্লিবা, ঐখোয়গী অফ-ফত্তা য়েংশিনবিরল্লিবা মীশক অদো য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। নুপা ওইরগনা ফুরিৎলা-ফৈজোমলা, নুপী ওইরগনা ফনেক্লা-ইন্নফিরা অমমমদি দুকান্দা পুরগা অপাম্বা খলহল্লগা লৈথোক্কেনে।

- মখোয় পাবুংনবু অদুমক শোয়দনা লৈবিগনি হায়রবনিনা মীশক অদো ঐ হায়দোকচরগে, শোয়বদি য়াদেকো।

- হায়য়ুনে কনানো মীশক্তুবো ?

- করিমত্তা তৌদবগদি মালহনবা ওম্থোক্লা হৈখ্রেনে।

- ইসে ! অমুক অহৈবীদা তাহল্লেনে।

- ঙসিদি তামো মী চোপনবা য়াওগদৌরি। চোপকদৌবগী শরুক সরেন্দর তৌহৌবনা ফগদৌবা মাল্লিবো ঐদি।

- মীশক তাক্কনি হায়রে, তাকপা ঙমদরে, অদুগা ঐখোয়না সরেন্দর তৌগদৌরিবা মাগী বিচারসিদি বিচার হজার নাই হায়নবরা করিনো অদু তারেনে। (ইন্দ্রানীনা চাক্কা চাদবমখৈ নোক্লুনা লৈরে।) হায়রকই - ঐনা মী চোপহন্নিংদদনা অসুম লৈবসিদা ঐবু অরানবা অমুক তাহনগদৌরে। ফরে হায়দোক্লগেকো।

- হায়য়ুনা ঐদি ঙসাইনা হায়দোক্লো হায়খ্রেনা।

- ফরে-ফরে, মখোয় পাবুংনা সরেন্দর তৌররোই হায়রবনিনা ঐ হায়দোক্লগে

- তামোগা মখোয় পাবুংগা ঙন্না হল্লক্লবদি ইবেম্মা অনীগীনে ইনম্বেম্মাগীনে মুগা (সিল্ক)গী ইন্নফি অমমমদদি ঐখোয় অহুম অফ-ফত্তা, অপাম-পামদা

খনমিন্নরগা লৈরুগে খন্দুনা য়ুমগী থবক ইনখাং লোইশিল্লগা অসুম ঙাইরম্বনি। পুং মঙা তাদৌরফাওবা লাক্লবদা অৱাংগী ইচেগা লৈমিন্নরুরগে খন্দুনা বাজারদা লাকপদা গাড়ী সিনিমা হোললোমদা থৌজিনখিবা উরে। কৌহৌবসু নংহৌদরে। ইচেনবু হায়, মাগী মরুপসু হয়েং চৎখ্রদৌবনিনা ঙাইহাক অৱা পোত্থারুসি হায়দুনা তৌবা ওইরমগনি। ঐখোয় অনীনা য়েংবা য়াবা য়েংলগা অসিনা ফরনি লৈবাক অমদা পুখিদৌবা পোৎনি, মরুপ্না লৈরকইবনি হায়রুগদৌরিবনি তজোপ-তজোপ্পসু য়াদে হায়দুনা পোৎপুদি অফবা-অপাম্বা খল্লগা লৈরক্লবনে।

- অদুনিদনা লৈবাক মচা তাবা নুপী হায়বদো। (অসি হায়রগা মরুপসু ঐসু ইন্দ্রানীসু লোইনা চাক্কা চাদবমখে নোক্লুনা লৈরে। ইন্দ্রানীনা মখা তারকই - নখোয় নুপাসে থাজনিঙাই শুকলৈ হেক লৈতেকো।

- ঐবুসু য়াওখ্রবনিনে নুপা পনখ্রবনিনা ?

- উম য়াওখ্রে তামো, ঐগী ইচানুপা অহল লৈতবগী শ্রদ্ধ (শোরাৎ)তা ইনস্বেম্মাগা লাকপগীদুদা ইনস্বেম্মনা মমিৎ য়াম্না ঙাওবনি হায়রম্মে।

- ঐবো ! নখোয় নুপীসিনা খিৎ মহেল্লেহে ঈ-পাউ ফাওনবসে ইবেম্মা।

- তো-তো-তো লিলনা মখুল চঙলকপদা চুম্না চঙই হায়নবদো। হৌজিক্তি অনীমক চুম্লেদনা।

- ইবেম্মা অদুদি নহা ওইরিঙৈগী ৱা ওইরমগনি। হৌজিক্তি ঐখোয় সাধু ওইরবনি, মতমদু নত্রে।

- থাজবা য়াবা ৱা নত্তে, সাধু ওইরবসু চেং চঙলগদৌবা মাল্লি। (অসি হায়রল্লগা ইন্দ্রানীদি ইশি-শিনা নোক্লুনা লৈখরে। মরুপ ঐখোয়’নীসু অদুম নোকপা য়াওরে।)

- করিগীনো ঙরাং ফি লৈরে হায়দুনা নঙোন্দা য়েংহনখ্রবনি। অদুগা নঙনা ঙসি অমুক লৈশিল্লুরিবদুবু- অরেম্বদা শেলতিংননবা। ঐনা হায়রি।

- ঙরাংগীদুনা তামোনা লৈনিংবগী লৈজবা। ঙসিগীসিনা ঐনা খুদোল তমজনিংবগী লৈজবনি। ঙরাংগীগা ঙসিগীগা মরী অমত্তা লৈনদে। ধন লিশিং অহুম মরিবু ইচাশিংগী খুদোল তৌবদি য়াইনা।

- ইবেম্মা নঙনা ঐগী ইজ্জত কনবিরবনি নঙবু হন্না-হন্না থাগৎচরি হায়রল্লগা মরুপ্না হৌগৎলসিরা হায়রকপদগী সৌরজগতকী অরোইবা চাকলেন চাবা তোক্লগা মপান্দা খুৎ হাম্বা থোক্লক্লে। ইন্দ্রানীদি অদুম নোক্লুনা লৈহৌরি।

মরুপ ঐখোয়’নী ঙাইহাক চৎথোউসি হায়দুনা থোক্লক্লে। মরুপখোয়গী গেট হেক ব্রাংমদা সৌরজগতকী ওইবা অচৌবা বাজার লৈ। বাজার অদুগী অৱাং থাংবা অদুদা চাওরবা পার্ক অমসু লৈ। পার্ক অদুদা নুমিদাংগী পুং মাপল তাবা ফাওবা মীগী মী ঙাক্তা মীনা পুমফুল ফুল্লি। অয়াম্বনা অহল ঙাক্তনি। ঐখোয়সু পার্ক অদু অমুক্তং কোইরুবগা হনজিল্লক্লে। মরুপ্না হয়েংদি য়াহৌ ঙনগদৌবনিনা খরা ঙন্না তুল্লসি হায়দুনা চঙ্লক্লে। ইন্দ্রানীনা ফমুং-ফানুং লোইনা শেম-শাবিরল্লে।

ঐখোয়না চঙলকপদা ইন্দ্রানী টি.ভি. য়েংদুনা লৈরম্মী। মরুপ্না নঙসু ঙন্না তুম্মুরো। হয়েংদি নঙ্গী থবক য়াম্মীকো হায়বদগী ইন্দ্রানী টি.ভি. ওফ তৌরগা হোয় তুল্লগে হায়রল্লগা মাগী কাঁদা চঙখরে। মরুপ্না মরুপ ঐখোয়’নীসু তুল্লসি হায়দুনা ফমুং কানরে। ঙল্লিবোই নিংই পুংদি তরা য়ৈরক্লে। মরুপ্তী খরগা ব্রাবনে মশানগা ফবনে মিনিট মঙা তরক্কী মনুংদা নাখোল্লক্লে।

ঐদি হান্নগী হান্ননি। কোক্কা মোনগা হেক তাইনবদা মীৎ শিংবা। ফনা হোৎনৈ খাদা অমুক চেপ, অৱাংলোমদা অমুক চেপ, খোঙ নামা অমুক কোনশিন-নামা অমুক তিংথোক য়াদে তুম্মু হায়বা। খনজরম্বনি সৌরজগতকী অরোইবা অহিং অসিদি মঙ্ তম্লগা নুংঙাইনা তুল্লগে হায়না। অদুবু নিদ্রাদেবীনা কাউথোকপীরবদা করিসু উপায় লৈত্রে ঐ। অসুম্না ঙাইহাক ওন-থোইদুনা লৈরম্বদগী খঙহৌদে হৌরকখিবা ঐগী ব্রাখলগী ঈথক-ঈপোম। পাউখুম ফংলরোইদৌবা ব্রাহং কয়া-কয়া। সৌরজগতকী লৈঙাকলোন্না কোকহনবা ঙমগদরা ভারতকী জাতিগী ওইবা সমস্যাশিং, ঙমগদরা মনিপুরগী চীংমী-তম্মী নুংশিনহনবা, চীংমী মশেল নুংশিনহনবা ? মীগা-মীগা মী মশেল। পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই, নহা ওইবগী নুংঙাইবা পুন্বা থাদোক্নুনা লৈবাক্কী অঙম্বশিংগী থৌশিল থৌরাং কয়াদা পেন্দদুনা য়াওল্লোই মীংথোল লৌদুনা অহিং মীশেল খাঙ্দুনা লৈখ্রবা ইচা-ইশুশিংবু ফোংনা থোক্লকহন্দুনা সমাজগী চাওখৎ-থৌরাংদা শরুক য়াহনবা ঙমখিগদরা ?

মমিংখক্তনি ঐঙোন্দা থোনজনবিরিবা। থবক্তি তৌবিদে কনানসু ঐগী অপাম্বা অনিংবদি । ঐগী ব্রাখল্লোন্দগী করি হেল্লি নঙগী সৌরজগতকী ব্রাখল্লোন্না? ফিজেৎ-ফিগাই শেৎপা ইখুত্তা চৈশু পায়বা ভারত ইমাগীদমক্তা পুন্সি কৎখ্রবনি। নহাকসু ঐগুম্না খাঙুথক্তা কেমগেরা ? ঐ খঙ্ই ঐগী ব্রাহৈদা নিংহন্নরে। চিংনগনু নমা লৈবাক্কীদমক্তা শিবদা নঙ্না উদবগী ব্রানী মতম

পুম্নমক্তা অশিবনা নতুং ইন্দুনা লৈরিবনি। অদুনা হায়নবনি 'ঙসি শিনি পাউজেন্দে, হয়েং শিনি পাউতাক্তে'। নিংহন্নগনু চিংনরুনু হেল্লি সৌরজগতকী ব্রাখল্লোন্না ঐগী ব্রাখল্লোন্দগী। হোৎনরবা শিবা কিদনা, য়ৌহল্লবা ভারতকী মীপুম খুদিংমক্তা খঙহল্লবদি সৌরজগতকী নঙ্না পামজরিবা ব্রাখল্লোন লৈশেমলোন্না ঙল্লোই করিগী মীগা-মীগা নুংশিনহনবা। তৌরবদি নহাক্না নশাগী নথৌ ফংগনি মহে ফংলোই করিগী ? থাদোকউ নঙসু ঐগী হায়বা ব্রাখল, খল্লু মীয়ামগী, মীওইবা জাতিগী ওইবা ব্রাখল। ঙাইহি নহাকপু ভারত জাতিনা, নৈহৎপিরবা তুহৎপিরবা, মীৎলুদগী পিরাং কংদ্রব-কংদ্রবীশিংনা। য়ৌহল্লু ভারতকী কাচিন কোয়া থুংনা সৌরজগতকী লৈশেমলোন নঙগী ব্রাখল মঙলান নত্তে তাইবংনি।

ঐ তুম্লিবরা তুমদ্রিবরা খঙ্বা ঙমদে। বাপুজীগী শক্তম মীত্তা শং-শংনা উই। পঞ্জাবকী, মনিপুরগী, কাশ্মিরগী মপুরোইবা কায়নখ্রবী নুপীশিংগী অব্রাবা শক্তম, মীকপ-মীরাওখোন্না তত্তনা মীত্তা উই, ঐগী নাকোং পুমনিল নিল্লি। মৈতৈ মচা কয়া-কয়া ময়াং সিপাহীশিংনা ফাদুনা পুখ্রগা হাত্তোক্লগা মফম মরাং খঙ্হনখিদবশিং উরি-তারি ঐগী মীৎ-নাকোংনা। ঐ মীৎ খুমজিন্দুনা অমুক খাঙই। নাকোং মেনশিন্দুনা অমুক খাঙ্ই। খাঙ্ফম খঙ্দনা লৈরিবৈদা থোঙদা কাক্-কাক্ খত্তুনা থোঙ্ হাংদোকও হায়দুনা অমুক্কা হেন্না থোঙ থিল্লকই। চন্দ্রজিনীনা কনানো করি তাকপীগদৌবনো বাবাদি তুমখরে হায়দুনা খুম্মী। মপান্দগী ঐখোয় নহারোলনি পাবুংগা উনদবা য়াদবা থবক লৈবদগী ঐখোয় লাকপনি। করিসু কিরুনু। মতম পুম্নমক্তা নখোয়বু ঙাক-শেন্দুনা লৈরিবা কংলৈচাগী য়াওল্লোয় ঙাক্তনি। চন্দ্রজিনীনা ঐগী নাক্তা লেপ্তুনা অনিকপা খোঞ্জেন্না হায়রকই - মখোয় বাবা তাবরো তৌরিসিবো ? ঐখোয়বু থোঙ হাংগদরা-হাংলোইদরা হৌগৎলো অমুক্তা। ঐ হৌগৎকে নমানচা নখোয় অহুম পুল্লপ লৈয়ু। কিগনু করিগী কিরি ? ঐনা নখোয়দা হান্না হায়খ্রবনি ঐ কনাদা লাল্লুদে। ঐগী য়েক্লবা কনামত্তা লৈতে হায়না ? অসুম্না মমাবু থেমজিল্লি। মমানা চক্রি হৌরকই - মহাত্মা গান্ধীদি কনাদা করি লাল্লুবগী নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখ্রিবা? মপান্দা লৈরিবা নহারোলশিংদুনা ঐখোয় অনীনা ঙাঙনরিবদু তারমাল্লে। নোক্লদুনা হায়রকই - ঐখোয় করিমত্তা তৌরোই ইমা। পাবুংদা করিগুম্বা ব্রাফম অমত্তা নিংশিংজনিংদুনা লাকপনী। ঐখোয়বু মফমসিদা কুইনা লৈহনবীগনু। ঐহাক থোঙ হাংনবা হোৎনরি। হায়রকই মপান্দগী - পাবুং মপানগী

মৈদু হান্না অমুক্তা মুৎথৎপীরম্মু। ব্রাফমদু তাবদগী মমা-মচা মখোয় অহুমদি পুমপা পাখৎখরে। শুৎ-শুৎ কপ্পরকই। ইচাশিংনা হায়রকই - বাবা, বাবা নঙবু হাৎপা লাকপনে বাবা।

মখোয় মমা-মচাগী মতৌনা ঐবুসু অদুম চিংনহল্লে। মখোয়গা ঐগা করিগুম্বদা লম্বা পাবা যারোইদৌবনিনা ঐখোয় ইমুং তুম্না হাৎকে হাৎখ্রসনু খন্দুনা মপানগী থাল্লিবা মৈ ওফ তৌশিল্লম্লগা ঐ থোঙ হাংদুনা মপাল থোক্লক্লে। মৈঙাল্লম্বদগী মমখিবদুদদি পুম্মম্ মমখরে ঐ কনামত্তা উদে। হংই ঐনা ইবুংঙো নখোয়বু কদায়দা লৈবগে, ঐদি করিমত্তা উদরে। মখোয়গী লিদর ওইরমাল্লে অমনা তোর্চলাইট লৈমাইদা কাপ্পগা পাবুং ঐখোয় সিদা লৈ হায়দুনা চঙশিল্লক্লগা ঐঙোন্দা হায়রে - পাবুংনা সৌরজগতকী লৈঙাকলোনবু ঐখোয়গী ভারত্তা চৎনহন্নবা হোৎনরিবা অদুদা নচা ঐখোয়সু হেক ঙম্বমখৈ মতেং পাংগনি। ফোংনা থোক্লক্কুনা পাংবা য়াবা মতম ওইরে ঐখোয় থোক্লক্কুনা মতেং পাংলগনি। হৌজিক্তি ঐখোয় ফোংনা থোক্লপগী মতম ওইদ্রি। অদুনা পাবুং লৈতে লাইরে হায়বসু ঐখোয় খঙই, অদুনা পাবুংনা চখোক-চৎশিন তৌবদা শিজিন্ননবা লুপা লিশিং তরাখক্তং মতেং পীগে হায়দুনা লাকচবনি। লুপা অসি লৌশিনবিয়ু। ঐখোয় পাবুংনা লাইরিক তম্বীরকপা ঙাক্তনি মতম অমদা ঐখোয়গী শক তাকচরকখিনি। লেংশিল্লো ঐখোয় চৎচরে হায়দুনা লুপা লিশিং তরাগী বন্দল অদু পীরম্লগা মখোয় চৎখরে। ঐনা খোঞ্জেল থোক্লা কৌরুরি ইবেম্মা, চন্দ্রজিনী হায়না। মরুপ্পা ঐবু ইশা পারগা নোম-নোমদুনা মরুপ-মরুপ কৌদুনা হৌদোক্লম্মী। ইন্দ্রানীনা থোঙ থিন্দুনা থোঙ্ হাংও- থোঙ হাংও হায়দুনা থোঙ থিল্লম্মী। মরুপ্পা থোঙ হাংলে। ইন্দ্রানী চঙলক্লগা তামো মঙলাক্লরিবরা কদৌরিবনো হংলকই।

- খঙদে ইবেম্মা, মঙলাক্লরিবরা করি তৌরিনো ঐ হায়ফম খঙদে।

- হৌজিকপু হকচাংদু করিসু তৌদ্রবরো ?

- হৌজিকপুদি করিসু তৌদরে।

- অদুদি নুংঙাইনা তুম্বীরো, 'হংচিৎ-মশেমদি ইনম্বেম্মখোয় শোয়দনা উনরনিদা' হায়রম্লগা মাগী কাদা চৎখরে।

- মরুপ্পা, অমুক তুম্লসি মরুপ ঐনসু তুম্লসি হায়দুনা অমুক তুমথবা হৌরে। হকাম চল্লকই হন্দক্তি নিদ্রাদেবীনা থৌজানবীগদৌরমাল্লে খন্ন-খন্না অদুমক

থৌজানবীগ্রমাল্লে। পুং মরি তারকপা মতমদা মরুপ্পা হৌদোক্তুনা লৈরম্মী। ঐহাক ফুক হৌগৎলি। ফমুংগী ফিরোল থুপচিন-খোৎচিন্দুনা লোইশিল্লি। মরুপ্পা ইন্দ্রানী হৌদোকই। ইন্দ্রানীদি ঈরু-মাইথজদুনা চান-থক্লবা থোং-থাক্তুনা লৈরম্লে। মরুপ ঐখোয়'নীসু অয়ুক্কী হৌনবী থবক পুম্নমক লোইদুনা ঈরু-মাইথজরগা ফিরোল শেৎচিল্লে। ইন্দ্রানীনা চান-থক্লবা লোইনা পুথোক্লক্তুনা পুন্না চামিন-থকমিন্নরে। মহাকসু মফি-মরোল হোংদোক্লগা ঐগী স্যুইটকেস পুথোক্লক্লগা ঐগী ফিরোল ঙরাং লৈরকপা মুগা ইন্নফিনচিংবা পুম্নমক লোইনা হাপচিল্লগা কারদা হাপচিল্লি। ঐসু থিনবা চৎকনি হায়দুনা য়ুম শো লোনশিল্লন্নগা থোক্লক্লে। পুং মঙা তাবগা ঐখোয় ইয়ারপোর্টলোমদা লাক্লে। ঐখোয় খরা থেংখ্রমাল্লে। ইয়ারপোর্ট য়ৌবগা মরুপ্পা রিপোর্ট তৌরুরে। চেক্লচিংবা তৌবা লোইরে। মরুপকা ইন্দ্রানীগা বিদায় তৌনরগা ঐহাক ধুমকেতু প্লেন্দা কাখৎলে। পুং মঙামখাই হেক তাবগা সৌরজগত থাদোক্লন্নগা ইরমদম ভারত মায়কৈ পাংলক্লে।

- লোইরবা -

